# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা (খণ্ড তরানীপাল-শুবা)

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎসিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং মৈনরোল যাওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অমাসীপাল-শুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না থোকউবা।

ফংকম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ২০০১

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## কুনথুমদোইশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

চিরাদদত্তং নিজগুপ্তবিত্তং
স্বপ্রেমনামামৃতমত্যুদারঃ।
আপামরং যো বিততার গৌরঃ
কৃষ্ণো জনেভ্যস্তমহং প্রপদ্যে ॥ ১ ।

### শব্দার্থ

চিরাৎ—মতম য়াম্না কুইনা ; অদত্তং—পীরক্ত্রবা ; নিজগুপ্তবিত্তং—মহাগী লোংনঙাই ওইবা লন্ ; স্বপ্রেমনামামৃতম্—মহাগী মরমদা প্রেমগা লোয়নবা নামগী মশক ওইবা অমৃত ; অত্যুদারঃ—থম্‌য়োনা মুংশিহৈবা ; আপামরং—য়াম্না তোন্‌বা মী ফাওবদা ; যঃ—মহাক্না ; বিততার—য়েন্থোক্লম্মী ; গৌরঃ—কুচুংঙৌবা ; কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণনা ; জনেভ্যঃ—মীয়ামদা ; তম্—মহাক্পু ; অহম্—ঐনা ; প্রপদ্যে—চঙজরি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম শাংনা পীরক্রবা—মহাগী লোংনঙাই ওইবা লনগী মশক ওইবা স্বপ্রেমনামামৃতত্থ (মহাক্কী মরম ওইবা প্রেমগা লোয়নবা নামগী মশক ওইবা অমৃতত্থ) য়াম্না তোম্নবা মী ফাওবদা পীখিরব্বা—অত্থুগুম্বা কুচুংঙৌবা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্দা ঐনা চঙজরি ।

### নৈনরোল

**গৌরঃ কৃষ্ণঃ**—কুচুংঙৌবা কৃষ্ণ ; শ্রীরাধাগী ভাব-কান্তি লৌহনা কুচুংঙৌরবা শ্রীকৃষ্ণ অত্থু। মফমসিদা "গৌর-কৃষ্ণ" হায়না পাদবগী রাদি অসিনী—

শ্রীরাধাগী আশ্রয়-জাতীয় ওইবা প্রেম লৌরগা য়াম্না থুপ্না থম্মঙাই লন্‌থুম্না মহাক্‌পু কুপ্‌শন্দুনা থম্লবগীদমক মহাক্কী সনা অহিঙবা-কুচুনা মছামক্কী অমুবা কুচুবু কূপ্লগা থম্লবসু মতুগী মরম্না (আশ্রয়জাতীয় প্রেম লৌরবদা— মরমতুনা কুচু ঙৌরবদা) শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম য়েন্‌বদা মতীক্চাবা খ্বাইদগী হেন্না ওইবা ফংলে, মরমতুনা মহাক্না য়াম্না তোলবা মীশিংদফাওবা প্রেম য়েন্‌বা ঙম্‌খি। অত্যুদারঃ—করিমতা খন্দবমখৈ, করিমতা থিজন্‌-খোংচন্দবমখৈ মীপুম্বদা—পাম্বা পামদবা মী পুম্নমক্তা—খ্বায়দগী পুঙহেন্‌ হেন্না ফবা পোং পীনহৈবা মহাকপু ‘উদার’ কৌনৈ। শ্রীমন্‌মহাপ্রভুদা গুণদী মপুঙ-ফানা লৈরম্মী হায়তুনা মহাক অতি-উদার (য়াম্না য়ৌনা পীনহৈবা অমসুং চান্‌বীহৈবা) ওইবনী। মরমসিনা মহাক্না য়াম্না তোল্ল-তারবা মীফাওবদসু কৃষ্ণপ্রেম পীবা ঙম্লম্লিবনী। প্রেম অসী করম্বনো হায়ববু স্বয়ং ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণগী মফমদসু মমল-য়াম্লবা লন্‌ অমগুম্লম্বনী; প্রেমতুবু মহাক্না অন্নীক্‌পা মচেৎ অমফাওবা লৈতনা দাম ঙৌরম্মী। স্বপ্রেম-নামামৃতং—স্বপ্রেম (মছাগী মরম ওইবা প্রেম, প্রেমতুগী বিষয় (মুংশিকম) ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না প্রেম অতু, আশ্রয়জাতীয় (তুঙফম্‌গী ওইবা) প্রেমতু—প্রেমসিগা লোয়ননা মছামক্কী নামগী মশক ওইবা অমৃত—অমৃতগুম্না থুম্লবা নাম অতু প্রভুনা মী পুম্নমক্তা পীরম্মী অমসুং লোয়ন লোয়ননা কৃষ্ণপ্রেমসু (কৃষ্ণবু মুংশিবসু) দান তৌখি। নামপ্রমতুদি করম্বা জাংনো? মতু হায়রি—নিজগুপ্তবিত্তং—শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না-ফাওবা লোংতুনা থম্নীঙবা লন্‌ ওইরিবা; মমল-য়াম্বা অতুগা য়াম্না-পাম্‌জবা পোংপু মীশিংনা চেংনা লোংতুনা থম্মী; তোল্ল-তাববা য়াঙনা মী পুম্নমক্তা মহাক্না পীথোক্লবা প্রেমদো মহাক্কী মফমদসু মমল-য়াম্বা অমসুং য়ৌনা পাম্‌জবা পোংকুম্বা অমনী। প্রেমসী অমুক করম্বা পোক্তানো? চিরাং অদত্তং—মতম শাংনা পীথোক্লবা; মমাঙৈঙদা গৌর ওইনা অবতার তৌখিবা মতমদা কৃষ্ণপ্রেম অসী য়েন্থোক্‌খি; মতুগী তুংদদি মতম য়াম্না শাংনা প্রেমসে য়েল্লম্‌দ্রে: মরমদি গৌর নত্তনা অতোপ্পা কনা অমতনা প্রেমসে য়েন্থোক্‌পা ঙম্‌দে।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা য়েংহোক্লম্বা প্রেমগী আশ্রয়জাতীয় ( ভুডকম্গী ওইবা ) প্রেম-নী, প্রেমগুগী মানী পরিচ্ছেদ অসিদা বর্ণন তৌরিবদি ; মগুগী ইঙ্গিতনী শ্লোকসিদা গ্রন্থকারনা পীরিবদি। প্রেমগী বর্ণন তৌবগীদমক শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপা নিজগুনা মহাক্কী চরণখাদা গ্রন্থকারনা চঙজরি।

মূল ২

জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরচন্দ্রবু, শ্রীনিত্যানন্দবু, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু অমসুং গৌরগী ভক্ত পুম্নমকপু খুরুম্জরি।

মূল ৩

এবে শুন ভক্তিফল—প্রেম 'প্রযোজন'।

যাহার শ্রবণে হয় ভক্তিরসজ্ঞান ॥ ৩ ॥

শব্দার্থ

এবে—হৌজিক ; শুন—নাকোঙনা তাও ; ভক্তিফল—ভক্তিগী মহৈ ; প্রেম—নুংশিবা ; প্রয়োজন—চঙদবা মান্দ্রবা পোং ; যাহার শ্রবণে—মগু নাকোঙনা তাবদা ; হয়—ওই ; ভক্তিরসজ্ঞান—ভক্তিরসবু খঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিগী ফল-দি প্রেম-নী, মগুনা প্রয়োজন তত্ত্বনী, মগু নাকোঙনা তারগা ভক্তিরস করিনো হায়বদো খঙবা ঙম্মী।

নৈনরোল

অহানবদা ২/২১ শুবা পরিচ্ছেদদা সম্বন্ধ-তত্ত্ব নৈনরগা, ২২-শুবা পরিচ্ছেদদা অভিধেয়ভক্তি নৈনরে। হৌজিক্না ২৩ শুবা পরিচ্ছেদদা প্রয়োজনতত্ত্ব নৈনরি।

ভক্তিফল প্রেম—ভক্তিঅঙ্গ তৌরগা চিত্তদা পোক্লকপা প্রেম ( ফুংশিবা ) অহু।

প্রেম প্রয়োজন—প্রেম-তনা প্রয়োজনতত্বনী। প্রয়োজনগী অর্থ—চঙদবা য়াদবা পোৎ ; মহু নত্রবদি করিমতা চৎনবা য়াত্রবা ; মরমমহুমা অহু-মতা ওইনা পাম্জবা পোৎ প্রয়োজনদি মহুনী। প্রেমতনা প্রয়োজনহুনী ; মরমদি প্রেম নত্তনা জীবগী স্বরূপ ফুংইন্বা মথৌ শ্রীকৃষ্ণসেবাহু ফংবা য়াদে।

ভক্তিরসজ্ঞান—ভক্তিরসগী মরম খঙবা ; বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক, ব্যভিচারী—মচিংবা ভাবশিংনা তিল্লরগা স্থায়িভাব হায়বহুনা হায়নঙাই লৈতনা মহাও-তংবগী অঙকপা হায়বহু ফংলবা মতমহুদা মহুবু ভক্তিরস হায়না খঙনৈ।

মূল ৪

কৃষ্ণে রতি গাঢ় হৈলে—'প্রেম' অভিধান।

কৃষ্ণভক্তিরসের এই 'স্থায়িভাব' নাম ॥ ৪ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণে রতি—শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা প্রেমাঙ্কুর 'প্রেমগী ময়োন্' ; গাঢ়—নঙ-নঙ-লাউবা ; হৈলে—ওইরবদি ; প্রেম—প্রেম ; অভিধান—মিং (কৌয়ি) ; কৃষ্ণ-ভক্তিরসের—কৃষ্ণভক্তিগী রসগী ; এই—মসী ; স্থায়িভাব—লেঙদবা ভাব ; নাম—মিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদা (কনাগুম্বগী) রতি (প্রেমগী ময়োন্, প্রেমগী অহানবা ফীভম)-না নঙ-নঙ লাউরবদি মতমহুদা মাগী মিং প্রেম কৌয়ি। মসী কৃষ্ণভক্তিরসগী স্থায়িভাব ( লেঙদবা ভাব ) কৌয়ি।

## নৈনরোল

রাগানুগা মার্গদা সাধনভক্তি তৌগরগা রতি পোকয়ি হায়না মমাংগংবা পরিচ্ছেদদা হায়খ্রে। রতিহুগী স্বরূপ করিনো হৌজিক গ্রন্থকাম্না হায়রি।

মূল ৫

শুদ্ধসত্ত্ববিশেষাত্মা প্রেমসূর্য্যাংশুসাম্যভাক্।
রুচিভিশ্চিত্তমাসৃণ্য-কৃদসৌ ভাব উচ্যতে ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

শুদ্ধসত্ত্ববিশেষাত্মা—শুদ্ধ ( মক্তবা ) সত্ত্ব থোইদোকপগী মশক ওইবা ; প্রেমসূর্য্যাংশুসাম্যভাক্—প্রেম কৌবা সূর্য্যগী মঙানগা মান্নবা ; রুচিভিঃ—ভগবান্ ফংনীঙবনা ; চিত্তমাসৃণ্যকৃৎ—চিত্তবু মেঙহন্‌বা ; অসৌ—মহ ; ভাবঃ উচ্যতে—ভাব কৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মক্তবা সত্ত্বগী থোইদোকপা মশক ওইরিবা, প্রেম কৌবা সূর্য্যগী ( মমিংকী ) মঙালগা মান্নবা অমসুং রুচি ( ভগবানবু ফংনীঙবা ) লৈবনা চিত্তবু মেঙহন্‌বা ভক্তিবিশেষগী মিংবু ভাব কৌয়ি।

## নৈনরোল

শুদ্ধসত্ত্ব—চিংশক্তিগী থোইদোক্‌পা ফীভম অমবু শুদ্ধসত্ত্ব কৌয়ি। শুদ্ধসত্ত্বদা করিগুম্বদা হ্লাদিনীগী, করিগুম্বদনা সন্ধিনীগী, অমসুং করিগুম্বদনা সম্বিৎকী প্রাধান্য ওইবা উই ; হ্লাদিনীনা প্রধান ওইবা শুদ্ধসত্ত্ববু গুহ্যবিদ্যা ( অথুপ্পা বিদ্যা ) কৌয়ি অমসুং মসীমক ভাব—হুংদা মথং মথঙ ওইরক্‌পনা প্রেমভক্তি হায়বদু ওইরকৃয়ি। শুদ্ধসত্ত্ববিশেষাত্মা—শুদ্ধসত্ত্বগী থোইদোক্‌পা ফীভম্‌মতা অমনা আত্মা ( স্বরূপ ) ওইবা মহাক অদুগী ; হ্লাদিনী-প্রধান শুদ্ধসত্ত্বগী থোইদোকপা ফীভম অমনা ভাব হায়বদি প্রেমাঙ্কুরগী মশক্কী ; ভাব-কী স্বরূপ-লক্ষণদি অসিনী মতুদি—মসী হ্লাদিনী-প্রধান-শুদ্ধসত্ত্বগী বৃত্তিবিশেষনী ( থোইদোকপা ফীভম অমনী ), হ্লাদিনী-প্রধান শুদ্ধসত্ত্বগী বৈচিত্রী ( মওংমথল ) অমনী ; মরমদুনা স্বরূপকী হায়রগদি মসী চিদ্‌বস্তু অমনী—শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তিগী বৃত্তিবিশেষনী হায়রদুনা। চিচ্ছক্তিনা নিত্যসিদ্ধ ওইবগুম্না মাগী বৈচিত্রীশিংসু নিত্যসিদ্ধনী (মতম পুম্বদা লৈবনী) ;

মরমতুনা হ্লাদিনী-প্রধান শুদ্ধসত্ত্বসু—মাদি করিগুম্বা ফীভমদসু ভাব হায়রগা খণ্ডনরিবা, মতুসু-নিত্যসিদ্ধনী, শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগী মরক্তসু মতমপুম্বদা ভাম্থোইরিবনী। শুদ্ধসত্ত্বসী, প্রাকৃত রজস্তম-না ওদবা সত্ত্বভাক্তহু নত্তে; মসী প্রাকৃত মনগী প্রাকৃত-বৃত্তি নত্তে; মসী চিৎশক্তিগী ফীভম থোইদোক্পা অমনী। শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা সাধনভক্তিগী ফল ওইনা পুক্নীঙগী অমোংপা লোইনা কোক্লবদা পুক্নীঙনা মক্তবা মতমদা শুদ্ধসত্ত্বগী থোরক্ফম ওইরক্য়ি, মতমতুদা শ্রীকৃষ্ণনা হুন্দোরক্পা শুদ্ধসত্ত্বহু পুক্নীঙতুদা (চিত্তহুদা) থোরক্লগা ভাব ওইরক্য়ি। ভাব অসী প্রেমসূর্য্যাংশুসাম্য-ভাক্-নী—প্রেম কৌবা নুমীৎকী মঙালগা পাংথল্লী; নুমীৎ থোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা মঙান্ থোরক্তুনা অমম্বা মাঙহন্বগুম্ প্রেম পোক্ত্রিঙৈগী মাঙদা ভাব হায়বসী উহল্লী। নুমীৎ থোক্ত্রিঙৈদা, মঙাল লাক্লবা মতমদা অমম্বা মাঙখিব-গুম্না প্রেম পোক্ত্রিঙৈদা, ভাব-তি থোরক্লবদা, পুক্নীঙগী অমক্পা (মলিনতা) অতু কোক্য়ি। অমুক নুমীৎকা মাগী মঙালগসী অমরোম্দা হায়রগা পোৎ অমত্তনী, মরোইতুগুম্না প্রেমগা ভাবকসু স্বরূপকী হায়রগদি পোত্তা অমত্তনী—স্বরূপকী হায়রগা শুদ্ধসত্ত্বনী; মঙাল্গী শঙ-শঙ লাউবা (গাঢ় ওইবা) ফীভম্ব নুমীৎনী হায়বগুম্না ভাব-কী গাঢ় অবস্থাবু প্রেম কৌরিবনী। প্রেমগা নুমীৎকা অতুগা ভাব-কা মঙান্গা চাংদম্নবনা তাক্পদি অসিনী মতুদি—মঙাল লাক্লবদি নুমীৎ থোরক্কদোবা কুইররোই হায়বগুম চিত্তদা ভাব থোরক্ল-বদি চিত্তহুদা প্রেম থুনা থোরক্কনী হায়বনী। ভাব থোরক্লবদি ভাবসিনা থুনমক প্রেম ওইরক্লগনী হায়বসী খঙগদবনী।

ভাবকী স্বরূপ-লক্ষণ হায়রগা—ভাব হায়বা পোত্তাসী স্বরূপকী হায়রগা করিনো, মসিগী উপাদান (মচাক) করিনো হায়বতু তাক্লগা তৌজিক মাগী তটস্থ-লক্ষণ হায়রি—থম্মোইদা ভাব থোরক্লবদি, মতু থবক্তা করম্না ফোঙ-দোক্লক্খি হায়বতমক—হায়থরক্লি। চিত্তমাসৃণ্যকৃৎ—চিত্তগী মাসৃণ্য (মেঙবা-কোমলতা) ওইহন্বা; ভাব (রতি) থোরক্লবদি চিত্ত মেঙঙী;

মেঙবা হায়বসী ভাব-কী থবক্নী, থবক্না ভাব-পু ফোঙদোক্পনী, ভাবকী তটস্থ-লক্ষণনী। অদুবু হায়বসিনা করম্না 'মেঙবা' ওইরক্নী? নত্রগা মেঙবা হায়বসী করিনা ফোঙদোক্লি? রুচিভিঃ—রুচি (অপাম্বা) পুন্নমক্না; চিত্তদা ভাব হায়বদি কৃষ্ণরতি পোক্লবদি চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা রুচি হায়বদি অভিলাষ ( অপাম্বা ) করম্মুক—শ্রীকৃষ্ণ ফংননবগী রুচি, শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবা ওইহল্লবগী রুচি, শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নবদা স্নুহৃদকুম্না চংনবগী রুচি—পোক্লি। রুচি ময়ামসিগী ফল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মতাঙদা চিত্তসী মেঙভী—ঈঙভী য়াম্না অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মতাঙদা মেঙথরবদি রুচি ময়ামসী তীব্র ( থৌরা ) ওইনা হেনগৎলক্লি।

ভগবান ফংননবা অমসুং মচু ওইননবা পাম্বনা ( রুচিনা ) তাক্পদি জাতরতি ( রতি-পোক্লবা ) ভক্তনা শ্রীভগবানগী মফমদা মমতাবুদ্ধি ( এগীনী হায়বসী) পোক্লি; হায়বদি 'ভগবানদি এগীনী' হায়বা জ্ঞান অসী পোক্লি। মসীনা তাক্পদি—শ্রীভগবানবু ঈশ্বরনী থন্নবা মাগী বুদ্ধিচু লৈত্রে। রতিনা অদুক্কী মতীক শঙশন্নবদি মমতাবুদ্ধিসী হেনগৎলক্নী অমসুং ঈশ্বর নী হায়বা বুদ্ধি অমদি গৌরব-বুদ্ধি ( ভক্তচুদগী হেন্না হায়না থন্বচু ) মাঙথিগনী।

## মূল ৬

এই দুই ভাবের স্বরূপ-তটস্থ-লক্ষণ।
প্রেমের লক্ষণ এবে শুন সনাতন ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

এই দুই—অনীসী; ভাবের—ভাবকী; স্বরূপ তটস্থ-লক্ষণ—স্বরূপ লক্ষণ অমসুং তটস্থ লক্ষণ ( হায়বচুনী ); প্রেমের লক্ষণ—প্রেমগী লক্ষণ; এবে—হৌজিক; শুন—নাকোঙনা তাপ্রো; সনাতন—হে সনাতন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীসী ( মথক্তা হায়খ্রবা শুদ্ধ সত্ত্ববিশেষাত্মা অমসুং চিত্তমাসৃণাকৃৎ হায়বসী ) ভাবকী মপংশীংনা স্বরূপ-লক্ষণ অমসুং তটস্থ-লক্ষণনী। হৌজিক্তি প্রেমগী লক্ষণ করিনো হায়বদো নাকোঙনা তাব্রোকো হে সনাতন।

## নৈনরোল

প্রেমের লক্ষণ—তুংদা লাক্লিবা ‘সম্যঙ্ মস্থণিতস্বান্তঃ’-মচিংবা শ্লোক অমস্থুং “অনন্য-মমতা বিষ্ণৌ”-মচিংবা শ্লোক অনীসিদা প্রেমগী লক্ষণ তাক্লি। গও-গও-লাওবা ভাব মত্রগা রতিবু প্রেম কৌয়ি; “ভাবঃ স এব সান্দ্রাত্মা বুধৈঃ প্রেমা নিগদ্যতে॥” স্বরূপলক্ষণগী হায়রগদি ভাব অমস্থুং প্রেম অনীসী—অমত্তনী; অনীমক শুদ্ধসত্ত্ব বিশেষাত্মা-নী। শঙ্গোমগা ক্ষীরসা-গা স্বরূপকী হায়রগদি পোত্তা অমতনী, মতৌচুগুম্না ভাব অমস্থুং প্রেম অনীসী স্বরূপকী হায়রগদি পোৎ অমতনী। তটস্থ-লক্ষণ-ভাব তনা চিত্তগী মস্থণতা হায়বদি মেঙবা পোক্পগুম্না, প্রেমদনা মত্নদগী য়াম্না হেন্না পোক্নয়ি; প্রেম-দনা চিত্তসী মপূঙফানা মেঙথৈ, অদুগা ইষ্টবস্তুদা মমতামু (ঐগী নী হায়বমু) য়ৌনা হেন্না পোক্নয়ি (মমত্বতিশয়াঙ্কিতঃ)।

মূল ৭

সম্যঙ্মস্থণিতস্বান্তো মমত্বাতিশয়াঙ্কিতঃ।
ভাবঃ স এব সান্দ্রাত্মা বুধৈঃ প্রেমা নিগদ্যতে॥ ৭॥

### শব্দার্থ

সম্যক্—মপূঙ ফানা; মস্থণিতস্বান্তঃ—চিত্তবু পেৎহল্লবা মতুঙদা; মমত্বাতিশয়াঙ্কিতঃ—শ্রীকৃষ্ণবু ‘ঐগীনী’ হায়বনা য়ৌথিবনা; ভাবঃ—ভাব; সঃ—মহাক; এব—অদুতনা; সান্দ্রাত্মা—গও গও গওশল্লদুনা; বুধৈঃ—পণ্ডিতশিংনা; প্রেমা—প্রেম; নিগদ্যতে—কৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাব অদুনা য়ৌনা গওশল্লকুনা মপূঙফানা চিত্তবু পেৎহল্লী অমস্থুং শ্রীকৃষ্ণবু ‘ঐগীনী’ হায়বদু হেন্না হায়হল্লী; মতমদুদা ভাব অদুবু প্রেম কৌয়ি।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগীনী (১/৪/১)। শ্লোকসিদমু প্রেমগী

স্বরূপ-লক্ষণ অমসুং তটস্থ-লক্ষণশু তাক্লি। স্বরূপ লক্ষণদনা প্রেমসে শুঙ-শুঙ-লাওরবা ভাব-নী ; মরমদুনা প্রেমগী অমসুং ভাব-কী মচাক অমত্তনী। খেন্নবা হায়বরো অসিনী—ভাব-তা শুদ্ধসত্ত্বগী নীংবা শরুক্কী প্রেমদনা য়াম্না হেল্লী। প্রেমগী তটস্থ-লক্ষণা অসিনী মহুদি—মসী "সম্যক্ মসৃণিতস্বান্তঃ" অমসুং "মমত্বাতিশয়াঙ্কিতঃ" ওই। প্রেম-না মপুঙফানা চিত্ত মেংহল্লী—প্রেমদনা চিত্তনা মপুঙ ফানা পেংথৈ, মেংথৈ অমসুং প্রেমদনা শ্রীকৃষ্ণদা মমত্তাবুদ্ধি ( ঐগীনী হায়বা খাখন্দো ) য়ৌনা হেঙ্গংলী। ভাব-তম্ব চিত্ত মেংথৈ—প্রেমদনা মতুদগী য়াম্না হেল্লী, মপুঙফানা মেংথবনী। ভাব-তসু মমত্ববুদ্ধি লৈ, অদুবু প্রেমদনা য়াম্না হেন্না লৈ ; মরমদুনা কৃষ্ণবু ফংনীংবদু, মদু ওইরব্রবগী অপাম্বা অদু ভাব-তা লৈবদগী প্রেমদা লৈবনা য়োনা হেল্লী ; ভাব অমসুং প্রেমগী তটস্থ-লক্ষণসু জাত্তা অমত্তগীনী, প্রেমদা তটস্থ-লক্ষণ অসীসু খোইদোক্না শুংবা হায়বদু ফংলে হায়বসিতনা মরম ওইদুনা খেন্নবনী।

## মূল ৮

অনন্যমমতা বিষ্ণৌ মমতা প্রেমসঙ্গতা।
ভক্তিরিত্যুচ্যতে ভীষ্ম-প্রহ্লাদোদ্ধবনারদৈঃ ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

অনন্যমমতা—শ্রীকৃষ্ণ-নতন অতৈ বিষয়দা মমত্ববুদ্ধি লৈতবা : বিষ্ণৌ—বিষ্ণুদা : মমতা—মমত্ব (ঐগীনী হায়বা) : প্রেমসঙ্গতা—প্রেমদা [illegible]-নবা : ভক্তিঃ—ভক্তি : ইতি—অসুম্না : উচ্যতে—হায়নৈ ; ভীষ্মপ্রহ্লাদোদ্ধবনারদৈঃ—ভীষ্ম, প্রহ্লাদ, উদ্ধব অমসুং নারদনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ঐগীনী হায়বসিনা" শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা অতৈ বিষয়দা মমত্ব-লৈত্রবা অমসুং প্রেমরসগা লোয়নরবা—অদু ওইরবদি 'ঐগনী হায়বহুবু' ( মমতা-হুবু ) প্রেম-ভক্তি কৌয়ি ;

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা ( ১/৪/২ ) অদুগা হরিভক্তিবিলাসদা ( ১১/৩৮২ ) হায়বা নারদপঞ্চরাত্রবচন অমনী।

শ্লোকসিদা প্রেমগী তটস্থ-লক্ষণদমক হায়রি--শ্রীকৃষ্ণে "প্রেমসঙ্গতা-মমতা"।

## মূল ৯

কোনো ভাগ্যে কোনো জীবের শ্রদ্ধা যদি হয়।
তবে সেই জীব সাধুসঙ্গ যে করয় ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

কোনো—করিগুম্বা ; ভাগ্যে—লাইবক্তা ; কোনো—কনাগুম্বা ; জীবের—জীবগী ; শ্রদ্ধা—শাস্ত্রগী ব্রাবু চেৎনা থাজবা ; যদি হয়—ওইরবদি ; তবে—অদু ওইরবদি ; সেই জীব-জীব অদুনা ; সাধুসঙ্গ—মহৎসঙ্গ ; যে করয়—তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা লাইবক অমদগী ( শাস্ত্রগী ব্রাদা ) কনাগুম্বা জীবগী শ্রদ্ধা ওইরবদি জীব অদুনা সাধুসঙ্গ তৌয়ি।

## নৈনরোল

অহান্‌বদা সাধুসঙ্গগী মশক ওইবা লাইবক-ফবদু লৈদুনা কনাগুম্বা জীবনা ভগবৎ-কথানচিংবদা নত্তগা শাস্ত্রগী ব্রাদা শ্রদ্ধা ( চেৎনা থাজবা ) লৈরবদি জীবদুনা মতমদুদা ( অনীরক শুবা ওইনা ) সাধুসঙ্গ তৌয়ি। সাধু-সঙ্গদদি সাধুশিংগী চীন্দগী ভগবানগী লীলাকথানচিংবা নাকোঙনা তাবা ফংঙী অমসুং মরক-মরক্তা নাম-রূপ লীলানচিংবা কীর্তন-সু তৌয়ি। সাধু-শিংগী আচরণচিংবা উরগা ভজন তৌনীঙলকয়ি অদুগ ভজন তৌবসু য়াওয়ি। মতৌ অসুম্না পুক্নীঙ চোইদবনথে সাধনভক্তি তৌদুনা লৈথরক্পনা জীবদুগী চিত্তদগী ফত্তবা-পাম্বনটি বা ( অনর্থ ) মাঙঙী। ফত্তবা পাম্নক্রবদি ভক্তি- অঙ্গদা

নিষ্ঠা ( লুপ্পা ) পোক্‌য়ি। নিষ্ঠাগা লোয়নননা ভক্তি-অঙ্গ তৌখরক্‌পনা শ্রবণ-কীর্ত্তন-দা রুচি পোক্‌য়ি ; মতৌম্থুম্না রুচিগা লোয়নননা শ্রবণ-কীর্ত্তনচি বা ভক্তি-অঙ্গশিংদু অমুম অপম তৌরক্‌পদুনা ভক্তি-অঙ্গদা আসক্তি ( হক্‌চিন্না পাম্‌শনবা ) পোক্‌য়ি হায়বদি রুচিদো গাড় ওইরকয়ি, মতমদুদা শ্রবণ-কীর্ত্তন্ন-চিংবদা নুংঙাইবা ( আনন্দ ) নখল অমা পোক্‌য়ি, নুংঙাইখিবদুনা শ্রবণ-কীর্ত্তনদু থাদোক্লীডদে। ভক্তি-অঙ্গ তৌবদা ওইরক্লিবা আসক্তিসী গঙশল্লবদি শ্রীকৃষ্ণদা রতি পোক্‌য়ি। রতিসিনা গাড় ওইশল্লরুগা প্রেম হায়না খঙনৈ।

ভক্তিবিকাশগী ক্রমগী মরমদা খন্ননঙাই য়া অমা লৈরি। মথক্তা হায়খে—লন্থ্‌ম-পাম্বা পোক্লগা অদুগী মতুঙ রুচি, আসক্তি অমসুং রতি পোক্‌য়ি হায়না। রতিদি হ্লাদিনী প্রধান শুদ্ধসত্ত্বগী ফীভম অমনী (বৃত্তি-বিশেষনী)। লন্থ্‌ম পাম্বা ( অনর্থ ) হায়বদুনা মায়াগী থবক্নী। মরমদুনা মায়া কোক্লবদি রতি হায়বদি হ্লাদিনী হায়বদি শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্‌য়ি হায়বসীসু খঙনরে। "ভক্তিনির্ধূত দোষাণাং"-নচিংবা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী শ্লোক ( ২/-১/৪ )-দগীসু রাফমদুমক খঙবা ঙম্মী। দোষ পুন্নমক পুক্তমাঙ মাঙথ্রবা মতমদা—দোষ পম্না মায়াগী থবক্নী হায়দুনা, মায়া পুম্নাক মাঙথ্রবা মতুঙদা চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্বগী থোরক্‌কম ওইবদা মতীক চাবা ঙম্মী। শ্রীভাগবতকী ১১/২৫/১৩ শ্লোক-তকী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা তরং তরং হায়রম্মী—"ভক্তেরপি গুণসঙ্গনিধুননান্তরঃ চান্তরঙ্গত্বঃ শ্রূয়তে।—মায়াগী গুণসঙ্গদু মপুঙ্ঙ্ঘানা লেপ্‌ থবা মতমদা ভক্তি থোরক্‌য়ি।" মায়াগী গুণ অহুম্নী—সত্ত্ব ; রজঃ, তমঃ। রজঃগা তমঃগনা প্রধান ওইবা মতমদা মায়াবু অবিদ্যা কৌয়ি ; অদুগা, রজঃগা তমঃগা লৈত্রবা মতমদা অমসুং সত্ত্ব মহোমত্তমক লৈবা মতমদা মায়াবু বিদ্যা কৌয়ি। গীতাগী ১৮/৫৫-শ্লোকতকী টীকাদা চক্রবর্ত্তি-পাদনা "ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ-নচিংবা শ্রীভাগবতকী ১১/১৪/২১ শ্লোক অদু পল্লগা ইরম্মী—"তয়া ভক্ত্যৈব তদনন্তরঃ বিদ্যাপরমাহুত্তরকালে মাং জ্ঞাত্বা মাং বিশতি।" মসিদগীসু খঙবা ঙম্মী—বিদ্যা লৈত্রব তুংদা ভক্তিনা পাখং ওইরগা ভগবানবু খঙবা ঙম্মী। মন-গী বৃত্তিবিশেষনা খঙবা ঙম্মী ;

অদুবু প্রাকৃত মন গী বৃত্তিনদি অপ্রাকৃত ভগবান্‌বু খঙবা ঙম্‌দে ; মন হায়-বদি চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্বগা লোয়ননা অমত্তা ওইরবদা ( তাদাত্ম্য ফংলবদা ) অপ্রাকৃত ওইবা ঙম্মী, অদু ওইরবদি ভগবান্‌বু খঙবা ঙম্মী। মরমদুনা বিদ্যানা মাঙখরবা মতমদা ভগবান্ ফংবা য়াননবা মতীক চাগনী হায়বনীনা ঐখোয়না খঙগদৌবদি অসিনী মদুদি—অবিদ্যা কোক্রবা মতুঙদবুদি মতুঙ-দনী, অদুগা বিদ্যাসু কোক্রবা মতুঙদা চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্বগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংনবগী মতীক চারকৃয়ি, মদুগী মমাঙদদি নত্তে।

মথক্তা হায়রিবা শ্রীজীবনচিংবগী বাকাদগী খঙবা ঙম্লে মদুদি - অবিদ্যা অমসুং বিদ্যাগা মপুঙ ফানা কোক্রিমখৈদি ভক্তি থোরক্পা ঙম্‌দে। অদুবু অতোপ্পা উক্তিসু উবা ফংঙী। বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভিঃ”-নচিংবা শ্রীভাগবতম্ ১০/৩৩/৩৯ )-শ্লোক অদুগী টীকাদা শ্রীজীবনা হায়রম্মী—“অত্র তু হৃদ্‌রোগাপহানাৎ পূর্ব্বমেব পরমভক্তিপ্রাপ্তিঃ।—হৃদ্‌রোগ কোক্রিঙৈগী মমাঙদা পরাভক্তি ফংঙী।” হৃদ্‌রোগ (থম্মোইগী অনাবা) হায়বসিদি মায়াগী থবক্নী : মরমদুনা মফমসিদা মায়া কোক্রিঙৈগী মমাঙদা ভক্তি ফংবা য়াবগী য়া হায়রে। অমুক কর্ম্মমার্গ, যোগমার্গ, জ্ঞানমার্গনচিংবদসু আনুষঙ্গিক ওইনা ভক্তি-অঙ্গ তৌবগী য়া হায় ; মরমদি ভক্তিগী কৃপা নত্তনা কর্ম্মযোগনচিংবনা মাগী মাগী ফল পীবা ঙম্‌দে। মতৌ অমুন্না কর্ম্মমার্গনচিংবদা ভক্তি-অঙ্গ অনুষ্ঠান তৌবগী ফল ওইনসু হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তিবিশেষনা—কলারূপা (মশুং ওইবা) ভক্তিনা বিদ্যাদা হায়বদি নত্রগা কর্ম্মযোগদা চঙবগী য়াসু উবা ফংঙী। “হ্লাদিনী-শক্তি-বৃত্তের্ভক্তেরেব কলা কাচিদ্‌বিদ্যাসাফল্যার্থং বিদ্যায়াং প্রবিষ্টা কর্ম্মসাফল্যার্থং কর্ম্মযোগেঽপি প্রাবিশতি, তয়া বিনা কর্ম্মজ্ঞানযোগাদীনাং শ্রমমাত্রত্বোক্তেঃ। গীতা ১৮/৫৫-শ্লোককী টীকাদা চক্রবর্ত্তীনা হায়বনী। অমুকসু “ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা”-নচিংবা গীতাগী ১৮/৫৪ শ্লোক-তুগী টীকাদসু চক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী—“জ্ঞানে শান্তেঽপি অনশ্বরাং জ্ঞানান্তর্ভূতাং মদ্‌ভক্তিং শ্রবণকীর্ত্তনাদিরূপাং লভতে। তস্যা মৎস্বরূপশক্তিবৃত্তিত্বেন মায়াশক্তিভিন্নত্বাৎ অবিদ্যাবিদ্যয়োরপগমেঽপি অনপগমাৎ।” মসিদগীসু খঙবা ঙম্মী মদুদি—জ্ঞানমার্গগী

সাধক-কী চিত্তদা জ্ঞানগী আনুষঙ্গিক ওইনা শ্রবণ-কীর্ত্তন নচি বা তৌবগী ফল ওইনা—বিদ্যাগা অবিদ্যাগা লৈন-লৈনমক ভক্তি পোক্‌খি। অমরোমদনা মমাংদা লৌখংখিবা বাকাদগী খংবদি—বিদ্যাগা অবিদ্যাগা মাংতন্রিমখৈদি ভক্তি থোরক্লোই—হায়বসিনী।

অমগা অমগা য়েংনরিবা বাকাগী সমাধান-দি মসিগুম্বা ওইবা য়াই—মায়া কোক্লিংঙৈগী মমাংদসু হ্লাদিনী শক্তিগী ( হায়বদি হ্লাদিনী প্রধান শুদ্ধসত্ত্বগী ) বৃত্তি ওইবা ভক্তি-সাধনভক্তি তৌবগী ফল ওইনা চিত্তদা থোরক্পা য়াইদি হায়রবসু মায়ানা চুরবা চিত্তদদি শোক্ল-পল্লবা য়াদে। সচ্চিদানন্দস্বরূপ ভগবান্না মশাগী অচিন্ত্যশক্তিগী মথায়না অন্তর্যামী ওইনা জীব খুদিংগী থম্মোইদুংদা লৈরগা মায়া-চুবা থম্মোইগদি শোক্ল-শল্লদে, মথৌ অদুগুম্বা হ্লাদিনীগী বৃত্তি ওইবা ভক্তিসু মশাগী অচিন্ত্য শক্তিগী মথায়না মায়া-চুবা চিত্তবু শোক্ শল্লদবমখৈ জীবগী চিত্তদা লৈবা ঙম্মী। উপলব্ধিদি ( ফংবা নত্রগা খংবা ) চিত্তগী থবক্নী হায়দুনা অদুগা প্রাকৃতচিত্তনা প্রাকৃত-নত্তবা পোৎ অমত্তবু উপলব্ধি তৌবা ঙমদে হায়দুনা ভক্তিগা শল্লদবা প্রাকৃত চিত্তনা মতমদুদসু ভক্তিদুবু উপলব্ধি তৌবা ঙমদে। পূর্ব্বং জ্ঞানবৈরাগ্যাদিষু মোক্ষসিদ্ধার্থং কলয়া বর্ত্তমানয়া অপি সর্ব্বভূতেষু অন্তর্যামিন ইব তস্যাঃ ( ভক্তেঃ ) স্পষ্টোপলব্ধির্নাসীদিতিভাবঃ। গীতাগী ১৭/৫৪-গী টীকাদা চক্রবর্ত্তীনা ইরম্বনী। নিংগা লোয়নবা ভক্তিমার্গগী সাধন তৌবগনা মায়াবু মপূক্‌ফানা মায়থীহন্‌বা ঙম্মী হায়বসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী ১১/২৫/৩২-শ্লোকা হায়বদুদগী খংবা য়াই। "এতাঃ সংসৃতয়ঃ পুংসঃ গুণকর্ম্মনিবন্ধনাঃ। যেনেমে নির্জ্জিতাঃ সৌম্যগুণা জীবেন চিত্তজাঃ। ভক্তিযোগেন মন্নিষ্ঠো মদ্‌ভাবায় প্রপদ্যতে॥" মায়াবু মায়থীহন্‌বগী মথংমনাংগী মরমদসু শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌না হায়—"রজস্তমশ্চাভিজয়েৎ ( সত্ত্ববু ফজনা সেবা তৌবনা ) রজঃগা তমঃগবু মায়থীহনগদবনী। সাত্ত্বিক ভাব লৌদুনা ভজনাঙ্গ অসুম অসুম তৌথরগা ভক্তিরাণীনা কৃপা তৌবিদুনা সত্ত্বময়ী বিদ্যাদা শক্তি অমা পীগনী, শক্তিদুগী মপাল্লা রজঃগা তমঃগা অনীগী ওইবা অবিদ্যাবু তাম্থোক্‌খি ; ঝাকমুসী

চক্রবর্ত্তীপাদনা গীতা শ্লোক ১৮/৫৫ দুবগী টীকা "ভক্তেরেব কলা কাচিদ্বিদ্যা-সাফল্যার্থং বিদ্যায়াং প্রবিষ্টাঃ ॥" হায়বদিদগী থক্তবা ওন্মী। মতৌ অদুম্না শক্তিচেন্বী বিদ্যানা রজস্তমোগী মশক ওইবী অবিদ্যাবু মপুঙ ফানা মায়থীবা পীরগা নছা মথন্তুমক চিত্তদুদা তাম্বাইহনা লৈ। মতমতুদমক ভক্তি মথন্তগী মতেঙনা সত্ত্বরূপা বিদ্যাবুসু মায়থীহল্লী। সত্ত্বঞ্চাভিজয়েদ্ যুক্তো নৈরপেক্ষেণ শান্তধীঃ। শ্রীমদ্ভাগবতম্ ১১/২৫/৩৫। ( নৈরপেক্ষেণ—ভক্ত্যৈবৈতুকেন, চক্রবর্ত্তী )॥" সত্ত্বদি স্বচ্ছ-নী ( মুংশেনখিল্লা মনুঙ ফাওনা উবা য়াবনী )। মসিদা অতোপ্পা পোৎকী মমি তাবা য়াগনী। সত্ত্বদা ফোঙ-দোক্কবা ( প্রকাশক ওইবা ) গুণ লৈ ; মসিনা অতোপ্পা পোৎপু প্রকাশ তৌবা ( ফোঙদোকপা ) ওন্মী। শান্তত্ব ( শান্ত ওইবগী ) গুণসু লৈ ; মরম-সিনা মসিনা জ্ঞানগী হেতুনী। মরমসিনা রজগা তমগবু মায়থীবা পীরগা সত্ত্ব মথন্তুমক থাম্মোইদা ডান্দুনা লৈবা মতমদা সাধক তত্তুনা সুখ (নুংঙাইবা), ধর্ম্ম অমসুং জ্ঞান-নচিংবা পোক্লকয়ি। "যদেতরৌ জয়েৎ সত্ত্বং ভাস্বরং বিশদং শিবম্। তদা সুখেন যুজ্যেত ধর্ম্মজ্ঞানাদিভিঃ পুমান্ ॥ শ্রীমদ্ভাগবতম্ ১১/২৫/১৩ ॥" মসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মতুদি—অবিদ্যানা মাঙখ্রগা বিদ্যাতনা চিত্তবু কূপ্লবা মতমদা বিদ্যাদি ( হায়বদি সত্ত্বদি ) স্বচ্ছ (মনুংসংবা) ওইবনীনা মতুদা শুদ্ধসত্ত্বগী মমি তাই অমসুং সত্ত্বনা প্রকাশক ওইবা মরম্না মমি-তাররিবা (প্রতিফলিত ওইররিবা) শুদ্ধ সত্ত্বনা চিত্তদা ফোঙ কাওরকয়ি অমসুং মতুগী ফল ওইনা সুখ খজিক্কংগা জ্ঞান খজিক্কংগা থোরকয়ি। শুদ্ধ-সত্ত্বসিনা মছাগী অচিন্ত্য শক্তিগী ময়ায়না বিদ্যা-না কূপ্লবা চিত্তদা মমি তাত্তনা চিত্তত্বদগী বিদ্যাবুসু তাম্থোকয়ি। মতৌ অসুম্না, অবিদ্যাগা বিদ্যাগা অনীনা মাঙখ্রগা চিত্ততু মপুঙফানা মায়া-কোক্লবা—ভক্তিনা দোষ চাম্থোক্লবা—ওইহনা শুদ্ধসত্ত্বনা থোরকপদা মতীকচাবা—হায়বদি শম্নবা য়াবা—ওইরকয়ি। মতমতুদা চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্ব থোরকয়ি—হায়বদি শুদ্ধসত্ত্বনা নত্রগা ভক্তিনা মাবু শোক্-শম্লে। মতৌঅসুম্না শুদ্ধসত্ত্বনা শোক্-শম্নররবদা চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্বগা অমতা ওইশল্লী। মতমতুদা প্রাকৃত ওইবা তোকয়ি, মতমতুদা মতুনা অপ্রাকৃত ওই। মতৌ অসুম্না চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্বনা রত্তিনচিংবা ওইথংলকয়ি।




মথক্তা নৈনরিবা অসিগী মচিং ওইবা রাদি অসিনী সাধনভক্তি তৌগদকপনা অহানবদা রজস্তমোময়ী অবিদ্যা মাংতুনী ; মতমম্ভা চিত্তদা সত্ত্বময়ী বিদ্যাদমক লৈহৌয়ি ; মতংদা চিত্ততা শাক্রেনি ওইবা শুদ্ধসত্ত্বনা প্রতিফলিত ওইরগা অমুক অমুক তৌরকপনা বিদ্যাদুসু তাংখোকয়ি। মতম-হুদা চিত্তদগী মায়ানা মপুংফানা মাংখিতুনা চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্বগী থোরককম্ ওইবদা মতীক চায় ( হায়বদি শুদ্ধসত্ত্বনা চিত্তদো শোক্-শম্নবা য়ারে )। শুদ্ধসত্ত্বনা শোক্নরবদা চিত্তহু শুদ্ধসত্ত্বগা অমতা ওইশল্লী (মতুংদি মৈগা য়োংকা তাদাত্ম্য ওইবগুম্বা) ; শুদ্ধসত্ত্বগা অমতা ওইখ্রবা চিত্তদদা শুদ্ধসত্ত্ব থোরকুনা রতিগী শক্তম্ লৌখৎলকয়ি।

মূল ১০

সাধুসঙ্গ হৈতে হয় শ্রবণ-কীর্ত্তন।
সাধনভক্ত্যে হয় সর্ব্বানর্থনিবর্ত্তন ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

সাধুসঙ্গ হৈতে—মহৎসঙ্গদগী ; হয়—ওই ; শ্রবণ—নাকোংনা তাবা ; কীর্ত্তন—শকশোনবা ; সাধনভক্ত্যে—সাধনভক্তিনা ; হয়—ওইয়ে ; সর্ব্বা-নার্থ—অনর্থ ( পরমার্থ নত্তবা ) পুম্বা ; নিবর্ত্তন—মাংবা।

মৈতেইলোন্দা হন্দোকপা

মহৎশিংগা তিন্নবদগী শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা সাধনভক্তি তৌয়ি। সাধন-ভক্তি তৌবদগী অনর্থ পুম্নমক লেপ্পী।

## নৈনরোল

**সর্ব্বানর্থনিবর্ত্তন**—অনর্থ পুম্নমক হনবা। **অনর্থ**—অর্থ ( কান্নবা ) হায়বদি পরমার্থ নত্তবা অহুবু অনর্থ কৌয়ি ; ভুক্তিমুক্তি পাম্বনচিংবা ; কৃষ্ণবু পাম্বা অমসুং কৃষ্ণভক্তি পাম্বা নত্তবা অতৈ অপাম্বা। মাধুর্য্যকাদম্বিনীগী মত মতুং ইন্না অনর্থগী মথল মরিথরী—দুষ্কৃত (থবক ফত্তবা)-দগী পোকপা, সুকৃত ( থবক অফবা )-দগী পোকপা ; অপরাধ ( অশোল্-অরাল্)-দগী পোকপা ;

ভক্তিজাত ( ভক্তিদগী পোক্পা )। য়েংথীবা, ফত্তবদা পুক্নীঙ লুপ্পা, শাউব-নচিংববু দুষ্কৃতজাত অনর্থ কৌয়ি। ভোগ-তা লুপ্পবু সুকৃতজাত অনর্থ কৌয়ি। নানাপরাধ পুম্নমক ( সেবাপরাধ-দি নাত্তে ) অপরাধজাত অনর্থনী। অদুগা ভক্তিগী মতেঙনা (ভক্তি-অঙ্গগী অনুষ্ঠানবু উপলক্ষ্য ওইনা থম্নগা) শেন্নচিংবা পূজা, প্রতিষ্ঠা-নচিংবা ফংনবগী আশাদুনা ভক্তিজাত অনর্থনী। ভক্তিগী মশক্ ওইবা মূল ওইবা উশাদা মরেঙ (উপশাখা) গুম্না চাউশল্লক্লগা মূল-ওইবা উশাবু ( ভক্তিবু ) মাঙহল্লী।

অনর্থ মখল মরিসিগী নিবৃত্তি-দি (কোক্পদি) মখল মঙানী ; মস্তুদি—একদেশবর্ত্তিনী, বহুদেশবর্ত্তিনী, প্রায়িকী, পূর্ণা অমসুং আত্যন্তিকী। খজিক্ত-মক কোক্পা অনর্থ-নিবৃত্তিবু একদেশবর্ত্তিনী কৌয়ি। শরুক য়াম্না কোক্পা মকোক্পু বহুদেশবর্ত্তিনী অনর্থনিবৃত্তি কৌয়ি। পুম্নমক ওইরগুম কোক্পা ( হায়বদি খজিক্তং লেম্হৌরিবা ) মকোক্পু প্রায়িকী অনর্থনিবৃত্তি কৌয়ি। মপূঙফানা অনর্থ-নিবৃত্তি ওইরবদি মতুবু পূর্ণা নিবৃত্তি কৌয়ি। পূর্ণা নিবৃত্তিদা অনর্থ পুম্নমক কোল্লবসু অমুক অনর্থ চোংখৎলকপা য়াই। রতি-পোক্লবা ভক্তসু বৈষ্ণব-অপরাধনচিংবা তৌবা য়ারক্মি। অমুক হন্না অনর্থ পোক্পা য়াবগী ফীভম লাক্লরোইদবা অনর্থনিবৃত্তিবু আত্যন্তিকী নিবৃত্তি কৌয়ি॥

অপরাধ-দগী পোক্পা অনর্থ পুম্বা কোক্পা মকোক্তি—ভজনক্রিয়াগী মতুংদা একদেশবর্ত্তিনী, রতি পোক্লগনা প্রায়িকী, প্রেম পোক্লগনা পূর্ণা অমসুং শ্রীকৃষ্ণচরণ ফংলগনা আত্যন্তিকী ওইয়ে। দুষ্কৃতজাত অনর্থ পুম্বগী নিবৃত্তিদি ( কোক্পদি )-ভজনক্রিয়াগী মতুংদা প্রায়িকী, নিষ্ঠাগী মতুংদা পূর্ণা অমসুং আসক্তিগী মতুংদা আত্যন্তিকী ওইয়ে। ভক্তিজাত অনর্থ পুম্বগী নিবৃত্তিদি ভজনক্রিয়াগী মতুংদা একদেশবর্ত্তিনী, নিষ্ঠাগী মতুংদা পূর্ণা অদুগা রুচিগী মতুংদা আত্যন্তিকী ওইয়ে।

মূল ১১

অনর্থনিবৃত্তি হৈতে ভক্ত্যে নিষ্ঠা হয়।
নিষ্ঠা হৈতে শ্রবণাদ্যে রুচি উপজয়॥ ১১॥

## শব্দার্থ

অনর্থনিবৃত্তি—অনর্থ কোকৃপা ; হৈতে—দগী ; ভক্ত্যে—ভক্তি অঙ্গদা। নিষ্ঠা—লুপ্পা ; হয়—ওই ; নিষ্ঠা হৈতে—নিষ্ঠাদগী ; শ্রবণাদ্যে—শ্রবণ-চিংবা ; রুচি—হৈনবা, হাওবা ; উপজয় —পোকৃয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনর্থ কোক্রবা মতুংদা ভক্তিদা নিষ্ঠা ওই। নিষ্ঠাদগী শ্রবণ-তৌবন-চিংবদা রুচি ( হৈনবা নম্রগা মহাও ) পোকৃয়ি।

## নৈনরোল

ভক্ত্যে নিষ্ঠা—ভক্তি অঙ্গদা লেঙদবা মরৈশন্। ভক্তিসঙ্গ তৌবদা পুক্নীঙ লৈইশনবা, করিগুম্বা মতমদা পুক্নীঙ হন্দোরক্তবা। শ্রবণাদ্যে রুচি—শ্রবণ-কীর্তনচিংবা ভক্তিঅঙ্গ তৌবদা রুচি ( হায়রবদি পাম্বা অমসুং অপাম্বত্থু থুংলবা মতুংদা খিত্তং মুংঙাইবা)। ভক্তিঅঙ্গ তৌনীঙলকপা অদুগা মুংঙাইবা থরম্থু ফংলবা মতমত্থুদা ভক্তিদা রুচি পোক্লে হায়না থঙগদবনী।

মূল ১২

রুচি হৈতে ভক্ত্যে হয় আসক্তি প্রচুর।
আসক্তি হৈতে চিত্তে জন্মে কৃষ্ণে প্রীত্যঙ্কুর ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

রুচি হৈতে—পাম্নদগী ; ভক্ত্যে—ভক্তিদা ; হয়—ওই ; আসক্তি—পাম্‌শনবা নম্রগা নপ্‌শনবা ; প্রচুর—মরাঙ কায়বা ; আসক্তি হৈতে—আসক্তিদগী ; চিত্তে—পুক্নীংদা ; জন্মে—পোকৃয়ি ; কৃষ্ণে প্রীতি অঙ্কুর—কৃষ্ণবু মুংশিবগী ময়োন-চোংবা রতি, ভাব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রুচিদগী ভক্তিনা মরাঙ কায়না আসক্তি ওইরকৃয়ি ; আসক্তিদগী চিত্তদা কৃষ্ণবু মুংশিবগী ময়োন্ চোংখৎলকৃয়ি ( রতি হায়রবদি ভাব পোকৃয়ি।

## নৈনরোল

**প্রীত্যঙ্কুর**—ভক্ত অমগী মহাগী ভাব-কী তৌফম থোক্‌পা সেবা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নীগববু প্রীতি কৌয়ি।

ভজনাঙ্গদা আসক্তি পোক্লবদি চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্লবগী মতীক্‌চাবা ওইরক্‌য়ি, চিত্তদো বিশুদ্ধ ওইরক্‌য়ি ; মতমতুদা চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্লগা রতি হায়না থঙনৈ।

## মুল ১৩

সেই ভাব গাঢ় হৈলে ধরে "প্রেম" নাম।
সেই প্রেম প্রয়োজন—সর্ব্বানন্দধাম ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

সেই ভাব—ভাব অদুনা ; গাঢ় হৈলে—গঙশল্লগা ; ধরে—লৌয়ি ; প্রেম নাম—প্রেম হায়বা মিং ; সেই প্রেম—প্রেম অদুনী ; প্রয়োজন—প্রয়োজন তত্ত্ব ; সর্ব্বানন্দধাম—নুংঙাইবা পুম্নমক্কী মফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাব (প্রীত্যঙ্কুর) অদুনা গঙশল্লবদা প্রেম কৌয়ি। প্রেম অদু প্রয়োজন তত্ত্বনী অদুগা নুংঙাইবা পুম্নমক্কী তুঙফম্নী।

## নৈনরোল

**প্রয়োজন**—প্রেম হায়বসী প্রয়োজন তত্ত্বনী—জীবগী স্বরূপকী তুং-ইনবা মথৌ শ্রীকৃষ্ণসেবা হায়বদু ফংননবগী দমক্তি মসী য়াম্না চঙদবা য়াদবা পোৎনী।

**সর্ব্বানন্দধাম**—প্রেমসী নুংঙাইবা মখেৎ পুম্নমক্কী তুংফম্নী ; মরমদি প্রেম অসিতনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য-মখল পুম্নমক আস্বাদন তৌবা য়াই।

প্রেম শাৎকায়রক্‌পগী মথঙ-মনাওগী মরমদা মথক্কী পয়ারশিংসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক অনীথক লৌখৎলি।

## মূল ১৪-১৫

আদৌ শ্রদ্ধা ততঃ সাধুসঙ্গোঽথ ভজনক্রিয়া ।
ততোঽনর্থনিবৃত্তিঃ স্যাৎ ততো নিষ্ঠা রুচিস্ততঃ ॥ ১৪ ॥
অথাসক্তিস্ততো ভাবস্ততঃ প্রেমাভ্যুদঞ্চতি ।
সাধকানাময়ং প্রেম্ণঃ প্রাদুর্ভাবে ভবেৎ ক্রমঃ ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

আদৌ—ইহানহানবদা ; শ্রদ্ধা—চেৎনা থাজবা ; ততঃ—অতুদগী সাধু-সঙ্গঃ—মহৎকা তিন্নবা ; অথ—অতুগী মতুংদা ; ভজনক্রিয়া—ভজনাঙ্গ তৌবা ; ততঃ—অতুদগী ; অনর্থনিবৃত্তি—অনর্থ কোক্পা ; স্যাৎ—ওই ; ততঃ—অতুদগী ; নিষ্ঠা—নিষ্ঠা ( লৈইথিনবা ) ; রুচি—পাম্বা ; ততঃ—অতুদগী ; অথ—অতুদগী ; আসক্তি—পামশনবা ; ততঃ—অতুদগী ; ভাব—পীতাঙ্কুর ; ততঃ—অতুদগী ; প্রেমা—প্রেম ; অভ্যুদঞ্চতি—থোরকৃহি ; সাধকানাম্—সাধকভক্তশিংগী ; অয়ং—মসী ; প্রেম্ণঃ—প্রেমগী ; প্রাদুর্ভাবে—থোরকপদা ; ভবেৎ—ওই ; ক্রমঃ—মথঙ-মনাও ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবদা শ্রদ্ধা ( থাজবা ), অতুদগী সাধু-সঙ্গ, অতুদগী ভজনাঙ্গ তৌবা, অতুদগী অনর্থ-কোক্পা, অতুদগী (ভজনাঙ্গদা) নিষ্ঠা, অতুদগী ( ভজনাঙ্গদা ) রুচি, অতুদগী (ভজনাঙ্গদা) আসক্তি, অতুদগী ভাব অমসুং অতুদগী প্রেম পোক্লি । সাধকশিংগী প্রেম থোরকপগী ক্রম-নী মসী ।

## নৈনরোল

শ্লোক অসীসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোরকপনী ( ১/৪/১১ ) । শ্লোক অসীসিগী তাৎপর্য্যদি মূল ৯-১৩ পয়ারশিংগী টীকাদা য়েংবিয় ।

**আদৌ শ্রদ্ধা**—অহানবদা শ্রদ্ধা । শ্রদ্ধাসী মথন্তনা হেক্তা থোরকপা নত্তে ; অহানবদা সৎসঙ্গদগী হায়বদি মহৎকৃপাদগী শ্রদ্ধাসী পোক্লি । মসীগী প্রমাণ ওইনা মতুংদা শ্লোক অমা লৌথৎলী ।

মূল ১৬

সতাং প্রসঙ্গান্মম বীর্য্যসংবিদো
ভবন্তি হৃৎকর্ণরসায়নাঃ কথাঃ।
তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি
শ্রদ্ধারতির্ভক্তিরনুক্রমিষ্যতি ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/১/৫৮ মূলদা য়েংঙ্গিয়ু।

সাধুসঙ্গদগী শ্রদ্ধা পোক্‌পনী হায়বতু শ্লোকসীদা হায়রি।

মূল ১৭

যাহার হৃদয়ে এই ভাবাঙ্কুর হয়।
তাহাতে এতেক চিহ্ন—সর্ব্বশাস্ত্রে কয় ॥ ১৭ ॥

শব্দার্থ

যাহার—মহাকী ; হৃদয়ে—থম্মোইদা ; এই—মসী ; ভাবাঙ্কুর—ভাব কৌবা অঙ্কুর, প্রেমাঙ্কুর ; হয়—ওই ; তাহাতে—মঙোন্দা ; এতেক—অসুক-য়াম্বা ; চিহ্ন-খুদম্ (লক্ষণ) ; ওই) ; সর্ব্বশাস্ত্রে—শাস্ত্র পুম্নমক্তা ; কয়—হায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বগী থম্মোইদা প্রেমাঙ্কুরসা থোক্লবদি মঙোন্দা চিহ্ন ( লক্ষণ ) ময়ামসী লৈ হায় শাস্ত্র পুম্নমক্‌।

নৈনরোল

চিহ্নশিংদি মতুঙদা লাক্লিবা শ্লোকসিদা শীঙথারি।

মূল ১৮-১৯

ক্ষান্তিরব্যর্থকালত্বং বিরক্তির্মানশূন্যতা।
আশাবন্ধঃ সমুৎকণ্ঠা নামগানে সদা রুচিঃ ॥ ১৮ ॥
আসক্তিস্তদ্গুণাখ্যানে প্রীতিস্তদ্বসতিস্থলে।
ইত্যাদয়োঽনুভাবাঃ স্যুর্জাতভাবাঙ্কুরে জনে ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

ক্ষান্তি—লাওতক্রদবা ; অব্যর্থকালত্বং—অরেম্বদা মতম মাংদবা ; বিরক্তিঃ—থৌশাদবা ; মানশূন্যতা—মান-পাম্দবা ; আশাবন্ধঃ—আশা ভৌদবা ; সমুৎকণ্ঠা—য়ৌনা থৌরাঙবা ; নামগানে—নাম্ শক্পদা ; সদা—মতম পুম্বা ; রুচিঃ—পাম্বা ; আসক্তিঃ—নপ্পা ; তদ্গুণাখ্যানে—মহাক্কী (ভগবান্গী) গুণ শীংথাবদা ; প্রীতি—পাম্জবা ; তদ্বসতিস্থলে—মহাক্কী লৈফম্দা ; ইত্যাদয়োঃ—অসিনচিংবা ; অনুভাবাঃ—লক্ষণশিং ; স্যুঃ—লৈ ; জাতভাবাঙ্কুরে—ভাবাঙ্কুরসে পোক্লবা ; জনে—মীওয়াশিংদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমগী অঙ্কুরদমক পোক্লিবা মীওয়াশিংদা—লাওতক্রদবা, অরেম্বদা মতম মাংদবা, বিরাগ (পাম্বা পোক্তবা), মান-থিদবা, আশা-লিংবা, থৌরাংগনবা ; মতম পুম্বদা নাম-শক্শোন্বদা রুচি লৈবা, ভগবান্গী গুণশিং শীংথাবদা আসক্তি, ভগবান্না লৈবা মফম্দু মুংশিবা—অসিনচিংবা লক্ষণশিং লৈ ।

## নৈনরোল

শ্লোকশিংসে ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লোথোরক্পনী (১/৩/১১)। শ্লোকশিংসিদা পল্লিবা লক্ষণশিংগী তাৎপর্য্যদি তুংদা লাক্লিবা পয়ারশিংদা তাক্লি ।

### মূল ২০

এই নব প্রীত্যঙ্কুর যার চিত্তে হয় ।
প্রাকৃত ক্ষোভে তার ক্ষোভ নাহি হয় ॥ ২০ ॥

### শব্দার্থ

এই নব—অসী অনৌবা ; প্রীত্যঙ্কুর—ভাব কৌবা অঙ্কুর ; যার—মহাক্কী ; চিত্তে—থম্মোইদা ; হয়—ওই ; প্রাকৃত ক্ষোভে—প্রাকৃত ওইবা পোৎকী-দমক লাওতক্লবনা ; তার—মহাক্কী ; ক্ষোভ—লাওতক্লবা ; নাহি হয়—ওইদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বগী চিত্তদা অনৌবা প্রীতিঅঙ্কুরসে চোংথংলক্লবদি প্রাকৃত ক্ষোভনা মাগী ক্ষোভ ওইদে।

## নৈনরোল

প্রাকৃত-ক্ষোভে নচিংবা—পয়ারসিগী তংখায়দা শ্লোক অসিদা য়াওরিবা 'ক্ষান্তি' শব্দগী অর্থ ফোঙদোক্লি। ক্ষান্তিগী অর্থদি ক্ষোভ-লৈতবা ( লাংতরুদবা ) হায়বনী। সংসারদা মপা, মমা, তালোই, পারি-মযোম্নচিংবগী নায়েক্‌পদা, শিবদা, অতুগা মরল্লাই মছাগী শিনি হায়বা আশঙ্কাদগী, সংসারগী ওইবা অতৈ থৃদোংথীবা লাক্‌পা মতমদা মী অয়াম্বগী চিত্তদা য়াম্না নুংঙাইতে অমসুং শৃক্‌থৈ ; মতুদা চিত্তহু লাংতক্লে ইচোই চোই ; করিগুম্বা হীরম অমতদা পূক্রীঙ চপ য়ুঙনা চঙবা ওম্‌দে। মসিনী চিত্তগী ক্ষোভ হায়বদো। অতুবু কনাগুম্বা মী অমগী চিত্তদা প্রেমাঙ্কুর পোক্ল-বোইদি ক্ষোভগী কারণ লৈনা লৈনা মাগী চিত্তদা ক্ষোভ (লাংতরবা) পোক্কে। অরাবা লীশীঙ লীশীঙ লাক্লবসু ভজন তৌবদগী মপুরীঙ হনবা লৈতে। শ্রীবাসগী মাঙ্গোন্দা শ্রীগৌরসুন্দরনা মাগী পরিকরশিংগা লোয়নবা কীর্ত্তন তৌরিঙৈদা ইমুঙদা শ্রীবাসগী মচানুপা অমা শিরম্মী, মতুদা শ্রীবাসগী ক্ষোভ মচেং অমতা ওইরম্‌দে। থোঁদোক্লীগী য়া তারবদি প্রভুগী আনন্দ কায়-গনী হায়দুনা শ্রীবাসনা ইমুংগী মী পুম্নদা হায়রম্মী—কনামতনা মরমদী ( মচা শিবগী য়াসী ) কাওথোরক্‌পা য়াদকো হায়না। অশিবা অঙাংদুবু ইমুঙদা থম্লগা মহাক্না হাম্নগী নত্তৌগুম্না নুংঙাইনা কীর্ত্তন-দা য়াওরে ; মহাক্কী মায়থোঙ অনদি মতৌ নরাঙ উরগা মাগী মচা কায়নবগী য়াদু কনামতনা থঙবা ওম্‌খিদে। মসিনী ক্ষান্তিগী লক্ষণ দি। ব্রাহ্মণগী শিরাপ্তগী তক্ষক-না চীতুনা মহারাজ পরীক্ষিৎ শিরগনী হায়বসী শোয়দ্রে হায়না থঙলগনু মহাক্না শিননবা শেম শারগা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী মচীন্দগী হরিকথা শ্রবণ তৌনবা ফম্লম্মী ; থরাই য়াম্না য়াওনা অমসুং য়াম্না নুংঙাইনা হরিকথা শ্রবণ তৌরম্মী। নকশল্লক্রবা মৃত্যুগী নুংনাংবনা মাগী পূক্নীঙ লাংতক্‌হনবা ওম্‌খিদে। মসিনী ক্ষান্তিগী লক্ষণ।

মূল ২১

তং মোপযাতং প্রতিযন্তু বিপ্রা
গঙ্গা চ দেবী ধৃতচিত্তমীশে ।
দ্বিজোপসৃষ্টঃ কুহকস্তক্ষকো বা
দশত্বলং গায়ত বিষ্ণুগাথাঃ ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

তং—মাবু ; মা—ঐবু ; উপযাতং—চঙজরক্রবা ; প্রতিযন্তু—লৌশিন্-বিশন্নু ; বিপ্রাঃ—হে বিপ্রশিং ; গঙ্গা চ দেবী—দেবীগঙ্গা ; ধৃতচিত্তম্—চিত্ত কংথোক্লবা ; ঈশে—পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণদা ; দ্বিজোপসৃষ্টঃ—দ্বিজনা থারকপা ; কুহকঃ—মায়া ; তক্ষকঃ—তক্ষক কৌবা লিন্না ; বা—নত্রগা ; দশতু-অলং—চিক্নন্নু ; গায়ত—শকউ ; বিষ্ণুগাথাঃ—কৃষ্ণগী বারী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রম্মী—হে বিপ্রশিং ! ঐ নখোয়দা চঙজরবনী অমসুং ঐহাক পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণদা চিত্ত কংলবনী । নখোয়না ঐবু লৌশিন্-বিয়ু, শ্রীগঙ্গাদেবীনসু ঐবু লৌশিনবিসন্নু । ব্রাহ্মণনা থারকপা পোৎ অহানা মায়া ওইরগে ওইসন্নু নত্রগা তক্ষক ওইরগে ওইসন্নু, মানা ঐবু চীক্‌শন্নু । নখোয়না বিষ্ণুগাথা ( কৃষ্ণগী বারী ) শকখরে ।

## নৈনরোল

নোংমা মহারাজ পরীক্ষিৎনা শাদানবা লেঙলম্মী ; লীকংতেন্ খুত্তা পাগনা পায়না শজী তমা তান্নরকপদা মগন্থমক শরুবা উমং অমদা চঙলম্মী ; আরাম-খোরাংবনা য়াম্না বারহুনা মায়কৈ মরিদা থিক্রবদা করিমত্তা ফংলমদে ; অনকপদা শমীক ঋষিগী আশ্রম উরহুনা মায়কোদোমদা চংখি ; অহুগা উরুরে ঋষিনা শান্ত ওইবা মুক্তিদা ফমহুনা লৈরম্মদো ; অতৈ মী অমত্তা লৈরমদে ; ঈশীঙ খোরাংবনা থনাও গ্রক্-গ্রক্ কংলহুনা পরীক্ষিৎনা মহা হাবনে অহুগা ঈশীঙ খোরাংবনে অহুগী বা হায়রে—ঋষিগী মফমদা তম্না হম্না ঈশীঙ নিরম্মী । ঋষিদি সমাধিদা লৈরম্মী, অহুনা নিংথৌগী বাদো মনাকোঙদা

চঙলম্‌দে। নিংথৌ লেংলক্‌য়ি হায়বসু খঙলম্‌দে। অদুবু মতুংদি রাজা পরীক্ষিৎনা খঙলম্‌দে। মহাক্না অসুম্না খল্লম্মী মতুংদি—ব্রাহ্মণ শমীকনা মহাকপু ক্ষত্রিয়নী হায়দুনা থৌশারম্‌দবনী। মদুনা নিংথৌ য়াম্না শাউখি। শাউবনা ঋষিবু চৈরগা হন্‌গদৌরম্লে, মতমদুদা লম্বীদা লিল্‌ অশিবা অমা উরদুনা লীকংগী মতোন্না লিল্‌ অশিবদু কোংখংলগা শমীক ঋষিগী ভক্তা, য়ান্‌শল্লগা নিংথৌ হন্‌খি। শমীক ঋষিগী মচানুপা শৃঙ্গী খরদং লাপ্তক্না মমান্নবশিংগা শান্নরম্মী ; মমান্নবা অমা-অনীগা পরীক্ষিৎকী আচরণদু উরম্মী ; মখোয়না ব্রা পুন্নমক শৃঙ্গীদা তম্‌খি, শৃঙ্গীনা শাউখিবনা মৈ হৌরদুনা কৌশিকী তুরেনগী ঈশীঙনা আচমন তৌরগা অদী হায়দুনা পরীক্ষিৎতা শাপ তৌখি—ডসিদগী হৌরগা তরেৎনীশুবা কুমীত্তা তক্ষক লিন্না নিংথৌবু চীক্‌শনু। শৃঙ্গীনা আশ্রমদা লাক্লগা মপাগী ভক্তা লিল্‌ উবদা খোল্‌হৌনা কপ্‌খি ; মহাক্না কপ্পদুদা শমীক ঋষিগী ধ্যান কায়খি ; তপ্না তপ্না মীৎ পাঙলগা ভক্তা য়াল্লদবা লিল্‌ অদু উরদুনা খৃৎনা পাব্রগা লং-থোকখি : শৃঙ্গীদা মানা কপ্পগী মরম অমসুং মভক্তা লিল্‌ য়াল্লখদুনা করিগীনো হায়না হংলম্মী। শৃঙ্গীনা ব্রা পুন্নমক তম্লগা শাপ তৌবগী ব্রাসু ঋষিদা তম্‌খি। অদু তাবদা শমীক মথব্রাই য়াম্না কুংনাওখি। খুদক অদুমক্তদা মী থাদুনা নিংথৌদা শাপ-কী ব্রাদু তম্‌হন্‌খি। পরম-ভাগবত পরীক্ষিৎনা ব্রহ্মশাপ অদুবু মহাক্কী লাইবক য়াম্না ফবনী হায়না লৌখি। মহাক্না খন্‌খি—মহাক সংসারদা য়াম্না আসক্ত ওইরবনা ব্রহ্মশাপ তৌহন্দুনা ভগবান্না মহাক্কী সংসার-বন্ধন থদংনবা তান্‌জা অমা পীবিরবনী। অদুদগী মহাক্না গঙ্গা তোর্বান্দা চংলগা শিবা ভাইদুনা অদুম লৈথরগে হায়না সঙ্কল্প তৌখি। মজাবুডো জন্মেজয়দা লৈপাক ভাকৃপগী থবক শিন্নরম্লগা মহাক গঙ্গাপান্ তাম্না লেংখ্রে। মতমদুদা মুনিশিংসু মাগী মাগী শিষ্যগা লোয়ননা মফমদুদা চংদুনা পরীক্ষিৎকী নাক য়ৌখি। মখোয়দা পরীক্ষিৎনা ব্রারোল পুন্নমক তম্লগা মহাক্কী সঙ্কল্পগী ব্রাদু খঙহন্‌খি। মখোয়সু সঙ্কল্পদু চুম্মী হায়না য়াখি। মতমদুদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ঈশ্বরদা আত্মসমর্পণ তৌরগা পুক্নীঙগী

লাওতরুবা মচেৎ অমকাংবা য়াওদবমথৈ মুনিশিংগী চরণ থাদা হঙংলম্মী—"ঐহাক ঈশ্বরদা চিন্ত কংলবনী। মখোয়না চানবিহুনা নথোয়দা চঙজরবা অমনী হায়না ঐবু লৌশনবিয়ু অদুগা ঐগী অরোইবা মতমসিদা লাকে লাক্লগু, নত্রগা ওঙকু মাগী শক্ লৌহুনা কনাগুম্বা মায়না লাকে লাক্লগু, অদুগা ঐবু চাঁকে চাঁক্লগু, মদুদা ঐগী লাওতক্লবা করিমতা লৈরোই।"

মতমং তারেংনীগী মমতদা পোয়দনা শিরগাদোয়রবনী খঙলবমু মহারাজ পরীক্ষিৎকী মপুক্নাও লাওতক্লখিদে। মসী মহাকী ক্ষান্তি-গী (লাওতক্লদবগী) লক্ষণনী।

শ্লোকসী মূল ২০-পয়ারগী প্রমাণনী।

মূল ২২

কৃষ্ণের সম্বন্ধ বিনা কাল নাহি যায় ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; সম্বন্ধ—মরী ; বিনা—নত্তনা ; কাল—মতম ; নাহি যায়—চত্তে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মরী নত্তনা ( মাগী ) মতম চত্তে।

নৈনরোল

পয়ারসিদা অব্যর্থকালত্ব হায়বা লক্ষণগী ৱা হায়রি।

মূল ২০ পয়ারগী অহানবা পংক্তিগা অন্বয় তৌগদবনী॥ থজিক্কমক ওইরবসু মতম থজিক্কদা শ্রীকৃষ্ণভজনগী করিনতা তৌদ্রবদি মতমদু অরেম্বদা মাওবা কৌরে। কনাগুম্বগী চিত্তদা প্রেমাঙ্কুর পোক্লবদি মহাক্না মতম থজিক্ক ক্ষাওবা মতৌ অঙম্বা মাওহন্দে ; মতম পুম্নমক্তা মহাক্না অতৎপা লৈত্তনা পাঠ, কীর্ত্তন, শ্রবণ, মনন-নচিংবা ভগবদ্ভজনগী থবক কৈনোমা নত্রসু কৈনোমা তৌহুনা লৈ। মসিনী জাতরতি ভক্তগী মতম অরেম্বদা মাওদবা ( অবর্থাকালত্ব ) হায়বা লক্ষণদো।

পয়ারসিদা হায়রিবা ৱাফমগী ওইনা শ্লোক অমা মথাদা পীরি।

## মূল ২৩

বাগ্‌ভিস্তুবন্তো মনসা স্মরন্ত-
স্তন্বা নমন্তোঽপ্যনিশং ন তৃপ্তাঃ।
ভক্তাঃ স্রবন্নেত্রজলাঃ সমগ্র-
মায়ুর্হরেরেব সমর্পয়ন্তি ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

বাগ্‌ভিঃ—ৱাহৈনা ; স্তুবন্তঃ—স্তব-তৌবা ; মনসা—পুক্নীংনা ; স্মরন্তঃ—নীংশীংলিবা ; তন্বা—হকচাংনা ; নমন্তঃ—খুরুম্লিবা ; অপি—সু ; অনিশং—অতংপা লৈতনা ; ন তৃপ্তাঃ—পেন্দবা ; ভক্তাঃ—ভক্তশিংনা ; স্রবন্নেত্রজলাঃ—মীৎলু-পিরাং-শিন্থবা ; সমগ্রম্ আয়ুঃ—পুন্সী পুম্বা ; হরেঃ এব—হরিদা ( হরিগী সেবাদা ) ; সমর্পয়ন্তি—কংলী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমপুম্বদা ৱাহৈনা স্তব তৌদুনা, পুক্নীংনা নীংশীংদুনা, হকচাংনা খুরুমজুনসু পেনবা কৌবদা লৈত্রবদা সাধুশিংনা মীৎলুদা পিরাং শিন্দুনা শ্রীহরি তম্না পুন্সী লোইননক কংলি হায়বদি পুন্সীচুপ্পা শ্রীহরিসেবাদা শীজন্নরি ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা (১/৩/১২) য়াওবা হরিভক্তিসুধোদয়-বচনম্ অহুনী ( ১২/৩৭ )।

## মূল ২৪

ভুক্তি সিদ্ধি ইন্দ্রিয়ার্থ তারে নাহি ভায় ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

ভুক্তি—ভোগ ; সিদ্ধি—লঘিমা, অণিমা নচিংবা মীনা চেন্দবা শক্তি ; ইন্দ্রিয়ার্থ—ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা পোৎ ; তারে—মঙোন্দা ( প্রেমাঙ্কুর-পোক্লবা মঙোন্দা ) ; নাহি ভায়—পাম্বাই ওইদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জাতরতি ভক্তগী মফমদি ভুক্তি, মসিদি অদুগা ইন্দ্রিয় থেগনবা পোৎ-শিংদুনা হুন্ডাইনদ্রাই বাসিদা ওইদে।

## নৈনরোল

ভুক্তি—হঙকমুক্কী মপোক্তনে অদুগা হাংমুক্কী মপোক্তনে অনীমক্তা ভোগ তৌনবাই পোৎ। ইন্দ্রিয়ার্থ—মইৎনা উবা, মতম থেংনবা, অফ-অফবা পোৎচে শাক্তমবা, হুঙাইনা লেনবা, নুপী অমসুং মশিংগা লোয়ননা লৈনিন্নবদগী হুংঙাইবা অসিনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা ভোগ তৌনবাই পোৎ।

## মূল ২৫

যো দুস্ত্যজান্ দারসুতান্ সুহৃদ্রাজ্যং হৃদিস্পৃশঃ ।
জহৌ যুবৈব মলবদুত্তমশ্লোকলালসঃ ॥ ২৫ ॥

## শব্দার্থ

যঃ—মহাক ; দুস্ত্যজান্—থাদোকপদা য়াৱবা ; দার—নুপী ; সুতান্—মচানুপা ; ( দারসুতান্—নুপী অমসুং মচানুপাশিং ) ; সুহৃদ্—মরূপ ; রাজ্যং—লৈবাক ; হৃদিস্পৃশঃ—পুক্নীঙদা থেংনবা ; জহৌ—থাদোকখি ; যুবা এব—মথোক্কাবা মী ওইরবসু ; মলবৎ—অনাংবগুম্না ; উত্তমশ্লোকঃ—শ্রীকৃষ্ণবু ; লালসঃ—পানিংবা ; (উত্তমশ্লোকলালসঃ—উত্তমশ্লোক শ্রীকৃষ্ণবু পানিংবা) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎকী মফমদা শ্রীশুকদেবনা হায়খি—উত্তম-শ্লোক শ্রীকৃষ্ণবু লালস-তৌবা ভরত মহারাজনা মথোক্কাবা মতমদা ( পাখং ওইরিঙৈদা ) থাদোক্পদা য়ানবাই-ওইবা, পুক্নীং-হুনবাই-ওইবা নুপী-অঙাংবু, মরূপ, অমসুং রাজ্যবু হকী অনাংবগুম্না পুংথা থাদোক্লমী।

## নৈনরোল

জাতরতি ভক্তশিংনা সংসারদা 'যুনপানবদা' করম্না আসক্ত ওইদবগে

হায়বহ্ ভরত মহারাজন্ থুনম ওইনা লৌহনা শ্লোকসীদা উৎলি। শ্লোকসী মাঙথংবা পয়ারগী প্রমাণনি। মসী শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী লৌখোরক্পনী (৫/১৪/৪৩)।

## মূল ২৬

সর্ব্বোত্তম আপনাকে 'হীন' করি মানে।

### শব্দার্থ

সর্ব্বোত্তম—পুন্নমক্কী অথোয়বা ওইরিবা ; আপনাকে—মহাবু ; হীন—অতোন্বনী ; করি—হায়না ; মানে—লৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জাতরতি ভক্তদি খ্বায়পুম্বদগী অহেন্বা ওইরবসু মহাবু অতোন্বনী হায়না লৌজে।

### নৈনরোল

হীরম পুন্নমক্তা খ্বায়দগী হেন্বা ওইরবসু জাতরতি ভক্তদি মহাবু য়াম্না তোল্লী হায়না লৌজে। মাগী চিঙ্ভদা "তৃণাদপি সুনীচ—নাপীদগীসু হেন্না তোন্বা" হায়বা ভাব অমু পোক্লক্লি। শ্রীরূপ-সনাতন গোস্বামীশিংসে অচৌবা ব্রাহ্মণ-শাগৈদা পোক্পনী অমসুং আচার-নাইবনী, অদুম ওইনমক মখোয় মহাবু অতোন্বনী, আচার-নাইদবনী অমসুং শোক্ল-পন্ন-য়াদবনী হায়না খল্লে ; শ্রীমন্দিরদা চঙবদা মতীক-চাদবনী হায়দুনা করিগুম্বা মতম-দসু শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দিরদা চত্ত্রে, করি হায়নী মন্দিরগা নক্নবা লম্বীদা কাওবা মখোঙ থাংজল্লম্দে—করিনা মখোয়গা শম্নরগা শ্রীজগন্নাথ-গী কনা-গুম্বা সেবক্না মাংখিনী হায়না খল্লম্মী। শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা মহাগী মরমদা অসুম্না হায়রম্মী—"ঐগী মিং পণ্বা মীগী পুণ্য ময়েং তাগনী। ঐগী মিং পণ্বা মীহুদি পাপ্ পুগনী।" "ঐদি অপঙবনী, অতোন্বনী, অপীক্পনী, বিষয়-পাম্বনী।" "ঐদি অমাঙশঙগী হঙুগী হেন্না তোন্বনী॥"

জাতরতি ভক্তদি মতৌ অসুম্না মহাবু পুন্নমক্কী তোন্থনী হায়না

অহংগা অতে পুম্নমকপুন। ঙীরম পুম্বদা মহোন্দগী চেল্লী হায়না লৌরি। মতমত্তুদা মহাক্ন। মজ্জাগী শাইগে গুম্নাক, লন-থুম পদ-মর্যাদা-মচিংবা দমক চাণথোকচদে; ব্রাহ্মণ ওইরবসু চুঙ্গ-চাবা মীদসু দণ্ডবৎ-প্রণাম তৌবদা করিমত্তা হাঙ্গাইদে।

পয়ার তংখাইসিদা মান-শূন্য ওইবগী রা হায়রি। ২০-পয়ারগী অহানবা তংখাইগা অন্বয় তৌগদবনী।

মূল ২৭

হরৌ রতিঃ বহন্নেবো নরেন্দ্রাণাংশিখামণিঃ।

ভিক্ষামটন্নরিপুরে শ্বপাকমপি বন্দতে॥ ২৭॥

শব্দার্থ

হরৌ—শ্রীহরিদা; রতিঃ—ভাব, প্রেমাঙ্কুর; বহন্—পুন্থুনা; এবঃ——ভরত অসিনা; নরেন্দ্রাণাং—নিংথৌশিংগী; শিখামণিঃ—লুহূপকী মণি; ভিক্ষাং—ভিক্ষা (ভিক্ষাগীদমক); অটন্—চৎথুনা; অরিপুরে—য়েক্নবগী ময়ুমদা; শ্বপাকম্ অপি—চুঙ্গ-চাববুসু; বন্দতে—খুরুম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌ পুম্নমকী শিখামণি ওইবা ভরত নিংথৌনা শ্রীভগবান্দা রতি লৈবনা ভিক্ষাগীদমক য়েক্নবগী য়ুমদসু চৎলী অদুগা চুঙ্গচাবা মীদসু খুরুম্মী।

## নৈনরোল

ভরত রাজচক্রবর্তীনী 'মিংথৌরেন্নী', নিংথৌ কয়া-অমনা মহাকী মখা পোল্লম্মী; মহোন্দা তৌরম্বা সম্মান-দি চাংদমঙাই লৈরম্দে; করিগুম্বা পোৎ অমত্তগীদমক মানা মীওোন্দগী মিগদৌবা নিপা নংতে মহাক্তি; মাগী অমাংপা করিমত্তসু লৈরম্দে। মহাকী চিত্তদা ভগবৎ-রতি থোরক্লম্বা মতমদা ভজন-দা বিঘ্ন ওইগনী হায়দুনা রাজৈশ্বর্য্য পুম্নমক থাদোক্খি, ভিক্ষা নিরগা হিংনবা হোৎনরক্লে; রাজ্যৈশ্বর্য্যগী হৌনবী গৌরব পান্নদু লোতুনা

চিত্তদা মথাক লৈরম্বা য়াই হায়না চিংনহুম্বা ভিক্ষাবৃত্তি লৌরম্বনী ; করি হায়নী হায়া য়েঙ্গবম্বা মীগী মফমদসু ভিক্ষা নিথি ; অদুগা ভক্তিগী কৃপানা, মহাবু কয়ামুক হম্বনা য়েংলম্বগে হায়রবু চুঙ্গচাবা মীবু ফাওবা থুরম্থি ।

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদ য়াওবা ( ১৩১৫ ) পদ্মবচন অমনী । মসী মূল ২৬-পয়ারদা হায়বা বাগী প্রমাণনী ।

## মূল ২৮

'কৃষ্ণ কৃপা করিবেন' দৃঢ় করি জানে ॥ ২৮ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; কৃপা করিবেন—চান্‌বিগনী ; দৃঢ় করি—চেৎনা ; জানে—খঙী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণনা মহাকপু কৃপা তৌবিগনী হায়বসী য়াম্না চেৎনা খঙী—বৃত্তি পোক্লবা ভক্তনদি ।

## মূল ২৯

ন প্রেমা শ্রবণাদিভক্তিরপি বা
যোগোঽথ বা বৈষ্ণবো
জ্ঞানং বা শুভকর্ম্ম বা কিয়দহো
সজ্জাতিরপ্যস্তি বা
হীনার্থাধিকসাধকে ত্বয়ি তথা-
প্যচ্ছেদ্য-মূলা সতী ।
হে গোপীজনবল্লভ ব্যথয়তে
হা হা মদাশৈব মাম্ ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

ন—লৈতে ; প্রেমা—প্রেম ; শ্রবণাদি—শ্রবণচিংবা ; ভক্তিঃ—ভক্তি ; অপি—সু ; বা—নত্রগা ; যোগঃ—যোগ ; অথবা—নত্রগা ; বৈষ্ণবঃ—বৈষ্ণব ; ( বৈষ্ণবঃ যোগঃ—বৈষ্ণব যোগ ) ; জ্ঞানং—জ্ঞান ; বা—নত্রগা ;

শুভকর্ম্ম—অফবা থবক ; বা—নত্রগা ; কিয়ৎ—খজিক্তং ; অহো—অহো ; বা—নত্রগা ; সজ্জাতিঃ—অরাঙবা জাতি ; অপি—সু ; ন অস্তি—লৈতে ; তথাপি—অহুম ওইনমক ; হে গোপীজনবল্লভ—হে গোপীশিংগী নুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণ ; হীনার্থসাধকে—অতোন্‌বা অপাম্ববু হেন্না থুংহল্লীঙবা ; ত্বয়ি—নঙোন্দা ; মদাশা—ঐগী আশা ; অচ্ছেদ্যমূলা—তংনবা য়াদবগী ওইবা ; সতী—ওইবদা ; মাং—ঐবু ; ব্যথয়তে—য়াহল্লী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ঐগী প্রেম লৈতে ; প্রেম পোকহন্নবা সাধন ভক্তিসু ঐগী লৈতে; ধ্যান ধারণা-নচিংবা বৈষ্ণবযোগসু অমত্তা তৌবা লৈতে ; জ্ঞান নত্রগা শুভকর্ম্ম অমত্তসু তৌদে ঐহাক্তি । করি অমুক হায়গনী সাধনগী মরু-ওইবা সজ্জাতি হায়বতুসু ঐগী লৈতে । মরমত্বনা গোপীশিংগী নুংশিবা ইবুংঙো, ইছাগী ওইজখিবা অতোন্‌বা য়াথন্দগী হেন্দোকপা অপাম্ববু ওইহন্‌বা ঙম্বা নঙোন্দা থম্বা থদংপা-য়াদবা ঐগী আশাত্বনা ঐবু য়াহল্লি ।

## নৈনরোল

সাক্ষাৎ ওইনা নত্রগা মথঙ মনাও নাইনা ভগবান্‌বু ফংনবগী মরম ওইবা ঙম্মী হায়রত্বনা মতাঙসিদা প্রেম-নচিংবগী য়া পল্লিবনী । প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) ; মসিনা সাক্ষাৎ ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবা য়াই । শ্রবণাদিভক্তি—শ্রবণ-কীর্ত্তন-নচিংবা নববিধা সাধনভক্তি ; সাধন-ভক্তি অসী তৌবনসু শ্রীকৃষ্ণ প্রেম ফংবা য়াই । বৈষ্ণবঃ যোগঃ—পুরক্‌ংদা থুবীমুক্তা নিন্‌বা শ্রীবিষ্ণু লৈবত্ববু ধ্যান-ধারণা তৌবা যোগ, সগর্ভযোগ ; সাধনমার্গদা শ্রীবিষ্ণুবু ধ্যান ধারণা তৌবগী য়া য়াওবনা মসিবু বৈষ্ণবযোগ কৌরিবনী । অসিগুম্বা সগর্ভযোগমার্গগী সাধকসু শ্রীহরিবু ভজন তৌবা ঙম্মী । মরায়বক ফরবদি জ্ঞানমার্গগী সাধক-সু প্রেমভক্তি ফংবা য়াই । শুভ-কর্ম্ম তৌবদগীসু পরাভক্তি ফংবা য়াই । অত্বগা, কৃষ্ণবু ফংনবা সাধন-তৌবদা শাগৈ জাৎ-চাউবা ব্রাহ্মণচিংবনা খুদোঙ-চাবা হেন্না ফংঙী । মরম-ত্বনা সাক্ষাৎ ওইনা নত্রবসু সাধন-তৌবদা সংজাতিনা তেঙবাঙ্ঙী ।

সাধক-না রতি-পোক্‌পা অমা ওইরবস্‌—ভক্তিদগী পোক্‌পা দৈন্য-না মরম ওইহনা মছাবু অতোন্‌বনী হায়না লৌরগা হায়রম্মী—"সাক্ষাৎ ওইনা থৗজদে, নত্তনা খঙদে, কৃষ্ণ ফংনবা উপায় ওইবা। করিমত্তা ঐগী লৈতে ; মরমহৃনা হে কৃষ্ণ! হে গোপীজনগী নুংশিখোইবা! মঙবু সেবা তৌবগী মতৌকচাবা অমা ঐহাক নত্তে। অশেঙবা হায়রগদি, সেবা ফংগে হায়না নীঙবা ফাওবা নীঙদে ঐদি। ঐনা পামজরিবসী ইছাগী মুংঙাইবদনী ; ঐগী মুংঙাইবা ফংনবগী আশাদা নঙনা ঐবু চান্‌বীবা অসিত্তমক পাম্মী ; ঐগী আশাসী অচ্ছেদ্যমূলা-নী—আশাসিগী খোরকফম্‌ 'মূল'-দি ইছাগী মুংঙাইনীঙবনী ; মূল অসিবু থদংপা য়াদরে—হায়বদি ইছাগী মুংঙাইনীঙবসী তাম্বোক্‌পা ঙম্‌দরে ; অসিগুম্বা আশানা ঐবু ব্যগয়তে—য়াহল্লে। অতুবু ঐনা আশা অসিমক্‌ তৌজরি হীনার্থাধিক-সাধকে ত্বয়ি—হীন (অতোন্‌বা, ইছাগী মুংঙাইবা থিবগী ওইবা) ওইবা অর্থ (অপাম্বা) অদুদগী অহেন্‌বা পাঙথোক-ঙম্বা (অধিক ওইনা-ইছাগী মুংঙাইবা থিববু মাঙহন্‌গ্রগা কৃষ্ণগী মুংঙাইবা পাম্ববু পাঙথোক-ঙম্বা, ইছাগী মুংঙাইবা তাম্বোক্‌গ্রগা প্রেম-ভাক্তগী ওইবা অপাম্বা—হায়বদি কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙববু পোক্‌হন্‌বা ঙম্বা) অদুগুম্বা নঙোন্দা (শ্রীকৃষ্ণদা), (ধ্বন্যর্থদি—খোম্থাংদি—অসিনী), "ঐগী চিত্তদা ইছাগী মুংঙাইনীঙবা য়াথল লৈরবস্‌ ঐগী ভরসা অমদি লৈ মতুদি—নঙনা কৃপা তৌদুনা ঐগী অতোন্‌বা বাসনাসিবু তাম্বোক্‌পিহনা কৃষ্ণগী মুংঙাইহন্নবা বাসনাদু পোক্‌হন্‌বিগনী।'

কৃষ্ণনা কৃপা তৌবিগনী হায়বগী চেংনা থাজবগী প্রমাণী শ্লোক অসী।

## মূল ৩০

সমুৎকণ্ঠা হয়—সদা লালসাপ্রধান ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

সমুৎকণ্ঠা—মুংশিবা ফংনবা খৌরাংবা ; হয়—ওই ; সদা—মতম-পুম্বদা ; লালসাপ্রধান—য়াম্না হেন্‌জম্না পাম্‌শন্‌বনা মক্ক ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সমুৎকণ্ঠানা ( কৃষ্ণশিববু ফংননবা খোৎরাংবনা ) মতম পুম্বদা লালসা-গী ভাক্তগী ওই।

নৈনরোল

পয়ারসিদা সমুৎকণ্ঠাগী বা হায়রি। পংক্তিসী মূল ২০ পয়ারগা লোয়ননা অন্বয় ওইরি।

য়াম্না থুনা শ্রীকৃষ্ণসেবা নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংনবগী মমক জাতরতি ভক্তগী উৎকণ্ঠা পোক্‌য়ি। পামশনমনবদগী ওইবা উৎকণ্ঠানী। শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা করি তৌনী-তৌরোই হায়বা খঙদবা, অতুগম্বু মথন্নাইদদি তপ্থবা লৈত্রবা, অসিগুম্বা ফীভম ওইরক্‌য়ি।

মূল ৩১

ত্বচ্ছৈশবং ত্রিভুবনাদ্ভুতমিত্যবেহি
মচ্চাপলঞ্চ তব মা মম বাধিগম্যাম্।
তৎ কিং করোমি বিরলং মুরলীবিলাসি
মুগ্ধং মুখাম্বুজমুদীক্ষিতুমীক্ষণাভ্যাম্॥ ৩১॥

শব্দার্থ-নচিংবদি মূল ২/২/৬১ অতুদা য়েংবিয়ু। শ্লোকসী মূল ৩০-পয়ারগী প্রমাণনী।

মূল ৩২

নামগানে সদা রুচি—লয়ে কৃষ্ণনাম॥ ৩২॥

শব্দার্থ

নামগানে - শ্রীকৃষ্ণগী মিংখৈ শকপদা ; সদা—মতমপুম্বদা ; রুচি—পাম্বা ; লয়ে—লৌয়ি ; কৃষ্ণনাম—শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন শক্‌-শোন্‌বা মতম পুম্বদা য়াম্না পাম্মী জাতরতি ভক্তদি। ময়মন্থুবা শ্রীকৃষ্ণগী নামকীর্ত্তন মতম পুম্বদা তৌয়ি।

## নৈনরোল

পয়ার-ভংখাইনী মূল পয়ার ২৩-গা অন্বয় তৌগদবনী।

## মূল ৩৩

রোদনবিন্দুমকরন্দস্যন্দিদৃগিন্দীবরাদ্য গোবিন্দ।
তব মধুরস্বরকণ্ঠী গায়তি নামাবলীং বালা॥ ৩৩॥

### শব্দার্থ

রোদনবিন্দুমকরন্দস্যন্দিদৃগিন্দীবরা—পীরাং মরীকী মশক-ওইবা খোইহী চেন্থবা মিংস্নাথম্বাল-পান্বী; অদ্য—ঙসী; গোবিন্দ—হে গোবিন্দ; তব—নহাক্কী; মধুরস্বরকণ্ঠী—খোন্থ্ মগী খনাও-পান্বী; গায়তি—(ঈশৈ) শক্লি; নামাবলীং—মিংথৈ পরেং; বালা—মুজানা (চন্দ্রাবলীনা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে গোবিন্দ! খোন্থ্ মগী খনাও-পান্বী চন্দ্রাবলী মুজানা ঙসি নমিং-পরেং শোল্লি, মহাক্কী মীৎস্না-থম্বান্দগী পিরাং মরীকী মশক ওইবা খোইহী চেন্থরি।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী পূর্ব্ববিভাগ অহুদা য়াওবা রতিভক্তি লহর্য্যান্-দগী লৌথোরকৃপনী (১/৩/১৬)।

মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণনাম শক্পদা চন্দ্রাবলীগী রুচি লৈ হায়বহ্ তাক্লি। মসী মূল ৩২ পয়ারগী প্রমাণনী।

## মূল ৩৪

কৃষ্ণগুণাখ্যানে হয় সর্ব্বদা আসক্তি।

### শব্দার্থ

কৃষ্ণগুণ-আখ্যানে—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শক্-শোন্বদা; হয়—ওই; সর্ব্বদা—মতম পুম্বদা; আসক্তি—পাম্গন্বা;

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জাতরতি ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শক্-শোন্বা মতমপুম্বদা পাম্জৈ।

## নৈনরোল

জাতরতি ভক্তদি কৃষ্ণগী গুণ কীর্তন তৌব্রবদি লৈবা হৈনদে। পংক্তিসী মূল ২০—পয়ারগা অন্বয় তৌগদবনী।

## মূল ৩৫

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভো-
মধুরং মধুরং বদনং মধুরম্।
মধুগন্ধিমৃদুস্মিতমেতদহো
মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্॥ ৩৫॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/২১/১৩৬ শ্লোক অদুদা য়েংবিয়ু।

## মূল ৩৬

কৃষ্ণলীলাস্থানে করে সর্ব্বদা বসতি।

## শব্দার্থ

কৃষ্ণলীলাস্থানে—শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নরম্বা মফমদা; করে—তৌরি; সর্ব্বদা—মতমপুম্বদা; বসতি—লৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( জাতরতি ভক্তদি ) কৃষ্ণলীলাগী মফমদা মতমপুম্বদা লৈ।

## নৈনরোল

কৃষ্ণলীলাস্থানবু মংশিবগী মা হায়রি। পংক্তিসী মূল ২০ পয়ারগা অন্বয় তৌগদবনী।

## মূল ৩৭

কদাহং যমুনাতীরে নামানি তব কীর্ত্তয়ন্।
উদ্বাষ্পঃ পুণ্ডরীকাক্ষ রচয়িষ্যামি তাণ্ডবম্॥ ৩৭॥

## শব্দার্থ

কদা—কদৌদৈ; অহং—এনা; যমুনাতীরে—যমুনাগী তোর্বান্দা;

নামানি—মিংশিংদো ; তব—মহাকী ; কীর্ত্তয়ন্—শোন্দুনা ; উন্মাদ:—পিরাং ইরা চেন্দুনা ; পুণ্ডরীকাক্ষ—হে থম্বাল-মীত্তাংপান্‌বা ( শ্রীকৃষ্ণ ) ; রচয়িষ্যামি—শাগনী ; তাণ্ডবম্—জগোই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থম্বালমীৎতাপান্‌বা হে কৃষ্ণ ! করম্বা মতমদা ঐহাক্না যমুনাগী তোর্বান্দা মগুলী নাম ময়াম শোন্দুনা পিরাং শিন্থ-শিন্থনা জগোই শাবা ফংগনী ?

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা জাতরতি ভক্তনা বৃন্দাবন-বাস তৌনীভবগী রা হায়রি ।

মূল ১৮—১৯ দা হায়রিবা জাতরক্তিভক্তগী লক্ষণশিংহ্ পয়ারদা হায়বা অসিদা লোয়রে ।

মূল ৩৮

কৃষ্ণে রতির চিহ্ন এই কৈল বিবরণ ।

কৃষ্ণপ্রেমের চিহ্ন এবে শুন সনাতন ॥ ৩৮ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; রতির—রতি লৈবগী ; চিহ্ন—লক্ষণ, খুদম ; এই—অসী ; কৈল—হায়রে ; বিবরণ—মরোল ; কৃষ্ণপ্রেমের চিহ্ন—কৃষ্ণদা প্রেম লৈবগী (হায়বদি কৃষ্ণবু নুংশিবগী) খুদম্‌দি ; এবে—হৌজিক ; শুন—নাকোঙনা তারো ; সনাতন—হে সনাতন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণদা রতি লৈবগী লক্ষণশিং অসিকাওবদা হায়বা লোইরে । হে সনাতন ! হৌজিক অমুক জাত-প্রেম ভক্তগী লক্ষণ নাকোঙনা তারো ।

মূল ৩৯

যার চিত্তে কৃষ্ণপ্রেমা করয়ে উদয় ।

তার বাক্যক্রিয়া মুদ্রা বিজ্ঞে না বুঝয় ॥ ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

যার—মহাকী ; চিত্তে—চিত্তদা ; কৃষ্ণপ্রেমা—কৃষ্ণবু নুংশিবা ; করয়ে উদয়—থোরকৃয়ি ; তার—মহাকী ; বাক্য—ৱাহৈ-ৱাতা ; ক্রিয়া—থবক ; মুদ্রা—চঙথোন্‌বা মতৌ, মতৌমরাঙ ; বিজ্ঞে—অথঙ-অহৈনসু ; না বুঝয় —খঙদে ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—কনাগুম্বগী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্লগা মহাক্কী ৱাঙথোক্-শক্‌থোক্লকৃপা, তৌথোরকৃপা থবক্কী মতৌমরাংতু হৈশিংলবা মীন‌কাওবা খঙদে ।

### মূল ৪০

ধন্যস্যায়ং নবপ্রেমা যস্যোন্মীলতি চেতসি ।

অন্তর্বাণীভিরপ্যস্য মুদ্রা সুষ্ঠু সুদুর্গমা ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

ধন্যস্য—লাইবক্‌কবা ; অয়ং—মসী ; নবপ্রেমা—অনৌবা প্রেম ; যস্য—মহাক্কী ; উন্মীলতি—থোরকৃয়ি ; চেতসি—চিত্তদা ; অন্তর্বাণীভিঃ—পণ্ডিতশিংনা ; অপি—সু ; অস্য—মতুগী ( অনৌবা প্রেমগী ) ; মুদ্রা—চঙথোন্‌বা মতৌ ; সুষ্ঠু—মপুঙফানা ; সুদুর্গমা—য়ৌনা খঙঙম্‌দবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বগী চিত্তদা অনৌবা প্রেম অসী থোরক্লবদি মহাক ধন্য (লাইবক‌কবা) ওইরে । মাগী ( ৱাঙাঙ-শঙঙাঙগী চঙথোন্‌বতু ) পণ্ডিতশিংনা কাওবা নীঙথিনা খঙবা ঙম্‌দে ।

### নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোরক্‌পনী ( ১/৪/১২ ) ।

**অন্তর্বাণীভিঃ**—অন্তঃ ( থমূঙদা, চিত্তদা ) বাণী ( সরস্বতী ) লৈবা মথোয়না কাওবা ।

শ্লোকসী মূল ৩৯-পয়ারদা হায়বসিগী প্রমাণী ।

মূল ৪১

এবংব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা

জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ।

হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়-

ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ ॥ ৪১ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৭/৯৪ মূলগীদা য়েংবিয়ু।

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগীনী (১১/২/৩০)। মসীসু মূল ৩৯-পয়ারগী প্রমাণনী।

মূল ৪২

প্রেম ক্রমে বাঢ়ে, হয়—স্নেহ, মান, প্রণয়।

রাগ, অনুরাগ, ভাব, মহাভাব হয় ॥ ৪২ ॥

শব্দার্থ

প্রেম—রতিনা ওইখংলকপা অরানবা থাক; ক্রমে—মথঙ মথঙ; বাঢ়ে—হেঙ্গংলী; হয়—ওই; স্নেহ—রতিগী অনীশুবা থাক; মান—রতিগী অহুমশুবা থাক; প্রণয়—রতিগী মরিশুবা থাক; রাগ—রতিগী মঙাশুবা থাক; অনুরাগ—রতিগী তরুকশুবা থাক; ভাব—রতিগী তরেৎশুবা থাক; মহাভাব—রতিগী নিপালশুবা থাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রতিনা ওইখংলকপা অহানবা থাক) প্রেমনা অসুম অসুম হেঙ্গংলকুনা মথং মনাও নাইনা স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব অমসুং মহাভাব ওইরকয়ি।

নৈনরোল

স্নেহ-নচিংবগী ব্যাখ্যাদি মূল ২/১৯/১৭৮ দা য়েংবিয়ু।

মূল ৪৩

বীজ, ইক্ষুরস, গুড় তবে খণ্ডসার।

শর্করা, সিতা, মিশ্রী, শুদ্ধমিশ্রী আর ॥ ৪৩ ॥

শব্দার্থনচিংবা মূল ২/১৯/১৭৯-দা য়েংবিয়ু।

## মূল ৪৪

ইহা যৈছে ক্রমে নির্মল, ক্রমে বাড়ে স্বাদ।
রতিপ্রেমাদিকে তৈছে বাড়য় আস্বাদ ॥ ৪৪ ॥

## শব্দার্থ

ইহা—মসিনা ; যৈছে—গুম্না ; ক্রমে—মথঙ মথঙ ; নির্মল—মোত্তবা ; ক্রমে—মথঙ মথঙ ; বাড়ে—হেন্‌গৎলী ; স্বাদ—মহাও ; রতিপ্রেমাদিকে—রতি-প্রেমনচিংববু ; তৈছে—মতৌ অদুগুম্না ; বাড়য়ে—হেন্‌গৎলী ; আস্বাদ—মহাও।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিনা (চুগীবীজনা) মথঙ মথঙ মোত্তবা হেন্‌গৎপগা লোয়ননা হাওবসু হেন্‌গৎলক্‌য়ি ; মতৌ অদুগুম্না রতি-প্রেম-নচিংবসু হাওবা হেন্‌গৎলক্‌য়ি।

## নৈনরোল

চুগী মরূ, চু-নচিংবগা প্রেম-স্নেহনচিংবগা চাংদম্নবগী মরমদি অসিনী—চুগী মরূদি চুদগী তোঙাম্লাবা পোৎ নত্তে, চুশাংগী তাংকক কয়ামুক্রা চুগী মরূনী, মতৌ অদুগুম্না প্রেমসু স্নেহ-মান-প্রণয়নচিংবদগী তোঙাম্লাবা পোৎ নত্তে। প্রেম-স্নেহ-মান-প্রণয়নচিংবা পূম্নমকসী শুদ্ধসত্ত্ব বিশেষাম্বানী, চিচ্ছক্তি অমথক্সা ওইবা শক্তম্ ভাক্তনী। ইক্ষুবীজনচিংবগা প্রেম-নচিংবগা মরম পূম্নমক্কা চাংদম্নবদি য়ারোই। চুদগী চুহী (রস), চিনি-নচিংবা কংগে হায়রবদি চুনচিংবগী শরূক কয়া হন্দোক্‌খ্রি ; হন্দোক্লিবা শরূকশিংদো রস-গুড় (চুহী-চিনি অঙাঙবা) নচিংবদগী অতোপ্পা পোত্তানী। অদুগা, প্রেম-দি মথঙ-মথঙ হেন্‌গৎলক্লগা স্নেহ-মান-প্রণয়নচিংবা ওইরক্লিবনী, হেন্‌গৎলকপা মতম মতমদুদা করিগুম্বা মতাঙদা মদুগী কব্রিগুম্বা শরূক অমত্তা হন্দোক্কে ; মদুগী মনুঙদা অতোপ্পা থুনাম্বা পোৎ অমত্তা য়াওদে ; মাগী হায়রবু মা অশুম অশুম নঙশন্‌বা হেন্‌গৎলক্‌পতনী, অদুগা নঙশল্লক্‌পগা লোয়ননা মদুদা মগুণ হেন্‌গৎলক্‌পদি উবা ফংঙী, মদুদা মহাওসু হেন্‌গৎলক্‌য়ি। মথঙ মথঙ মহাও হেন্‌গৎলক্‌পগী শরূক্তা চুহী-চিনি অঙাঙবনচিংবগা মাগা চাংদম্নবনী।

মূল ৪৫

অধিকারিভেদে রতি পঞ্চপরকার।

শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর-রতি আর ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

অধিকারিভেদে—রতি-লৈবা মী খেন্নবনা ; রতি পঞ্চপরকার—রতিদি মখল মঙানী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রতিগী অধিকারীশিংগী মরক্তা খেন্নবা মতুং ইন্না রতি মখল মঙানী মহুদি শান্ত, দাস্য, বাৎসল্য অমস্তুং মধুর-রতি।

## নৈনরোল

কনাগুম্বা অমনা মরম্নাই ভাবকা চুনগদবা মওংগী নিষ্ঠা শ্রীকৃষ্ণদা থম্নবা অদুগা মরম্নাই ভাব অদুগা চুনগদবা সেবা তৌহনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিনীঙবা—অদু রতিনী। মহুদি, শ্রীকৃষ্ণ ঐগী প্রভুনা (মপুনী), ঐনা মাগী মনাইনী (দাসনী)—অম্নুম হায়না শ্রীকৃষ্ণদা থম্বা নিষ্ঠা, অমস্তুং দাস ওইনা পৃক্রীড থম্নাই পুল্লপ্ হৈজন্দুনা সেবা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নীঙবা, মসী দাস্য রতি-নী। শ্রীকৃষ্ণদি ইচানী, ঐনা মাগী মমা নত্রগা মপানী হায়বা ভাব-অসিদা শ্রীকৃষ্ণদা থম্বা নিষ্ঠা অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণবু য়োক্‌কম-খোক্‌পা (লাল্য-নী) হায়না লৌহনা-য়ারাক্-য়াঙম্বা, ফুবা, চৈবনচিংবা তৌরগা মহাক্কী মঙ্গল ওইহন্নবা অমস্তুং মচাদা তৌফম-খোক্‌পা (বাৎসল্যময়ী) সেবা তৌহনা মহাকপু নুংঙাইহন্নীংবা, মহু বাৎসল্যরতিনী।

মূল ২/১৯/১৮৪গী নৈনরোলস্তু য়েংবিয়ু।

মূল ৪৬

এই পঞ্চ স্থায়িভাব হয় পঞ্চরস।

যে রসে ভক্ত সুখী—কৃষ্ণ হয় বশ ॥ ৪৬ ॥

## শব্দার্থ

এই—অসী ; পঞ্চ—মঙা ; স্থায়িভাব—লেঙদবা ভাব ; হয়—ওই-রক্‌য়ি ; পঞ্চরস—রসমঙা ; যে রসে—রস কৈমোনদা ; ভক্ত সুখী—ভক্তনা নুংঙাইজে ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; হয় বশ—(ভক্তনা) হায়বা য়াবীরে, (কৃষ্ণবু ভক্তনা) খুত্তুম চল্লী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্থায়ী ভাব মঙাসিনা রস মঙা ওইরক্‌য়ি । ভক্তনা নুংঙাইগদবা রসতুনা কৃষ্ণবু খুত্তুম চল্লী ।

## নৈনরোল

এই পঞ্চ স্থায়ী ভাব—শান্তরতি, দাস্যরতি, সখ্যরতি, বাৎসল্যরতি অমসুং মধুররতি—রতি মঙাসী মথংশিংনা শান্তরস, দাস্যরস, সখ্যরস, বাৎসল্যরস, অমুগা মধুর-রসগী স্থায়ী ভাব নী । শান্তরতিসে শান্তরসদা মতমপুম্বদা তংপা-লৈতনা অহুম মরৈবনী ; মরমসিনা মাবু শান্ত-রসগী স্থায়ী ভাব কৌয়ি । রস অতৈগী য়াম্নু অসী মঙায় । রস অমদা নিত্য ওইনা তংপা লৈতনা লৈবা রতিদু রসতুগী স্থায়ী ভাবনী । শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা রতি অহুমক স্থায়ী ভাব-নী । "স্থায়ীভাবোঽত্র স প্রোক্তঃ শ্রীকৃষ্ণ-বিষয়া রতিঃ ।"—ভক্তিরসামৃত-সিন্ধু (২/৫/২) ।

পঞ্চরস—শান্তরস, দাস্যরস, সখ্যরস, বাৎসল্যরস অমসুং মধুররস ।

পঞ্চ স্থায়িভাব হয় পঞ্চরস—স্থায়ী ভাব মঙাসিনা রস মঙা ওই-রক্‌য়ি । শান্ত-নচিংবা রতি নত্রগা স্থায়ী ভাব মঙাসীনা—বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক ভাব অমসুং ব্যভিচারী-ভাবকা লোয়ননা তিন্নরবদি রস মঙা ওই-রক্‌য়ি । বিভাবনচিংবশিংগা তিন্নরগা মথক্তা পল্লিবা স্থায়ী ভাবশিংসী অঙক-কংবা মহাও অমা চেন্‌থংলক্‌য়ি হায়দুনা মথোয়বু রস কৌরিবনী ।

যে রসে নচিংবা—বিভাবনচিংবগা তিন্নরগা কৃষ্ণরতিনা রস ওইরবা মতমদা মদুবু আস্বাদন তৌরগা ভক্তশু য়ৌনা হরাওজে অদুগা শ্রীকৃষ্ণসু য়ৌনা হরাওজে ; শ্রীকৃষ্ণনা কয়ামুক নুংঙাইবগে হায়ববু, রতি রতিদুগী

তুঙফম ওইবা ভক্তশিংগী মথা পোন্‌বদা য়োনা পোল্লী। অসিগুম্বা রসগী তুঙফম ওইবা ভক্তশিংগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্বী—অহং ( ঐ ) ভক্তপরাধীনঃ ( ভক্তগী মথা পোল্লী )। রসগী অথোই-অহেন্‌গী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী মথা পোন্‌বগীসু অথোই-অহেন্ লৈ। রস অতৈদগী মধুর রসদনা মহাও হেল্লা লৈ ; মরমসিনা মধুররস-তুঙফম ( পাত্র )-গী মথা-পোন্‌বনা খ্বায়দগী হেল্লী ; মরমতুনা শ্রীরাসদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজসুন্দরীশিংগী মফমদা পূক্‌চেল্‌তিংনা হায়রম্বী—মহাক মখোয়গী মফমদা চিরঋণী ওইরে (মতমপুম্বগী ওইনা লমন্‌-তোল্লবনী ) ; লমন্ অসিগী মরীক অমকা ওবা শিংননবা শক্তি মাগী লৈতে। "ন পারয়েঽহং নিরবদ্যসংযুজামিত্যাদি।" শ্রীভাগবতম্ ১০/৩২/২২ ॥ শ্লোকসীনা মতুগী প্রমাণী।

কৃষ্ণরতিগী বৃত্তি অহুম্নী মতুদি—কর্ম্ম, করণ অমসুং ভাব। রতিনা রস ওইরবা মতমদা মহাও-তংনঙাই ওই ( কর্ম্ম ) ; মসীগী মতেঙনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চুপ্পা য়াই (করণ—খুৎলাই) ; রসসিনা খমথেংবা ঙমখৈ ফংলবা মতমদা মছামক্লা মহাওতুগী মশক ওই ( ভাব ) ; মতমতুদা আস্বাদনগী মাধুর্য্যদা আস্বাদকনা ( মহাওতংলিবা মীতুনা ) মুংঙাইবনা কয়ামুক উঙগ্রবগে হায়ববু আস্বাদ্যনা ( হাওরিবা পোৎতুনা ) করিনো অমসুং আস্বাদক-না করিনো হায়বা কাউথোক্‌খিতুনা আস্বাদন ( মহাও ) অতুদমক ভায়বগুম তৌয়ি।

ভক্তিরস কর্ম্ম ওইনা ভক্ত অমসুং শ্রীকৃষ্ণ অনীমক্কী আস্বাদ্য-নী ; অতুগা আস্বাদনগী মাধুর্য্যনা হেন্‌গৎলক্লবদা মসিনা আস্বাদন স্বরূপ হায়বতু ( ভাব ) ওইরকয়ি। রসসিদা উঙথিতুনা ভক্তনা মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি ; স্বয়ং ভগবান্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণসু—মছামক আত্মারাম, নীঙতম্বা পুরুষ ওইন-ওইনমক—ভক্তিরসগী স্বাদ-না হেঙ্গৎখিবনা মতুদা উঙথিতুনা ভক্তশিংগী মথা পোল্লী। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণ সখ্যরসনা বশ তৌখিতুনা সুবলখোয়নচিংববু মরেঙবান্দকা ওবা তোংহল্লী। বাৎসল্যরসনা বশ তৌবা মতমদনা নন্দপিতাগী বাধা ( খুড়ুমগুম্বা খোঙদা পুনবা উগী খোঙঙুপ ) কোক্তা থোংতুনা পুই

অমম্মুং অমুকস্মু যশোদামাতানা মাবু পুনশ্নে হায়বদা অদুম পুলশল্লী। মধুর রসনা বশ তৌবা মগুমদনা শ্রীব্রজসুন্দরীশিংগী শিংঙম্‌দবা লমন তোন্দুনা লৈখি। প্রাকৃত জগৎকী বশ ওইবদা তৌবশুম্বা অগ্নাবদু ব্রজপ্রেমগী বশ ওইবদা লৈতে, অসিদা লৈবদি আনন্দতনী (মুংঙাইবতনী) অদুগা মুংঙাইবদুনা ঙাওবতনী। মসিনী প্রেমগী মচাগী ওইবা ( স্বরূপগত ) ধর্ম্মদি।

অমুক করণ (খুদাই) ওইনা, কৃষ্ণরতিসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌরগা ভক্তনা হায়নঙাই-লৈতনা মুংঙাইজে। মুংঙাইবগী ঙকপা হায়বা অমা লৈবসী কয়ামুক হেন্না মধুর রসদা লৈবগে হায়বনু শ্রীকৃষ্ণ মচামক ফাওবা মুংঙাইবা অসিগী দমক ইলাঙ-লাঙভী। অদুগা মহাক্কী খ্বায়গা মান্নদবা অমদি খ্বায়দগী হেনবা মাধুর্য্যবু মপুঙ-ফানা আস্বাদন তৌগে হায়দুনা অমতা-ঙায়বা করণ-গী মশক-ওইবা মাদন কৌবা মহাভাব অদু বৃষভানু-মমোয়্নোই শ্রীমতী রাধিকাগী মফমদগী ঋণ (শেন্দোন) ওইনা পুরগা শ্রীরাধাগী ভাব-কা কান্তিগা লোৌরগা শ্রীশ্রীগৌর ওইনা মচামক্কী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌরি। য়াকমসী শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী বশ ওইবগী অমম্মুং ঋণী (লম্মন্‌-তোনবা) ওইবগী অয়েৌবী খুদম্নী। শ্রীরাসদা শ্রীকৃষ্ণনা লম্মন্‌-তোনবগী হায়খিবদুদি য়াথস্তনা ( ভাবতনা ) হায়বনী, হায়বদি তৌবিমল-খৎবগী লম্মন হায়বতনী ; অদুগা মহাক্না শ্রীগৌর ওইননবা তোনবা লম্মন্দুদি তশেংবা লম্মন্নী — শ্রীকৃষ্ণগী চঙদবা য়াত্রবা পোৎ, পোৎ অদু মচাগীদি লৈজদবা, মফম অতৈদস্মু লৈতবা, লৈতবা মরম্না মফম অতোপ্পা অমদা ফংলয়োইদবা, অদুগা পোৎতুগী অমতা-ঙাম্নবী মপুদি শ্রীমতী বৃষভানুমমোয়্নোইদনা ওইবা—মাদন কৌবা মহাভাব অদু য়োনা-চানবিহৈবী শ্রীমতী বৃন্দাবনেশ্বরীগী মফমদগী লৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা শিংঙম্নরোইদোবা লম্মনগী লম্মন্‌তোনবা ওইদুনা লৈখি। মসিমক্কী শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী মথা পোনবগী অয়েৌবী মতাঙদি।

ল ৪৭

প্রেমাদিক স্থায়িভাব সামগ্রীমিলনে।
কৃষ্ণভক্তি রস-স্বরূপ পায় পরিণামে ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমাদিক—প্রেম-নচিংবা ; স্থায়িভাব—লেঙদবা ভাব ; সামগ্রী—মচল্ পুন্থা ; মিলনে—তিল্লগা ; কৃষ্ণভক্তিরস-স্বরূপ—কৃষ্ণদা লৈবা ভক্তি-রসগী মশক ; পায়—ফংঙী ; পরিণামে—মমৈদা, ফল ওইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেম নচিংবা স্থায়ী ভাবশিংসে পোংমচল পুন্নমক্কা তিল্লগা মমৈদা কৃষ্ণ-ভক্তিরস ওইরক্ই ।

## নৈনরোল

শান্ত-নচিংবা রতিনভাগী মশক ওইবা স্থায়িভাব-না মতৌ করম্না রস ওইরক্ই হায়বহ্ তাক্লি ।

**প্রেমাদিক স্থায়িভাব**—প্রেম-নচিংবা ওইনা কোঙলকপা স্থায়ী ভাব । শ্রীকৃষ্ণরতিনা মথঙ মথঙ ওইনা প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনু-রাগ, ভাব অমসুং মহাভাব হায়না শক্‌কোঙঙী । "স্যাদ্দৃঢ়েয়ংরতিঃ প্রেমা প্রোদ্যন্ স্নেহঃ ক্রমাদয়ম্ ॥" "ইয়মেব রতিঃ প্রৌঢ়া মহাভাবদশা ব্রজেৎ ॥ শ্রীউজ্জ্বলনীলমণি । স্থা ৪৪, ৪২ ।"

**সামগ্রী**—থোরক্‌ফম্ মরম পুন্নমক । পোৎতুনা নত্রদি পোৎ অমা ওইবা য়াদবা, অতুগুম্বা পোৎ অতু থোরক্‌ফম মরম ( সামগ্রী )-নী । ছানা, চিনি, অমদি খাঙনচিংবা নত্রগদি রসগোল্লা শাবা য়াদে ; মরমসিনা ছানা-চিনি-নচিংবসী রসগোল্লাগী সামগ্রীনী, অর্থদি অসিনী—স্থায়ী ভাব অমনা পোৎখরা তিন্নদ্রবদি কৃষ্ণভক্তিরস ওইরকপা য়াদবা, অতুগুম্বা পোৎখরবু কৃষ্ণভক্তিরসগী 'সামগ্রী' কৌই । স্বাত্তিকভাব অমসুং ব্যভিচারী ভাব অসী কৃষ্ণভক্তিরসগী সামগ্রীনী ।

নৈনরিবা পয়ারসিনা হায়রিবদি অসিনী মতুদি—শান্তনচিংবা ভক্ত মথল মঙাদা প্রেম-নচিংবা ওইনা থৌরিক্‌খিবা কৃষ্ণরতিনা বিভাব-অনুভাব-নচিংবগা তিন্নরগা কৃষ্ণভক্তিরস ওইরক্ই অমসুং আস্বাদনগী অঙকপা হায়বহ্ ওই ।

শান্তরতিনা প্রেমগী ওমথৈফাওবা, দাস্যরতিনা রাগফাওবা, সখ্যরতিনা অনুরাগ-ফাওবা, বাৎসল্যরতিনা অনুরাগগী ওমথৈ-লোইবফাওবা অমসুং মধুরা রতিনা মহাভাবকী ওমথৈ লোইনফাওবা য়োখৎলকপি ; মসিদা খঙবা ওইবী—শান্তদগী দাস্যদা, দাস্যদগী সখ্যদা, সখ্যদগী বাৎসল্যদা অমসুং বাৎসল্যদগী মধুরদা প্রেম নওশন্বা (গাঢ়তা) অমসুং শোন্না উৎপা হেল্লী—হায়বসিনী। মতীকচানা বিভাব-অনুভাবনচিংবা নশক ওইবা সামগ্রীগা তিন্নরগা শান্ত-নচিংবা রতিনা রস ওইরকপা মতমদা—শান্তরসদগী দাস্য-রসনা, দাস্যরসদগী সখ্যরসনা, সখ্যরসদগী বাৎসল্যরসনা, অদুগা বাৎসল্য-রসদগী মধুর-রসনা আস্বাদন-চমৎকারী ওইনা হেল্লী। হৌজিক খঙবা ওন্নি-বদি—মধুররসনা খ্বায়দগী হেন্না আস্বাদন-চমৎকারী ওইবা হেল্লী।

ঋাক্কম অমনা অসিনী। স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ নিত্যবস্তুনী (মতমপুম্বগী ওইবা পোৎনী); শক্তিগী অথোইবা-অহেন্ নাইনা লৈবা মহাকী স্বরূপশিংসু নিত্যবস্তুনী। মতৌ অদুগুম্না কৃষ্ণরতিসু নিত্যবস্তুনী। রতিসিনা ওইরক্লিবা প্রেম-স্নেহ-মান-নচিংবা স্তরশিংসিসু নিত্যবস্তুনী; মরমদুনা শান্তরতি দাস্য-রতিনচিংবা স্থায়ী ভাবশিংসু নিত্যবস্তুভাক্কী; মরমদুনা স্থায়ী ভাবশিংসিনা ওইরক্লিবা রসশিংসু নিত্যবস্তুনী। নিত্যবস্তু হায়বসিগী থোরক্ফম (কারণ) লৈবা হৌনদে। মরমদুনা রসশিংসু তশেংনা থোরক্ফম হায়বা অমা লৈবা হৌনদে। অদুম ওইনমক, বিভাব-অনুভাব-নচিংবনু রসগী কারণ-নী (থোরকফম্নী) হায়বগী তাৎপর্য্যদি অসিনী—বিভাব-অনুভাব-থোয়না রস ফোঙদোক্পগী (অভিব্যক্তিগী) কারণ (থোরক্ফম) হায়বদুনী, অদুগা রসমক্কী কারণ (থোরকফম্) হায়বদুদি নত্তে।

মূল ৪৮

বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক—ব্যভিচারী—।
স্থায়িভাব হয় এই চারি মিলি ॥ ৪৮ ॥

শব্দার্থ

বিভাব—বিভাব; অনুভাব—অনুভাব; সাত্ত্বিক—সাত্ত্বিকভাব;

ব্যভিচারী ব্যভিচারী ; স্থায়িভাব—স্থায়ী ভাব ; হয়—ওই ; এই চারি —মরি অসী ; মিলি—তিন্দুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক, ব্যভিচারী ( নত্রগা সঞ্চারীভাব ) হান্নবা মরিসী তিন্নরগা স্থায়িভাব অহুনা রস হায়বসী ওই ।

নৈনরোল

বিভাব অমসুং অনুভাব—২/১৯/১৮০-কী অতুদা য়েংবিয়ু । সাত্ত্বিক মূল ২/২/৭২ ত্রিপদীগী নৈনরোল য়েংবিয়ু । ব্যভিচারী—ব্যভিচারী নত্রগা সঞ্চারী ভাব মূল ২/৮/১৭৪ পয়ারগী নৈনরোল য়েংবিয়ু ।

মূল ৪৯

দধি যেন খণ্ড মরিচ-কর্পূর-মিলনে ।
'রসালাখ্য' রস হয় অপূর্ব্বাস্বাদনে ॥ ৪৯ ॥

শব্দার্থ

দধি—শঙ্গোম অফম্বা ; যেন—শুন্না ; খণ্ড—চিনি অভাওবা ; মরিচ—মোরোক ; কর্পূর—কর্পূর ; মিলনে—তিল্লগা ; রসালাখ্য—রসালা কৌবা ; রস—রস ; হয়—ওই ; অপূর্ব্ব-আস্বাদনে—অঙকপা মহাওনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শঙ্গোম ফম্বনা খণ্ডনে, মোরোক্কে, কর্পূরনে তিল্লগা রসালা কৌবা রস ওইরগা ঙক্পা ফংনা হাওবগুম্বনী ।

মূল ৫০

দ্বিবিধ বিভাব—আলম্বন, উদ্দীপন ।
বংশীস্বরাদি—উদ্দীপন, কৃষ্ণাদি-আলম্বন ॥ ৫০ ॥

শব্দার্থ

দ্বিবিধ—মথল-অনীগী ; বিভাব—বিভাব (নৈ) ; আলম্বন—আলম্বন ;

উদ্দীপন—উদ্দীপন ; বংশীস্বরাদি—বাঁশীগী মখোল্লচিংবসী ; উদ্দীপন—উদ্দীপন বিভাব-নী ; কৃষ্ণাদি—শ্রীকৃষ্ণনচিংবা ; আলম্বন—আলম্বন বিভাবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিভাব-কী মখল অনী শুই। অমনা উদ্দীপন কৌয়ি অদুগা অমনা আলম্বন কৌয়ি। বংশীস্বর-নচিংবনা উদ্দীপন বিভাব হায়বনী অদুগা কৃষ্ণ-নচিংবনা আলম্বন হায়বনী'।

## নৈনরোল

বংশীস্বরাদি শব্দসিদা আদিপদসিনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ, চেষ্টা, সাজ-সজ্জা, হাস্য, অঙ্গসৌরভ, শৃঙ্গ, বেণু, নূপুর, পদচিহ্ন, লীলাস্থল, তুলসী, ভক্তনচিংবা—শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙহন্বা পোংচৈ খুদিংমকপু হায়রিবনী।

## মূল ৫১

অনুভাব-স্মিত-নৃত্য-গীতাদি উদ্ভাস্বর।
স্তম্ভাদি সাত্ত্বিক-অনুভাবের ভিতর ॥ ৫১ ॥

শব্দার্থ

অনুভাব—অনুভাব ; স্মিত—নোক্পা ; নৃত্য—জগোই শাবা ; গীতাদি—ঈশৈনচিংবা ; উদ্ভাস্বর—নীঙথিজনা ফোঙদোক্রবা ; স্তম্ভাদি—থানাইব-নচিংবা ; সাত্ত্বিক—সাত্ত্বিক ভাব ; অনুভাবের ভিতর—অনুভাবকী মনূঙ চল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোকপা, জগোই শাবা ঈশৈনচিংবা নীঙথিজনা ফোঙদোক্রবা অনু-ভাব নী ; স্তম্ভ-নচিংবা সাত্ত্বিকভাবশিংসু অনুভাবকী মনূঙ চন্বনী।

## নৈনরোল

মফমসিদা অনুভাব থরগী মিং, অদুগা সাত্ত্বিক ভাব থরগী মিং হায়রি ; অদুগা অনুভাবকা সাত্ত্বিকভাবকা থেন্নবদু থঙহল্লি।

শ্রীকৃষ্ণসম্বন্ধী চিন্তবু হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ পোক্লবা চিন্তবু সম্ব কৌয়ি। অসিগুম্বা চিন্তদা পোক্পা ভাব-শিংবু সাত্ত্বিক ভাব কৌয়ি।

অমুক চিন্তদা করিগুম্বা ভাব অমনা য়াম্না কর্রবদি কনখংলক্পা মতম-দুদা ভাব অদুগী খঙহন্নবা মপান্গী দেহদগী বিকার ( শক্-ওল্ ) থোরক্য়ি; মদুদি, চিন্তদা য়াম্না হরাওরবা, অদু ওইরবদি মায় মকালাম্না, মোমোম্না কপ্পনচিংবা উবা ফংই; চিন্তদা য়াম্না য়াবা পোক্লবদি মায় মকুশনবা, মীৎতা পিরাংনচিংবা থোরক্য়ি। চিন্তদা লৈবা ভাব-কী বাহ্য বিকারশিংসিবু অনু-ভাব কৌয়ি। মসিনা ময়াম্না খঙনরবা অনুভাবকী শক্তাক্নী। জীবগী চিন্তা মায়িক ওইবা পোংকা সম্বন্ধ লৈবদগী ভাব পোক্পা য়াই; শ্রীকৃষ্ণগী সম্বন্ধ-দগীসু ভাব পোক্পা য়াই। মায়িক বস্তুগী সম্বন্ধদগী পোক্পা ভাবকীসু মপান্থোংগী বিকার পোক্পা য়াই (মদুদি, মরুপ্নাই ওইবা মী অমগা কায়নর-দগী জীবনা খোল্হৌনা কপ্পী, লাইবক্লচিংবদা খুৎচুম শুই); অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী সম্বন্ধদগী পোক্পা ভাব-কীসু মপান্থোংগী বিকার পোক্পা য়াই (মদুদি "এবংব্রতঃ"-নচিংবা শ্লোক-না প্রমাণী)। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হায়রিবা বহি-বিকারশিংদি কৃষ্ণপ্রেমগী ওাক্নী; মরমদুনা বিকার পুম্নমক্কী সন্দেগী—হায়বদি কৃষ্ণসম্বন্ধি-চিন্তদগী—পোক্পনী হায়দুনা সাত্ত্বিকনা। অগোই শাবা, ইশৈ শকপনচিংবা অনুভাব পুম্নমক্কু সন্দেগী পোক্পনী—হায়বদি শ্রীকৃষ্ণসম্বন্ধী চিন্তদা পোক্পা ভাব পুম্নমক্কুগী মাপান্থোংগী ওইবা শক্-ওল্নী (শক্তোওনী); মরমসিনা নৃত্যগীত-নচিংবা অনুভাবশিংসু সাত্ত্বিক বিকার-নী। অমুকসু স্তম্ভ-স্বেদ নচিংবা সাত্ত্বিকবিকার নীপানসু পুল্লপা অনুভাব নী; মরমদি মখোয়সু কৃষ্ণসম্বন্ধী ওইবা ভাব-কী মপান্থোংগী বিকার ওাক্নী। মতৌ অসুম্না খঙবা ওম্বদি—কৃষ্ণপ্রেমগী সাত্ত্বিক বিকার মথৈ অনুভাবনী। অদুগা কৃষ্ণ-প্রেমগী অনুভাবতবু ওইরবদি মদু সাত্ত্বিক বিকার-নী। মসিনদি সাত্ত্বিক-বিকারগা অনুভাব-কা করিমত্তা থেন্নদ্রে। অদুবু লাইরীকচিংবদদি সাত্ত্বিক ভাবকা অনুভাবকা অতীগীগী থেয়বা তাক্নি। সামগ্রী মরি ভিন্নরগা কৃষ্ণরতিনা রস ওইরক্য়ি হায়বসিদা অমনা অনুভাব-নী; অমনা সাত্ত্বিকভাব-নী;

অতোপ্পা অনীমনা বিভাবকা ব্যভিচারী ভাবকনী। সাত্ত্বিকভাবকা অনুভাবকা অমত্তনী হায়রবোইদি রসগী সামগ্রীসে মরিগী মতম্তা অহুমদোমক ওইবা য়ারে। মসিনা ওইবা তাই— রস শাস্ত্রদা সাত্ত্বিকভাবকা অনুভাবকা তোঙানং তোঙানবনী হায়না শীঙথারিবা। অদুবু তোঙান্-তোঙানবা ওইবসিগী মরম করিনো। হায়বদু খঙনীঙঙাইনী।

নৃত্যগীত, স্তম্ভ, স্বেদনচি বা সাত্ত্বিকবিকারগী মরুদা বিচার খরদি তোগে হায়না কৌবনী অদুগা খরমনা তোগে হায়বা বুদ্ধিদগী তোবা নত্তে। নৃত্য ( জগোইশাবা ), গীত ( ঈশৈ শকপা ), স্তম্ভ (পঙথব'), নিল্লগন (থারো থরো ওনবা), উচ্চরব ( খংলাউ লাউবা ), হুঙ্কারনচিংবা বাক্যবিকারদি বুদ্ধিমূলক-নী (তোগে হায়না খঙনা-খঙনা তৌবনী); চিন্দা করিগুম্বা মুংতাইবা ভাব অমা পোক্লবদি জগোই শানীঙলক্নি; চিন্দা য়াম্না য়াবা মতমদা খোল্ তৌনা কপীঙলক্নি; জগোই শানীঙবদগী শারিবনী অদুগা কপীঙবদগী কপ্পা ঙাক্নি; হন্না ইচ্ছা তৌরগদি, বুদ্ধিনা তৌরোই হায়রগদি জগোইদো শাদবস্ব য়াই অদুগা কপ্দবস্ব য়াই। মরমসিনা জগোইশাবা ঈশৈ শকপনচিংবা-বাক্যবিকারসী বুদ্ধিমূলক-নী। অদুগা স্তম্ভ—স্বেদ—কম্প—নচিংবদি বিকারদি স্বাভাবিকঙাইনী হায়বদি মতা মতম্দা অদুম ওইজরকপনী তোগে-তোংকে হায়না নীংঙুনদনা। স্বেদ ( তুরাঙ চেন্দনা ) কম্প ( হকচাঙ-নীকপা )-নচিংবদু তোংকে হায়না [illegible]।

মাত্তৌ অদুম তৌনা সাত্ত্বিক অনুভাবশিংবু মখল অনী পোক্না ওইদোক্পা য়াই—খরনদি বুদ্ধিপূর্ব্বক্নী, মতুদি জগোই, ঈশৈ, কুপ্পনচিংবা; অদুগা খরমনা স্বাভাবিকী-নী (মতানা অমুক্ ওইজরকপনী); মতুদি পঙথবা-হুনা থোক্পনচি বা। "নৃত্যাদীনাং সত্যপি সত্ত্বোৎপন্নত্বে বুদ্ধিপূর্ব্বিকা প্রবৃত্তিঃ, স্তম্ভাদীনাং তু স্বত এব প্রবৃত্তিরিতাস্থ নৃত্যাদিষু ন ব্যাপ্তিঃ।" মসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী দক্ষিণভাগ-তা অহুমশুবা লহরীগী অনীশুবা শ্লোকী টীকানী।

মখল অনীসিগী খেন্নবা তাক্লনবগীদমক্ বুদ্ধিপূর্ব্বিকা ওইনা থোরকপা বিকারশিংবু অনুভাব ( হায়বদি উদ্‌ভাস্বর অনুভাব )-নী হায়রে ; স্বাভাবিকী ওইনা থোরকপা বিকারশিংবু সাত্ত্বিকভাব-নী হায়রে। পিরাং অমদি নীক্‌পনচিংবদগী জগোই-ঈশৈ-কপ্পনচিংবনা মীনা উবদা তেন্না উবা য়াই হায়দুনা মখোয়সিবু উদ্‌ভাস্বর ( য়াম্না হেন্না ভান্‌বা নত্রগা ফোঙদোক্লবা ) হায়না কৌরম্বসু য়াই।

য়াহং অমা হংবা য়াই মতুদি—স্তম্ভ-নচিংববু সাত্ত্বিক অনুভাব কৌদুনা সাত্ত্বিক ভাব কৌবদি করিগীনো ? ভাব হায়বসিদি চিত্তদা লৈবনী ; মপান্থোংদা মাগী অনুভাবতু উবনী। পাউখুমদি অসিনী—ঘী-গী শক্তিনা আয়ুঃ (পুন্সী) হেনগংলী ; ঘী চায়গদি আয়ুঃ হেঙ্গংকনী ; মরমসিনা ময়াম্না ভাউনবদা (ভাবাদা) ঘীবু আয়ু-নী (আয়ুর্ঘৃতম্) হায়। মতৌ অদুগুম্না চিত্তদা ভাবশিং পোক্লগা দেহেদা অনুভাবশিং থোরক্‌পদো কদৌডৈদসু থোকনু হায়বা য়ারোই ; মসী খঙহনগে হায়দুনা 'আয়ুর্ঘৃতম্' হায়বা ন্যায়গী মতুং ইন্না অনুভাবশিংত্তুবু সাত্ত্বিকভাব-নী হায়রিবনী।

নত্রগা, চিত্তদা লৈবা ভাবশিংনা কারণ (থোরক্‌ফম্) হায়বত্তুনী অত্তুগা স্তম্ভ-নচিংবনা মাগী কার্য্য ( থোরক্লিবা ) হায়বত্তুনী ; কার্য্যকারণগা থেন্নদে হায়বনীনা কার্য্যগী মশক ওইবা স্তম্ভ-নচিংববু সাত্ত্বিকভাব হায়রিবনী।

অনুভাব—স্মিত-নৃত্য-নচিংবা—পয়ারসিদা অনীশুবা পংক্তিদা যাওরিবা 'অনুভাব'-কী অর্থদি সাধারণ বহির্ব্বিকার হায়বনী ; মসীনা নৃত্য-গীত-স্তম্ভ-কম্পনচিংবা মখল পুম্নমক্কী বহির্ব্বিকারবু হায়রিবনী। অদুগা, অহান্‌বা পংক্তিগী অনুভাব-শব্দগী অর্থনা-বুদ্ধিমূলক বহির্ব্বিকার অদুতবু হায়রিবনী। অদুনা পয়ারসিগী অন্বয়দি অসুম্না ওইগনী—( সর্ব্ববিধ-বহির্বিকার রূপ ) অনুভাবের মধ্যে স্মিতনৃত্যগীতাদি ( বুদ্ধিপ্রবর্ত্তিত বিকার সমূহকে ) বলে উদ্‌ভাস্বর অনুভাব, আর, স্তম্ভাদি ( স্বতঃ প্রবর্ত্তিত স্বাভাবিক বিকার সমূহকে ) বলে সাত্ত্বিক ( অনুভাব )।

স্মিত নৃত্য-গীতাদি—নৃত্য ( জগোই ), বিলুণ্ঠন ( লৈপাক্তা থরো থরো ওনবা ), গীত ( ঈশৈ শকপা ), উচ্চরব (গোল্লাউ-লাউবা), গাত্রমোটন ( হকচাঙ মূক-থেকপা ), হুঙ্কার ( হুঙ হুঙ হায়না লাউবা ), জৃম্ভণ ( হাকাব চনবা ), খালাষিকা ( শোর কনখংপা ), লোকাপেক্ষাত্যাগ ( মীনা করি হায়গদগে হায়বা খন্দবা ), লালাস্রাব ( তীন্-চোবা ), অট্টহাস (কাক্-কাক্ নোকপা), ঘূর্ণা ( কোকভাওবা ), হিক্কা (খগোকপা), নীবীভ্রংশ (নীবী কোম্-থরকপা), উত্তরীয়-স্রংসন ( ইনফি নাহুৎবা ), ধম্মিল্লস্রংসন ( শমুজি পুনবা নাম্থোরকপা)—অসিনচিংবা।

স্তম্ভাদি—অশ্রু ( পিরাং ), কম্প ( নীকপা ), পুলক (তু জ্বা), স্বেদ (হুমাঙ), বৈবর্ণ্য (কুচু তাইবা), রোমাঞ্চ (তু চপ্ য়্‌বা) ; স্বরভেদ (খোল-কায়বা) অমসুং প্রলয় ( য়াম্বা ), নীপানগী সাত্ত্বিক ভাব-নী।

## মূল ৫২

নির্বেদ-হর্ষাদি তেত্রিশ 'ব্যভিচারী'।
সব মেলি রস হয় চমৎকারকারী ॥ ৫২ ॥

## শব্দার্থ

নির্বেদ-হর্ষাদি—নির্বেদ হর্ষনচিংবা ; তেত্রিশ—কুন্থ্রাহুমদোই ; বাভিচারী—বাভিচারীনী ; সব—পুম্নমক ; মেলি—তিল্লগা ; রস হয়—রস ওই ; চমৎকার কারী—অঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নির্বেদ-হর্ষ-নচিংবা ব্যভিচারী কুন্থ্রাহুমদোইনী। পুম্নমক তিল্লগা অঙকপা রস ওই।

## নৈনরোল

নির্বেদ-হর্ষাদি-নচিংবা—২/১৯/২৮০ অমসুং ২/৮/১৭৪ পয়ারগী টীকা য়েংবিয়ু।

উজ্জ্বলরসদদি ব্যভিচারী কুন্থ্রাহুমদোইগী মনুঙদা ঔগ্র ( থাকপা লৈত্তনা

শাখিবা ) অমসুং আলস্য ( তনবা ) অনীসি য়াওদে। 'নির্ব্বেদাদ্যাস্ত্রয়স্ত্রিংশদ্ভাবা যে পরিকীর্ত্তিতাঃ। উগ্রোনাস্ত্রেরিমা জ্ঞেয়া বিজ্ঞেয়া ব্যভিচারিণঃ॥ উজ্জ্বলনীলমণি ব্যভিচারী। ১॥" ব্যভিচারী—বি অভি-চর+ণিন্। বি-পূর্ব্বক অভি-পূর্ব্বক চর্ ধাতুগী তুংদা ণিন্ প্রত্যয় তৌরগা ব্যভিচারী শব্দ থোরকপনী। বি-গী অর্থ-থোইদোক্না হায়বনী ; অভিগী অর্থনা আভিমুখ্য ( মায়কৈরোমদা ) হায়বনা ; চর্-ধাতুগী অর্থনা গতি, সঞ্চরণ ( চংপা ) হায়বনী। অদু ওইরবদি ব্যভিচারী শব্দগী যৌগিক অর্থদি—(স্থায়িভাবকী) মায়কৈরোমদা থোইদোকপা মওদা চংলিবা অদুনু ব্যভিচারী কৌয়ি। স্থায়িভাবকী মায়কৈ তন্না থোইদোকনা চংলিবা ভাব অদু ব্যভিচারী ভাব-নী। সঞ্চরণ ( চংপা ) তৌরি হায়দুনা সঞ্চারী ভাব হায়নসু হায়নে।

মূল ৫৩

পঞ্চবিধ রস—শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য।

মধুর-নাম শৃঙ্গার রস সভাতে প্রাবল্য॥ ৫৩॥

শব্দার্থ

পঞ্চবিধ রস—মখল মঙাগী রসনী ; শৃঙ্গার রস—আদি রস ; সভাতে—খুায় পুম্বগী মরক্তা ; প্রাবল্য -পাঙ্গল-লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রস মখল মঙানী, মদুদি—শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর ; মধুররস হায়বা শৃঙ্গার রস অসিনা পুম্নমক্কী হেন্না ( শক্তি অমসুং মহাও হেন্না )। মূল ৪৬ পয়ারগী টীকা য়েংবিয়ু।

মূল ৫৪-৫৫

শান্তরসে শান্তরতি প্রেমপর্য্যন্ত হয়।

দাস্যরতি রাগপর্য্যন্ত ক্রমে ত বাঢ়য়॥ ৫৪॥

সখ্য-বাৎসল্য ( রতি ) পায় অনুরাগ-সীমা।

সুবলাদ্যের ভাবপর্য্যন্ত প্রেমের মহিমা॥ ৫৫॥

### শব্দার্থ

শান্তরসে—শান্তরসদা ; শান্তরতি—শান্তরতিনা ; প্রেমপর্যান্ত—প্রেম-কাংবা ; হয়—ওই ; দাস্যরতি—দাস্যরতিনা ; রাগপর্য্যন্ত—রাগ কাওবা ; ক্রমে—মথঙ মথঙ ; বাঢ়য়—হেনখৎলক্নি ; সখ্য বাৎসল্য—সখ্য অমসুং বাৎসল্য রতিনা ; পায়—ফংঙৌ ; অনুরাগ-সীমা—অনুরাগগী অমথৈ ; সুবলাদ্যের—সুবল-নচিংবগী ; ভাবপর্য্যন্ত—ভাব কাংবা ; প্রেমের মহিমা—প্রেমগী মতীকময়াই ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শান্তরসদা শান্তরতিনা প্রেম-কাওবা য়ৌয়ি ; দাস্যরতিনা অসুম অসুম হেনগৎলক্পনা রাগ-কাওবা য়ৌয়ি ; সখ্যরতি অমসুং বাৎসল্য রতিনা অনুরাগগী অমথৈ ফংঙৌ ; সুবল-নচিংবা প্রিয়নর্ম্মসখা সখ্যরতিদি ভাব-কাওবা য়ৌরক্নি, মসী য়ৌরিবসী সুবলখোয়গী প্রেম মহিমা-ননী ।

## নৈনরোল

ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী লেপ্পাসী মথল মরিনী মতৃদি—সুহৃৎ, সখা, প্রিয়সখা, অমসুং প্রিয়নর্ম্মসখা । সুহৃৎ হায়বা সখাশিংহুনা শ্রীকৃষ্ণদগী চহীদা থক্তিকুং হল্লী ; ফত্তবা মীদগী শ্রীকৃষ্ণবু ঙাক্-শেন্নবা হায়হুনা মখোয়সিনা খুৎলাইগ সু পায় । মখোয়গী সখ্যদা বাৎসল্যগী মণম্ থিল্লী । বলভদ্র, সুভদ্র, বীর-ভদ্র, বিজয়, গোভট-নচিংবসিনা শ্রীকৃষ্ণগী সুহৃৎনী । সখা হায়বসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাওগুম্বনী, মখোয়গী সখ্যদা দাস্যগী গন্ধ লৈ । শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গসেবা (হকচাঙ থৌগল) তৌবদা মখোয়গী অনুরাগ হেন্না য়াওয়ি । বিশাল, বৃষভ, দেবপ্রস্থ, কুসুমাপীড়, মণিবন্ধ, করন্ধম নচিংবসী শ্রীকৃষ্ণগী সখা-গী মশক ওইবা লোপ্পানী । প্রিয়সখাশিংগী চহীমতাঙদি শ্রীকৃষ্ণগীগা অম্বানী ; মখোয়গী ভাব-তি সখ্যগীদনী । শ্রীদাম, সুদাম, দাম, বসুদাম অমসুং কিঙ্কিণী, স্তোক-কৃষ্ণ, ভদ্রসেন-নচিংবসী শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়সখানী । শ্রীপাদজীব গোস্বামীনা হায়—শ্রীদাম, দাম, সুদাম, বসুদাম অমসুং কিঙ্কিণী মখোয় থরসী প্রিয়নর্ম্ম-সখা ওইনসু লৌখোনৈ । মখোয়সী শ্রীকৃষ্ণগী অন্তঃকরণ ( মন ) গুম্বনী ।

প্রিয়বয়স্যগী মনুঙদা শ্রীদাম-না মকোক্লী। অতুগা, প্রিয়নর্ম্মসখাশিংনা সুহৃৎ, সখা অমসুং প্রিয়সখাখোয়দগী হেল্লী. থোইদোকপা ভাব য়াওবা অমসুং য়ান্না থুপ্না থবক্তা মখোয়বু শীজৈ। মখোয়সিনা শ্রীকৃষ্ণগা ব্রজসুন্দরীশিংগা মিলন ভৌনবগীসু মতেঙ পাঙী। মখোয়গী রতিদি ভাব-ফাওবা য়ৌয়ি। সুবল, অর্জ্জুন, গন্ধর্ব্ব, বসন্ত অমসুং উজ্জ্বল-নচিংবসী শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়নর্ম্ম-সখা-নী। মখোয়গী মরক্তা সুবলগা উজ্জ্বলগনা খ্বায়দগী থোইবনী। ( ভক্তি-রসামৃতসিন্ধু ৩/৩/৮—২০ )।

## মূল ৪৮

শান্তাদি রসের যোগ বিয়োগ দুই ভেদ।
সখ্য বাৎসল্যে—যোগাদির অনেক বিভেদ ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

শান্তাদি রসের—শান্তনচিংবা রসগী; যোগ—তিন্নবা; বিয়োগ—কায়নবা; দুই—অনী; ভেদ—মখল; সখ্য অমসুং বাৎসল্যদা; যোগাদির—যোগ অমসুং বিয়োগগী; অনেক—য়াম্বা; বিভেদ—মখল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শান্ত-নচিংবা রসগী যোগ অমসুং বিয়োগ হায়বা মখল অনী লৈ। সখ্য অমসুং বাৎসল্যরসদা যোগগা বিয়োগগী মখল য়াম্না লৈ।

## নৈনরোল

যোগ—শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ভৌববু যোগ কৌয়ি। "কৃষ্ণেন সঙ্গমোযস্তু স যোগ ইতি কীর্ত্যতে। ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ৩/২/৬৭ ॥"

বিয়োগ—শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গ ফংলবা মতুঙদা কায়নরবদি কায়নবা অদুবু বিয়োগ কৌয়ি। "বিয়োগো লব্ধসঙ্গেন বিচ্ছেদো দম্বুজদ্বিষা ॥ ভক্তিরসা-মৃতসিন্ধু ৩/২/৫৬ ॥"

যোগ-গী বিভেদ - যোগগী মখল অহুমী মতুদি—সিদ্ধি, তুষ্টি অমসুং

স্থিতি। য়ৌনা খোঁরাংলবা ফীজন্দা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা অহু সিদ্ধি কৌয়ি। কায়নরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ ফংববু তুষ্টি কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা পুল্লপ লৈমিন্নববু স্থিতি কৌয়ি।

বিয়োগগী বিভেদ—বিয়োগগী মথক তরানী। তাপ (নৈশা), কৃশতা (য়াঙকংশন্বা), জাগর্য্যা (অহিং তুম্দবা), আলম্বশূন্যতা (পুক্নীংগী লৈত্নাফম লৈতবা), অধৃতি (মরম পুম্নমক্তা হৈন্দবা), জড়তা (হকচাং পঙথবা), ব্যাধি (অনাবা), উন্মাদ (ভাংবা), মূর্চ্ছা (বাঙবা) অমসুং মৃতি (শিবা)।

মৃতি—শিবা (মৃত্যু)। শিবদি অমঙ্গলগী চিন্নী; মরমতুনা মঙ্গলময় শ্রীভগবান্গী ভক্তলক্তা সাধকভক্তদনী শিগদবসে; মাগী মফমদা শিবদি অমঙ্গলগী খুদম ওইদতুনা মঙ্গলগী মরমতুম ওই; মরমদি, শিবুবা মতুংদদা জাতপ্রেম-ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যলীলাদা চংবা ফংই। পাঞ্চভৌতিক দেহ থাদোক্রবদি শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংদে; শিরবদদা পঞ্চভূতকী দেহ থাদোকপা য়াই। অদুগা, সিদ্ধভক্তগী মৃত্যু (শিবা) ওইথোক্তে; নিত্যসিদ্ধ ওইবা ভক্তশিংগী মৃত্যু ওই হায়রগদি মখোয় নিত্যসিদ্ধ ওইবা য়াদে; অদুগা সাধন-সিদ্ধ (হায়বদি সাধন তৌরগা সিদ্ধি ফংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা চংলবা মখোয়দা) ওইবা মখোয়দুগীসু মৃত্যু লৈ হায়রবদি মখোয়বু সিদ্ধনী হায়বা য়াদে; সিদ্ধগী অর্থদি পোক্পা শিবগী বাংমা লান্থবা হায়বনী। মখোয় শিনন্বগী কারণ অমতা লৈতে; মরমদি গুণ-জাতগী ওইবা ভৌতিক দেহ থাদোকপবুতনী মৃত্যু কৌরিবা, সিদ্ধভক্তশিংগীদি গুণজাতগী ওইবা দেহ লৈতে। বিয়োগগী মথক অমবু 'মৃতিনী' হায়রিবসে মতাংসিদা মৃতিগী অর্থ মৃত্যু নত্তে—কৃষ্ণবিয়োগ তগী পোক্পা পুক্নীং-লাংতক্নবা হেঙ্গৎলকপদগী ভক্তগী শিবগুম্বা অবস্থা অদুবু মৃতি হায়রিবনী। "অশিবজ্ঞানঘটতে ভক্তেঃ কৃত্রদাপ্যসৌ মৃতিঃ। ক্ষোভকত্বাদ্বিয়োগস্থ জাতপ্রায়েতি কথ্যতে॥ ভক্তি-রসামৃতসিন্ধু ৩/২/৬৭॥"

মূল ৫৯

রূঢ় অধিরূঢ়-ভাব কেবল মধুরে ।

মহিষীগণের রূঢ় অধিরূঢ় গোপিকা নিকরে ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

রূঢ়—রূঢ় ভাব; অধিরূঢ়-ভাব—অধিরূঢ় কৌবা ভাব ; কেবল—সুপ্রগী ; মধুরে—মধুর রসদা ( লৈ ) ; মহিষীগণের—রুক্মিণীনচিংবী লৈমশিংগী ; রূঢ়—রূঢ় ভাবকী পূর্ব্বসীমা ; অধিরূঢ়—রূঢ়গী মথক্লা ; গোপিকানিকরে—গোপীশিংদা ( লৈ ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাভাবকী মথল রূঢ় অমসুং অধিরূঢ় ভাব অদুদি মধুর রতিদদা লৈ । ( দ্বারকাগী ) মহিষীশিংগীনা রূঢ়গী পূর্ব্বসীমা ফাওবা অদুগা ব্রজগোপীপুম্বদনা রূঢ় অমসুং অধিরূঢ় মহাভাব অনীমক লৈ ।

## নৈনরোল

শান্ত, দাস্ত, সখ্য অমসুং বাৎসল্যরতিনা প্রেমন্তর কদায়কাওবা য়োৎবগে হায়বদো তাক্লবা মতুংদা লৌকিক মধুর রতিগী রা হায়থরক্লি । মধুর রতিনা মহাভাব ফাওবা য়ৌয়ি ।

মধুরা রতি—মথল অহুম্নী ; সাধারণী, সমঞ্জসা অমসুং সমর্থা । কুব্জাদা সাধারণী রতি, মহিষীশিংদা সমঞ্জসা রতি অদুগা ব্রজসুন্দরীশিংদা সমর্থা রতি । নৈনরিবা পয়ারসিদা পল্লিবা "কেবল মধুরে"-পদগী তাৎপর্য্যানে অদুনা গোপীশিংগী,গা মহিষীশিংগীগা প্রেম খেন্নবা অমসুং খোইদোকপা শক্তম খঙগে হায়রবদি রতি মথল অহুমগী তাৎপর্য্যসু খঙগদবনী ; মরমসিনা মক্মসিদা মদুগী মরমদা খজিক্তং নৈনরি ।

সাধারণী—য়াম্না গাঢ় ওইদবা অদুগা কৃষ্ণবু উরগদা পৌক্পোইথৌবা রতি অমসুং সম্ভোগ ভৌনীওবদনা কারণ ওইবা রতি অদুবু সাধারণী ( খ্বারগী ওইবা ) রতি কৌয়ি । "নাতিসান্দ্রা হরেঃ প্রায়ঃ সাক্ষাদ্দর্শনসম্ভবা ।

"সম্ভোগেচ্ছানিদানেয়ং রতিঃ সাধারণী মতা ॥ উজ্জ্বলনীলমণিস্থা ৩০ ॥"
কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙববু রতি কৌবনী। ইছাগী মুংঙাইনবা মরম ওইবা সম্ভোগ-ইচ্ছাবুনা সাধারণী রতিগী পোক্কম ওইরবদি মসিবু রতি কৌবা করিগীনো? প্যাউখুম—কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবা মচেৎ অমতং য়াওয়ি হায়দুনা মসিবু রতি কৌরিবনী। কুজানা শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংব। মতমদা মহাক্কী রূপমাধুর্য্যনা শুম্‌হৎখি, অদুনা মরম্নাই মুংঙাইনবা সম্ভোগ পাম্‌জখি খুদক্তা। মদুদগী মাগী মন অদুদা অসিগুম্বা ভাব পোক্‌খি:—"ঐৌজিক ইমাঙদা উরিবা মীসিনা ঐবু অমুক মুংঙাইহল্লিবসিদি ঐশু ইছাগী অঙনা তৌকম থোকপা সেবা তৌদুনা মহাকপু মুংঙাইহনগে।" শ্রীকৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবা মতেক অমতং পোক্লিবসে—মছাগী মুংঙাইনীঙবনা মরু ওইরবসু মানা উরুবদগী মহাকপু কৃষ্ণনা মুংঙাইহন্‌খি হায়দুনা কুজানা কৃষ্ণগী মুংঙাইনবগী য়াথল থন্‌খিবা ওইরবসু, মরম অমনবু ওইরবসু, কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবা হায়বদুমদি মপোক্লে-দনা। কৃষ্ণসুখ মতেক অমা পাম্বগীদমক মসিবু রতি কৌরিবনী। মছাগী মুংঙাইনীঙবা মরমদগী সম্ভোগ তৌনীঙবা ওইবনা রতিসী গাঢ় ওইবা ঙমদে। কারণগী (থোরক্কম্‌গী) ধর্ম্মদি কার্য্যদসু থরদংদি ময়াওবনী; রতিসিগী কারণদি ইছাগী মুংঙাইবা হায়বদুনী—কৃষ্ণনা দর্শন পীদুনা কুজাবুদা মুংঙাইবা পীরে হায়বগীদমক মছামক্কী অঙ্গ পীদুনা কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবনী। অনীঙব-সিনা হৃদিমুংদা কন্‌খৎলবদি মতমদুদা সম্ভোগ তৌরগা ওইগদবা মছাগী মুংঙাইনীঙবদো কন্‌খৎলক্লি—মরমদি, কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবগা লোয়ননা মছাগী মুংঙাইনীঙবগা য়েৎশম্নরে, মদু হৌজিক কন্‌খৎলক্পতনী। মতৌসুম্না মছাগী মুংঙাইনীঙবনা কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবদা হম্না হম্না য়েৎশল্লরে হায়বনা রতিসিনা গাঢ় ওইবা ঙম্‌দে।

মথক্তা হায়খিবনা, সাধারণী রতিদি কৃষ্ণদর্শন ফংবদা পোকয়ি হায়ব-সিনী (সাক্ষাদ্দর্শনসম্ভবা)। মথকী নৈনরোলসিদগী তশেংনা থঙবদি, কৃষ্ণ-দর্শন ওইবগা হেক্তা কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবা রতি পোক্কে—হায়বসিনী। অহানবদা মছাগী মুংঙাইজবা, মদুগী তুংদা মছা মুংঙাইরবনীনা কৃষ্ণবু

মুংঙাইহন্নীঙবনী ; মরমতুনা সাক্ষাদ্দর্শনগী ফল ওইনা মথন্ত মথন্ত ওইনা রতি পোক্লকপনী।

শ্লোক-তা য়াওরিবা "প্রায়" শব্দসিগী খনিদি অসিনী মহুদি—সাধারণ ওইনা সাক্ষাদ্দর্শন তৌরদদা রতিসী পোক্‌য়ি, করি করিগুম্বদমু রূপগুণ-চিংবগী মা তাবগসু পোক্‌য়ি।

লম্নাইগী মুংঙাইবনা মরমবা সম্ভোগেচ্ছানা সাধারণী রতিগী থোরককম ওইবনা ঐখোয়না ইলায় লায়না খঙবা ঙম্বদি অসিনী—সম্ভোগ তৌনীঙবনা হেন্নলক্লবদি রতিসিমু হেন্নংলক্‌য়ি অতুগা সম্ভোগ তৌনীঙবনা হন্থরক্লবদি রতিমু হন্থরক্‌য়ি। সাধারণী রতিসে প্রেম ফাওবা কাখৎলী। "আত্মা প্রেমাভিমান্—ইতি উজ্জ্বলনীলমণি স্থায়িভাবে ১৬৪ শ্লোক।"

সমঞ্জসা—গুণচিংবা নাকোঙনা তারবদগী পোক্‌পা রতি, মহুদগী তালোইনী হায়নীঙবা অতুগা করিগুম্বদা সম্ভোগ তৌনীঙবমু পোক্‌পা—অতুগুম্বা গাঢ় রতিবু সমঞ্জসা কৌয়ি। "পত্নীভাবাভিমানাত্মা গুণাদিশ্রবণাদিজা। কচিদ্ভেদিতসম্ভোগতৃষ্ণা সান্দ্রা সমঞ্জসা॥ উঃ নীঃ স্থা, ৩৩।" শ্লোকসিদা য়াওরিবা "গুণাদিশ্রবণাদিজ"—শব্দসিদগী খন্‌বা য়াই মহুদি—শ্রীকৃষ্ণগী রূপগুণ-লীলানচিংবগী য়ারী তারগা সমঞ্জসা রতি পোক্লক্‌পগুম তৌয়ি ; রূপগুণচিংবা মনাকোঙনা তাক্লিবৈগী মমাঙদা রুক্মিণী খোয়দা শ্রীকৃষ্ণরতি লৈরম্‌দবগুম্না তৌয়ি। তশেংবদি মহু নত্তে। রুক্মিণী নচিংবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যস্বকান্তানী ( মতমপুম্বদা কৃষ্ণ মহাক্কী তালোই ওইবীনী ) ; মখোয়দা কৃষ্ণরতি ( কৃষ্ণবু মুংশিবা ) লৈ ; অহুবু মহু করিনোমনা কুপ্-ছন্‌বগুম্ লৈরম্বনী। নারদনচিংবগী চীন্দা কৃষ্ণগী মা তারগা রতিমু হৌদোক্‌পা ওইনা তৌবতনী। সাধনসিদ্ধশিংগী রতিদি রূপগুণগী মা তাবদগীদা ওইবনী।

রতিসী হেক্ পোক্‌পগা কান্তাভাব পোক্লক্‌য়ি অমসুং তালোই ওইনা সেবা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু মুংঙাহনীঙবমু কন্‌খৎলক্‌য়ি। মরমতুনা হায়রিবনী "পত্নীভাবাভিমানাত্মা।" কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবদগী মখোয়না মহাক্কী তালোই

ওইনীঙবনী অমসুং কৃষ্ণগা সম্ভোগ তৌনীঙবনী, সাধারণী রতি লৈবী কুব্জা-খোয়গী ওয়া মখোয়গী সম্ভোগেচ্ছাদো মরমাই মুংঙাইনবা রাখন্দগী পোক্পা নত্তে। মহিষীশিংগী সম্ভোগেচ্ছাদি কৃষ্ণরতিগা অমতা ওইশনথ্রবনী; অদুগা কুব্জাখোয়গী সম্ভোগেচ্ছাদি অদুগুম্বা নত্তে।

মহিষীশিংগী রতি পোক্পা মতমদা সম্ভোগ তৌনীঙবা পোক্তে; অপগী কৃষ্ণবু মুংঙাইহনবগী খোয়াংবত্নী; তুংদা চহীমতাঙ লাক্লবদা মতুংগী হৌনশা করি করিগুম্বা মতমদা সম্ভোগ তৌনীঙলক্পগী য়াদনী; অদুবু মতুংদা কৃষ্ণগী মুংঙাইবগী য়াদি থুপ্খিবা লৈতে; অনীঙবা অনীমক অতৈম মতম অমতদা লৈ। অদুবু কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নীঙবগী য়াকম্না হেন্না মছাগী সম্ভোগেচ্ছাদি সামান্য ওইনা লৈবনী।

সমঞ্জসা রতিদগী সম্ভোগ তৌবগী ইচ্ছানা তোঙানবা ওইনা থোয়কপা মতমদা (হায়বদি মহিষীশিংগী মপূরীঙদা মরমাই মুংঙাইনীঙবদু পোক্পা মতমদা) সম্ভোগেচ্ছাদুগী থোয়কপা হাব-ভাব-নচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী মপূরীঙ লেঙহনবা ঙম্দে। মসিনা তাক্পদি কৃষ্ণসুখ হায়বা অদুমতগীদমক লৈবা সমর্থারতিনা পুঙহেল হেন্না হায়বত্নী। "সমঞ্জসাতঃ সম্ভোগস্পৃহায়া ভিন্নতা যদা। তদা তদুত্থিতৈর্ভাবৈর্বশ্যতা দুষ্করা হরেঃ॥ উঃ নীঃ স্থা, ৩৫॥"

সমঞ্জসা রতিদি অনুরাগগী অরোয়বা ঙমখৈ ফাঙবা কাথৎলী। "তত্রা-নুরাগান্তাং সমঞ্জসা। উঃ নীঃ স্থা, ১৬৪॥"

সমর্থারতি—কৃষ্ণসুখ হায়বদুমতগীদমক লৈবা রতিদুবু—রতিদুদা মছাগী মুংঙাইহন্নীঙবগী মণমফাওবা য়াওদ্রবা রতিদুবু—সমর্থারতি কৌয়ি। সাধারণী অমসুং সমঞ্জসাদগী সমর্থারতিগী হায়বদা থোক্তবা থোইদোকপা অমা লৈ। অহানবদা, পোক্পগী মরমদা থোইদোক্পা অমা—সাধারণী রতি পোক্পনা শ্রীকৃষ্ণবু সাক্ষাৎ দর্শন তৌবদগীনী; মসী অমুক মছাগী মুংঙা-নীঙবদগী পোক্পনী, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু মুংঙাইহল্লগা মতুঙ্গী লমন শিংবগী ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু মানা মুংঙাইহনগে হায়না নীঙবদগী পোক্পনী, মরমদুনা

মসী নির্হেতুক (মচাগী কান্নবা মরম থিদবা) নত্তে। সমঞ্জসা রতিসী স্বাভাবিক ( মচানা অহুম ওইজরকপা ) ওইরবস্থ, মসিবু হৌদোক্লবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী গুণচিংবা শ্রবণ তৌবগী রা গাই। অদুগা সমর্থা রতিবু হৌদোক্লবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন অদুগা গুণচিংবা শ্রবণ তৌগদবা নৈতে। স্বরূপধর্ম ওইনা মাদি মচা মথন্তনা অহুম থোরকপা জাংনী। অদুগা থোকপু থোরক্লবদি থুনমক গাঢ় ওই। "সরূপং ললনানিষ্ঠং স্বয়মদ্ভুততাং ব্রজেৎ। অদৃষ্টেঽপ্যশ্রুতেঽপ্যুচ্চৈঃ কৃষ্ণে কুর্য্যাৎক্রুতং রতিম্॥ উঃ নীঃ স্থা, ২৬॥" অনীশুবদা,—সাধারণী রতিদদি মচাগী নুংঙাইনবগীতা পান্বনা সম্ভোগ তৌনীঙবদু য়াম্না কল্লী; সমঞ্জসারতি-লৈবী মহিষীশিংস্থু মচাগী নুংঙাইনবগীদমক সম্ভোগ পাম্মী করি করিগুম্বা মতমদা ( মতম পুম্বদদি নত্তে )। অদুগা সমর্থারতি-লৈবী ব্রজরমণীশিংগীদি করিগুম্বা মতমদস্থু মচাগী নুংঙাইনবগীদমক্তা সম্ভোগ তৌনীঙবা স্বপোক্-পোক্তে। মখোয়না সম্ভোগ তৌনীঙবদি শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাই-হন্নীঙবদু থুংহন্নবগীদমক্তা উপায় অমা ওইনা লৌবগী রাতনী। সমর্থারতিদা সম্ভোগেচ্ছাগী প্রাধান্য লৈতে, রতিসিদদি সম্ভোগেচ্ছা গৌণী-নী, মতুঙ্গু শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইহনবগীদমক্তনী—শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজরমণীশিংদুগী অঙ্গ-সঙ্গগীদমক লেঙ-লেঙ চৎলী, মরমদুনা মখোয়না মচা মচাগী অঙ্গ পীথোক্তুনা মাগী সেবা তৌবতনী। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-সঙ্গ ফংননবা হায়দুনা খোয়রাঙবদগী শ্রীকৃষ্ণবু সম্ভোগ তৌনীঙবগী রা লৈতে। লম্নাই-নুংঙাইবগীদমক সম্ভোগ তৌনীঙলম্বা ওইরগদি ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী লৈরাংগুম্বা থোংপা চরণ অনীদুনা মখোয়গী চগন্নবা স্তন অনীদুগা শন্নবদা চরণদু পাগনী হায়না চিংনদুনা কিরম্বদো তৌরম্লোইদৌবনী। অহুমশুবদা—সমঞ্জসা রতি-লৈবী রুক্মিণী-খোয়দি শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌনীঙবনা খোয়রাংলবস্থু ধর্ম্মবু লংশেকুনা শ্রীকৃষ্ণ-সেবা তৌগে থল্লমদে; মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌনীঙবদুনা ধর্ম্মগী রা থাপ্না থম্বদি ঙম্লমদে। মরম অদুনা মখোয়না বিধি-নিয়ম চুম্না ইল্লগা শ্রীকৃষ্ণগী ভালোই ওইরগা সেবা তৌবা পাম্লম্মী। অদুগা, সমর্থারতি-লৈবী ব্রজরমণী-শিংগীদি কৃষ্ণসেবা তৌনীঙবনা কন্থৎখিদুনা—লোকধর্ম্মগী রা, বেদধর্ম্ম-বিধি-ধর্ম্মগী রা, আর্য্যপথগী রা লোইনমক কাউথোক্তুম্বা লৈথি। মথল পুন্নমকী

'ধর্মবু নীংঙাইদবমথৈ থাদোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌরম্মী। "যা দুস্ত্যজং স্বজনমার্য্যপথঞ্চহিত্বা ভেজুরিত্যাদি। শ্রীভাগবতম্, ১০/৪৭/৬১॥" কৃষ্ণগী সুংঙাইবা নত্তনা মখোয়না পাম্বা কন্নিমত্তা লৈরমদে। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী সুংঙাইনবগীদমক চঙফম্ থোক্পা অদুতা মখোয়না তৌখি। রতিসিনা গোপীশিংদা স্বজনআর্য্যপথনচিংবা থাদোক্নবগী সামর্থ্য (মঙম্) পীরে হায়তুনা অমসুং স্বতন্ত্র (নীংথাতম্বা) স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ফাওবা মপূঙফানা বশ তৌবদা সমর্থ (ঙম্বা) ওই হায়তুনা, মসিবু সমর্থা-রতি কৌবনী। মরিশুবদা—সাধারণী রতিদা মতমপূম্বদা মরম্নাই সুংঙাইবা পাম্বগীদমক সম্ভোগতৌবগী ইচ্ছা চঙতুনা লৈ; অদুগুম্বা অপাম্বদো। সমঞ্জসা রতিদসু মরক মরক্তা চঙলক্পি; তৌইগুম্বসু সমর্থারতিদদি কন্নিগুম্বা মতমদসু লন্নাইসুংঙাইনবগী বাসনা থুংনবা সম্ভোগেচ্ছা চঙদে। অকন্বা নুংঙদা য়েংতুরমনাগী শরুককাওবা চঙবা ঙমদবগুম, সমর্থারতিদসু কৃষ্ণসুখবাসনা নত্তনা অতোপ্পা বাসনা অমত্তা চঙবা ঙমদে। মরমসিনা সমর্থারতিবু গাঢ়তম (গঙলেন্-গঙবা) হায়রিবনী।

সমর্থারতিদি মহাভাবকী আরোয়বা ঙমখৈ ফাওবা হেঙ্গৎলী। "রতির্ভাবান্তিমাং সীমাং সমর্থৈব প্রপদ্যতে। "মধুরা রতি মখল অহুমগী মরুঙদা সমর্থা রতিতনা প্রধানা মধুরা-রতিনী; মসিতনা কেবলা মধুরা রতি-নী মরমদি, মসিদা কন্নিগুম্বা অতোপ্পা বাসনা অমত্তা য়াওদে।

মূল পয়ারদা হায়রি মধুরা রতিদি ভাব-ফাওবা হেঙ্গৎলক্লি। তৌফিক ভাব কদায়বু কৌল্লি হায়বসী নৈনবা ভারে। প্রেম-বিকাশদা অনুরাগ-গী মতুংথংবা মতাঙ (স্তর) অদুগী মমিং ভাব কৌল্লি। "অনুরাগং স্বসম্বেদ্যদশাং প্রাপ্য প্রকাশিতঃ। যাবদাশ্রয়বৃত্তিশ্চেৎ ভাব ইত্যভিধীয়তে॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১০৯॥" অনুরাগনা 'স্বসম্বেদ্যদশা' ফংলগা 'প্রকাশিত' ওইরবদি অমসুং 'যাবদাশ্রয়বৃত্তি' ওইরগদি ভাব কৌয়ি। অনুরাগ-গী থোইদোক্পা ফীভম অমগী মমিং ভাব কৌল্লি হায়বসে তৌফিক খঙলে। থোইদোকপা ফীভমসিদা

অনুরাগনা (১) স্বসম্বেদ্যদশা ফংঙী অমসুং (২) প্রকাশিত ওই অতুগা (৩) যাবদাশ্রয়বৃত্তি ওই। হৌজিক স্বসম্বেদ্যদশা, প্রকাশিত অমসুং যাবদাশ্রয়বৃত্তি হায়বা শব্দ অহুমসিগী তাৎপর্য্য করিনো হায়বদো নৈনবা তাই।

**স্ব-সম্বেদ্যদশা**—সম্বেদন শব্দগী অর্থদি মপূঙফানা খঙবা ( বিদ্ ধাতুগী অর্থদি খঙবা ) হায়বদি মপূঙফানা অনুভব তৌবা হায়বনী। সম্বেদ্য-শব্দগী অর্থদি-খঙবা-য়াবা, অনুভব তৌবা, স্ব শব্দগী অর্থনা 'মছাগী' হায়বনী। মছানা মছাবু অনুভব তৌবা (খঙবা), মতু খঙবা য়াবনী (অনুভবযোগ্যনী)। স্বসম্বেদ্যদশা—অনুরাগগী স্বসম্বেদ্যদশা ; অনুরাগগী মছানা খঙবা য়াবা দশাদো ( ফীভমদো ) মাগী স্বসম্বেদ্যদশা-নী।

অনুরাগ-দশাগী স্বরূপ অহুম্নী ; মতুদি—ভাব: করণ অমসুং কর্ম্ম। ভাব স্বরূপতা অনুরাগনা হেঙ্গৎলক্পসী মুংঙাইবগী শক্তা শ্রীকৃষ্ণবু অনুভব তৌবগুম্বা ; অনুরাগগী হেঙ্গৎলকপা ফীভমদা পাঙ্গল্লেবী ইথোলাংবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যনচিংববু অনুভব তৌবা মতমদা মাধুর্য্যনচিংবগী মহাও তংবদা হেন্‌খিবনা মহাও তংবা মীতুনা কয়ামুক মহাওতুদা লূপ্লগে হায়ববু মহাক মছাবুসু কাউথোক্লি, মহাও-তংনভাই মাধুর্য্যনচিংবসু কাউথোক্লি, নীঙশীঙলম্বা হায়ববু মহাও-তংববু খঙঙী হায়বা অতুতা মঙায়রে। ফীভম অসিদা অনুরাগ হেঙ্গৎপতু অনুভব তৌবা অসিনা নত্রগা অনুভব-তৌবগী মুংঙাইবতুতা ঙায়খি। খুদম ওইনা হায়রগা রসগুল্লা য়ান্না পাম্বা মী অমনা খ্বায়দগী হাউবা রসগুল্লা ফংলগা মতুগী মহাউ ফংলগা মহাউদা লূপ্‌খিবা মতমদা মছাগী বাসু নিঙশিঙত্রে, রসগুল্লাগী বাসু কাউথোকয়ি, মহাক্না নীঙ-শীঙবসু রসগুল্লা চাবগী বাদমক নীঙশীঙঙী অতুগা রসগুল্লা-না হাউবগী বা: অতুতা নীঙশীঙঙী। মসিমক্নী অনুরাগোৎকর্ষগী ভাবকী স্বরূপ হায়বদো। অতুদগী করণস্বরূপকী বা ; করণ-গী অর্থদি উপায়, অতুনা শুৎলাই ওইরগা নত্রগা মাগী মতেঙনা করিগুম্বা অমা তৌবা য়ারবদি মতুবু করণ কৌয়ি ; মতুদি চৈনা কনাগুম্ববু য়ৈবা য়াই, মফমসিদা চৈ য়ৈনবগী করণ অমনী ।

সংবিদ্-কী শক্তী অনুরাগনা মতেঙ ওইরগা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌবা য়াই। "পৌঢ় নির্ম্মল ভাব প্রেম সর্ব্বোত্তম। শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যাদি আস্বাদনের করণ /১/৪/৪৯॥ মরমসিনা অনুরাগ-না ওইরে শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্য-নচিংবা আস্বাদন তৌনবগী করণ (উপায়)। অনুরাগসিনা পূভহেন্ হেন্সংপা মতাঙ য়ৌবা মতমদা মতুনা উপায় ওইতুনা শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যগী পূভহেন্-হেন্সংপা ফীভমদা আস্বাদন তৌবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যনচিংবনা খ্বাঙদগী হেনব্রা ফীভমদা আস্বাদন তৌনমবগী হেক ওইনা অনুরাগ-উৎকর্ষনা করণ ওইয়ে। অতুদগী কর্ম্মস্বরূপ-তৌবা য়াবা অতু কর্ম্ম নী (থবক্তী)। আস্বাদন তৌবা য়াবা পোৎ অতু আস্বাদনগী থবক্তী। অনুরাগনা উৎকর্ষ ওইরগা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনচিংবা আস্বাদন তৌবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনচিংবা আস্বাদন তৌব-গুম্ন। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনচিংবা আস্বাদন তৌরম্ব অনুরাগগী উৎকর্ষদা অনুভব (খঙবা) তৌবা য়াই। করণ অমসুং কর্ম্মগী স্বরূপ্তা অনুরাগনা মপুঙকানা শক্‌ফোঙলগা মখোয়বু অনুভব তৌবদা মপুঙ-পুঙফাফাবা আনন্দ পোক্‌পা ফীভম্ব স্বসম্বেদ্যদশা কৌয়ি।

প্রকাশিত—ফোঙলবা, উদ্দীপ্ত-নচিংবা সাত্ত্বিক ভাবনা মপান্দা ফোঙলক্‌পা। অনুরাগগী অয়ৌবী উৎকর্ষ ওইরক্‌পা ফীভমদা হুমাং-পিরাং-তুজংবনচিংবা সাত্ত্বিক ভাবশিংগী মঙা, তরুক নত্রগা ভাব পুম্নমক মতম অম-তদা থোরক্তুনা অয়ৌবী থাক্তা লৈররবদি মতমতুদা অনুরাগবু প্রকাশমান্ নত্রগা প্রকাশিত কৌয়ি।

যাবদাশ্রয় বৃত্তি—যাবৎ-কী অর্থদি মতু ফাওবা; নত্রগা অতুক য়াম্না; অতুকী মতীক্। আশ্রয়—অনুরাগগী আশ্রয় তুঙকম); সাধক-ভক্ত অমসুং সিদ্ধ ভক্তশিংসে লোইনমক অনুরাগগী আশ্রয় ভাক্তনী। অতুগা বৃত্তিগী অর্থনা থবক হায়বনী। মরমসিনা যাবদাশ্রয়বৃত্তিগী অর্থদি অসিনী মদুদি—আশ্রয় লৈরিবা ফাওবা, নত্রগা আশ্রয় লৈবগী চাও অতু, হায়বদি সাধক-ভক্তগা সিদ্ধভক্তগা লৈরিবা অতুকী মতীক, মখোয় লোইনমকী মথক্তা থবক (বৃত্তি) লৈবা থবক অতুনী যাবদাশ্রয়বৃত্তিদি। অনুরাগ-না হুন হেন্সংলক্‌পদা

পরমোৎকর্ষ ফংহুনা করি ওইরকপগে হায়ববু অনুরাগহুনা বিকাশ তৌবা মতমদা সাধক ভক্ত খণ্ডদে সিদ্ধভক্ত খণ্ডদে মনাক্তা লৈরম্বা মী পুন্নমকী চিত্তদা অনুরাগ-উৎকর্ষহুনা মাসী প্রভাব শঙ্কোকপা ওম্বী, মতমহুদা হায়রি-বনী অনুরাগনা যাবদাশ্রয়বৃত্তি ওইরে হায়না। কুরুক্ষেত্র মিলনগী মতমদা ব্রজগোপীশিংগী অনুরাগ-উৎকর্ষ উবদা মনাক্তা লৈরম্বা পুন্নমকী পুক্নীঙ লাও-ভক্রম্মী। অনুরাগ-উৎকর্ষগী প্রভাবকী রা হায়রিবসী পুন্নমকী চিত্তদা চাং-ভদা তাবদি নত্তে; মা-মাগী চিত্তহুনা অনুরাগ-উৎকর্ষ লৌবা ওম্বা শরুক অহুদা প্রকাশ ওইবনী। প্রাকৃত জগত্তা অয়িঙবা পোৎ লৈরিবশিংগী মরক্তা নোংদোন্-থাজনা খ্বায়দগী হেন্না য়িঙভী। অদুগা মৈশা-লৈবা পোৎ মরক্তা কোয়ৌহন্‌বা মুমীংনা মৈশা-লৈবা খ্বায়দগী হেন্নী। পৃথিবীদা লৈবা পোৎ পুন্নমক্তা চাং চপ্ মান্নবা অয়িঙবা য়েল্লিবনী, অদুবু পোৎ পুন্নমক চপ্ মান্ননা য়িঙদে। মুমীং মাগী মৈশাহু চপ্ মান্ননা পীরিবনী অদুবু পোৎ পুন্নমক চাং মান্ননা শাদে। পোৎকী লৌবা-ওম্বা মতৌগী অথোই-অহেন্ নাইবনা মাগী শাবা-য়িঙবগীসু অথোই-অহেন্ নাই। অনুরাগ উৎকর্ষগী থবকসু মতৌ অদুগুম্বনী।

যাবদাশ্রয়বৃত্তি-শব্দগী অর্থ অমসু লৈ। মহুদি অদোনী—আশ্রয়গী ( তৃঙকমগী ) অর্থদি অনুরাগগী তৃঙকম, হায়বদি মাবু আশ্রয় ওইহল্লগা অনু-রাগনা উৎকর্ষ ( থময়ৌবী মতাও ) ফংজে। হৌজিক, রাগ-না অনুরাগগী য়ুম্ফম নত্রগা আশ্রয়নী; প্রেম-না বিকাশ তৌরকপদা রাগ-গী মতৃঙ-তাবা অমদি ( লৈরোল্‌দি ) অনুরাগনী। যাবৎ শব্দনা ওমখৈ খঙহল্লী। পাত্র লৈরিবমখৈ ব্রাহ্মণশিংবু কৌরো—হায়বা বাক্যসিদা যাবৎ-শব্দবু শীজনরিবা অর্থহু যাবদাশ্রয়-দসু অদুম ওইগনী। অদুগা, বৃত্তি শব্দগী অর্থমা সত্তা ( লৈবা )-নী। অনুরাগনা অসুম হেজংলকুনা রাগবিকাশগী থম-থেংবা মীমাগী অরোইবা কাওবা থুংলবা মতমদা অনুরাগনা যাবদাশ্রয়বৃত্তিত্ব ফংলে। অদুবু 'রাগ' হায়রগা করিবু খঙনৈ? প্রেম হায়বসিনা অসুম অসুম হেজং-লকপনা কীডম অমদা লাক্তি, মহুদা শ্রীকৃষ্ণসঙ্গনচিংবা ফংলনবগীদমক য়াম্না

শাথিনা রাবনু মুংঙাইবনী হায়না চিত্তদা অনুভব তৌরবা মতমদা প্রেমগী উৎকর্ষ-অবস্থাত্তুবু রাগ কৌয়ি। অতুনদি, অরানগী অয়োবা খাক্‌পুরু চুংঙাই-বগী অয়োবী থাক্লী হায়না চিত্তনা অনুভব তৌবা ফাওনবু ( অবস্থা ) রাগ-গী অয়োবী ওয়েখৈনী। অনুরাগনা অবস্থাসী ফংবা মতমদা মহাকপু যাবদাশ্রয়বৃত্তি কৌয়ি। হৌজিক য়েংসী, ব্রজসুন্দরীশিংগীদি অবস্থা নী করম তৌয়ি। কুলবতী ( য়ুম্নাক নাইরবী ) মুডাশিংগীদি আর্য্যপথ (সতীধর্ম) থাদোকপনুক হানজাই অতৈ অমা লৈত্রে। আর্য্যপথ ভাবনবগীদমক মখোয়না নৈনুংদা চোংশনুনা থরাই থাবগী অয়াবকাওবা লিপাইদবমখৈ লৌবা ওম্মী। অদুবু ব্রজসুন্দরী-শিংদি শ্রীকৃষ্ণসেবাগীদমক স্বজন ( নাগী মাগী ওংবা মী ) অমুগা আর্য্যপথন-চিংবনু কনিনতা নাচুদবমখৈ থাদোকপা ওম্মী। আর্য্যপথ থাদোকপগী অয়োবী অরাবনু অয়োবী চুংঙাইবনী হায়না মখোয়গী চিত্তদা অনুভব তৌয়ি। মরমসিনা কুলবতী ব্রজসুন্দরীশিংগী অবস্থাসিবু মখোয়গী অনুরাগগী যাবদা-শ্রয়বৃত্তি ওইবদো তাক্লিবনী।

মথংসিদা যাবদাশ্রয়বৃত্তি-শব্দগী অর্থ অনীমক লৌবা য়াই। ভাব— অনুরাগ-উৎকর্ষগী অবস্থা অমদা অনুরাগ উৎকর্ষমচুনা শুংলাই এইরগা শ্রীকৃষ্ণগী অসমোর্দ্ধ ( মান্নবহু-মথক্কু-লৈতবা ) মাধুর্য্যবু মপূঙফানা আস্বাদন তৌবগী-চুংঙাইবনু মপূঙ-ফানা অনুভব তৌবা য়াববা অবস্থাত্তুদা শ্রীকৃষ্ণ-মাধুর্য্যবু অনুভব তৌনা অনুরাগগী অয়োবী উৎকর্ষদগী পোক্লকপা চুংঙাই-বত্তুবু মপূঙফানা অনুভব তৌবা য়াববা, অবস্থাত্তুদা আস্বাদন অনী তিনবদা, আস্বাদনত্তুগী অডক-ফংনা শুমহৎথিত্তনা আস্বাদকনা ( মহাক-তংবা মীত্তনা ) মচাগী অমসুং আস্বাদ্য বস্তুগী রা কাউথোক্তুনা আস্বাদনগী মাধুর্য্যাত্তুদমক অনুভব তৌবা, অত্তুগা অবস্থাত্তুদা পিরাং অমদি নীকপনচিংবনা সাত্ত্বিকভাব পুম্নমক্কী মঙা তরুক নত্রগা লোইনমক মতম অমতদা তরং তরং থোরক্লবা, অবস্থাত্তুদা কৃষ্ণসেবাগীদমক কনামতগী থৌই্সিন য়াওদবমখৈ কুলবতীশিংনা মায়থোক মক্তা লান্না অমসুং হক্কোইদবমখে স্বজন-বু অমসুং আর্য্যপথবু-ফাওবা থাদোকপা ওবা, অবস্থাত্তুদা নাক্তা লৈরম্বা সাধকভক্ত অমসুং

সিদ্ধভক্তনচিংবা লোইনমক্তী চিন্তনা মাগী মঙীক চানা অনুরাগ-উৎকর্ষমা মরুন্নাই প্রভাব শব্দোকপা ওম্বা—অদুগুম্বা অনুরাগ উৎকর্ষগী অবস্থাবু 'ভাব' হায়না খঙনে।

রতিবু হায়বদি প্রেমাঙ্কুরবুসু ভাব হায়না খঙনে; অদুগা অমুক অনুরাগ উৎকর্ষগী পোলোইবুসু ভাব হায়রে। অদুবু ভগবান্ শব্দগী পোলোইনা শ্রীকৃষ্ণদা ওইবগুম কৃষ্ণরতিগী পোলোইবু অনুরাগ উৎকর্ষগী মশক ওইবা ভাব-তা ওইরে। শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্ হায়দনুনা "স্বয়ং ভগবান্" হায়না হায়; অনুরাগ-উৎকর্ষগী মশক ওইবা ভাব অদুবু করি করিগুম্বা মতমদা মহাভাব হায়মা কৌয়ি। মরমসিনা উজ্জ্বলনীলমণিগী মত তুংইন্না ভাব অমসুং মহাভাবগী অর্থ অনতগী পোংনী। উজ্জ্বলনীলমণিগী স্থায়িভাব প্রকরণ-দা ১১১-শুবা শ্লোক-তা তশেংনা মসী হায়রি, "মহাভাবাখ্যয়োচ্যতে।" অদুবু শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃত লেংবনদি মহাভাব কী মমাঙ হেক থংবা অবস্থাবিশেষবু (ফীভম্ মতা অমবু) ভাব হায়না কৌবা মাল্লী। "প্রেম ক্রমে বাঢ়ে, হয় স্নেহ, মান, প্রণয়। রাগ, অনুরাগ, ভাব, মহাভাব হয়॥" মফমসিদা রতি-দগী হৌরগা মহাভাব-ফাওবদা প্রেমবিকাশগী (শক মথঙ মথঙ লৌরকপগী) স্তর (লৈরোল নম্রগা মতাঙ নম্রগা ফীভম) মাপলখক উবা ফংঙী। ইক্ষুবীজনা খুদম ওইনা উৎতুনা প্রেমগী ক্রমবিকাশ তাকৃপদসু ইক্ষুবীজগী শক্তম মাপল তাক্লি মদুদি—বীজ, ইক্ষু, রস, গুড়, খণ্ডসার, শর্করা, সিতা, মিশ্রী, শুদ্ধমিশ্রী। মসিদা শেংনা তাক্লে—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত-লেংবনা ভাব অমসুং মহাভাব-পু তোঙানবা স্তর অনী ওইনা লৌয়ি হায়বা। অদুবু কবিরাজ গোস্বামীনা রূঢ়ভাব-পু 'ভাব' অদুগা অধিরূঢ় ভাব-পু 'মহাভাব' কৌরিবা জাৎলা? মতুঙ থংনবা পয়ারদা মহাক্না হায়রি—"অধিরূঢ় মহাভাব দুই ত প্রকার।" মফমসিদা তশেংনা অধিরূঢ় ভাব পু মহাভাব-নী হায়রে।

মহাভাব হায়বা পোত্তাসী লম য়েনা ফজবা অমনী। মীরস্লেনগী পোৎ-পুম্নমক্তী মনুংদা অমৃতদগী হেনবা পোৎ অমা লৈতবগুম প্রেমগী স্তর মথন-মথাগী মনুংদা মহাভাব তক্কী হেনবা আস্বাদন তৌনঙাই লৈতে। মরমসিনা

উজ্জলনীলমণি-না মহাভাব অসিবু 'বরামৃতস্বরূপশ্রী' ওই হায়না হায়রম্মী। বরামৃতস্বরূপশ্রী-গী অর্থ —বর ( খ্বাইদগী চেন্‌বা, স্বর্গগী অমৃতদগীসু চেন্‌বা ) অমৃত ( মাধুর্য্য ) স্বরূপগত শ্রী ( সম্পত্তি—লনথুম ) মাগী ওইবা, অদুগুম্না চাংদম্নভাই লৈতবা হায়বদি হায়নভাই লৈতনা মাধুর্য্যময় নী হায়বনী।

মহাভাবকী থোইদোকপা অমনা মানা মন-বু মাগী স্বরূপ ওইহল্লী। "স্বং স্বরূপং মনোনয়েৎ। উঃ নীঃ স্থাঃ ১১২।" মহাভাব-লৈবীশিংগী মপুরীভহ্ মহাভাব-তগী তোপ্পা লৈতে। পুক্নীংদা মহাভাবকা অমতা ওইশল্লী। অতে ইন্দ্রিয়শিংসু মন-গী বৃত্তি স্বরূপ ওই হায়দুনা অমসুং পুক্নীভনা হোইদুনা পুবনী হায়দুনা মন-গী মতৌগুম্না ইন্দ্রি অতে পুম্নমক্ মহাভাবভাক ওইথোকৃয়ি। মরমসিনা মহাভাব-লৈবীশিংগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী থবক্তি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা নুংঙাইনভাইনী অমসুং ইন্দ্রিয় লোইনমক্কী থবক্তা—করি হায়নী মখোয়না থীনা চৈরবদকা ওবা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাইজদুনা মখোয়গী মথা পোল্লী।

মহাভাবকী অসিগুম্বা বিকাশ-দি (ওইরকপদি) স্বপ্নগী সমর্থারতি-লৈবী ব্রজসুন্দরীশিংগী মনুংদদা ওইবনী ; মরম্দি, মখোয়গী কৃষ্ণতনা নুংঙাইনবগী সম্ভোগ তৌনীঙবদু মখোয়গী রতিনা অমতা ওইশল্লী, তোঙান্না তাদে। অদুগা সমঞ্জসা-রতি লৈবী লৈমশিংগী সম্ভোগ তৌনীঙবদি রতিদগী তোঙান্না তাদুনা লৈ, মখোয়গী মন অদু প্রেমগা অমতা-ওইশন্‌বা ফাঙবা ঙম্দে, মহাভাবকা অমতা ওইশনবগী য়াদি লাইরদুনা, মরমসিনা ব্রজসুন্দরী-শিংগী ইন্দ্রিয়গী থবক অমদা নুংঙাইবা ফংদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মথা পোম্থোকৃয়ি। অদুগা সমঞ্জসা রতি-লৈবী লৈমা পুম্নমক্কীদি—মখোয় লোইন-মক পুন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু কাম-লীলাঙনা পাল্লুহনগে হায়না হোৎনদুনসু মহাক্কী চিত্তবু থজিক্ক ফাওবা লেঙহন্‌বা ঙমদে। "পত্নাস্তু ষোড়শসহস্রমনঙ্গবাণৈর্য-স্যেন্দ্রিয়ং বিমথিতুং কুহকৈর্ন শেকুরিতি॥ শ্রীভাগবতম্, ১০।৬১/৪॥" ব্রজগী কৃষ্ণগী নুংঙাইরগা লোইরে হায়বগী প্রেম স্নেহনচিংবদি লৈমশিংনা ফংবদা য়াবনী ; মরমসিনা উজ্জলনীলমণিনা হায়রম্মী, মহাভাব অসিদি লৈমশিংনা ফংবদা য়াম্না য়াবা অমনী। "মুকুন্দমহিষীবৃন্দৈরপ্যসাবতিদুর্লভঃ। স্থা, ১১১॥"

মসিদি ব্রজদেবীশিংদগী মরক্তা উই, নফম অতৈদা উদে। "ব্রজদেব্যেক-সম্বেদ্যঃ। উঃ নীঃ স্থা, ১১১ ॥" মরমসিনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতনা হায়—"রূঢ় অধিরূঢ় ভাব কেবল মধুরে॥" কেবল মধুরে-গী অর্থদি সমর্থা রতিদা হায়বনী।

মহাভাব-কী থোইদোকপা লক্ষণদি স্বাবদাশ্রয়বৃত্তিনীম্, মচু লৈমশিংগী মরক্তা ওইথোক্কবনী। কৃষ্ণসেবা তৌনবা হায়রতুনা কুলধর্ম্মনচিংবা থৌশাদ-বদি লৈমশিংগী মফমদা ওইথোক্কবনী। অহানবদা রুক্মিণীনচিংবগী মপুরীডদা তালোই ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী ওইনা সেবা তৌনীঙথিবনী; তালোই ওইনা মথোয়না শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌয়ি।

সমঞ্জসা রতি লৈবী লৈমশিংগী রতিদি অনুরাগগী অয়েক্তবা ঙমখৈ ফাওবা য়োয়ি। অনুরাগদগী থোরকপা প্রেমবৈচিত্ত্য অদুদি মখোয়গীস্মু অরৈক্তে। (প্রেমবৈচিত্ত্য—প্রেম-না উৎকর্ষ ওইরকপদা মংশিজরিবা মীচুগী নাক্তা লৈনা লৈনা কায়নগক্রা হায়না কিবদগী পোকপা পুক্নীঙগী চৈনা)।

মহাভাব অসী মখল অনীনী মদুদি—রূঢ় অমসুং অধিরূঢ়। মহা-ভাব-কী অহানবা অবস্থাবু রূঢ় ভাব কৌয়ি। মসিদা অশ্রু কম্প-নচিংবা সাত্ত্বিকভাব পুম্নমক উদ্দীপ্ত (লংত্রিক-লংনা থোরক্পা) ওই। উদ্দীপ্তাঃ সাত্ত্বিকা যত্র স রূঢ ইতি ভণ্যতে ॥ উ, নী, স্থা, ১২৪ ॥ রূঢ় ভাবতা অনুভাব অতৈস্মু থোরকপা উই। মদুদি—(১) মীৎকৃপ্পবু থাংবা ঙম্দবা; হায়বদি মীৎকৃপ্পা মতমদা কৃষ্ণদর্শনদা য়েথায়বা লাকপা অদুবু থাঙবা ঙম্দে; মরম-চুনা পা-শারক্পা বিধাতাবু ফাওবা থীনা ভাঙঙী (২) আসন্নজনতাহৃদ-বিলোড়ন (নাক্তা লৈবা মীয়ামগী থম্মোই লাংতক্রহনবা) হায়বদি রূঢ়-মহাভাব অসী ওইরক্পা মতমদা নাক্তা লৈরম্বা মীশিংগী চিত্তদা ভাবসীনা প্রভাব শন্দোকয়ি। (৩) কল্পক্ষণত্ব (কল্প-অমবু ক্ষণ অমতনী হায়না খনবা) হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগা উনরিঙৈদা উনবগী মুংঙাইবদা উঙখিবনা, চহী কল্প অমা উনদুনা লৈরবস্মু কল্পচুমবু (মীৎকৃপ) অমথক্তা ওইরবোই খল্লী। (৪) শ্রীকৃষ্ণনা মুংঙাইনা লৈরবস্মু মঙোন্দা হাপখিবা প্রীতি অমসুং মমতা (ঐগীনী মহাক হায়বা) রাখন্না হেন্মনুখিদুনা শ্রীকৃষ্ণদো য়াম্না য়ারেনে হায়দুনা য়াবা

(৫) মোহ-লৈত্রবা ফাওবদা মছানচিংববু পুঙকাউ-কাঙথোক্পা ; মীশ্নায়গীদি মূর্চ্ছা ওইরবা নত্রগা পাখংলবা নত্রগা থ্রামন্বা থোক্লবদা "মসী ঐগীনী, মত্তু ঐগীনী, মসিনা ঐখোয়গী দেহনী"— হায়বনচিংবা ঋারমশিং কাউথোক্লে ; অদুবু রূঢ়-মহাভাব ওইরগদি, মখোয়গী অমত্তা ডায়বা ঐগীনী হায়ফম্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপগুণগী ঋা কাহেন্না থনখিবা নরম্না মূর্চ্ছা ওইত্রবফাওবদা 'ঐ অমস্তুং ঐগী' হায়বা ঙান মখোয়গী চিত্তদা লৈতে। (৬) ক্ষণকল্পতা ; হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবা মতমদা, ক্ষণ অমগী মতম্তু কল্প অমগা মান্ননা লৌয়ি। (৭) কৃষ্ণাবির্ভাবকারিতা ; হায়বদি রূঢ়প্রেমগী প্রভাব অদুনা, কৃষ্ণকায়নবগী মৈচাক্না বিভ্লা চুরবী ব্রজরমনীশিংগী মমাঙদা, লাপ্না লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণবু খঙহৌদবমখৈ আবির্ভাব তৌহল্লী (ফোঙ-ফাওরক্হল্লী)। মফম অতোপ্পদগী খোঙনা লাক্লুনা মখোয়গী মাঙদা থুংলবা নত্তে, লাক্পা নত্তনা খঙহৌদবমখৈ থোরকপগী ঋানী॥

অধিরূঢ়—অধিরূঢ় মহাভাব কী অনুভাব ( সাত্ত্বিক-ভাব ) পুম্নমক, রূঢ়ভাবকী অনুভাবশিংগী হায়ফম খঙদবা মওংদা থেন্নে। "রূঢ়োক্তেভ্যোঽনুভাবেভ্যঃ কামাপ্যাপ্তা বিশিষ্টতাম্। যত্রানুভাবা দৃশ্যন্তে সোঽধিরূঢ়ো নিগদ্যতে॥ উঃ নীঃ স্থা, ১১৩॥" থেন্নবগী থোইদোকপসে, সাত্ত্বিক ভাব পুম্নমকী সুদ্দীপ্ত ( ডান্বা ) ওইবা ঢাক নাংও ; নরমদি অধিরূঢ় ভাব-কী মনুং-চন্বা মোহন হায়বদুগী থোইদোকপদুগনা ভাব-কী সুদ্দীপ্ত ওইবা মতৌনী। অধিরূঢ়গী বিশিষ্টতাদি ( থোইদোকপা মতৌদি ) অসিগুম্বননী মদুদি—বৈকুণ্ঠনচিংবা চিন্ময়ধামদা, হৌঃরবা ওইরিবা ওইরক্কদৌবা মতম পুম্বদা লৈখিবা-লৈরিবা-লৈরক্কদৌবা মোক্ষানন্দ (অনান্ খুড়মগী নুংঙাইবা) পুম্না অমস্তুং প্রাকৃত-ব্রহ্মাণ্ড কোটি-কোটিদা অতীতবর্তমান-ভবিষ্যত্তা নুংঙাইবা লৈত্রবা-লৈরিবা লৈরক্কদৌবা পুম্নমক, মফম অমদা পৈত্তনা থম্বা য়াদুনা পৈরবা, অদু ওইনস্তু শ্রীরাধাগী প্রেম-দগী পোক্পা সুখ অদুনা সমুদ্রনী হায়না লৌরগা মদুগী ( নুংঙাইবদুগী ) মরীক অমগী মমি ফাওবা

মপৈন্থনা ওইবা ওম্মোই। অমুক বৈকুণ্ঠনচিংবা চিন্ময়ধামদা অতীত বর্তমান-ভবিষ্যৎ-কী, ওইগ্রবা-ওইরিবা-ওইরক্লোবা, ভক্তশিংগী প্রেম উৎকণ্ঠাদগী পোক্লক্পা দুঃখ পুম্নমক্কে অমসুং প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী নরক যন্ত্রণা-নচিংবা দুঃখ পুম্নমক্কে মফম অমদা পুল্লপ পৈরগা ওইগদবা দুঃখ মপৈন্থনসু শ্রীরাধিকাগী প্রেম দগী পোক্পা দুঃখ সমুদ্রগী মরীক অমগী মমিগা মান্নবা ওম্মোই। মস্তৌ অমুম্না য়ায়া হেন্নমন্থিবনা অধিরূঢ়-মহাভাব-তগী থোরক্পা সুখ-দুঃখগী রাদি হায়গনদবনী।

অধিরূঢ়-ভাব-কী থোইদোকপা রারোন্দি তুংদা লাক্লিবা পয়ারশিংগী নৈনরোন্দা থেংনগনী।

হৌজিক নৈনরিবা পয়ারগী অর্থ থগরি।

রূঢ় অধিরূঢ়-ভাব কেবল মধুরে—মফং সিদা 'কেবল' শব্দগী অর্থ অনীনী; অর্থ অমনা-অমখক্তদা (একমাত্র); মধুরা রতি হায়বা অমখক্সিদদা রূঢ় অমসুং অধিরূঢ় মহাভাব লৈ; দাস্য, সখ্য, বাৎসল্যদা লৈতে। অনীশুবা অর্থনা থোইদোক্না শেংলবা (বিশুদ্ধ), অতৈ ভাব য়ান্দ্রবা (অন্য-ভাববর্জ্জিত)। বিশুদ্ধা-মধুর-রতিদদা (হায়বদি সমর্থা-রতিদদা) রূঢ় অমসুং অধিরূঢ় ভাব শক্উংলী। দাস্য, সখ্য অমসুং বাৎসল্যরতিদা মহাভাব লৈতে, মধুরারতি অসিনতদা লৈবনী। মধুরা -রতিগী মনুংদদু অমুক সাধারণীগা সমঞ্জসা-গদা মহাভাব লৈতে; সমর্থারতি-সিনখতদা মহাভাব (রূঢ় অমসুং অধিরূঢ় শরুক অনীমক্কী) শক্উংলী। মরমসিনা কৃষ্ণপ্রেয়সী ব্রজসুন্দরী-শিংতদা মহাভাব লৈবনী, অতৈ কনামতদা লৈতে-লৈমশিংদফাওবা লৈতে। "মুকুন্দমহিষীবৃন্দৈরপ্যাসাবতিদুর্লভঃ। ব্রজদেব্যেকসংবেদ্যো মহাভাবাখ্যয়োচ্যতে॥ উঃ নীঃ সঃ স্থা ১১১॥"

মহিষীগণের রূঢ়-নচিংবা—পয়ার তংখাইসিগী অমুম চুন্না তাবদা ওইগদবা অর্থদি অসি ওইগদোবা নীংডী—"মহিষীশিংগী মরক্তনা রূঢ় ভাব অতুগা গোপিকাশিংদনা অধিরূঢ় ভাব লৈ।" অদুবু অওইবা অর্থদি অদু

নত্তে ; মরমদি, মহিষীশিংদি (মহিষীশিংদি) মহাভাবকী মপু ওইবা যাদে হায়না মথক্তা নৈনত্রে। (মুকুন্দ-মহিষীবৃন্দেরপ্যাসাবশিষ্ট্রভাবঃ) ॥ নৈনবিবা পয়ারশিংগী অহানবা ওংখাইদা মসিগুম্বনী ; রূঢ় অমসুং অধিরূঢ়ভাব তি কেবল মধুরা ( সমর্থা ) রতিদদা লৈ : লৈমশিংগী রতিদি সমঞ্জসানী, মরম-হুনা কেবল-মধুরা নত্তে ; মরমসিনা মখোয়দি মহাভাব-কী মপু নত্তে।

মহাভাবকী মথক অনীনা হায়রবদি মহাভাবকী স্তর ( মতাঙ ) অনীনী মহুদি—রূঢ় অমসুং অধিরূঢ়। "সরূঢ়শ্চাধিরূঢ়শ্চেত্যুচ্যতে দ্বিবিধো বুধৈঃ ॥ উ. নী. স্থাঃ ১১৩ ॥" দ্বারকাগী লৈনশিংদি মহাভাব ফংবদা ঙাবনী, মহা-ভাবকী স্তর অমতা মখোয়দা লৈকম থোক্তে ; মরমহুনা অহানবা স্তর রূঢ় কৌবা মহাভাবতু ফাওবা মখোয়দা লৈকম থোক্তে।

পয়ার ওংখাইসিগী অশেংবা অর্থদি অসিনী—মমাংদা—"সুবলাদের ভাব পর্যান্ত প্রেমের মহিমা।" হায়খিবগুম্না মতাংসিদস্থ—"মহিষীগণের প্রেমের মহিমা রূঢ় পর্যান্ত, আর গোপিকা নিকরের অধিরূঢ় পর্যান্ত।" হায়না লৌগদবনী। রূঢ় পর্যান্ত—গী অর্থ-রূঢ়গী মনাঙ থঙবা উমথৈ ফাওবা পূর্ণসীমা পর্য্যন্ত ; হায়রবদি মহাভাবকী পূর্ণসীমা ফাউবা অহুগা অনুরাগগী শেষসীমা ফাওবদা মহিষীশিংগী প্রেম না যৌদা লৈ। অহুগা গোপিকাশিংগী মরক্তাদি রূঢ় অমসুং অধিরূঢ় অনীমক উবা ফংই।

উজ্জ্বলনীলমণিদা হায়—"আত্মা প্রেমাক্তিনাং তদ্রাগুরাগান্তাং সমঞ্জসা। রতিভাবান্তিমাং সীমাং সমর্থৈব প্রপদ্যতে ॥ স্থাঃ ১৬৪ ॥" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদবিশ্বনাথ চক্রবর্তীনা ইরম্মী—"আদ্যা সাধারণী প্রেমান্তিমো মত্র তথাভূতাং সীমাং প্রপদ্যতে। তেন কুব্জাদীনাং রতি প্রমাণে দ্যাবব স্থায়িনো। সমঞ্জসা অনুরাগান্তিমানেতি তেন পট্টমহিষীনাং রতি-প্রেম-স্নেহ-মান-প্রণয়-রাগানুরাগা ; সপ্ত স্থায়িনঃ ॥" হায়রবদি সাধারণীরতি লৈবী কুব্জাদিগী কৃষ্ণরতিদি প্রেমগী শেষসীমা ফাওবনী, সমঞ্জসা-রতিমতী মহিষীশিংগী কৃষ্ণ-রতিদি অনুরাগগী শেষসীমা ফাওবনী অমসুং সমর্থারতি লৈবী ব্রজদেবীশিংগী কৃষ্ণরতিদি ভাব-কী ( মহাভাব-কী ) শেষসীমা ফাওবনী। মতৌসিনা, রতি

হায়বদি প্রেমাঙ্কুর অমসুং প্রেমগা অনীসিনা কৃষ্ণানচিংবগী স্থায়ীভাব-নী ; রতি ( প্রেমাঙ্কুর ), প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ অমসুং অনুরাগ হায়বা তরেৎসিনা মহিষীশিংগী স্থায়ীভাবনী অদুগা রতিদগী ভাব ফাওবা লোইনমক ব্রজদেবীশিংগী স্থায়ীভাব-নী । প্রমাণসিদগী খঙবা ঙম্মী—মহিষীশিংগী সমঞ্জসা রতিদি অনুরাগগী শেষসীমা ফাওবদমক য়োয়ি ; মহাভাবকী অহানবা স্তর রূঢ়-ভাব অদু মখোয়দা লৈতে ।

"মহিষীগণে রূঢ়" হায়দদুনা "মহিষীগণের রূঢ়" হায়বসিনা খঙইনবদি অসিনী মহুদি—মহিষীশিংদা রূঢ় ভাব লৈতে । মূল ৫৫-পয়ারদা "সুবলান্তের ভাবপর্য্যন্ত" হায়বগুম্না মফমসিদসু "মহিষীগণের রূঢ় পর্য্যন্ত—রূঢ়গী পূর্ব্বসীমা ফাওবা" হায়গে তৌবনী ।

মফমসিদা হায়রিবা মহিষীশিংগী অনুরাগ-গী রা অসিসু ব্রজসুন্দরীশিংগী অনুরাগ অদুগুম্বা নত্তে । অনীসি জাতিদা খেন্নে । সমর্থাদদি মচাগী নুংঙাইবা মচেৎ অমফাওবা য়াওদে, কৃষ্ণগী নুংঙাইবগীদমক্তনী ( কৃষ্ণসুখৈকতাৎপর্য্যময়ী হায়বনী ) ; অদুগা সমঞ্জসানা ওইরিবনা মরক-মরক্তা মচাগী নুংঙাইনবগী সম্ভোগ তৌনীঙবা য়াওরি ।

## মূল ৫৮

অধিরূঢ় মহাভাব—দুই ত প্রকার— ।
সম্ভোগে 'মাদন', বিরহে 'মোহন' নাম তার ॥ ৫৮ ॥

## শব্দার্থ

দুই ত প্রকার—মখল অনীনী ; সম্ভোগে—উনবদনা ; বিরহে—কায়নবদনা ; নাম—মিং ; তার—মাগী ( অধিরূঢ়—মহাভাবকী ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অধিরূঢ় মহাভাব-তি মখল অনীনী ; সম্ভোগ-তা মাদন কৌয়ি ; কায়নবদা মোহন কৌয়ি ।

## নৈনরোল

অধিরূঢ় মহাভাব মখল অনীগী লৈ ; মড়দি মোদন অমসুং মাদন। "মোদনো মাদনশ্চাসাবধিরূঢ়ো দ্বিধোচ্যতে॥ উঃ নীঃ স. স্থা, ১২৫॥" মোদন অমসুং মাদন অনীমক্তা সম্ভোগ থওহল্লী।

মোদন—অধিরূঢ় মহাভাব-তুনা শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ অনীমকী দেহদা সাত্ত্বিকভাব-নচিংবত্থ ময়েক লানা শকউৎলক্লবদি মহুৎ মোদন কৌয়ি। "মোদনঃ স দ্বয়োর্যত্র সাত্ত্বিকোদ্দীপ্তসৌষ্ঠবম্॥ উঃ নীঃ স্থাঃ, ১২৫॥"

মোদনগী থবক অনী উবা ফংই ; (১) শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মিলন ওইবদা শ্রীরাধানচিংবী ব্রজরমণীশিংগী চিত্তদা মাদনাখ্যমহাভাব থোরক্পা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী চিত্ত লাওতক্লে, অদুগী তেংনোক্লা, শ্রীকৃষ্ণমহিষীশিংগী চিত্তফাওবা লাওতক্লে। (২) চন্দ্রাবলীনচিংবা কৃষ্ণকান্তাশিংগী চিত্তদসু লাওতক্লবা পোক্পি (রাধাকৃষ্ণগী মিলনগী মতামদা—চন্দ্রাবলীনচিংবী কান্তাশিংগী প্রেম-লন মরাও কায়না লৈ হায়নবিবনী ; অদুগুম্বা মখোয়গী প্রেমদগীসু য়াম্না হেনবা প্রেম-নী মোদন-কৌবা মহাভাব-তা শকউৎলিবা প্রেম-হুদি। মরমসিনা সত্যভামা চন্দ্রাবলীনচিংবতু থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী মনাক্তা লৈনীংবনা থোংরোং থোংরোং থোংলিবা।

মোদন-দি শ্রীমতী রাধিকাগী যূথদা ওইথোক্পনী, মকম পূম্নমক্তা (চন্দ্রাবলীনচিংবদা) মনী ওইদে। "রাধিকা যূথ এবাসৌ মোদনো ন তু সর্ব্বতঃ॥ উ, নী, স্থা, ১২৮॥"

মোহন—মোদন অসিবু কায়নববা মতামদা (বিরহ অবস্থাদা) মোহন কৌয়ি। মতমহুদা কায়নরবদগী পোৎপা বিবশতা (হকচাঙ পুবা-থাংবা ওমদবা) লাক্পনা সাত্ত্বিক ভাবশিংনা জ্বাল্লেন্ ভানবা (সুদীপ্ত) ওইরক্পি। "মোদনোহয়ং প্রবিশ্লেষদশায়াং মোহনোভবেৎ। যস্মিন্ বিরহবৈবশ্যাৎ সূদ্দীপ্তা এব সাত্ত্বিকাঃ॥ উ, নী, স, স্থা, ১৩০॥ ফীভমসিদা লাক্পদগী য়া ক্রক্ ক্রক্ চীক্পনা থোংনবা যন্ত্রগী মখোলগুম্বা অমা পোরক্পি ; স্বর কায়রতুনা য়াহৈ

পুম্বা কণ্ঠদা অহুম লৈথোকৃয়ি : কুক্ত তাইবনা ভৌরোক্ ভৌরকৃয়ি ; তুচুংবনা হকচাংদো থৈবোঙগুম্ ভৌরকৃয়ি ; অগিনচিংবা।

বৃন্দাবনেশ্বরী শ্রীরাধিকাদদা অয়াম্বা মতাঙদা মোহন-ভাব অসী শক্-উৎলী। প্রায়ো বৃন্দাবনেশ্বর্য্যাং মোহনোহয়মুদঞ্চতি। উ, নী, স, স্থা, ১৩২॥

মোহনগী অনুভাবশিং :—

(অ) কান্তানা কোল্লগা লৈবা মতমদুদসু শ্রীকৃষ্ণগী মূর্চ্ছা ওই ; দ্বারকাদা রুক্মিণীনা কোল্লবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙদা তৃজংলম্মী ; মতম অদুদা যমুনা তোর্ৰবান্দা শ্রীরাধাগা কুঞ্জক্রীড়া তৌবগী বা নীঙশীঙলতুনা শ্রীকৃষ্ণ বাম্বরম্মী

(আ) খাঙহেন্দ্রবা অয়াবা থোক্লবসু মোহনভাববতীশিংগীদি কৃষ্ণগী নুংঙাইনবতা পাম্বা। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈবা মতমদা শ্রীরাধানা উদ্ধব তা হায়খি—"শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা লেঙলক্লবদি ঐখোয়গীদি নুংঙাই হায়ববু, মতুদা মাগী খুজিন্মুক্তং অমাংবা থোক্লবদি মহাক লেঙলক্তবনা ফৈ। মহাক্না লেঙলহত্তুনা ঐখোয়গী থম্বাই-থাবা য়ানা ব্বাবসু মথুরাদা লৈরগা মহাক নুংঙাই-গনী হায়রবোইদি মথুরাদা মতম চুপ্পা লৈগে হায়রবশু লৈশনু।"

(ই) ব্রহ্মাণ্ড ক্ষোভকারিতা (ব্রহ্মাণ্ডপুম্বা লাঙতক্লহনবা)—শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা লৈবা মতমদা শ্রীরাধাগী মোহন-ভাব থোক্লবদি মহাক্কী কায়ন-মৈশানা চাক্লবা মৈগুম শাবা নুংশাসোরগী মৈশুনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড অমসুং বৈকুণ্ঠ ফাওবা লাঙতক্লরম্মী—মী পুম্নমক খোল্হৌনা কপ্খংলকৃখি, লিন্ পুম্নমক খোয়রাংখি, দেবশিংগী হকচাঙদা হুমাং চেন্থখি, বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মীফাওবা পিরাং শিন্থখি।

(ঈ) তির্য্যাক জাতিনা কপ্পা—শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা লেঙগদৌরে হায়বা পাউ তাবদা, মহাক্কী পীতবসন (সনাফিগে) অদুনা দেহবু কুপ্শল্লগা শ্রীরাধানা যমুনা তোর্ৰবান্গী কুঞ্জগী উরীদা ভারগা পিরাং শিন্থ-শিন্থনা খোল্বাংনা ঈশৈ শকখিবহুদা, মতু নাকোংনা তারগা ঈশীংদা লৈবা ভা-মকরন্দ নফাওবা কপখি।

(ঙ) শিদোক্নগী মছাগী হকচাঙগী মচাক লৈথোম ঈশীঙ মৈনচিংবা ভুতশিংনকাংবা শ্রীকৃষ্ণগা নঙ্গ ছৌনীরো। শ্রীকৃষ্ণগা কায়নরবদা থরাই রারাংনা শ্রীমতীরাধিকানা প্রার্থনা তৌখি—"ঐ শিরবা, অদুগা ঐগী দেহগী লাইহুন। শ্রীকৃষ্ণগী অনাকেলিগী মরোম্বরদা চংলগা শিল্লুনবা, শ্রীকৃষ্ণনা লেংথোক-লেংশিন তৌরিবা লমদৌগী লৈপাক্তা ঐগী হকচাঙগী লৈপাক্না তিল্লুবা, শ্রীকৃষ্ণগী মিংশেলদা ঐগী হকচাঙগী তেজ-না ( মঙাল্না ) তিল্লুবা ওম্লনবা" অসিনচিংবা।

(ঙ) দিব্যোন্মাদ—মোহন কৌবা ভাব অসিনা হায়কম থঙদবা ফীভম থোক্লাকপা অমা ফংলবদা ভ্রমহন্বা (শেরাল্লনা লৌবশুন্বা) অদুকপা দশা অমা ফংলী; মসিবু দিব্যোন্মাদ কৌয়ি। "এতস্য মোহনাখ্যস্য গতিং কামপ্যুপেয়ুষঃ। ভ্রমাভা কাপি বৈচিত্রী দিব্যোন্মাদ ইতীর্যতে॥ উ, নী, স্থা, ১৩৭॥"

দিব্যোন্মাদ অসিগী উদ্ঘূর্ণা অমসুং চিত্রজল্প-নচি বা মখল মখল য়াম্না লৈ।

উদ্ঘূর্ণা—থরাই য়ারবগী মছাবু ফাওনবা ওম্লবদগী (নিরশ ওইবদগী) থোকপা থকপা অদুবু উদ্ঘূর্ণা কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈরবা মতমদসু মচাক হেন্না লৈদ্রা হায়না কান্থোক্লিদুনা, খুজগী ইবেম্মানা শুক্না মম্লবা অতিদা কুঞ্জ অমি শাবা, বাসক সজ্জা হেন্না কুঞ্জ—শঙ্গাদা ফরুক শেম্বা, খণ্ডিতা-ভাব লৌদুনা রাম্না শাইনা নত্তৌ উৎপনচিংবা উদ্ঘূর্ণাবস্থাগী থোকদোনী।

চিত্রজল্প—শ্রীকৃষ্ণগী অুশিথাইবা ( প্রেমী ) মকপ অমা থেংনরুবা মতমদা লোংনা থম্না অশাইনা ( গূঢ়রোষ ) লৈবনা ভাবগী মাড্লা ওইনা ( ভূরিভাবময় ) জল্পবু ( ঙাওনবু ) চিত্রজল্প কৌয়ি; মসিদা মহেল অমসুং হায়বদা থোক্তবা অওকপা অমা য়াংয়ি। মসিগী অরোইবদনা শাথীনা উৎকণ্ঠা ( থোরা বা ) উবা ফংঙী। "প্রেষ্ঠস্য সুহৃদালোকে গূঢ়রোষাভিজৃম্ভিতঃ। ভূরিভাবময়ো জল্পো যস্তীব্রোৎকণ্ঠিতান্তিমঃ॥ অসংখ্য ভাববৈচিত্রী চমৎকৃতিঃ সুদুস্তরঃ॥ উ, নী, স্থা, ১৭১॥" মথুরাদগী লাক্লবা উদ্ধবপু উবদা শ্রীমতী-রাধিকাগী হায়দোবকম থরদবা ভাব অদুগী ওইবা চিত্রজল্প থোরকখি; মদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ১০শুবা স্কন্ধদা অধ্যায় ৪৭-তা ভ্রমরগীতাদা য়াওরি।

চিত্রজল্পগী মখল (অঙ্গ) তরানিঃ—প্রজল্প, পরিজল্প, বিজল্প, উজ্জল্প, সংজল্প, অবজল্প, অভিজল্প, আজল্প, প্রতিজল্প অমসুং সুজল্প। ভ্রমরগীতাগী শ্লোক তরাদা অঙ্গ তরাসিগী মরোল পীরি।

(ক) অসূয়া (গুণদা দোষ উবা), ঈর্ষ্যা (কলক্ খন্নবা) অমসুং মদ-গী (ময়াইকাবগী) মাহৈ শীজিন্নদুনা থৌশা-মাশাবিদবনথৈ মুংশিবা মীগী অকৌশল (থবক্তা হৈশিংদবা) অদুগী মরমদা খাকপা লৈতনা গথোরক্পগুম্ ভাঙববু প্রজল্প কৌয়ি। "অসূয়েৰ্ষ্যামদযুজা যোঽবধারণ মুদ্রয়া। প্রিয়স্যাকৌশলোদগারঃ প্রজল্পঃ স তু কীৰ্ত্তাতে॥ উঃ নী স্থা ১৪১॥"

(খ) দূত-থারক্লিবা মবুংঙোদুগী মুংশিহৈতবা, লৌনম্-চাউবা অমদি পূকচেল-লেপ্তুবনচিংবা দোষ পন্দুনা ইঙ্গিতনা মোহন-ভাব লৈবীনা মহাগী হৈশিংবা (বিচক্ষণতা) উৎতুনা ভাঙববু পরিজল্প কৌয়ি। "প্রভোর্নির্দ্দয়তাশাঠ্যাচাপল্যাদ্যুপপাদনাৎ। স্ববিচক্ষণতাব্যক্তির্ভঙ্গ্যা স্যাৎ পরিজল্পিতম্॥ উঃ নীঃ স্থা, ১৪২॥"

(গ) থমুওদা মান অদুগা পান্দনা অসূয়া উৎতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা নোক্লনভাই ওইবা মীৎয়েংগী মাহৈনা ভাঙববু বিজল্প কৌয়ি। "ব্যক্তয়াসূয়য়া গূঢ়মানমুদ্রান্তরালয়া। অঘদ্বিষি কটাক্ষোক্তির্বিজল্পো বিদুষাং মতঃ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৪৩॥"

(ঘ) মুংদা নাপল লৈবনা অতোপ্পগী অফবা উবা ভমদনদগী শ্রীকৃষ্ণবু লৌনম্-হৈবনী (কুহক-নী) হায়বা অদুগা দোষ থিত্নুনা চৈববু উজ্জল্প কৌয়ি। "হরেঃ কুহকতাখ্যানং গৰ্ব্বগৰ্ভিতয়ের্ষ্যয়া। সাসূয়শ্চ তদাক্ষেপো ধীরৈরুজ্জল্প ঈর্য্যতে॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৪৪॥"

(ঙ) করেম্নমা দোষ থিত্নুনা চৈবগা শ্রীকৃষ্ণগী তৌবিমল-খঙদবা উৎতুনা ভাঙববু সংজল্প কৌয়ি। "সোল্লুণ্ঠয়া গহনয়া কয়াপ্যাক্ষেপমুদ্রয়া। তস্যাকৃতজ্ঞতাদ্যুক্তিঃ সংজল্পঃ কথিতঃ বুধৈঃ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৪৫॥"

(চ) শ্রীকৃষ্ণদি থম্মোই-কনবনী, লুপীদা শুক্তবনী ( কামুক-নী ) অমসুং মীরুবনী, মরমসিনা মংগোন্দা থম্বাই লুপ্পুবদি কিনজাইনী হায়বা ভাব ফোঙদোকুনা দোষ উৎতুনা জাওববু অবজল্প কৌয়ি। "হরৌ কাঠিণ্যকামিত্ব-ধৌর্ত্যাদাসক্ত্যযোগ্যতা। যত্র সের্ষ্যং ভিয়েবোক্তা সোঽবজল্পঃ সতাং মতঃ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৪৭॥"

(ছ) উচেকশিং ফাওববু ব্রাহনবা শ্রীকৃষ্ণবু থাদোকপনা চুম্মী হায়বা অসিগুম্বা অনুতাপকী বচনবু অভিজল্প কৌয়ি। "ভঙ্গ্যা ত্যাগৌচিতী তস্য খগানামপি খেদনাৎ। যত্র সানুশয়ং প্রোক্তা তদ্বদেদভিজল্পিতম্। উঃ নীঃ স্থাঃ ১৪৯॥"

(জ) অনুতাপ পোকপদগী শ্রীকৃষ্ণগী লিন্দা-চুমদবা অমসুং অরাবা পীগনবা লমচংকী রা য়াওবা, অদুগা অতোপ্পনা ফুংজাইবা পীবগী ইঙ্গিতনা তাকপা—অদুগুম্বা বচনবু আজল্প কৌয়ি॥ "জৈহ্ম্যাং তস্যার্ত্তিদত্বঞ্চ নির্বেদাদ্ যত্র কীর্ত্তিতম্। ভঙ্গ্যান্যসুখদত্বঞ্চ স আজল্প উদীরিতঃ॥ উঃ স্থাঃ ১৫১॥"

(ঝ) শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা অতোপ্পা ফুপী অমা মতম পুম্নমক লৈ, অতোপ্পগা লোয়নতুনা লৈবদি তোকপা ঙমদে; মরমতুনা মাগী নাক্তা চৎনুবা চুমদে—হায়বা অসিগুম্বা রাহৈ জাওবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা থারকপা দূত-পু সম্মান তৌবগী রাহৈ য়াওবা বচন-বু প্রতিজল্প কৌয়ি। "দুস্ত্যাজদ্বন্দ্বভাবেঽস্মিন্ প্রাপ্তির্নার্হেত্যনুদ্ধতম্। দূতসম্মাননেনোক্তং যত্র স প্রতিজল্পকঃ॥ উঃ নীঃ স্থা, ১৫২॥"

(ঞ) পুকচেলশিংবদগী চীঙলেম্বা, নোনবা, তয়াংতশোয়বা অমসুং য়াম্না খৌরাংবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী মপাউ হংবা বচন-বু সুজল্প কৌয়ি। "যত্রার্জবাৎ সগাম্ভীর্য্যং সদৈন্যং সহচাপল্যম্। সোৎকণ্ঠঞ্চ হরিঃ পৃষ্টঃ স সুজল্প নিগদ্যতে। উঃ নীঃ স্থাঃ ১৫৩॥"

মাদন—মাদন-দা কায়নবা য়াওদে; মিলনগী কীভমদদা মাদন ওই-থংলকপনী। মসিদা রতি-দগী মহাভাব-ফাওবা ভাব লোইননক উৎকর্ষ-পুজয়ো-য়োঁতুনা হরাও মথোই কাবকুয়ি। মোহন-দগীসু মাদনগী অঙকপা

মতৌ অমা লৈ। মসীনক হ্লাদিনীগী খমথেংবা ময়োনী। মাদন-সী শ্রীরাধা নত্তনা অতৈ কনামতদা লৈতে। মসী শ্রীকৃষ্ণদস্মু লৈতে, শ্রীরাধাগী যূথগী অতৈ সখীশিংদস্মু লৈতে ; মসী মহাভাব-স্বরূপিনী শ্রীমতী রাধাতগী মরম্নাই ওইবা লম্নী। "সর্ব্বভাবোদ্গমোল্লাসী মাদনোহয়ং পরাৎপরঃ। রাজতে হ্লাদিনীসারো রাধায়ামেব যঃ সদা॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১৫৫॥" অনাদিকাল-দগী মসী শ্রীরাধাদদা নিত্য ওইনা লৈরক্লবনী ; করিগুম্বা মতমদা মাগী মুংদা অতুগা করিগুম্বা মতমদনা পান্দস্ম থোরক্লি। মাদন-দা খমথেংবা মুংঙাইবনা মং-কাবা পোকহল্লী। মুংঙাইবগী মং-কাবসিনা জগৎ পুম্নমক্পু হরাওহল্লী ( মাদয়তি হর্ষয়তি সর্ব্বং জগদপি )।

মাদনগী থোইদোকপা অমনা অসিনী মতুদি--ঈর্ষ্যা-তৌফম থোক্তবা পোত্তস্মু ঈর্ষ্যা কম্না তৌহল্লী। বননালা হায়বসী থরাই-পান্দবা পোংনী— মরমতুনা মঙোন্দা শ্রীমতীরাধানা ঈর্ষ্যা তৌফম থোক্তে। অতুবু শ্রীকৃষ্ণগী ওক্তা থুকউফাওবা চোংনা লৈবা বনমালা উরগা, বনমালাহু শ্রীরাধানা ঈর্ষ্যা তৌখি। মতৌ অসিগুম্না বাঁশীদস্মু ঈর্ষ্যা তৌখি।

অতোপ্পা থোইদোকপা অমনা অসিনী, মতুদি—শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্বদা শ্রীরাধাবু সম্ভোগ তৌন-তৌননক, অতোপ্পা মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা সম্ভোগ তৌরুবগী মগমতুদা উরুবদা মগমতুগী (গন্ধতুগী) তুঙফম ওইবতুবু শ্রীরাধিকানা অস্তুম হায়না থাগৎলি মতুদি—মগম-তুঙফমতুগী মরাযবক্তি মাগী (শ্রীরাধাগী) লাইবক্তগী হেন্না ফৈ। মরমসিনা, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-দা তৈবা কুস্কুম-না মাগী মাগী স্তন-দা অমস্মুং বদন-দা নপ্ হল্লগা মহা মহাগী কন্দর্পব্যথা ( কাম-না পীবা অৱাবা) তাম্মোক্পা ওল্লিবা পুলিন্দকন্যাশিংদুবুস্মু শ্রীরাধানা থাগৎলী।

মাদনগী অতৈ থোইদোকপা অমস্মু লৈরি, মতুদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন—স্পর্শন—নচিংবা সম্ভোগ মখল অমদা আলিঙ্গন—চুম্বন-নচিংবা শীওনাই-দবা সম্ভোগ-লীলা পুম্নমক মতম অমতদা থোরক্লি। "যোগ এব ভবেদেব বিচিত্রঃ কোহপি মাদনঃ। যদ্বিলাসা বিরাজন্তে নিত্যলীলা-সহস্রধাঃ॥

উঃ নীঃ স্থা, ১৬০ ॥ অসিগুম্বা সম্ভোগ-কী ওইবা লীলাদি মতম অমতদা সাক্ষাৎ ওইনা থোরক্পনী ; স্ফূর্তি ওইনা নত্তে ; প্রত্যক্ষতয়া প্রকটীভবন্তীতি স্ফূর্ত্তিতো বৈলক্ষণ্য দর্শিতম।" শ্রীরাধিকানা পুলিন্দকন্যাগী লাইবক-ফববু থাগৎলিতেদা, নত্রগা বংশীনা তপস্যা তৌবগী মা থিজল্লিতেগী মতম-তুনকুদা, শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা আলিঙ্গন-চুম্বননচিংবা মখল লীশীঙ লীশাঙগী সম্ভোগ-কী ওইবা লীলাশিংবু শ্রীরাধানা মতম অমতদা অনুভব তৌয়ি। অদুগা, অসীগুম্বা শীঙনাইদবা সম্ভোগাত্মক-লীলাবু মতম অনতদা অনুভব তৌবদি দেহে অমতদা তৌবনী— কায়ব্যূহগুম্বা তোঙান্-তোঙানবা দেহ-দা তৌবা নত্তে।

অতোপ্পা বিশিষ্টতা ( থোইদোকপা ) অমনা অসিনী মতুদি—শীঙনাই-দবা চুম্বন-আলিঙ্গন-সম্প্রয়োগনচিংবগী নুংঙাইবতু মতম অমতদা অনুভব তৌবা মতম অতুনকুদা শাথিরবা বিরহগী ( কায়নবগী ) স্ফূর্ত্তি ওইরক্লুনা হায়ফম-খঙদবা অমম্নুং থাম্বা-য়াদবা মিলন তৌবগী উৎকণ্ঠা অমা থোরক্য়ি। মতমদুদা চুম্বন-নচিংবগী নুংঙাইবতুম্বু হায়নঙাই লৈতনা আস্বাদনগী অঙকপা অমা ফংঙী। অম্নুম-অম্নুম হেঙ্গৎলক্পা চাক্লাম অনম্নুং য়াম্না হরাওবা অচা-পোং অতুনা মতম অমতদা য়েঙ্ক্লেবদা ওইবা আস্বাদন আনন্দতু মপুঙ ফাগনী ; মতমসিদা চাক্লামতুনস্থু নুংঙাইহল্লী অদুগা চাবনস্থু নুংঙাইহল্লী। বিরহগী স্ফূর্ত্তিনে অতুগা শীঙনাইদবা চুম্বন-আলিঙ্গন-নচিংবনে লোইননক মতম অমতদা আস্বাদন তৌবদা মাদন-স্থু অতুগুম্বা নুংঙাইবগী অঙকপা ফংহল্লী। মাদন-দা বিরহগী স্ফূর্ত্তিস্থু আনন্দ চমৎকারিতাগী হেতু ওইবনা সুখময়ী ওইহনা লৈ।

মথক্তা পল্লিবা থোইদোকপা (বিশিষ্টতা)-শিংসিনা মোহনগা মাদন-গা খেন্নবতু তাক্য়ি। বিরহদা মোহন অদুগা মিলনদা মাদন হায়বনী। মোহন-দা কায়নচৈচাক চাকপা অদুগা মাদন-দা মিলন ওইবগী নুংঙাইবনা ময়াই কাবা।

## মূল ৫৯

মাদনের চুম্বনাদি হয় অনন্ত বিভেদ।
উদ্‌ঘূর্ণা, চিত্রজল্প—মোহনের দুই ভেদ ॥ ৫৯ ॥

## শব্দার্থ

মাদন—মাদনগী ; চুম্বন-আদি—চুপ্পনচিংবা ; হয়—ওই ; অনন্ত—ওমথৈনাইদবা ; বিভেদ—মখল ; মোহনের—মোহনগী ; দুই—অনী ; ভেদ—মখল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাদন-গী চুপ্পনচিংবা মথেলগী মশীংদি ওমথৈ লৈতে। উদ্‌ঘূর্ণা অমসুং চিত্রজল্প অনীসী মোহনগী মখল অনীনী।

## নৈনরোল

মূল পয়ার ৫৯-সীগী অর্থ মুন্না খংননবা মূল ৫৮-গী নৈনরোল য়েংবিয়ু।

## মূল ৬০

চিত্রজল্প দশ-অঙ্গ—প্রজল্পাদি নাম।
ভ্রমরগীতা দশশ্লোক তাহার প্রমাণ ॥ ৬০ ॥

## শব্দার্থ

দশ অঙ্গ—অঙ্গ তরানী ; প্রজল্পাদি নাম—প্রজল্পনচিংবা মমিংনী ; ভ্রমরগীতা-দশ শ্লোক—শ্রীমদ্ভাগবতমগী ভ্রমরগীতাগী শ্লোক তরা ; তাহার মদুগী ; প্রমাণ—প্রমাণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিত্রজল্প-দি অঙ্গ-তরাগীনী ; মখোয়গী মিংদি প্রজল্প-নচিংবনী। ভ্রমর-গীতাগী শ্লোক তরানা মখোয়গী ( অঙ্গশিংদুগী ) প্রমাণনী।

## নৈনরোল

চিত্রজল্পগী অঙ্গ তরাগী বা মনাওগী মূল ৫৮ পয়ারগী নৈনরোল-দা য়েংবিয়ু।

ভ্রমরগীতা—শ্রীমদ্‌ভাগবতমগী দশম স্কন্দদা অধ্যায় ৪৭-শা শ্লোক ১১-২১-বু ভ্রমরগীতা কৌয়ি। শ্লোক শরাশিদা চিংজরগী অঙ্গ শরাগী ঙারোল শীরি। (মূল ২/২৩/৫৮-গী নৈনরোল য়েংবিয়ু)।

## মূল ৬১

উদ্‌ঘূর্ণা—বিবশচেষ্টা—দিব্যোন্মাদ নাম।
বিরহে কৃষ্ণস্ফূর্তি—আপনাকে 'কৃষ্ণ' জ্ঞান॥ ৬১॥

### শব্দার্থ

উদ্‌ঘূর্ণা—মোহনগী মখল অমা; বিবশ—লাকশুম্‌-ফাশুম্‌দবা; চেষ্টা—থৌদৌ; দিব্যোন্মাদ—দিব্যোন্মাদ; নাম—মিং; বিরহে—কায়নবদা; কৃষ্ণস্ফূর্তি—কৃষ্ণ থোরকপা; আপনাকে—মশাবু; কৃষ্ণ জ্ঞান—কৃষ্ণনী হায়না খনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্‌ঘূর্ণা—দা লাকশুম-ফাশুমদবা থৌদৌনী, মমিংনা দিব্যোন্মাদ কৌয়ি। কায়নবদা কৃষ্ণস্ফূর্তি ওই অদুগা মশাবু কৃষ্ণনী হায়না খল্লী।

## নৈনরোল

উদ্‌ঘূর্ণা অদুগা দিব্যোন্মাদ-গী ঙারোল মূল ৫৮-পয়ারগী নৈনরোল্‌-দা য়েংবিয়ু।

**বিরহে কৃষ্ণস্ফূর্তি**—নচিংবা—কৃষ্ণগা কায়নবদা দিব্যোন্মাদ ওইরবদা শ্রীকৃষ্ণবু খন্‌ খন্দুনা লৈবদা করিগুম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণ স্ফূর্তি ওই। খনবদুনা অসুম কন্‌সল্লকপদা মশাবু শ্রীকৃষ্ণনী হায়না খল্লী।

**আপনাকে কৃষ্ণ জ্ঞান**—শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী মৈচাক্লা কনা কনা-গুম্বগী কৃষ্ণপ্রেয়সী ব্রজসুন্দরীনা মশাবু কৃষ্ণনী হায়না খল্লী অদুগা ফীভম মতাঙদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলানচিংবগী মতৌ ভম্মী। ব্রজসুন্দরীশিংদি মথক্লাইগী লুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণগী চিন্তাদা লুপ্না জাংনী। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়দগী লাপ্না চথোকখ্রবদা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী মৈচাক্লা মহাক্কী মগুণ অমসুং লীলাশিং

খন্দুনা চাক্ লৈ ; অশুন্না থনবনা মখোয় লীলাগা অছুম অমত্তা ওইশন্নথি ; মচুম্না তৌবনা মরক মরক্তা মখোয়না লীলাশিংছু মতৌ তশ্মী ; লীলাগা অমত্তা ওইশন্নবচুনা কা হেঙ্গল্লক্লবদি লীলাগী মতৌ তম্বদা মখোয়না তৌগে হায়না তৌবা নওনা মথন্-মথন্তা স্ফুরণ ওইরকপনী। মসিবু তৌগে-হায়না-তৌবা-নববা মীতৌ তশ্বনী হায়। লীলাগা অমত্তা ওইশন্নবা (তন্ময়তা) অছুনা পারপ্পা ওইবা মতমদদি মতৌ তম্বছু তৌগে হায়না তৌবনী ( বুদ্ধিপূর্ব্বক অনুকরণ হায়না হায় )। শ্রীকৃষ্ণদা অমসুং লীলাবিশেষ অমদা আসক্তি য়াম্না লৈবদগী বুদ্ধিপূর্ব্বক অনুকরণয় মতৌয়ি। অনুকরণছু বুদ্ধিপূর্ব্বক ওইরবসু নল্লগসু মফম পুম্বদা ব্রজসুন্দরীশিংগী স্বভাব - শ্রীকৃষ্ণদা প্রীতি লৈবগী ভাব— অছুদি স্মৃকলেপ্ লেপ্পে। মশুন্না তৌবা লীলাগী অনুকরণসে শ্রীকৃষ্ণপ্রেয়সী-শিংগী থম্মোইদা লৈবা নঙ নঙ-লাইবা প্রেমছুনা মপানথোক্তদা উইপা শক্উং পারবছুনী ; মরমসিনা মসিবু স্বভাব-তগী পোকপা অনুভাব কৌয়ি। কঞ্জরবা ফিজেং-লৈতেং অমসুং থবক্লচিংবনা মতৌ অশুন্না মশিংবা মুপাগী মতৌ তম্বরু ( অনুকরণবু ) রসশাস্ত্রগী লোন্দা লীলা কৌয়ি। "প্রিয়ানুকরণং লীলা রম্যৈর্বেশক্রিয়াদিভিঃ। উঃ নীঃ মঃ অনুভাব প্রকরণ॥ ৬৬॥" লীলা-কৌবা অনুভাব-সিগী খুদম ওইনা উজ্জলনীলমণিদা বিষ্ণুপুরাণ দগী শ্লোক অমা লৌখৎলম্মী ; মছুদি অসিনী – "দুষ্ট কালীয় তিষ্ঠাত্র কৃষ্ণোঽহমিতি চাপরা। বাহুমাস্ফোট্য কৃষ্ণস্য লীলা-সর্বস্বমাদদে॥ বিঃ পুঃ ৫/১৩/২৬॥—(শরৎকালগী রাসস্থলীদগী শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান তৌখবদা কৃষ্ণ কাননবদগী চাওরছুনা) গোপী অমনা হায় ফত্তবা কালীয়, লৈরম্ম, ঐসী কৃষ্ণনী—অশুন্না হায়ছুনা মপাম্বোম চিংথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অনুকরণ তৌখি। মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণগী কালীয়-দমনলীলা অনুকরণ তৌবগী রা হায়রি। অনুকরণসী অবুদ্ধিপূর্ব্বক-নী। বুদ্ধিপূর্ব্বক অনুকরণগী খুদম ওইনা ছন্দোমঞ্জরীগী শ্লোক অমা লৌখৎলি। "মৃগমদকৃতচর্চ্চা পীতকৌষেয়বাসা রুচিরশিখিশিখণ্ডা বদ্ধধম্মিল্লপাশা। অনৃজু নিহিতমংসে বংশমুৎক্বানয়ন্তী কৃতমধুরিপুবেশা মালিনী পাতু রাধা॥ উঃ নী, ম অনুভাব প্রকরণ॥ ৬৭॥ ( রতিমঞ্জরীনা

মাগী সখীদা হায়রম্মী—শকহেন্‌বী ! য়েঙু আতৃ ; শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা ভাগুরতুনা শ্রীরাধানা মচাদা কস্তুরী তৈত্তুনা, সনাফিগে শেংতুনা মশান্না ফজরবা য়াঙোং মতু পান্দুনা মচক্রা বনমালা শিরগা পৈরগা লেংবান্দা বংশী অশাঙবা থনহুনা থুন্না খোংলি। অসিগুম্বী শ্রীরাধানা ঐখোয়বু ভাক্‌কোন্‌-বিসন্নু।" অনুকরণ অসী বুদ্ধিপূর্ব্বক-নী। শ্রীরাধানা মছাবু কৃষ্ণনী হায়না খল্লিবসিগী য়াহু মায়েক-লানা ছন্দোমঞ্জরীগী উদাহরণ-শ্লোক অহুদা পল্লমত্র-বস্ত্র, মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী ফিজেৎ-লৈত্তেং শেং-চারগহুদগী থঙবা ঙম্বদি মহাক্না মছাবু কৃষ্ণনী হায়না প্রমাণ তৌনবা তোংনরম্মী। অদুবু মথক্তা লৌখংলিবা বিষ্ণুপুরাণগী উদাহরণ শ্লোক অহুদা কালিয়দমন-লীলাগী মতৌ-তম্বী গোপীনা মছাবু কৃষ্ণনী হায়না খনখি, নত্রগা কৃষ্ণ ওইনা শক্ তাক্কে হায়না খল্লম্মী হায়বনা তংশংবা থঙবা ঙম্মী—"কৃষ্ণোঽহমিতি" বাক্যদগী। শারদীয় মহা-রাসদা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান তৌখ্রবদা কায়ন-নৈচাক্না য়ারবী গোপীশিংনা মখোয় মচা-মছাবু কৃষ্ণনী হায়না খল্লম্বা, নত্রগা কৃষ্ণগী রূপ লৌদুনা শক্তাক্কে তোংনরম্বতুগী প্রমাণ শ্রীমদ্ভাগবতমদসু য়াওরি। অহুন্ কায়নবদা ব্রজ-সুন্দরীশিংনা মচা মচাবু শ্রীকৃষ্ণনী হায়না খল্লম্লসে সাযুজ্য—মুক্তি-পাম্না মীনা মছাবু ব্রহ্ম-নী হায়না খনবা অদুগুম্বা নত্তে, মতুংগা অহংগ্রহোপাসক-না মচাবু উপাস্যস্বরূপ ( লাংনচাই ) ওইনা খন্‌বা মখন্দুসু নত্তে। ব্রজসুন্দরী-শিংনা পৌরম্বা কৃষ্ণমনন অসিদি প্রেমলীলানা থম্লবা স্বভাব—লীলা, নত্রগা রসগী আস্বাদ অহুনা মমুন—ভাবকী পোক্‌পনী। মসী লীলা কৌবা অনুভাবনী হায়নসু বৈষ্ণবতোষণীনা হায়। "লীলাশ্চ অনুভাবোঽয়ম্।"

ব্রজগোপীশিংগী মহাভাব-কৌবা প্রেমগী স্বভাব অহুনা কায়নবা মতমদা মচা মছাবু কৃষ্ণনী হায়না খনবা য়াই : অদুগা বনাগুম্বা ভক্তসাধক অমগী লৈরিবা দেহহুদদি গোপীশিংগী য়াখলসিংগুম্বা ওইবা য়াদে ; মরমদি সাধক জীবগী লৈরিবা দেহ মতাংদদা মহাভাব ফংবদি লায়রহুনা প্রেমগী মতুংদা লাকপা স্নেহ-মান-প্রণয়নচিংবা স্তর অমতা নংবা ঙমদে।

মূল ৬২

সম্ভোগ, বিপ্রলম্ভ,—দ্বিবিধ শৃঙ্গার।

"সম্ভোগ"—অনন্ত অঙ্গ নাহি অন্ত তার ॥ ৬২ ॥

## শব্দার্থ

সম্ভোগ—উনবা (মিলন); বিপ্রলম্ভ—নায়কনা সয়েংগী পীরয়গা নায়িকাগী নাক্তা লাক্তবা অতুনা উনদবা; দ্বিবিধ—মথল অনীগী; শৃঙ্গার—মুপা-মুপী উনাদীওবা রস, আদিরস; সম্ভোগ—সম্ভোগ; অনন্ত—ওমখৈনাইদবা; অঙ্গ—শরুক; নাহি—লৈতে; অন্ত—লোইবা; তার—মাগী (সম্ভোগ হায়বগী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৃঙ্গার-রসগী মথল অনীনী, মতুদি সম্ভোগ অমসুং বিপ্রলম্ভ। সম্ভোগ-কী (চুপ্পা-কোন্‌বনচিংবা) অঙ্গ (শরুক) ওনখৈনাইদনা লৈ।

## নৈনরোল

শৃঙ্গাররস—মধুর-রতিনা মাগী ওইকম থোক্পা বিভাব অনুভাবনচিংবগা তিন্নরগা হায়নভাই লৈতনা হাওবা হায়বদু ওই; মতমদুদা মাবু শৃঙ্গার-রস কৌয়ি।

শৃঙ্গার-রসগী মথল অনীনী মতুদি—সম্ভোগ অমসুং বিপ্রলম্ভ।

সম্ভোগ—উনবগী মওং চানা উনবা অমসুং চুপ্পা-কোন্‌বনচিংবা তৌবনা নায়ক-নায়িকাগী হরাও-মথোই কাহনবা ভাব পু সম্ভোগ কৌয়ি। "দর্শনালিঙ্গনাদীনামানুকূল্যান্নিষেবয়া যূনোরুল্লাসমারোহন্ ভাবঃ সম্ভোগ ঈর্য্যতে॥ উঃ নীঃ সম্ভোগ /৪/" অসিগুম্বা চুপ্পা কোন্‌বনচিংবা নিংবেবণ অদুদা শারমচৎকী মফম য়াওদে। শ্লোক অসিদা য়াওরিবা 'আনুকূল্য' শব্দগী তাৎপর্য্যদি অসিনী—সম্ভোগ অসিদা নায়কনা নায়িকাগী নুংঙাইহনবগীদা চৎপা শাক্তং অমসুং নায়িকানসু নায়ক অদুগী নুংঙাইহনবগীদা চৎপা আচরণী; মছামছাগী নুংঙাইনবগীদমক চৎপা শাক্তং অমত্তা কনামত্তগী য়াওদে। নায়কনায়িকাগী মছা-মছাদা মছা-মছাগী নুংঙাইনীংবগী য়া অমত্তা য়াওদবনা মসিদি

প্রাকৃত কাম-ভাক্তগী ওইবা সম্ভোগ-তগী মপুঙ-ফানা খেন্নবা পোত্তা অমনী হায়বতুন্সু তশেংনা খঙে। তশেংবদি প্রকরণসিদা সম্ভোগনচিংবগী হায়সিবা মাসে প্রাকৃত নায়ক-নায়িকাগী মরমদা নত্তে— আত্মারাম শ্রীভগবান্ অমসুং মহাক্কী স্বরূপশক্তিগী মচি-ওইবী মহাভাব স্বরূপিণী ব্রজসুন্দরীশিংগী মরমদনী।

সম্ভোগ মখল অনীনী, মদুদি--গৌণ-সম্ভোগ অমসুং মুখ্য-সম্ভোগ।

মুখ্য সম্ভোগ—জাগ্রদবস্থাদদা ( তাইবঙদদা ) ওই। মসী মখল-মরিনী, মদুদি—সংক্ষিপ্ত, সঙ্কীর্ণ, সম্পন্ন অমসুং সমৃদ্ধিমান্। পূর্ব্বরাগগী মতুঙদা ওইবা সম্ভোগ অদু সংক্ষিপ্ত সম্ভোগ নী; মান-গী মতুঙদা ওইবা সম্ভোগনা সংকীর্ণ নী: খজিক্কমক-লাপ্পা লংকৈদা লৈরুবগী মতুঙদা ওইবা সম্ভোগনা সম্পন্ন সম্ভোগনী; অদুগা য়াম্না লাপ্পা লংকৈদা লৈরুবগী মতুঙদা ওইবা সম্ভোগনা সমৃদ্ধিমান সম্ভোগনী। কনা কনাগুম্বনা হায়বদি, প্রেম বৈচিত্ত্যগী মতুঙদসু খজিক্কং লাপ্পা অমসুং য়াম্না লাপ্পা লংকৈদা লৈরুবগী সম্ভোগকুম্না সম্পন্ন অমসুং সমৃদ্ধিমান্ সম্ভোগ ওই।

সম্ভোগ অদুদা ( পূর্ব্বরাগগী মতুঙদা অহানবা মিলন-দা ) ঈকাইবা, অকিবা, খঙবা ঙমদবনচিংবদগী ভোগ তৌনবা অঙ্গ পুম্নমক খন্ন-খন্নদমক শীজন্নবা, অদুগুম্বা সম্ভোগ-পু সংক্ষিপ্ত ( শম্পংপা ) সম্ভোগ কৌয়ি।

মানগী তুংদা মিলন ওইরবদি, নায়কনা হান্ননা বিপক্ষগী গুণ থাগৎ-খিবতুনা, নত্রগা মহাকপু ( নায়িকাবু ) বঞ্চনা ( ফংহন্দবা) তৌখিবদুনা (মসিগী মরমগীদমক মান ওইখিবনী), মদু পুম্নমক নায়িকানা নীঙশীঙলকপনা চুপ্পা-কোন্বনচিংবা ভোগাঙ্গ পুম্নমক সঙ্কীর্ণ ( মিশ্রিত্ত—য়ান্শল্লবা ) ওই; মদুগুম্বা ভোগতদি য়ান্নদবা (অশেঙবা ভাক্তগী) মুংঙাইবা য়াওদে, মুংঙাইবগা লোয়ননা হান্নগা চৎখিবা শাজংতদগী পোকপা মুংঙাইতবগা য়ান্নে। অদু হায়দুনসু মুংঙাইবা অসিসু থাদোকপা য়াদবা—মসিদি নৈদা লৌরবা চু ছায়বগুম্বনী। অসিগুম্বা সম্ভোগপু সঙ্কীর্ণ-সম্ভোগ কৌয়ি।

প্রবাস-ভঙ্গী (লংফেদগী) কান্থনা লাক্নগ। উনরগা ওইবা সম্ভোগ অদুগী মিংদি সম্পন্ন-সম্ভোগ কৌয়ি। প্রবাসভঙ্গী লাক্পগী মথল অনী ওইবা য়াই ; অমনা মী খ্বায়না ভৌবদৌনা খোঙনা নত্রগা গাড়ী তে ংঙনা লাক্পা। অমনা, প্রাদুর্ভাব ( খঙফাও-ফাওরকপা ), হায়বদি রূঢ় ভাবকী মতৌঙনা, থায়নমৈশালাংলবী—তুংশিথোইবীশিগী মাংদা খঙংদবমখে আবির্ভাব ( থোরক্পা ) ভৌরবা—হায়বদি মীওইবশিংনা লাক্পগুম নত্তগা মরাগী।

মীথাপোন্বা মরম্না নায়ক-নায়িকা মশেল কায়নরবদা, নত্রগা মথোয় মশেল শক্-উনবা যংবত্ত য়ানা যংবা তারবদা অদুগুম্বা ফীভমদা ভৌবা কাহেন্বা সম্ভোগ পু সমৃদ্ধিমান্ সম্ভোগ কৌয়ি। মসীদা মমাঙদা পল্লিবা সম্ভোগ মথল অদুমদগী হেন্না উৎকণ্ঠা য়াওনা ভৌবা সম্ভোগনী।

গৌণ-সম্ভোগ—মসীদি মঙদা ওইবা সম্ভোগনী। মঙদা থব্রাইগী তুংশিবা শ্রীকৃষ্ণগা উনরগা মদুবু গৌণ ( মুখ্য-নত্তবা ) সম্ভোগ কৌয়ি। মঙ অসী প্রাকৃত জীবগী মতৌগুম্না রজো-গুণ লেঙ্গংলকপদগী ওইবা মঙদু নত্তে, মসিদি প্রেম-গী উৎকণ্ঠাদগী ওইরক্পা ফীভম থোইদোক্পা অমনী।

সংক্ষিপ্তনচিংবা সম্ভোগশিংগী থোইদোক্পা থবক্তি অসীনী মদুদি— দর্শন, জল্প ( ৱা ডাঙনবা ), স্পর্শন ( খুংনা শোক্পা ), বর্ত্মরোধন ( লম্বেল থংপা ), রাস, বৃন্দাবনক্রীড়া, যমুনা জলকেলি, নৌখেলা, লীলাদ্বারা চৌর্য্য ( হূরান্বা ), ঘট্ট ( খেব্রা ), কুঞ্জদা লোংপা, মধুপান, তুপীগী বেশ থোন্বা, তুম্শন্নবা ( কপটনিদ্রা ), দ্যূতক্রীড়া (চৌবর শান্নবা), বস্ত্রাকর্ষণ (ফি চিংবা), চুম্বা, আলিঙ্গন (হকচাং কোন্বা), নখার্পণ ( খুজীন্না শীক্পা ), বিম্বাধরসুধা, পান (চীন্বান্গী অমৃত থক্পা) অমসুং সম্প্রয়োগ (পাদোঙনবা) অসিনচিংবা।

বিপ্রলম্ভ—অহান্বা মিলনগী মমাঙদা অযুক্ত অবস্থাদা, নত্রগা মিলনগী মতুংদা নায়ক-নায়িকাগী যুক্ত নত্রগা অযুক্ত অবস্থাদা, মশেল পাম্নরিবা চুম্বা-কোন্বনচিংবা যংদবদগী ওইরক্পা উৎকণ্ঠানা মরম্নদুনা ফোঙলক্পা ভাব

অদুবু বিপ্রলম্ভ কৌয়ি ; বিপ্রলম্ভসিনা সম্ভোগ-য়োক্‌খৎলী। "যূনোরযুক্তয়ো-র্ভাবো যুক্তয়োর্বাথ যো মিথঃ। অভীষ্টালিঙ্গনাদীনামনবাপ্তৌ প্রকৃষ্যতে। স বিপ্রলম্ভো বিজ্ঞেয়ঃ সম্ভোগোন্নতিকারকঃ ॥ উঃ নীঃ শৃঙ্গার ৬ ॥"

ব্রজসুন্দরীশিংগী বিপ্রলম্ভ ভাব অদী মাগী হৌনবী বিভাবনচিংবগা লোয়ননা তিন্নরবা মতমদা বিপ্রলম্ভ-রস ওইরকৃয়ি।

কনাগুম্বনা হংবা য়াই --বিপ্রলম্ভ হায়বসিদি কায়নবগী ব্রানী ( বিয়োগাত্মকনী ) ; কায়নবা হায়বসিদি অরাবগী মশক ওইফম থোকয়ি ; মরমদুনা মসীনা মতৌ করম্না অদাওবা রস ওইরকদৌরিবা ? মসিগী পাউখুমদি অসিনী--কুংভাইবগী মশক ওইবা সম্ভোগ হায়বদুগী য়োক্‌খৎনবনী হায়দুনা মসিবু রস কৌরিবনী। বিপ্রলম্ভগী ফীভমদা উননবগী উৎকণ্ঠা অকন্‌বা অমা পোক্‌য়ি ; বিপ্রলম্ভনা শাক্তাবদা, মিলনগী--উৎকণ্ঠাসু হেন্সংলী ; য়ং য়ং-লাউশল্লকপা উৎকণ্ঠাগী তুংদা মিলন ওইরবদি মিলন অদুনা নুংভাইহল্লী। অশোংবসু, থায়নগী পণ্ডিতশিংনা হায় বিপ্রলম্ভ নত্তনা সম্ভোগবু য়োক্‌খৎপা য়াদে। "ন বিনা বিপ্রলম্ভেন সম্ভোগঃ পুষ্টিমশ্নুতে ॥ উঃ নীঃ শৃঙ্গার ॥ ৪ ॥" মরমসিনা বিপ্রলম্ভবু "সম্ভোগোন্নতিকারকঃ--সম্ভোগ-কী য়োক্‌খৎনবনী" হায়রিবনী ; মরমসিনা মাবু রস-নীসু হায়রিবনী। অদুবু সম্ভোগকী 'উন্নতি-কারক-নী" হায়দুনা বিপ্রলম্ভনা রস ওইনবগী মরম ( হেতু ) ওইবদি য়াই, অদুবু করম্না মানা রস ওই দৌরিবনো ? মসিগী পাউখুমদি অসিনী--মসী রস য়োক্‌খৎনবা ওইবদা নত্তনা, মহাক মত্তামক হাওনভাইনী (আস্বাদ্যনী ), মরমদুনা রস-নী। প্রেম-স্নেহ-নচিংবা স্থায়িভাব-চেন্‌বা নায়ক--নায়িকাগী, বিপ্রলম্ভগী মতমদা অকন্‌বা উৎকণ্ঠাগা লোয়ননা মথোয় মশেল নীংশীঙ-নরক্‌পনা স্ফূর্ত্তি অমসুং আবির্ভাবকী ফল ওইনা, পুক্নীঙ-হকচাঙ-মীৎকী ওইবা চুপ্পা-কোন্‌বা-পাদোঙনবনচিংবা থোকয়ি ; মদুগী ফল ওইনা, বিপ্রলম্ভসিসু নুংভাইবা মথেল-মথেলগী পোৎ অমা ওইরকয়ি হায়দুনা মা আস্বাদন-তৌনভাইনী--মরমদুনা মাসু রসদা ওন্‌থৎলকয়ি। মরমসিনা কনা কনাগুম্বা অনুভব-তৌগনবা রসিক-ভক্তনা হায়--সঙ্গমগা বিরহগা অনীগী মরক্তা

বিরহগী শারুঙাইনী, মরমদি সঙ্গমদদি মূর্ত্তি অমতদা প্রণয়িণীবু ( নত্রগা প্রণয়ীবু ) ফংঙী, অদুগা বিরহদদি য়েংথি য়েংথিবা মায়কৈদা—ত্রিভুবনগী মফম পুম্বদা প্রেমময়ীবু ( নত্রগা প্রেমময়বু ) অনুভব তৌবা য়াই ।

য়াহং অমসু হংনঙাই লৈরি, মদুদি —বিপ্রলম্ভদা স্ফূর্ত্তি-আবির্ভাবনচিংব-দুনা মুংঙাইবা পীরি, অদুবু স্ফূর্ত্তি-আবির্ভাবনচিংবদু মাঙখ্রবদি মতমদুদা খাঙবদা য়ানঙাই ওইবা কায়ন চৈনা পোক্লোইদরা ? পাউথুম—বিপ্রলম্ভগী প্রাকৃত নায়ক-নায়িকাগী বিরহ (কায়নবদু) নত্ত্রে ; মসিদি হ্লাদিনী শক্তিগী শক্তম থোইদোক্পা অমনী ; মরমসিনা চৈনাদুদসু মুংঙাইবা অমা য়াওরি ।

সম্ভোগ অনন্ত-অঙ্গ—নচিংবা—সম্ভোগকী আলিঙ্গন, চুম্বন হায়বন-চিংবা শীঙনাইদবা অঙ্গ য়াম্না লৈ ।

## মূল ৬৩

বিপ্রলম্ভ চতুর্ব্বিধ—পূর্ব্বরাগ, মান ।
প্রবাসাখ্য, আর প্রেমবৈচিত্ত্য-আখ্যান ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

বিপ্রলম্ভ চতুর্ব্বিধ—বিপ্রলম্ভ মখল মরিনী ; আর—অদুগা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিপ্রলম্ভ মখল মরিনী । মখোয়দুদি—পূর্ব্বরাগ, মান, প্রবাসাখ্য অদুগা প্রেমবৈচত্ত্যনী ।

## নৈনরোল

পূর্ব্বরাগ—নায়ক-নায়িকানা মিলন ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা, নায়ক-নায়িকা মশেল মমাঙদা সাক্ষাৎ-দর্শন তৌবগী ফল ওইনা, চিত্রপট-নচিংবদা দর্শন, নত্রগা স্বপন্ন-চিংবদা তৌবা দর্শনগী ফল ওইনা, নত্রগা অতোপ্পা কনানো অমগী মচৌন্দা রূপগুণচিংবগী য়া তাবগী ফল ওইনা, মখোয় মশেলগী মফমদা রতি পোক্লিবদো অদুনা বিভাব-নচিংবগা ভিন্নরগা আস্বাদ-ময়ী ওইরবদি, মদুবু পূর্ব্বরাগ কৌয়ি । "রতির্যা সঙ্গমাৎ পূর্ব্বং দর্শন-শ্রবণাদিজা । তয়োরুন্মীলতি প্রাজ্ঞৈঃ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে । উঃ নীঃ পূর্ব্ব । ৫ ॥"

ব্যাধি, শঙ্কা, অসূয়া, শ্রম, ক্লম ( চোক্থবা ), নির্ব্বেদ (শ্বাস লৈতবা), ঔৎসুক্য, দৈন্য, চিন্তা, নিদ্রা, প্রবোধ (থেম্জনবা); বিষাদ, জড়তা ( থরাই পাক্কবগী ফীভম ), উন্মাদ, মোহ অমসুং মৃত্যুনচিংবদি পূর্ব্বরাগগী সঞ্চারী-ভাবশিংনী।

প্রৌঢ়, সামঞ্জস অমসুং সাধারণ হায়বা মথক অহুমগী পূর্ব্বরাগ লৈ।

সমর্থারতিস্বরূপ-পু প্রৌঢ়-পূর্ব্বরাগ কৌয়ি।

লালসা, উদ্বেগ ( পাঞ্চৎপা ), জাগর্য্যা (মীৎশেল থাডবা), তানব (য়াড কংশিন্‌বা), জড়তা ( পঙথবা ), ব্যগ্রতা (থৌরাংবা), ব্যাধি, উন্মাদ (ডাওবা), মোহ ( শ্বাস মাঙবা ) অমসুং মৃত্যু—মখোয়সী প্রৌঢ়গী অনুভাব-নী।

সমঞ্জসা রতিগী স্বরূপ-পু সামঞ্জস-পূর্ব্বরাগ কৌয়ি। সামঞ্জস-সিদা অভিলাষ (অপাম্বা), চিন্তা, স্মৃতি (নীঙশীঙবা), গুণকীর্ত্তন, উদ্বেগ, সবিলাপ ( তেংথাবগা লোয়ননা ) উন্মাদ, ব্যাধি অমসুং জড়তা-নচিংবা মথঙ মথঙ পোক্লকৃয়ি।

সাধারণ-প্রায়া রতিবু সাধারণ পূর্ব্বরাগ কৌয়ি। মসিদসু অভিলাষ-দগী হৌরগা সবিলাপ উন্মাদ ফাওবা পোক্‌য়ি।

মান—মশেল অনুরক্ত ( পাম্নবা ) নায়ক অমসুং নায়িকানা মকম অমদা লৈমিন্নরসু মখোয়না পামজবা আলিঙ্গন অমসুং দর্শন তৌবগী বিরোধী ওইবা ভাব অদুবু মান (ওইনবা) কৌয়ি। "দম্পত্যোর্ভাব একত্র সতোরপ্যনু-রক্তয়োঃ। স্বাভীষ্টাশ্লেষবীক্ষাদিনিরোধী মান উচ্যতে ॥ উঃ নীঃ মান /৩১ ॥"

মান অসিদা নির্ব্বেদ ( মছাবু তুকচদঙাইনী হায়বা ), শঙ্কা, অমর্ষ (শাউবা), চপলতা (তয়াংতশোইবা), গর্ব্ব (লৈজবা পোৎকী চাউথোকপা), অবহিত্থা (ভাব-লোৎপা), গ্লানি (মক্‌শিন্‌বা) অমসুং চিন্তানচিংবনা সঞ্চারি-ভাব-নী।

উজ্জ্বলনীলমণিদা মকম অনীদা মান-গী য়া পল্লী। অমনা, স্থায়িভাব প্রকরণদা, অমনা বিপ্রলম্ভ প্রকরণ-দা।

স্থায়িভাব-প্রকরণ-দা য়াওরিবা মান অদুদি প্রেম-বিকাশগী লম্বীদা য়াওবা প্রেমগী স্তর অমনী। কৃষ্ণরতিনা গাঢ় অদুম অদুম ওইথৎলকপদুনা প্রেমাঙ্কুরদগী অহান্‌বদা প্রেম, অদুগী তুংদা স্নেহ, অদুগী তুংদা মান, অদুগী তুংদা প্রণয়-নচিংবনা মথঙ মথঙ ওইথৎলকয়ি। স্নেহ-না থমখোংবা চাওথৎ-লদুনা অনৌবা মাধুর্য্য অমা অনুভব তৌহল্লী অমসুং মচামকা পূকচেল-তিংবা ( দাক্ষিণ্য ) তোকুনা খোয়গৎলকপা (কুটিলতা), অদুবু মান কৌয়ি। "স্নেহস্তূৎকৃষ্টতাবাপ্ত্যা মাধুর্য্যং মানয়ন্নবম্। যো ধারয়ত্যদাক্ষিণ্যং স মান ইতি কীর্ত্ত্যতে। উঃ নীঃ স্থাঃ ৭১॥" মান অসিনা বিস্রম্ভ ( হঙোইদবদগী মুংশিবা মুপাগা মচাগা অমতনী ( অভেদ ) হায়না খনবা ) অদু ওইরবদি মতাঙদুবু প্রণয় কৌয়ি। "মানো দধানো বিস্রম্ভং প্রণয়ঃ প্রোচ্যতে বুধৈঃ॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ৭৮॥" হৌজিক উরি—মানগী মতুংদা প্রণয়, মানগী নঙশল্লবা ফীভম্ প্রণয় কৌরে। অমুক করিগুম্বা মতাঙদা প্রণয়গী মতুংদা মান ওইরক্‌পগী যাম্ থেংনৈ, হায়বদি প্রণয়গী নঙশল্লবা ফীভম্ মান কৌবম্ মথেংনৈ॥ "জনিত্বা প্রণয়ঃ স্নেহাৎ কুত্রচিন্মানতাং ব্রজেৎ। স্নেহান্মানঃ কচিদ্‌ভূত্বা প্রণয়ত্বমথাশ্নুতে॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ৮৩।" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীজীবনা হায়রম্মী—পূকচেল্‌-খোয়বা ( কৌটিল্য ) অসে মানগী থোইদোক্‌পা লক্ষণ অমনী; প্রণয় থোরকপদা পূক্‌চেল খোয়বম্ ওইরক্‌পা য়াই ; মরমদুনা মহৌশানা প্রণয়গী মতুংদা মান ওইবম্ নাতৈ চায়। অদুবু তাঙজ-লীলা চৎপদি মচাগী ওইনা কুটিল ওই ( খোয়ত্রিং-খোয়দ্রাঙবী ), অদুগুম্বা নায়িকা-বিশেষ অমগী প্রেমম্ মচাগী ওইনা কুটিল ওইবা য়াই—কৌটিল্যহু নায়িকাবিশেষগী প্রেমগা লোয়ননা পোক্‌য়ি ; মরমসিনা মরম ( হেতু ) লৈরবম্ মান পোক্‌য়ি, মরম (হেতু) লৈত্রম্ পোক্‌য়ি। "পূর্ব্বং মানাৎ প্রণয়স্য জন্মোক্তম্। সম্প্রতি তু বিবেকবিশেষমুপলভ্য বৈপরীত্যেন আহ। তত্র যদ্যপি প্রণয়ে জাতে এব কৌটিল্যং সঙ্গচ্ছতে তথাপি নায়িকাবিশেষস্য প্রেমৈব খল্বীদৃশঃ। যদসৌ কৌটিল্যেন সহোৎপদ্যতে। যথোক্তম্। অহেরিব গতিঃ প্রেম্নঃ স্বভাব-কুটিলা ভবেৎ। অতো হেতোরহেতোশ্চ যূনোর্মান উদঞ্চতীত্যভিপ্রায়ঃ॥" টীকাগী

উপসংহারদা ( অরোয়বা মতাঙদা ) শ্রীজীবনা ইরম্মী—মান অদুনা বিস্রস্ত লৌয়গা প্রণয় ওই, হায়বদি মান-কৌবা ভাব-তগী প্রণয়-কৌবা ভাব পোক্পনী হায়বসী হায়না হায়খ্রে, অদুমক গ্রন্থকার শ্রীরূপ গোস্বামীগী লম্নাই ওইবা মত-নী। "কিন্তু মানো যথানো বিস্রম্ভমেতি যৎ প্রথমমুক্তং তদেব মতং নিজমিতি লক্ষ্যতে ॥ হৌজিক খণ্ডলে—প্রেমগী মছাগী ওইবা কৌটিল্যদুদা শ্রীরূপগোস্বামীনা মরু ওইনা উরম্বনী।

অদুগা বিপ্রলম্ভ প্রকরণদা মানগী মা য়াওরিবদুগী লক্ষণদি হায়না হায়খ্রে—"দম্পত্যোর্ভাব একত্র"-নচিংবা প্রমাগ্না। মান অসীদি প্রেমবিকাশগী লম্বীদা প্রেমগী স্তর অমা নত্তে ; মসিদি বিপ্রলম্ভ-রসগী বৈচিত্রী ( মথল ) অমনী, মরমদুনা রসগী বৈচিত্রীনী। মান অসিগী মরমদা উজ্জ্বলনীলমণিনা হায়রি—"অস্য প্রণয় এব স্যান্মানস্য পদমুত্তমম্ ॥ উঃ নীঃ মান। ৩১ ॥—প্রণয়দি মান অসিগী উত্তম আশ্রয়নী।" হায়বদি কনাগুম্বা অমগী চিত্তদা প্রণয়-কৌবা প্রেম-স্তর ওইখৎলক্লবা বিপ্রলম্ভদা মহাক্কী মান-দি য়াম্না ফজনা উই। টীকাদা জীবনা ইরম্মী—"প্রণয় এব পদমাশ্রয়ঃ। অন্যথা সঙ্কোচঃ স্যাৎ। যত্র মানাখ্যো ভাবঃ পূর্ব্বং পশ্চাত্তু প্রণয়ো ভাবপ্রকরণোক্তানুসারেণ লভ্যতে। অত্র চ মানাখ্যোঽয়ং রসঃ প্রণয়াৎ পূর্ব্বং ন ভবতি প্রণয়ং বিনা তদ্বাক্যৌ শোভনানুপপত্তেঃ ॥" প্রণয় পেক্ত্রিঙৈদা সঙ্কোচ ( হঙ্গোইনবা ) লৈরগদি বিপ্রলম্ভগী মান অদু য়েংবদা ফজদে। সঙ্কোচ লৈতবদুদি প্রণয়গী মমাঙদা ওইদে ; মরমসিনা প্রণয়সিতনা বিপ্রলম্ভগী মানগী উত্তম আশ্রয়নী। বিপ্রলম্ভগী মান-দি রসনী ॥ অত্র চ মানাখ্যোঽয়ং রসঃ ॥

বিপ্রলম্ভগী বৈচিত্রী বিশেষ ওইবা মান-বু শ্রীজীবনা রস-নী হায়রম্মী। অদুবু স্থায়ী ভাব-না বিভাব-অনুভাবশিংগা তিন্নরগা রস ওইখৎলক্পনী। বিপ্রলম্ভদা মান-রস ওইখৎলক্পা স্থায়ীভাব মান অদুগী অথোইবা আশ্রয়দি (তুঙফমদি) প্রণয়-নী, হায়বদি, প্রণয়গী তুংদা পোক্পা মান-দুনী হায়না উজ্জ্বলনীলমণিনা হায়। টীকাদা মসিগী হেতু ওইনা শ্রীজীবনা হায়রম্মী—প্রণয় পোক্ত্রবদি সঙ্কোচ ( হঙ্গোইবা ) লৈতবা ( অভাব ) হায়বদু

ওইদে ; সঙ্কোচ লৈরগদি মান অদু লুদে ( ফজদে )। স্নেহগী তুংদা লাক্পা অদুগা প্রণয়গী মাঙ-থাবা মান-দা প্রেমগী মহৌশাগী ওইবা ধর্মনা নায়িকা বিশেষ অমগী কুটিলতা (লিন্দা চুমদবা) পোক্পা ঙম্মী—মরমসিনা নায়িকা-দুনা মানবতী ( ওইনমন্‌বী ) ওইবসু য়াই ; অদুবু প্রণয় লৈত্রগদি মহাক্কী সঙ্কোচ অদু মাঙখিদবসু য়াই ; মরমসিনা মহাক্কী মান অদুনা লুনা ফজবা ( হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রীতি হেঙ্গৎহন্নবা ) ওইদবসু ময়াই। তশেংবদি পর্য্যায় অনীসিদা লৈরিবা মানগী স্বরূপসু তোঙান্ তোঙাল্লী ; স্নেহগী মতুঙদা লাক্পা মান অদুদা সঙ্কোচ লৈতবা হায়বদু ওইবা য়াদে ; মরমদি, সঙ্কোচ লৈতবদি প্রণয়গী লক্ষণী। শ্রীবৃহদ্‌ভাগবতামৃতদগী খঙবা ঙম্মী—দ্বারকাদা সমুদ্র-তোর্ব্বান্-দা লৈরম্বা নব-বৃন্দাবন-দা ব্রজগোপীশিংগী প্রতিমূর্ত্তিশিংবু চং চংবা ব্রজনারীনী হায়না খল্লগা ব্রজভাব-তা আবিষ্ট ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়শিংদুগা প্রণয়গী ওইবা য়ারী-য়াতাই শানরম্বদু অরাপ্পদগী সত্যভামা-খোয়না উখিরম্মী। উদুনা সত্যভামানা মান তৌদুনা ময়ুমদা লৈখোক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্কাইদা হল্লক্লগা সত্যভামানা ত্তৌবা মান-গী য়াদু খঙবদা য়াম্না শাউখি ; কৃষ্ণগী য়াথংনা সত্যভামা কৃষ্ণ নাক্তা লাক্লম্মীদি হায়ববু মমাঙ তান্না চঙশন্‌বদি ঙমত্রদুনা বৃন্দাগী মরুমদা লেপ্তুনা লৈখি। শ্রীকৃষ্ণনা শাউনা গোপীশিংগী প্রেম-বু থাঙ্গৎলগা মহিষীশিংগী প্রেম-বুনা হন্থনা থাধরগা, মান-তৌবী সত্যভামা চৈথরম্মী। মমৈদা উদ্ধবনা পীবা ইঙ্গিৎনা সত্যভামান-চিংবা মহিষীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-থাদা চঙজদুনা মহাকপু শান্ত ওইহন্‌খি। সত্যভামাগী মান অসিদা হঙ্গোইবা-য়াওদবা ( বিশ্রম্ভাত্মক ) প্রণয় ঘোরক্পা উদে ; করিঙন্দা প্রণয় থোয়ক্লম্বা থোক্লবা অদুগা মান অসিগী য়ুম্ফম্না প্রণয়-না ওইরম্বা থোক্লবদি মান-তৌবী সত্যভামানা হঙ্গোইরম্বসী, শ্রীকৃষ্ণবু মথক-থোংবনী হায়না থন্দুনা কিরম্বনচিংবা তৌরম্বসী তৌরম্লোইদৌবনী। শ্রীকৃষ্ণনা শাউনা য়াথং হেক তাউথরগা মান-তৌবী-সত্যভামানা য়ুমদগী শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লম্লোইদবনী, শ্রীকৃষ্ণবু শান্ত ওইহন্নবগী দমক্তা মখোঙদা তুথরম্লোইদৌবনী, শ্রীকৃষ্ণসু সত্যভামাদা চৈরন্নদবা য়াবনী। সত্যভামানা

তৌরম্বা মান-গী য়ুম্ফমদি স্নেহ হায়বত্থনী—প্রণয় নত্তমাসে। তৌইগুম্বসুং ব্রজগী কৃষ্ণকান্তাশিংগী মান-দদি করিগুম্বা হঙ্গোইবা (অমতা) য়াওবা উদে; মান তৌরিবা করিগীনো হায়না শ্রীকৃষ্ণনসু গোপী অমতবু চৈথি হায়বা তাথিবা লৈতে—চৈবগী হাদি লায়রবুনা করিগুম্বা মতমদসু খজিক্তকাওবা শাউথি হায়বা কনাসু তাদে। মসিদগী খঙবা ভগদি—ব্রজগোপীশিংগী মান-দি প্রণয়না য়ুম্ফম ওইবা মান-অতুনী, মরমসিনা মতুদা হঙ্গোইবা অমসুং মথক-থোংবনী হায়বা, অমসুং অতুগীদমক কিবা লৈরমদে। মরমসিনা উজ্জ্বলনী-লমণিদা "দম্পত্যোর্ভাব একত্র"-নচিংবা হান্ননা পন্থবা মান-গী লক্ষণ হেক কোক্তদোক্লবা মতুঙদা হায়রম্মী—"অস্য প্রণয় এব স্যাম্মানস্তপদমুত্তমম্। মান। ৩২ ॥—প্রণয়না মান-সিগী আশ্রয়নী।" প্রণয় লৈবা মক্তরুনা মান অসে ওইবা য়াই—প্রণয়তনা মান অসিগী য়ুম্ফমনী। ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রণয় না চরম-উৎকর্ষ ফংলগা মহাভাব ওইখৎলকপগুম মখোয়গী প্রণয়দগী থোরকপা মান-সু খায়গা মান্নদবা মতৌ অমা তৌখি—উৎকর্ষ-ফংলবা প্রণয় ওইবনা মানসু প্রণয়না মহাভাব ওইখৎলকপা মতমদা চরম-উৎকর্ষ-ফংলবা প্রণয়দগী থোরকপা (হায়বদি মহাভাব-তগী থোরকপা) মান-বুসু মহাভাবকী মথেল (বৈচিত্রী নত্রগা বিলাস) অমনী হায়না লৌবা তাই। অতুগা মহাভাব মছামক্তা "বরামৃতস্বরূপশ্রী—খায়দগী হেন্‌বা অহাউবা" অমনী হায়তুনা অমসুং মহাভাববতীশিংগী মন অমসুং মনোবৃত্তি পূম্নমকপু স্ব-স্বরূপ ওইহল্লী হায়তুনা—ব্রজসুন্দরীশিংগী মহাভাব-কী বিলাস (মথেল) অমা ওইরিবা মান-তুসু শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা য়োনা নুংঙাইহন্নঙাই মহাও-তংবদা ভক্তঙাই ওইতুনা লৈ অমসুং মরমসিনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী নৈনরিবা পয়ারসিদা মান অসিবু শৃঙ্গার রসগী বৈচিত্রী-বিশেষনী (থোইদোকপা মথেল অমনী) হায়না পনরিবা। মসিনা ব্রজসুন্দরীশিংগী মান-গী থোইদোকপা অমা ওইবগী য়ানী। ব্রজসুন্দরীশিংগী মনুঙদা শ্রীমতী রাধিকাগী প্রণয়-না খমৃথেংবা উৎকর্ষ ফংলগা মাদন-কৌবা হায়না খঙনরিবনী; মরমতুনা শ্রীরাধাগী প্রণয়দগী থোরকপা মান দি মাদন কৌবা মহাভাব-তগী থোরকপা মান ওইগনী;

মাদন-কৌবা মহাভাবকী বৈচিত্রী-বিশেষ ওইগনী ; মরমহুনা মান অসিদা হুঙ্গোইবা অমদি মথকথোংবা-থোংদবগী রাগী মমি ফাওবা লৈত্রে অমসুং মহু লৈতে হায়রুনা "দেহি পদপল্লবমুদারম্" হায়হুনা শ্রীকৃষ্ণনা মান-তৌবী শ্রীরাধাগী ভাংগ্রানবা খুয়া অনীহু অরাবা মীংয়েঙগা লোয়ননা খুৎনা পায়জখি-বনী, খোঙপায়বা মতমহুদসু মান-তৌবী রাধানা মচী খিত্তফাওবা লেঙখিদে।

মান-সে মখল অনীনী, মহুদি—সহেতু ( মরম-লৈবা ) অমগা নির্হেতু ( মরম-লৈতবা )।

ঈর্ষ্যা (কলক্-খম্বন্‌বা)-না মান পী হেতুনী। কান্ত-না বিপক্ষ নায়িকাগী ( লোয়নবী নায়িকাগী ) মগুণ রাংনা থাংগৎলবা, নত্রগা কান্তগী করিগুম্বা থবক্তা, মাহৈনা নত্রগা খুদম্‌চিংবনা বিপক্ষ নায়িকাদা মহাক্কী অনুরাগ (লৈঙ্ক-শন্‌বা) উবদা, নায়িকাগী কলক্-খম্বন্‌বা পোক্‌য়ি ; কলক্-খম্বন্‌বা অসী প্রণয়না শম্‌বা ওইরবদি মহুদগী মান পোক্‌য়ি। মসী সহেতু ( মরম-লৈবা ) মান-নী। মসীবু ঈর্ষ্যামান হায়নসু কৌনৈ।

প্রণয়না মথক্তা হায়খিবদৌনা মমুন্ ফারবদা, মরম ইলৈ লৈতনা নত্রগা ইচম্-চম্বা মরম-মান্তক্‌পা মতৌদগী পোক্‌পা মান অমবু নির্হেতু ( মরম-লৈতবা ) মান কৌয়ি। মসিবু প্রণয়-মান হায়নসু কৌয়ি।

প্রেম-বৈচিত্ত্য—প্রেম-গী উৎকর্ষনা মরমহুনা মুংশিজবা নায়ক অমগী মনাক্তা লৈন-লৈনমক কায়নরক্‌দরা হায়না কিবদগী পুক্নীঙগী চৈনাথোন ফংববু প্রেমবৈচিত্ত্য কৌয়ি। "প্রিয়স্য সন্নিকর্ষেঽপি প্রেমোৎকর্ষ-স্বভাবতঃ। যা বিশ্লেষধিয়ার্ত্তিস্তং প্রেমবৈচিত্ত্যমুচ্যতে। উঃ নীঃ বিপ্রলম্ভ /৫৭॥"

খুদম—শ্রীমতীগী মাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা লৈ। মখোয়গী নাক্তা মধুমঙ্গল-সু লৈ। শ্রীমতীগী মায়খোঙগী মুংশিরবা মণমহু মিহৌহুনা মায়খোঙ থক্তা খোইমুনা পাইহুনা ভাদৌরম্মী। শ্রীরাধানা হাথু হাথুনা খোইমুবু তাম্থোক্নি। মতমসিদা খোইমু চৎখে হায়রহু তাতুনা মধুমঙ্গলনা হায়খি—"মধুসূদন

চৎখয়ে।" মধুসূদন হায়ব: শব্দনা খোইমুবু খগুহল্লী অদুগা শ্রীকৃষ্ণবুম্ব খগু- হল্লী। মতমদুদা শ্রীমতীগী মন-বুদ্ধি পুম্নমক মধুসূদন শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণ- লীলানচিংবগী চিন্তাদা হাপ্লগ্নী, ( মন্ত্রগী মতৌগুম্না মখূৎনা খোইমুবু তাম্বোক্লম্বনী )। মরমদুনা মধুমঙ্গলনা হায়রকপা রাদুদা শ্রীরাধানা খনখি— মধুসূদন শ্রীকৃষ্ণ লেঙখ্রবোইরে। মরমদুনা থরাই য়াম্না রারদুনা কৃষ্ণ কায়ন- বগী মৈচাক্লা ক্রেংখাব্লা তৌখি। অদুগদি শ্রীকৃষ্ণদি হান্নগুম্না অদুম মনাক্তা লৈরম্মী, মানা উবা ফংলমদবতনী। মসিনী প্রেমবৈচিত্ত্য হায়বদো।

কনাগুম্বনা হংবা য়াই—মসিবু ওইবা য়াব্রা ?· শ্রীকৃষ্ণনা মমাঙদা লৈ, অদুগা শ্রীমতীনা উরমদে হায়সিবো ? ওইথোক্তবা নত্তে। অনুরাগন' উৎকর্ষ ওইরবদা মথরাইগী মুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণচিংবা খল্লিডৈদা মতুদা পুক্নীঙ কয়ামুক চঙলগে হায়রবু মপুক্নীঙদুনা অতৈ কল্লিমতা খনবা ক্রমদে। মসী লম অমতদা পুক্নীঙ থিংজনবগী খমখেংবা ফল হায়বদুনী। মরমদুনা মাঙদা শ্রীকৃষ্ণ লৈন-লৈনমক মহাকী দেহদুদা মীৎয়েং তান-তানমক, পুক্নীঙনা মীৎকী তুং ইনবা ঙমদদুনা, শ্রীমতীনা শ্রীকৃষ্ণবু উরমদে।

বৈচিত্ত্য—বিচিত্ততা, মায়কৈ অমরোমদা পুক্নীঙ লূপ্পা ; প্রেমবৈচিত্ত্য—প্রেম- দগী পোকপা বিচিত্ততা ; প্রেম-না গাঢ় ওইরকপদা মুংশিবা মীদুগী করিগুম্বা বিষয় অমতদা পুক্নীঙ লূপ খিবা মরম্না বিষয় অতৈ অতৈদা পুক্নীঙ চঙদবা।

প্রবাস—হান্না মিলন ওইরবা নায়ক-নায়িকাগী দেশ, গ্রাম, বন অমসুং মফম অতোপ্পগী লাপ্পবা অদুবু প্রবাস কৌয়ি। "পূর্ব্বসঙ্গতয়োর্যূনো- র্ভবেদ্দেশান্তরাদিভিঃ। ব্যবধানন্তু যৎ প্রাজ্ঞৈঃ স প্রবাস ইতীর্য্যতে॥ উঃ নীঃ বিপ্রলম্ভ ॥ ৬০ ॥" প্রবাস হায়বা বিপ্রলম্ভ অসিদা হর্ষ (হুন্নাওবা), গর্ব্ব ( লল লৈবগী নাপল ), মত্ততা (ময়াই কাবা) অমসুং লজ্জা (ইকাইখুম্না) নত্তনা শৃঙ্গারগী ওইবা য়াবা ব্যভিচারী ভাব পুম্নমক উবা ফংডী। চিন্তা, জাগর্য্য (মীৎশেল-খাঙবা), উদ্বেগ (পাখৎপা), কৃশতা (য়াঙকংবা), মলিনতা (মকৃশিনবা), প্রলাপ ( চোইরোল ), উন্মাদ (ঙাওবা), ব্যাধি (অনাবা), মোহ ( পঙথবা ) অমসুং মৃত্যু হায়রবা দশা তরাসী ওইরকয়ি।

বুদ্ধিপূর্ব্বক অমসুং অবুদ্ধিপূর্ব্বক হায়বা মখল অনীগী প্রবাস লৈ। মহামন্ত্রা য়েংহুনা, মহামন্ত্রা য়োকদবা শল পুম্নমক্কী অমদি বৃন্দাবন-দা লৈবা শা-উচেক-উ-য়ানচিংবদা প্রেম পীবা, য়োকৃপা অমদি মপুক্লীগী অপাম্বা থুংহল্লগা অতোপ্পা ভক্ত কনাম্বগী—মুংঙাইবা হেন্জংহনগে হায়হুনা অরাপ্পদা চৎপবু বুদ্ধিপূর্ব্বক প্রবাস কৌয়ি। খিত্তং লাপ্পা অহুগা য়াম্না লাপ্পা মখল অনীথোক্লা লৈ বুদ্ধিপূর্ব্বক প্রবাস অসিনু। ভাবী (তুংগী), ভবন্ (হৌজিকী) অহুগা ভূত (চৎখ্রবা মতমগী) হায়হুনা বুদ্ধিপূর্ব্বক সুদূর (অরাপ্পা) প্রবাস (মথুরা-চৎপনচিংবগী) মখল অহুম থোকৃয়ি।

থৌদোক অহুদা নায়ক-নায়িকানা করিমত্তা ভৌবা নত্তবা, থৌদোক অহু ওইরকনী হায়নসু মখোয় খল্লুবা লৈত্তবা, অসিগুম্বা প্রবাসবু অবুদ্ধিপূর্ব্বক-প্রবাস কৌয়ি। মহদি, শঙ্খচূড়না শ্রীমতীবু পুথোক্‌খিবগী ওইবা বিপ্রলম্ভ।

মথুরা চৎপদগী ওইবা বিপ্রলম্ভদি প্রকট লীলাদদা ওইথোকৃয়ি। অপ্রকট ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী মথুরা-লেঙবগী লীলা লৈতে। অপ্রকট প্রকাশদা দ্বারকা, মথুরা অমসুং ব্রজ-ধাম অহুমসিদা স্বরূপ অহুমদা মহাক্কা মতম অমতদা লীলা শান্নে।

## মূল ৬৪

রাধিকাদ্যে 'পূর্ব্বরাগ' প্রসিদ্ধ 'প্রবাস' 'মানে'।
'প্রেমবৈচিত্ত্য' শ্রীদশমে মহিষীগণে ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

রাধিকাদ্যে—শ্রীরাধিকানচিংবদা ; পূর্ব্বরাগ—পূর্ব্বরাগ ; প্রসিদ্ধ—খঙনরবনী ; প্রবাস মানে—প্রবাস অমসু মান ; প্রেমবৈচিত্ত্য—প্রেম বৈচিত্ত্যনা ; শ্রীদশমে—শ্রীমদ্ভাগবতমগী দশম স্কন্ধদা ; মহিষীগণে—মহিষীশিংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীমদ্ভাগবতমগী ) দশম স্কন্ধদা, শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজরমণীশিংগী

পূর্ব্বরাগ, প্রবাস অমসুং মান শেংনা বর্ণন তৌরি। অহুগা ( দশম স্কন্ধসিং মক্তদা ) মহিষীশিংগী প্রেমবৈচিত্ত্যস্ মগুক শেংনা বর্ণন তৌরি।

মুল ৬৫

কুররি বিলপসি ত্বং বীতনিদ্রা ন শেষে।
স্বপিতি জগতি রাত্র্যামীশ্বরো গুপ্তবোধঃ।
বয়মিব সখি কচ্চিদগাঢ় নির্ব্বিদ্ধচেতা।
নলিননয়নহাসোদারলীলেক্ষিতেন ॥ ৬৫ ॥

শব্দার্থ

কুররি—হে কুররি ; বিলপসি—তেংথারিবরা ; ত্বং—নহাক ; বীতনিদ্রা—তুম্বা য়াদ্রবনা ; ন শেষে—তুমদ্রবরা ; স্বপিতি—চেপ্লি ; জগতি—জগতা ( করিগুম্বা মকমদা ) ; রাত্র্যাম্—অহিংদা ; ঈশ্বরঃ—ঈশ্বর (দ্বারকানাথ শ্রীকৃষ্ণ) ; গুপ্তবোধঃ—লোম্না ; বয়ম্ ইব—ঐখোয়গুম্না ; সখি—হে সখী ; কচ্চিৎ—করিগুম্বা মতমদা ; গাঢ়—থুম্না ; নির্ব্বিদ্ধচেতাঃ—থম্মোইদা য়ুরবা ; নলিননয়নহাসোদারলীলেক্ষিতেন—থম্বাল-মীৎতা-তাবা শ্রীকৃষ্ণগী মোমোন্নোক্পা মীৎয়েংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা জলকেলি তৌনা তৌনা মহিষীশিংনা মাবুদা নীঙথিবনা প্রেম-না মুন্থিবনা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নরে হায়না থন্থিহুনা মাবুদা থন্দুনা লৈবদগী প্রেম-না বিভুলা চুখিহুনা কররীবু য়েংহুনা হায়রম্মী— ) হে কুররি ! ঐখোয়গী ইপুরোইবা দ্বারকানাথ শ্রীকৃষ্ণদো জগৎকী করিগুম্বা অচীকৃপা মকম অমদা লোম্না চেপ্লি ; অহুগা নঙনা তুমদবমথৈ বিলাপ তৌরি—তুমগেদি হায়দহুনা। হে সখি ! নহাকসু ঐখোয়গুম্না করিগুম্বা মতমদা থম্বালমীত্তাতাবা শ্রীকৃষ্ণগী মোমোন্নোক্পা পূক্চেল-চাউবগী মীৎয়েংনা থম্মোই থুম্না য়ুবা ওইরবরা ?

নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্দগীনী ( ১০/৯০/১৫ )। মহিষীশিংগী প্রেম-বৈচিত্ত্যগী উদাহরণ ওইনা লৌথৎলিবনী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগা জলকেলি

তৌরি ; রসিক-মকোক শ্রীকৃষ্ণনা মীংচিনা য়েং, নোক্‌ক্রেম্মহূনা মহিষীশিংগী পুক্নীঙ হূরে ; মখোয়গী চিত্তশিংসু শ্রীকৃষ্ণদা পুঙমুন্‌-মুন্নয়ে, অদুম্না পুক্নীঙ চঙশ্রবদা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌনা তৌনা অঙাওবীগী পান্দম্‌ঙম্‌খরে। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মনাক্তা লৈন লৈনমক ধ্যান-দা লুপ্তুনা ঙাইহাক লৈরুরবা তুংদা মখোয়না খন্‌খি—শ্রীকৃষ্ণদো মখোয়গী নাক্তা লৈতে, মহাক মখোয়বু থাদোক্তুনা অচীক্‌পা মফম অমদা চেপ্‌ শ্রমাল্লে ; শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা মথম্মাই য়ারম্মী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা স্নেহ লৈবা মরম্না মহাক মুংঙাইনা তুম্লিকো খল্লুবদা মখোয় পেন্‌বসু পেঞ্জরম্মী। মতম অসিদ্রাইদা কুররী উচেক্না খোংলক্‌যি, মানা খোংবহ্ তাবদা মখোয়ন। চিংনখি—কুররীগী মখোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী চেপ্পা কায়রবদি, মুংঙাইনা চেপ্পহু তোক্‌পা তারবদি কম্‌দোবা ? মরমহুনা মখোয়না কুররী তম্না হায়রম্মী—হে কুররি ! শ্রীকৃষ্ণনা পোত্থাহুনা মুংঙাইগে হায়বগী-দমক চেপ্নি। কনাগুম্বনা মনাক্তা চঙহুনা মহাক্না চেপ্পহু থুগাইরবা য়াই হায়-হুনা মহাক্কি গুপ্তবোধঃ—অতৈ কনামত্তনা থঙলোইদোবা মফম অমদা লোম্না চেপ্নি। অহুবু নঙনা তুম্‌দবমখৈ তেংথারিবহুবু মহাক্কী চেপ্পহু কায়-রক্‌পা য়াই ; নহাক ন শেষে—তুম্নবসু চংত্রি, অহিং চুপ্পা অসুম তেংথা-হুনা লৈরগেরা ? অহিং চুপ্পা মতমসিগী মনুঙদা চেপ্তুনা পোত্থাবগী মুংঙাইবা খজিকন্দিফাওবা ফংহল্লরোই হায়রিবরা ? অহুদি তুম্‌দবমখৈ অহিং চুপ্পা তেংথাবগী মরম অমা নঙগী লৈরম্বা তাইদা ! নঙগীসু ঐখোয়গীগুম্বা ফীভম ওইবমাল্লিদা। জগৎগুম্বা মীংচিনা ঐখোয়গী থম্মোই হূরগা হৌজিক ঐখোয়বু থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙখিবগুম্না নঙোন্দসু মহাক্না অদূম্না তৌর-বরা ? মরমহুনা নহাক্না মাগা কায়নবগী মৈচাক চাক্তুনা তুম্‌দবমখৈ বিলাপ তৌরিবরা ? ( তশেংবদি, কুররীদো মাগী মহৌশা হৈনবী ওইনা মাগী মতম য়ৌরক্‌পদা অহিংদা খোংজরম্বনী। অহুবু প্রেমিক ভক্তনদি ভগবান্‌গী মরমদা মখোয়দোনা ভাব-চেন্‌বনী হায়না খল্লী ) মরমহুনা মহিষীশিংনা কুররীগী হৈনবীগী য়া কাউথোক্‌খিহুনা খল্লম্মী—মখোয়গী মতৌগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগা কায়ন-বগী মৈচাক্না চাক্লহুনা কুররীদো বিলাপ তৌরিবনী। কুররীসু মখোয়গী

থন্নাই য়াবগী মরম অমতনা য়ান্নিবনী হায়না খল্লগা কুররীবু মখোয়গী সঙ্গীনী হায়না খন্থি ; মরমঙ্কুনা মন-ত্তিন্নবা মশেল য়ানিন্নবা উৎতুনা মখোয়না হংখি — হে ইতা কুররি ! হায়য়ুসে, থম্বাল-মীৎতা ভাবা শ্রীকৃষ্ণগী মোনোম্নোকৃপা হরাও-মীৎচিনা করিগুম্বা মতমদা নঙগী থম্মোইদা লেংগ্রবরা ? নত্রগদি, নঙনা মাঙ্গীদমক মুংশি-খোম্থাংদা বিলাপ তৌবদি করিগিনো ?

শ্রীকৃষ্ণনা নাক্তা লৈন-লৈনমক মহিষীশিংগী চিত্তদা মহাক্তা কায়নরে হায়বগী স্ফূর্ত্তি ওইবসী মখোয়গী প্রেমবৈচিত্ত্যগী লক্ষণী ।

মূল ৬৪-পয়ারগী অরোয়বা তংখাইগী প্রমাণী নৈনরিবা শ্লোকসী ।

মূল ৬৬

ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণ—নায়ক শিরোমণি ।

নায়িকার শিরোমণি—রাধা ঠাকুরাণী ॥ ৬৬ ॥

## শব্দার্থ

ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌমপারি ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; নায়ক-শিরোমণি—নায়ক মকোক্নী ; নায়িকার শিরোমণি—নায়িকা মকোক্না ; রাধা ঠাকুরাণী—রাধা ইবেম্মানী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজ নিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণনা নায়কশিংগী মকোক্নী, অদুগা ইবেম্মা রাধানা নায়িকাশিংগী থোইরেন-থোইবীনী ।

## নৈনরোল

দ্বারকা, মথুরা অমসুং ব্রজ ধাম অহুমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা নায়িকাশিংগী নায়ক ওইদুনা লীলা শান্নে, মখোয়দুগী মনুংদা ব্রজেন্দ্র-নন্দনগী মশক ওইবা নায়ক অদুনা খ্বায়দগী থোইবনী । অদুগা ব্রজ-মথুরা-দ্বারকাদা মহাক্কী স্বরূপ-শক্তিনা নায়িকা ওই-ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগা লীলা শান্নখিবশিংদুগী মরক্তা শ্রীরাধিকানা খ্বায়দগী থোইবীনী, নায়িকা পুম্নমক্কী মরক্তা মহাক্না ঠাকুরাণীনী—মবেম্মনী । মরমসিনা রাধাগা ওইবা মিলন দগী থোক্পা মধুররসস্থ পুম্নমক্কগী হেন্নী ।

মূল ৬৭

নায়কানাং শিরোরত্নং কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্ ।
যত্র নিত্যতয়া সর্ব্বে বিরাজন্তে মহাগুণাঃ ॥ ৬৭ ॥

শব্দার্থ

নায়কানাং—নায়কশিংগী ; শিরোরত্নং—কোক্কীরত্ন ; কৃষ্ণস্তু—শ্রীকৃষ্ণ ; ভগবান্ স্বয়ম্—স্বয়ং ভগবান্ ; যত্র—মঙোন্দা ( শ্রীকৃষ্ণদা ) ; নিত্যতয়া—নিত্য ওইনা ( মতম পূম্বদা ) ; সর্ব্বে—লোইনমক ; বিরাজন্তে—ভাল্লী ; মহাগুণাঃ—গুণ-অচৌবশিং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বয়ং-ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা নায়কশিংগী কোক্থক্কী রত্নগুম্বনী ( হায়বদি নায়ক পুঙথোই-থোইবনী ) ; মরমদি, মঙোন্দা মহাগুণ পূম্নমক মতম পূমনক্কা ভাম্বোইরি ।

নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোক্পনী ( ২/১/৭ ) । মসী মূল ৬৬-পয়ারগী অহান্বা তংথাইগী প্রমান্নী ।

মূল ৬৮

দেবী কৃষ্ণময়ী প্রোক্তা রাধিকা পরদেবতা ।
সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী সর্ব্বকান্তিঃ সম্মোহিনী পরা ॥ ৬৮ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৪/৮৪-দা য়েংবিয়ু ।

শ্লোকসিদা নায়িকাশিংগী মনুঙদা শ্রীরাধাদি নায়ক-মকোক শ্রীকৃষ্ণনা লুনা তৌজবী অমনী, মরমদুনা শ্রীরাধাদি নায়িকাশিংগী মনুঙদা মকোক্কী হায়বদু উংলিবনী । শ্লোকসী মূল ৬৬ পয়ারগী অনীশুবা তংথাইগী প্রমান্নী ।

মূল ৬৯

অনন্ত কৃষ্ণের গুণ, চৌষট্টি প্রধান ।
এক এক গুণ শুনি জুড়ায় ভক্তকাণ ॥ ৬৯ ॥

শব্দার্থ

অনন্ত—লোইথদ্রবা নাইদবনী ; কৃষ্ণের গুণ—শ্রীকৃষ্ণগী গুণদি ; চৌষট্টি—হুম্ফু মরিনা ; প্রধান—মকোক্নী ; এক এক গুণ—গুণ অমমম্ ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; জুড়ায়—ঈঙভী ; ভক্তকাণ—ভক্তগী নাকোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী গুণদি লোপ্পা-নাইদবনী ; মখোয়তুগী মনূঙদা গুণ হুম্ফু মরিনা মকোক্নি। গুণ অমমম্তগী ব্রা তাবদদা ভক্ত-নাকোঙ ঈঙভী।

মূল ৭০-৭৬

অযং নেতা স্থরম্যাঙ্গঃ সর্ব্বসল্লক্ষণান্বিতঃ।
রুচিরস্তেজসা যুক্তো বলীয়ান্ বয়সান্বিতঃ॥ ৭০॥
বিবিধাদ্ভুত ভাষাবিৎ সত্যবাক্যঃ প্রিয়ংবদঃ।
বাবদূকঃ সুপাণ্ডিত্যো বুদ্ধিমান্ প্রতিভান্বিতঃ॥ ৭১॥
বিদগ্ধাশ্চতুরো দক্ষঃ কৃতজ্ঞঃ সুদৃঢ়ব্রতঃ।
দেশকাল সুপাত্রজ্ঞঃ শাস্ত্রচক্ষুঃ শুচির্ব্বশী॥ ৭২॥
স্থিরো দান্তঃ ক্ষমাশীলো গম্ভীরো ধৃতিমান্ সমঃ।
বদান্যো ধার্ম্মিকঃ শূরঃ করুণো মান্যমানকৃৎ॥ ৭৩॥
দক্ষিণো বিনয়ী হ্রীমান্ শরণাগতপালকঃ।
সুখী ভক্তসুহৃৎ প্রেমবশ্যঃ সর্ব্বশুভঙ্করঃ॥ ৭৪॥
প্রতাপী কীর্ত্তিমান্ রক্তলোকঃ সাধুসমাশ্রয়ঃ।
নারীগণমনোহারী সর্ব্বারাধ্যঃ সমৃদ্ধিমান্॥ ৭৫॥
বরীয়ান্ ঈশ্বরশ্চেতি গুণাস্তস্যানুকীর্ত্তিতাঃ।
সমুদ্রা ইব পঞ্চাশৎ দুর্ব্বিগাহা হরেরমী॥ ৭৬॥

শব্দার্থ

অয়ং—মসী ; নেতা—নায়ক ; সুরম্যাঙ্গঃ—কজনা শাবান্বা ; সর্ব্ব-সল্লক্ষণান্বিতঃ—সৎলক্ষণ পুম্বনা তিল্লবা ; রুচিরঃ—শক্-ফজবা ; তেজসা

যুক্তঃ মতীক মঙান্না ঙাল্লবা ; বলীয়ান্—পাঙ্গল য়াম্না কন্বা ; বয়সান্বিতঃ —বিলাস মথেল তৌনবা চহীমতাও চেল্লগা নবকিশোর ওইবা ; বিবিধ— মথলমথাগী হায়বদি দেশ মথলমথাগী ; অদ্ভুতভাবাবিৎ—অঙকপা লোল খঙবা ; সত্যবাক্যঃ—অচুম্বদা ঙাঙবা ; প্রিয়ংবদঃ—নুংশিবা খোন্দাদা রা ঙাঙবা ; বাবদূকঃ—নাকোঙদা হাপ্পীঙবা অমসুং রস-ভাবনচিংবা ঙিন্বা রাতৈ রাতা ঙাঙবা মী ; সুপাণ্ডিত্যঃ—লাইরীক-হৈবা অমসুং লাইশু খঙবা ; বুদ্ধিমান্—লৌশিং-লৈবা ; প্রতিভান্বিতঃ—অনৌ অনৌবা বিস্ময় পুথোক্পা ঙম্বা ; বিদগ্ধঃ—বিদ্যা ভুম্ফু মরিদা অমসুং বিলাস-নচিংবদা হৈশিংবা ; চতুরঃ —মতম অমতদা থবক য়াম্না তৌব ঙম্বা ; কৃতজ্ঞঃ—তৌবিনল্ খঙবা ; সুদৃঢ়ব্রতঃ—তৌগে হায়না লেপ্লবা থবক তৌননবা নিয়ম চেৎনা ঙাক্পা ; দেশকালসুপাত্রজ্ঞঃ—মফম-মতম-মীতা থনা থবক তৌবদা হৈশিংবা ; শাস্ত্রচক্ষুঃ—শাস্ত্রনা হায়বা মতুং ইন্না থবক তৌবা মী ; শুচি—পাপমাঙহনবা অমসুং দোষ-চেঙবা ; বশী—ইন্দ্রিয়-খুদম চন্বা মী ; স্থিরঃ—থবক্তী মহৈ উত্রিমখৈ থবক্কী হন্দবা ; দান্তঃ—খ'ঙবদা রানঙাই ওইরবসু মতীক চাবা অরানবা থাঙবা মী ; ক্ষমাশীলঃ—অতোপ্পগী মরাল ঙাক্পীহৈবা মী ; গম্ভীরঃ —মানা পাত্রিবদো কয়িনো হায়বা খঙবদা রারা, অচুম্বা মী ; ধৃতিমান্— খোয়রাচনীঙাই মরম লৈনা লৈনা খোয়রাঙদবা ; সমঃ—অপাক্-পামদবা লৈতবা ; বদান্যঃ—পীনহৈবা ( দানবীর ) ; ধার্ম্মিকঃ—মহা'মক্তা ধর্ম্ম চংলগা অতৈবুসু চংহন্নবা তৌবা ; শূরঃ—লান্দা খোবা অমসুং খুৎলাই শীজন্নবা হৈবা মী ; করুণঃ—মীগী অৱাবা উবদা নুংশিচাউবা ; মান্যমানকৃৎ— ইকাইখুম্নমঙাই ওইবা মীবু ( গুরু ব্রাহ্মণ অমসুং অহল লাইমন্শিংবু ) মান তৌবা মী ; দক্ষিণ—স্বভাব ফবা নরম্না মেত-থোৎপা শাজৎ চংপা মী ; বিনয়ী—নোল্লক্পা, লম্কেং-লনহাইদবা ; হ্রীমান্—ইকাই-হঙ্গোইগন্বা ; শরণাগতপালকঃ—চত্তজরবকপা মীবু ঙাকপীবা ; সুখী—নুংঙাইহুনদা লৈবা অদুগা অৱাবগী মশক্ষাঙবা শোক্পা ঙমদবা ; ভক্ত-সুহৃৎ ভক্তগী মরূপ ; প্রেমবশ্যঃ প্রেমগী মশাপোন্বা ; সর্বশুভঙ্করঃ—স্বায়পুয়মকী য়াইফনবা

তৌবা ; প্রতাপী—য়েক্লবদা তাপ পীবা ঙম্বনী হায়রা মিংচৎপা ; কীর্তিমান—মকুবা মিংচংকী মপু ; রক্তলোক—পুম্নমক্কী মুংশিনভাই ওইবা ; সাধুসমাশ্রয়ঃ—সাধুজনশিংবু থোইদোক্না চান্‌বীবা মরম্না মখোয়গী মীচঙ-চঙবা ; নারীগণ-মনোহারী—মুজাশিংগী পুক্নীঙ-হুবা ; সর্ব্বারাধ্যঃ—পুম্নমক্কী লাংনঙাই ; সমৃদ্ধিমান্—লনথুম য়াম্নালৈবা ; বরীয়ান্—থোইব্রেন্—থোইবা, ব্রহ্মা-শিবদগী ফাওবা হেন্‌বা ; ঈশ্বরঃ—নীংথৌ-তম্বা অমসুং ময়াম্বং হিক্তোক্‌য়াদবা অতুগুম্বা মপু ; চ—অমসুং ; ইতি—অসিনী ; গুণাঃ—গুণশিং ; তস্য—মহাক্কী ; অনুকীর্তিতাঃ—শোন্নে ; সমুদ্রাঃ ইব—সমুদ্রগুম্বা ; পঞ্চাশৎ—য়াঙখৈ ; দুর্ব্বিগ্রহাঃ—চৈঙাক তম্‌ভম্‌দবা ; হরেঃ—শ্রীহরিগী ; অমী—মখোয়সে ।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা হায়বদু তৌদ্রে, মরমদি শব্দার্থদগী অতুম ভাব তাবা য়ারগনী খল্লী । শ্লোকশিংসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগীনী ( ২/১/১১ ) ।

## নৈনরোল

**সর্ব্বসল্লক্ষণান্বিতঃ**—সৎ লক্ষণ পুম্নমক্না শিল্লিবা । শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙগী ওইবা সৎলক্ষণশিংদি মখল অনীগি লৈ, মতুদি— গুণোত্থ (গুণ-দগী থোরকপা) অদুগা অঙ্কোত্থ ( চিহ্নদগী থোকপা ) । মচু ঙাঙবা অদুগা য়াংখৎপা-নচিংবা গুণগা তিন্নরগা গুণোত্থ সল্লক্ষণ ওই । মতুগী মনুঙদা মীৎপান্ ( নেত্রান্ত ), খোঙবাক, খুবাক, ত্তৌ ( তালু ), চীন্‌বান্ থক্-খা অনীমক, লৈরেং অমসুং খুজীন-মক্ষম তরেৎসিদা অঙাংবা । খবাক, লেংবান্, খুজীন্, নাতোন, খ্বাঙ অমসুং মায়থোঙ মক্ষম তরুকসিদা তুঙ্গতা ( য়াংখৎপা ) । খ্বাঙ, লাইবক অমসুং খবাক-মক্ষম অহুমসিদা বিশালতা (পাকপা) । শুক, খুবোম, (জঙ্ঘা) অদুগা মেহন (লিঙ্গ)-মক্ষম অহুমসিদা গম্ভীরতা ( নোয়পেন্‌বা ) । নাতোন, পাম্বোম, মীৎ, খুকউ ( জানু ) অমসুং খদাঙ (হনু),—মক্ষম মঙাসিদা শাংবা ( দীর্ঘতা ) । উন্না, শম, ত্তু, য়া, অমসুং খুৎচাগী তাং (অঙ্গুলিপর্ব্ব)—মক্ষম মঙাসিদা কৃশ্মা (সূক্ষ্মতা) সল্লক্ষণ কুম্রানীথোইসী গুণোত্থনী ; ময়ামসী মহাপুরুষগী লক্ষণ ওক্নী । অদুগা খুবা ক্না লৈয়িগী চক্রনচিংবা চিহ্নশিংবু অঙ্কোত্থ

সল্লক্ষণ কৌয়ি। মতুগী মনুঙদা খুবাক্তা চক্র থম্বালচিংবা অতুগা খুয়াদনা থা-তংখাইনচিংবা চিহ্ন লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ ওইদা খুবীগী মরুদা শঙ্খ, খুংয়াইগী মরুদা অম্বর, অনীসিগী মথাদা লী-য়াঙদবা (জ্যা-য়াঙদবা) ধেনু, ধেনুগী মথাদা শল খোঙ্গন্ ( গোষ্পদ ), শল-খোঙ্গনগী মথাদা ত্রিকোণ ; মতুগী মায়কৈ মরিদা শনাবুল মরি ( নত্রগা অত্তম ), ত্রিকোণগী মথাদা থা-তংখাই (থা-তংখাইগী মতোন্ অনীতুনা ত্রিকোণগী কোণ অনীবু শোক্নয়ি) ; থা-তংখাইগী মথাদা ঙা। খোঙ ওইদা চিহ্ন নীপালসী লৈ। খোঙ য়েৎ-থংবদা চিহ্ন তরামাথোইনী—খুবী মরুদা চক্র, খুংয়াই মরুদা থম্বাল, থম্বালগী মথাদা ফিরাল ( ধ্বজা ), খুংনাওবীগী মরুদা শামু-কাটি ( অঙ্কুশ ), অঙ্কুশগী মথাদা ব্রজ, খুবীগী মতাঙদা ( পর্ব্বদা ) যব, খুবীগা খুদোন্‌বীগা অনী তাইনকমদগী খোঙ-তংখাই-ফাওবা শন্দোরক্পা অখোয়বা উর্দ্ধরেখা ; চক্রগী মথাদ। ছত্র, খোঙ-তংখাইগী মথাদা মায়কৈ মরিদা লৈবা স্বস্তিকচিহ্ন মরি ; স্বস্তিক-কী তাইনফম মরিদা জম্বুফল ( জাম ) মরি ; স্বস্তিক কী মনুঙদা কোণ নীপাল লৈ।

মূল ৭৭

জীবেষ্বেতে বসন্তোঽপি বিন্দুবিন্দুতয়া ক্বচিৎ।
পরিপূর্ণতয়া ভান্তি তত্রৈব পুরুষোত্তমে ॥ ৭৭ ॥

শব্দার্থ

জীবেষু জীবশিংদা ; এতে—চিহ্নশিংসী : বসন্তঃ অপি - লৈরবসু ; বিন্দুতয়া - মরীক অমমমতা ; ক্বচিৎ—কনা কনাগুম্বদা ; পরিপূর্ণতয়া—মপূঙ ফানা ; ভান্তি—ভাল্লী ; তত্রৈব—মতুংদা ; পুরুষোত্তমে - পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবশিংগী মনুঙদসু করি করিগুম্বা মতমদা করি করিগুম্বা গুণ উবা ফংঙী : মতুসু বিন্দু বিন্দুমুক্তনী। মপূঙফানা লৈবদি পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণতদনী।

## নৈনশ্লোক

মমাংগী মূল ৭০—৭৬ শ্লোকতা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ মাঙ্খৈথক পনিবহুগী মতুংদা "সত্যবাক্য"-দগী হৌরগা "হ্রীমান্"-কাংবা গুণ কুমাপশি শ্রীকৃষ্ণগী অচান্‌বা ভক্তশিংগী মতুংদা উই। "সম্ভাবনাধিকপ্রাপ্তাঃ কৃষ্ণভক্তা ইতিরীতাঃ। যে সত্যবাক্য ইত্যাদ্যা হ্রীমানিত্যন্তিমা গুণাঃ॥ প্রোক্তাঃ কৃষ্ণেঽস্য ভক্তেষু তে বিজ্ঞেয়া মনীষিভিঃ॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ২/১/১৫৩-৪"

## মূল ৭৮-৭৯

অথ পঞ্চগুণা যে স্যুরংশেন গিরিশাদিষু।
সদা স্বরূপসম্প্রাপ্তঃ সর্ব্বজ্ঞো নিত্যনূতনঃ॥ ৭৮॥
সচ্চিদানন্দসান্দ্রাঙ্গঃ সর্ব্বসিদ্ধিনিষেবিতঃ॥ ৭৯॥

## শব্দার্থ

অথ - অদুগী মতুংদা ; পঞ্চগুণাঃ—গুণ মঙা ; যে - মখোয় ; স্যুঃ—লৈ ; অংশেন —শরুক খজিক্কা ওইনা ; গিরিশাদিষু—শ্রীশিবনচিংবদা ; সদা —মতমপুম্বদা ; স্বরূপসম্প্রাপ্তঃ—মাগী স্বরূপ অদু অতুম লেঙদবা ( হায়বদি মায়াগী মথা পোন্দবা ) ; সর্ব্বজ্ঞঃ—লোইনমক খঙবা ; নিত্যনূতনঃ—মতম পুম্নমক্তা নৌহুনদা লৈবা ; সচ্চিদানন্দসান্দ্রাঙ্গ—মহাক্কী দেহদি সৎ-চিৎ আনন্দনা পঙ-থঙ-লাউবনী ; সর্ব্বসিদ্ধি-নিষেবিতঃ—সিদ্ধি পুম্নমক্না সেবা তৌরিবা মহাক্নী।

### থৌরোক্লবা হন্দোকপা

মতমপুম্বদা স্বরূপ-লেঙদবা (হায়বদি মায়াগী মথা পোন্দবা), লোইনমক খঙবা ( মীগী মপুক্কীঙদা লৈরম্লু দেশকাল-নচিংবা লাপ্পা হুনখিবা বিষয় পুম্নমক খঙবা ), মতম পুম্বদা নৌহুনদা লৈবা, মাগী অঙ্গনা সৎ-চিৎ-আনন্দনা পঙ-থঙ-লাউবনী (সৎ-চিৎ-আনন্দ মত্তবা পোৎ অমত্তা য়াওদবনী) ; অদুগা সিদ্ধি পুম্নমক্না মাবু সেবা তৌবনী ; হায়রিবা গুণ মঙাসী শ্রীকৃষ্ণদা মপুঙ-ফাম্না লৈবনী ; শ্রীশিব নচিংবদা শরুক খজিক্ক ওইনা গুণশি সে লৈ।

## নৈনয়েংলোন

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোকপনী (২/১/১৪—১৫)। শ্লোক-সীদা 'গিরিশাদিষু' হায়বা শব্দসী আদি-পন্দনা খণ্ডহল্লিবসী ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মাবুনী। ঈশ্বরকোটি ব্রহ্মাদদা গুণ মঙাসী খন্ডিক-খন্ডিত্রমক লৈ; অদুগা জীব-কোটি ব্রহ্মাদদি গুণশিংসী লৈতে। শ্লোকসিগী "গিরিশ"—শব্দকসু ঈশ্বরকোটি শিববু খণ্ডহল্লিবনী; ঈশ্বরকোটি শিবদদি গুণ মঙালী লৈ; জীবকোটি শিবদদি লৈতে। করি করিগুম্বা শাস্ত্রদা জীবকোটি ব্রহ্মাগুম্না জীবকোটি শিবগী বা পল্লম্বা থেংনৈ। "কচিজ্জীববিশেষত্বং হরস্যোক্তং বিধে-রিব। তৎ তু শেষবদেবাস্তাং তদংশত্বেন কীর্ত্তনাৎ॥ লঘুভাগবতামৃতম্‌-গুণাবতার॥ ২৭॥"—ব্রহ্মাগুম্না (হায়বদি করিগুম্বা শাস্ত্রনা ব্রহ্মাবু জীবনী হায়রম্বগুম্) করি করিগুম্বা মফমদা রুদ্রবুসু জীবনী হায়। পুরাণ দা ভগবান্‌গী অংশনী হায়বনা 'শেষ'গুম্না মহাক্তীগীসু মীংমাসা তৌবা তারে। ভগবান্‌গী অংশ মখল অনীনী মত্তুদি—স্বাংশ অমসুং বিভিন্নাংশ। মত্তুগী মনুঙদা ভগবান্‌গী শয্যা ওইবা আধার-শক্তি শেষত্তুনা স্বাংশ ঈশ্বরকোটিনী; অত্তুগা পৃথিবী পুরিবা 'শেষ' অত্তুনা আধার-শক্তি-চংলবা বিভিন্নাংশ জীবনী। মত্তৌ অদুগুম্না স্বাংশ রুদ্রনা ঈশ্বর-কোটিনী; অদুগা সংহার শক্তি-চংবা বিভিন্নাংশ জীবনা জীব-কোটি রুদ্রনী।

## মূল ৮০

অথোচ্যন্তে গুণাঃ পঞ্চ যে লক্ষ্মীশাদিবর্ত্তিনঃ।
অবিচিন্ত্যমহাশক্তিঃ কোটিব্রহ্মাণ্ডবিগ্রহাঃ॥
অবতারাবলীবীজং হতারিগতিদায়কঃ।
আত্মারামগণাকর্ষীত্যমী কৃষ্ণে কিলাদ্ভুতাঃ॥ ৮০॥

## শব্দার্থ

অথ—অসিগী তুংদা; উচ্যন্তে—হায়রি; গুণাঃ—গুণশিং; পঞ্চ—মঙা; যে—মখোয়; লক্ষ্মীশাদিবর্ত্তিনঃ—লক্ষ্মীগী মবুংঙো পরব্যোমগী অধিপতি

শ্রীনারায়ণনচিংবদা লৈবা ; অচিন্ত্যমহাশক্তিঃ—রাথন্না লাম্বা ফংদবা মহা-শক্তি লৈবা ; কোটিব্রহ্মাণ্ডবিগ্রহঃ—কোটিব্রহ্মাণ্ড শন্না লৈবা মাগী হক-চাঙমা, অহুঙম্বা মহাক ; অবতারাবলীবীজম্—অবতার পুন্নমকী থোরক্-কম্ ; হতারিগতিদায়কঃ—হাংলবা য়েক্লবদা মুক্তি পীবা মহাক : আত্মারাম-গণাকর্ষী—ব্রহ্মরসদা নুপ্পা আত্মারামশিংবু চিংবা ; ইতি—অসী ; অমী—ময়ামসী ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; কিল-অদ্ভুতাঃ—অঙকপনী ।

বৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাথন্না লাম্ব-ঙম্দবা মহাশক্তিগী মপু, মাগী হক্চাঙনা ব্রহ্মাণ্ড কোটিবু শীন্থুংনা কোল্লিবা, অবতার পুন্বগী থোরক্কম্, হাংলবা য়েক্লববু লান্বিবা, আত্মারামশিংগী খম্মোই হূবা—হায়বা গুণ মঙাসী শ্রীলক্ষ্মীগী মবুংঙো নারায়ণচিংবদা লৈরবসু শ্রীকৃষ্ণদদি য়ায়্না ঙকপা মংংদা লৈ ।

## নৈনরোল

লক্ষ্মীশাদি—লক্ষ্মীশ+আদি । মফমসিদা লক্ষ্মীশ শব্দনা লক্ষ্মীগী মবুংঙো পরব্যোমগী অধিপতি ওইবা শ্রীনারায়ণবু খঙহল্লিবনী । অতুগা, আদি-শব্দনা মহাপুরুষনচিংববুসু খঙহল্লী । ( মহাপুরুষ-মহাবিষ্ণু, কারণার্ণব-শায়ী পুরুষ ) । অবিচিন্ত্যমহাশক্তিঃ—রাথন্না লাম্বা ফংদবা মহাশক্তি । পরব্যোমাধিপতিদা অসিগুম্বা মহাশক্তি লৈ ; মরমদি মহাক্তি মহাপুরুষন-চিংবা অবতারগী কর্তানী । কোটিব্রহ্মাণ্ডবিগ্রহঃ—ব্রহ্মাণ্ড কোটিদা পুঙশন্-শল্লিবা হকচাঙনা ( বিগ্রহনা ) মাগী ওইবা মহাক্তি কোটিব্রহ্মাণ্ড-বিগ্রহ-নী । শ্রীকৃষ্ণনা মছাগী বিগ্রহ-না ( হক্চাঙনা ) ব্রহ্মাণ্ড কোটিদা শরা ছন্দুনা লৈ অতুগা বৈকুণ্ঠনচিংবা ভগবদ্ধাম পুন্নমকপুসু ছন্দুনা লৈ । মহা-পুরুষদি ব্রহ্মাণ্ডদদা ছন্দুনা লৈবনী ; মহাপুরুষদি মায়াবু য়েংবনী হায়রগা মহুৎ উপাধি-রা ওবনী ; অদুমক্তুনা মহাক্না মায়াগী রাংমদা লৈবা বৈকুণ্ঠন-চিংববু শরা-ছন্দুনা লৈবদি ওইথোক্তে । অবতারাবলীবীজম্—অবতার পুন্নমকী থোরক্কনী । শ্রীনারায়ণ দি মহাপুরুষনচিংবা অবতারশিংগী থোরক্-কনী ; অতুগা, মহাপুরুষনা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা পুরুষনচিংবগী

থোরকৃফম্মী। শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ংভগবান্নী হায়তুনা লোইনমকী থোরকৃফম্মী। হতারিগতিদায়কঃ—মথুৎমক্না হাৎপা য়েক্কবশিংগী গতি পীবনী। মফম-যিদা গতি-গী অর্থদি স্বর্গনচিংবা কৎবগী গতি হায়বনী ; ভগবান্না হেংথিনবা মীদি ভগবান্গী য়েক্কবনী ; ভগবান্গী খুত্তা শিরবদি মখোয়না স্বর্গনচিংবা কংবা য়াই, সাযুজ্যমুক্তিনচিংবা কংবা য়াই, কংলিবসী অতৈ কর্ম তৌবনদি কংবা য়াদে। স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি মথুৎমক্না হাৎপা য়েক্কবশিংদা মোক্ষ-ভক্তি-ফাওবা পীনবীয়ে ; মসিগী প্রমাণদি পূতনা নী ; মহোন্দা ধাত্রীগতি পীখি। মসী শ্রীকৃষ্ণগী থবক অঙকপা অমনী। আত্মারামগণাকর্ষী—আত্মারাম মুনিশিংগী পুক্নীঙ-ফাওবা হুবা ঙম্মী। নরলীল স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা গুণসী মপুঙ-ফানা লৈ। মথক্তা পল্লিবা গুণ খিবিক্নে পরব্যোমগী মযুংঙো শ্রীনারায়ণ-দা লৈরবসু শ্রীকৃষ্ণদা লৈবনা য়াম্না হেন্নী।

## মূল ৮১-৮৪

সর্ব্বাদ্ভুত চমৎকারিলীলাকল্লোলবারিধিঃ।
অতুল্যমধুরপ্রেমমণ্ডিতপ্রিয়মণ্ডলঃ ॥ ৮১ ॥
ত্রিজগন্মানসাকর্ষি মুরলীকলকূজিতঃ।
অসমানোর্দ্ধরূপশ্রীবিস্মাপিতচরাচরঃ ॥ ৮২ ॥
লীলা প্রেম্ণা প্রিয়াধিক্যং মাধুর্য্যে বেণুরূপয়োঃ।
ইত্যসাধারণং প্রোক্তং গোবিন্দস্য চতুষ্টয়ম্ ॥ ৮৩ ॥
এবং গুণাশ্চতুর্ভেদাশ্চতুঃষষ্টিরুদাহৃতাঃ ॥ ৮৪ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বাদ্ভুতচমৎকারিলীলাকল্লোলবারিধিঃ—মখল পুম্নমকী অঙকপা ওইবা লীলাগীমশক ওইবা ঈথকী সমুদ্র ; অতুল্যমধুর-প্রেমমণ্ডিতপ্রিয়মণ্ডলঃ—চাংদম্নাই-লৈতবা মধুরপ্রেম-না হুংশিবা খিবিরপু লৈহেংবীবা ; ত্রিজগন্মানসাকর্ষিমুরলীকলকূজিতঃ—মহাকী মুরলীগী-থুম্রবা খুননা মহোল অহুমগী পুক্নীঙবু হুজবা অদুগুম্বা মহাক ; অসমানোর্দ্ধরূপশ্রীবিস্মাপিতচরাচর—মাম্বসু-লৈতবা অহংগা মথক্সু লৈতবা শকী ( রূপকী ) মাধুর্য্যনা অচৎ-চম্বা

লোইনমকপু ওকহনবা ; লীলা প্রেম্না প্রিয়াধিক্যং—লীলামাধুর্য্যনা অমসুং প্রেম মাধুর্য্যনা প্রিয়শিংগীদমক্তা হেনবা ; মাধুর্য্যে—মাধুর্য্যদা ; বেণু-রূপয়োঃ—বেণু অমসুং রূপকী ; ইতি—অসিনী ; অসাধারণং—থুময়দগী হেনবা ; প্রোক্তং – হায় ; গোবিন্দস্য—শ্রীগোবিন্দগী ; চতুষ্টয়ম্—( মাধুর্য্য ) মরি ; এবং—মতৌসিগুম্বা ; গুণাঃ—গুণশিংসী ; চতুর্ভেদাঃ—মথল মরিগীনী ; চতুঃষষ্টিঃ –হুম্ফু মরি ; উদাহৃতাঃ—হায়রে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথল পুন্নমক্কী অওক্পা ওইরিবা লীলাগী মশক-ওইবা ঈথক্কী সমুদ্রগা চাংদম্নদাই ওইবা মহাক ( লীলামাধুর্য্য ), চাংদম্নদাই লৈত্রবা মধুর প্রেমনা হুংশিবা মীশিংবু লৈতেংবা মহাক ( প্রেম মাধুর্য্য ), মহাক্কী মুরলীগী থুম্নবা মখোল্লা মরোল অক্তমগী পুক্কীওবু হূবা মহাক ( বেণুমাধুর্য্য ), মাল্লবা অমদি অাহেনবা লৈত্রবা রূপ-কী মাধুর্য্যনা অচৎ-চত্রা পুম্নমকপু ওকহল্লিবা মহাক ( রূপমাধুর্য্য ) অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী লীলামাধুর্য্য, প্রেমমাধুর্য্য, বেণুমাধুর্য্য অমসুং রূপমাধুর্য্য হায়বা মরিসী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ময়ামগা মাল্লদবা গুণনী ; গুণ মরিসী স্বরূপ অভেদ য়াওদে ; অস্নুম্না ভেদ মরি থোক্লা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ হুম্ফু মরিগী য়া পল্লবনী ।

ভেদ মরিনী ; মহুদি অহানবদা মূল ৭০-৭৬-শ্লোকতা য়াওখৈ, অনী-শুবদা মূল ৭৮—৭৯ শ্লোকতা মডা, অহুমশুবদা মূল ৮০ শ্লোকতা মডা অমসুং মূল ৮১–৮৪-দা গুণ মরি পল্লী ; লোইনমক্না গুণ হুম্ফু মরি ওইরে । পুম্নমক অসী শ্রীকৃষ্ণগী আলম্বনবিভাব কী ওইবা গুণনী ; মরমদুনা মখোয় লোইনমক্না রসগী সামগ্রী ( মচপ ) ওাক্তনী ।

মাধুর্য্য মথল মরিগী য়াদি ২/২১/১১০ মূলগী নৈনরোলদা য়েংবিয়ু ।

মূল ৮৫

অনন্ত গুণ শ্রীরাধিকার, পঁচিশ প্রধান ।
যেই গুণের বশ হয় কৃষ্ণ ভগবান্ ॥ ৮৫ ॥

শব্দার্থ

অনন্ত—ওমথৈ-নাইদবা ; গুণ—গুণ ; শ্রীরাধিকার—শ্রীরাধিকাগী ; পঁচিশ—কুম্নভানা ; প্রধান—অথোইবনী ; যেই গুণের—গুণ অদুগী ; বশ হয়—মথা পোল্লী ; কৃষ্ণ ভগবান্—স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধিকাগী গুণশিংদি ওম্থৈনাইদবনী ; মথোয়দুগী মনুঙদা গুণ কুম্নভানা অথোইবনী । স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীরাধাগী গুণশিংসিনা গুম্মী ।

মূল ৮৬-৯০

অথ বৃন্দাবনেশ্বর্য্যাঃ কীর্ত্তান্তে প্রবরা গুণাঃ ।
মধুরেয়ং নববয়াশ্চলাপাঙ্গোজ্জলস্মিতা ॥ ৮৬ ॥
চারুসৌভাগ্যরেখাঢ্যা গন্ধোন্মাদিতমাধবা ।
সঙ্গীতপ্রসারাভিজ্ঞা রম্যবাঙ্নর্ম্মপণ্ডিতা ॥ ৮৭ ॥
বিনীতা করুণাপূর্ণা বিদগ্ধা পাটবান্বিতা ।
লজ্জাশীলা সুমর্য্যাদা ধৈর্য্যগাম্ভীর্য্যশালিনী ॥ ৮৮ ॥
সুবিলাসা মহাভাবপরমোৎকর্ষতর্ষিণী ।
গোকুলপ্রেমবসতির্জ্জগচ্ছ্রেণীলসদ্যশাঃ ॥ ৮৯ ॥
গুর্ব্বর্পিতগুরুস্নেহা সখীপ্রণয়িতাবশা ।
কৃষ্ণপ্রিয়াবলীমুখ্যা সন্ততাশ্রবকেশবা ।
বহুনা কিং গুণাস্তস্যাঃ সংখ্যাতীতা হরেরিব ॥ ৯০ ॥

শব্দার্থ

অথ—অসিগী তুংদা ; বৃন্দাবনেশ্বর্য্যাঃ—বৃন্দাবনেশ্বরী শ্রীরাধাগী ; কীর্ত্ত্যন্তে—শক-শোয়ে ; প্রবরা গুণাঃ—অথোইবা গুণশিং ; মধুরা—ফীভম পূন্নমক্তা তৌথোক্নবকপা পুম্বা অহু হকচাঙ কায়াংশিংগী মওং-মতা লু-হেন্বা ; অয়ং—মহাক ; নববয়াঃ—চহীনৌবী ; চলাপাঙ্গা—মীৎচি চোই-গন্বী ; উজ্জলস্মিতা—ইন্নং-লংবা মোমোন্নোক্ ; চারুসৌভাগ্যরেখাঢ্যা—

মহাকী খুবাক্তা অমস্থং খুয়াদা লাইবক ফবগী য়াম্না ফজবা রেখা লৈবা ; গন্ধোন্মাদিতমাধব—মণয়া মাধবপু ঙাওহনবা ; সঙ্গীতপ্রসারাভিজ্ঞা—কোকিলগা মান্নবা পঞ্চমস্বর খোক্পী অমস্থং সঙ্গীতবিদ্যা য়াম্না হৈবী ; রম্য-বাক্—য়াহৈ য়াতা থুগী ; নর্ম্মপণ্ডিতা—করেম্-কথায়নবদা হৈশিংবী ; বিনীতা—নোল্লুক্পী ; করুণাপূর্ণা—নুংশিচাওগন্‌বী ; বিদগ্ধা—বিষয়পুম্বদা হৈশিংবী ; পাটবান্বিতা—থবক্তা হৈশিংবী ; লজ্জাশীলা—ইকাই-খীগন্‌বী ; সুমর্য্যাদা—ইকাই খুম্নহৈবী ; ধৈর্য্যশালিনী—পাথৎকন্দবী ; গাম্ভীর্য্যশালিনী—চীঙলেম্বী ; সুবিলাসা—হাব-ভাব-নচিংবনা লৈতেংবী ; মহাভাবপরমোৎকর্ষতর্ষিণী—মহাভাবকী খমথেংবা মতাঙদা শ্রীকৃষ্ণগী মন্নমদা য়াম্না ইখৌ-লাংজবী ; গোকুলপ্রেমবসতি—গোকুলবাসী লোইনমক্না নুংশিবা মহাক ; জগচ্ছ্রেণীলসদ্যশা—মাগী মিংচৎনা জগৎ পুম্বা শল্লিবা ; গুর্ব্বর্পিত-গুরুস্নেহা—গুরুজনশিংনা য়াম্না নুংশি বিরবী ; সখীপ্রণয়িতাবশা—সখী পুম্নমক্কী প্রণয়গী ( নুংশিবা মতাঙ ) মখা পোন্‌বী ; কৃষ্ণপ্রিয়াবলীমুখ্যা—শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবীশিংলক্তা মকোক ওইবী ; সন্ততাশ্রবকেশবা—কেশব শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্বদা মাগী য়াহৈ মখা থাবা ।

[ মৈতৈলোন্দা হন্দোকপদি দরকার লৈত্রে মরমদি শব্দার্থসিনা অহুম ভাব তারগনী ] ।

## নৈনরোল

চারুসৌভাগ্যরেখাঢ্যা—খুবাক-খুয়াশিংদা লাইবক্ফবগী চিহ্ন ওইনা ময়ি ( রেখা ) লৈবা । শ্রীরাধাগী ওইথংবা খুয়াদা—খোঙবীগী মরুদা যব, মহুগী মখাদা চক্র, চক্রগী মখাদা চন্দ্ররেখাগা লোয়নবা লৈগী উরী ( কুসুম-বল্লিকা ), খোঙ মধ্যমাগী মখোঙদা থম্বাল, থম্বালগী মখাদা ফিরাল, খুৎ-য়াইগী য়েৎথংবা শরুক্তগী হৌরগা খোঙবাক ময়াই ফাওবা উর্দ্ধ রেখা, খোঙ-নাওবী মখাদা শামুকাটি—চিহ্ন তরেৎসী ওইথংবা খুয়াদা লৈ । খোঙ য়েত্তা—খোঙবীমরুদা শঙ্খ, খোনাওবী মখাদা বেদী, বেদীগী মখাদা কুণ্ডল ( নাইন ), তর্জ্জনীগী অমস্থং মধ্যমাগী মখোঙদা চীঙ, খুনীঙগী মখাদা ডা,

ভাগী মথক্তা রথ, রথগী নাকল অনীদা শক্তি অমসুং গদা—চিহ্ন নিপালসিনা ওইথংবা চরণ-দা লৈ। অহুমা চরণ অনীদা পুল্লপা চিহ্ন ওয়ামভানী। শ্রীরাধাগী ওইথংবা খুত্তা—খুনিংথোগা খুৎয়াইগা অনী তাইনবমদগী হৌরগা খুনাওবীগী মথাথংবা শক্তকক্কাওবদা পরমায়ু রেখা; মতুংগী মথাদা করভ-দগী হৌরগা খুদোন্‌বীগা খুবীগা অনীগী কারক্তা লৈরি অমা ( মধ্য-রেখা ); খুৎচা মঙাগী মতোন্দা চক্রেগী মংদা চিহ্ন মঙা; খুনিংথো মথাদা শামু লৈ; পরমায়ুরেখাগী মথাদা শংগোল; মধ্যরেখাগী মথাদা শল্লাবা লৈ; খুনাওবী মথাদা শামু কাটি, হুমাই, হরিথাগোক পান্বী, যুপ, শেল্, তোমর ( চৈ মতুপ ) অমসুং মালা—চিহ্ন তরা-নীপাল অসী ওইথংবা খুবাক্তা লৈ। অতুগা যেৎথংবা খুবাক্তা—ওইথংবা খুবাক্তা লৈবগুম্না পরমায়ুরেখানচিংবা অহান্‌বা রেখা অঙুম; খুৎচা মঙাগী মতোন্দা শঙ্খ মঙা; খুদোন্‌বীগী মরক্তা চামর; খুনাওবীগী মথাদা শামু কাটি, যুম, দুন্দুভি, বজ্র, বলগাড়ী অনী; লিরুং, থাঙশাঙ, পাত্র—চিহ্ন তরাতরেংসিনা যেৎথংবা খুবাক্তা লৈ। খুং অনীদা অমসুং খোঙ অনীদা পুল্লপা চিহ্ন য়াঙখৈনী। মখোয়শিংসিবু চারুসৌভাগ্যরেখা কৌরি।

## মূল ৯১

নায়ক নায়িকা দুই-রসের আলম্বন।

সেই দুই শ্রেষ্ঠ—রাধা, ব্রজেন্দ্র নন্দন॥ ৯১॥

### শব্দার্থ

নায়ক নায়িকা দুই—নায়ক নায়িকা অনী; রসের আলম্বন—মধুর রসগী আলম্বন বিভাব; সেই দুই—মখোয় অনীদো; শ্রেষ্ঠ—অথোইবনী; রাধা—শ্রীরাধা; ব্রজেন্দ্রনন্দন—শ্রীনন্দনন্দন কৃষ্ণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নায়ক-নায়িকা অনীসে মধুর রসগী আলম্বন-বিভাবনী। নায়ক-নায়িকা লৈরিবশিংগী মরক্তা খ্বায়দগী থোইবা নায়ক-নায়িকাদি শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনী।

## নৈন্সরোল

আলম্বন—আলম্বন বিভাব। মতোম্দা ওতুনা রস ওইশংলক্পা যাবা মহাকু রসগী আলম্বন কৌয়ি। নায়কনা মধুর রসগী বিষয়ালম্বন হায়বতুনী অতুগা নায়িকানা আশ্রয়ালম্বন হায়বতুনী, হায়বদি মধুর রতিগী আশ্রয় (তুংফম) হায়বতুনী। সেই দুই শ্রেষ্ঠ—( লৈরিবা নায়ক-নায়িকা পুন্নমক্কী মনুংদা) অনীতুনা অথোইবনী। নায়ক লোইনমক্কী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা পুংহেল্-হেল্লী অতুগা নায়িকা পুন্নমক্কী মনুংদস্তু শ্রীরাধানা পুংথোই-থোইবীনী। মরমদি, গুণ দা মখোয়না পুন্নমক্কগী হেল্লী।

দ্বারকানচিংবদস্তু মধুর-রস লৈ, বৈকুণ্ঠদস্তু লৈ ; অতুবু দ্বারকাগী বাসুদেব, বৈকুণ্ঠগী নারায়ণ-খোয়না ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণদগী গুণ য়াংনা লৈবনী হায়তুনা অমসুং দ্বারকাগী মহিষীশিং অদুগা বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিংতুস্তু শ্রীরাধিকা-গী হন্থনা গুণ চেল্লী হায়তুনা মফম্শিংতুদা লৈবা মধুররস-স্তু ব্রজগী মধুর রসদগী হন্থে। মতৌ অসুন্না ব্রজগী মধুর-রসতুনা খ্বায়দগী হেল্লী।

শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা রসগী আলম্বন-বিভাব ওইবনা রসগী সামগ্রী (মচল) গুন্বনী ; মরম্তুনা মফম্সিদা ভক্তিরসগী য়া লীথরক্পা মতম্দা মখোয়গী গুণ পুন্নমক্কী য়া পল্লিবনী। মতুংদা লাক্লিবা মূল পয়ারশিংদা, দাস-সখানচিংবশিংস্তু দাস্য-সখ্যরসগী আলম্বন-বিভাব ওইবনা, দাস-সখানচিংবগী য়া পল্লিবনী।

### মূল ৯২

এইমত দাস্যে দাস, সখ্যে সখাগণ।

বাৎসল্যে মাতাপিতা—আশ্রয়ালম্বন ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুন্না ; দাস্যে দাস—দাস্য রসদা দাসনা ; সখ্যে—সখ্যরসদা ; সখাগণ—সখাশিং ; বাৎসল্যে—বাৎসল্যরসদা ; মাতাপিতা—মমা-মপানা ; আশ্রয়ালম্বন— আশ্রয় আলম্বন হায়বতুনী।

## নৈনরোল

এইমত—মতৌ অসুম্না। খাম অতৈ অতৈগী মধুর-রসদগী অশেঙবা আধুর্য্যতাকপী ওইবা ব্রজগী মধুর-রসনা খ্বায়দগী হেন্‌বকুম্, খাম অতৈ অতৈগী দাস্ত রসদগী ব্রজগী দাস্ত-রস-না হেল্লী। অসুম্না সখ্যরসদসু অহুগা বাৎসল্য-রসদসু ব্রজগী সখ্যরসগা বাৎসল্যরসগনা হেল্লী।

## মূল ৯৩

এই রস অনুভবে যৈছে ভক্তগণ।

যৈছে রস হয়, তার শুনহ লক্ষণ ॥ ৯৩ ॥

## শব্দার্থ

এই রস—রসসী; অনুভবে—মহাও তংঙী; যৈছে—মতৌ অসুম তৌনা; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা; যৈছে—মতৌ অসুম তৌরগা; রস হয়—রস ওই; তার—মহুগী; শুনহ—নাকোঙনা তাও; লক্ষণ—লৈখোন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রসসী ভক্তশিংনা করম্না অনুভব তৌয়ি অমসুং করম্না রস ওইরকৃয়ি হায়বগী লক্ষণ অদু নাকোঙনা তাও।

## নৈনরোল

যৈছে রস-নচিংবা—কৃষ্ণরতিনা মতৌ করম্না রস ওইরকৃয়ি হায়বদু। হায়বদি করি সাধন তৌরগা, করি মতেং ফংলগা অদুগা করম্না মৎঃদা ভক্ত-শিংনা রস চুপ্পী হায়বদো।

মখাদা লাকদৌবা শ্লোকশিংসিদা সাধন, সহায় অমসু মৎংগী রা হায়রি।

## মূল ৯৪-৯৭

ভক্তিনির্ধূতদোষাণাং প্রসন্নোজ্জ্বলচেতসাম্।

শ্রীভাগবতরক্তানাং রসিকাসঙ্গরঙ্গিণাম্ ॥ ৯৪ ॥

জীবনীভূতগোবিন্দপাদভক্তিসুখশ্রিয়াম্ ।
প্রেমান্তরঙ্গভূতানি কৃত্যান্যেবানুতিষ্ঠতাম্ ॥ ৯৫ ॥
ভক্তানাং হৃদি রাজন্তী সংস্কারযুগলোজ্জ্বলা ।
রতিরানন্দরূপৈব নীয়মানা তু রস্যতাম্ ॥ ৯৬ ॥
কৃষ্ণাদিভির্বিভাবাদ্যৈর্গতৈরনুভবাধ্বনি ।
প্রৌঢ়ানন্দচমৎকারকাষ্ঠামাপদ্যতে পরাম্ ॥ ৯৭ ॥

শব্দার্থ

ভক্তিনির্ধূতদোষাণাং—ভক্তিনা মখোয়গী ভূক্তিমুক্তি বাসনা নচিংবা দোষ পূম্নমক লৈত্রবা ; প্রসন্নোজ্জ্বলচেতসাম্—মখোয়গী চিত্তশিং পেল্লবা হায়বদি শুদ্ধসত্ত্বগী থোরক্‌কম ওইবদা মতীকচারবা অমসুং শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্লবদা চিত্ত উজ্জ্বল ওইরবা মখোয়গী ; শ্রীভাগবতরক্তানাম্—ভগবান্‌গা সম্বন্ধ লৈনরবা বিষয় পাম্বশিংগী ; রসিকাসঙ্গরঙ্গিণাম্—রস খঙবা ভক্তশিংগী সঙ্গ ফংবদা নুংঙাইজবা ; জীবনীভূতগোবিন্দপাদভক্তিসুখশ্রিয়াং—শ্রীগোবিন্দগী খোঙথম্বান্দা ভক্তি লৈরগা ওইবা নুংঙাইবা হায়বা লণ্ অদুনা মখোয়গী থৱাইগী মশক ওইরিবা অদুগুম্বা মখোয়গী ; প্রেমান্তরঙ্গভূতানি কৃত্যানি এব অনুতিষ্ঠতাম্—প্রেমগী অন্তরঙ্গ ওইবা সাধন পূম্নমক তৌরবা মখোয়গী ; ভক্তানাং হৃদি—ভক্তশিংগী থম্মোইদা ; রাজন্তী—ঙাল্লিবা ; সংস্কারযুগলোজ্জ্বলা—নহাক্নুক মপোক্কী অমসুং হন্দক মপোক্কী সংস্কার (অপাম্বা) অনীনা লংলবা ; রতিঃ—কৃষ্ণরতি (কৃষ্ণবু নুংশিবা) ; আনন্দরূপা এব—নুংঙাইবগী মশক ওইবা ; নীয়মানা তু—ফংলবা ; রস্যতাং—হাওনঙাই ওইবা ফীভম্ ; কৃষ্ণাদিভিঃ—কৃষ্ণনচিংবনা ; বিভাবাদ্যৈঃ—বিভাবনচিংবনা ; গতৈঃ—চৎলবা ; অনুভবাধ্বনি—অনুভবকী লম্বীদা ; প্রৌঢ়ানন্দ-চমৎকার-কাষ্ঠাম্—প্রৌঢ় ওইবা নুংঙাইবগী অঙকপ্‌ফংনা য়োরবা মতাঙ ; আপদ্যতে—ফংজৌ ; পরাম্—পুঙথোই থোইবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাধনভক্তি তৌবগী ফল ওইনা মখোয়গী (চিত্তদগী ভুক্তি-মুক্তি-বাসনা-নচিংবা দোষ পূম্নমক লাপ্‌থোক্‌খ্রবা, মরমদুনা মখোয়গী চিত্তহ প্রসন্ন

( হায়বদি শুদ্ধসত্ত্ব-থোরক্পগী মতীকচারবা ) ওইরবা অমসুং ( শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্পনা ) উজ্জ্বল ওইরবা, মথোয়না শ্রীভগবানগা মরী-লৈনবা বিষয়দুবু পামজবা, রস খঙবা ভক্তশিংগী সঙ্গ ফংবদা য়োনা হুংঙাইজবা, শ্রীগোবিন্দগী থুয়া থম্বান্দা কংপ। ভক্তিগী মশক ওইবা হুংঙাইবা কৌবা লন্দবু মথোয়গী পুন্সীগী লনঙাক্তনী হায়না খনবা অমসুং প্রেমগী অন্তরঙ্গ ( মনুংগী ওইবা ) সাধন পুন্নমক তৌবা—অদুগুম্বা ভক্তপুন্নমকী থম্মোইদা ভাল্লিবা—প্রাক্তন ( নহান মপোক্কী ) অমসুং আধুনিক সংস্কার অনীনা লংলবা (উজ্জ্বলা ওইবা) আনন্দগী মশক ওইবা রতিদু (শ্রীকৃষ্ণরতিদু)—অনুভব কৌবা লম্বীদা লাক্পা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা বিভাবনচিংবনা ( অনুভব-না ফংবা বিভাব-অনুভাবনচিংবগা তিন্নরগা ) আস্বাদ্যতা (হাউনঙাই ওইবা ফীভম হায়বদি রসরূপতা) ফংদুনা প্রৌঢ়ানন্দগী চমৎকারিতাগী অয়েৌবী মতাংদু য়োনা ফংভী ( হায়বদি মদুবু আস্বাদন তৌবদা অমুক্ত ফংখিদ্রিবা আনন্দগী চমৎকারিতাদু অনুভব তৌয়ি)।

## নৈনরোল

মথক্তা লৌখৎলিবা শ্লোক মরিসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগীনী (২/১/৪)।

শ্লোকশিংসিদা ভক্তিরস আস্বাদন তৌননবা হৌনবী-সাধন, রসাস্বাদনগী সহায় অমসুং প্রকারগী ( মখলগী ) য়া হায়রি।

ভক্তনা ভক্তিরসাস্বাদন তৌবা ঙম্বা পান্নৈদু, রসাস্বাদনগী সাধন-নী। মূল ৯৪-৯৫ শ্লোক-তা সাধনসিগী য়া হায়রি—"ভক্তিনির্ধূতদোষাণাং—অনুতিষ্ঠতাম্ বাক্যনা। হায়বদি অনর্থ কোক্লিবকাংবা সাধন-ভক্তি তৌগদবনী ; সাধনভক্তি তৌবগী ফল ওইনা অনর্থ কোক্লবদি চিত্তগী ভুক্তি-মুক্তি-বাঞ্ছনা-নচিংবা পুংকোক্-কোক্লগদদা-চিত্তনা শুদ্ধ সত্ত্বগী ( ভক্তিরাণীগী ) থোরক্কম ওইবা য়াগনী ; ( মসিবু "শ্রবণাদিশুদ্ধচিত্ত-শ্রবণ-নচিংবনা শুদ্ধ-ওইহল্লবা চিত্ত কৌয়ি ) ; চিত্তগী অসিগুম্বা অবস্থা ওইরবদি মতমন্থুদা চিত্তদু-মক্তদা শুদ্ধসত্ত্ব থোরকনী অদুগা শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্লগদি চিত্তদু জ্ঞান পুম্বগী মকোন্ ওইগনী—শুদ্ধসত্ত্বগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংদুনা ( অমতা ওইশন্নখি-দুনা ) মথক্তা ঙাম্মোক্চরক্পা শুদ্ধসত্ত্বগুম্বা উজ্জ্বল ওইরকনী ( ঙাল্লকনী )—মৈগা লোয়ননা তাদাত্ম্য-ফংলবা য়োংনা মৈগুম্বা ঙাল্লক্পগুম্বা।

রসাস্বাদনগী যোগ্যতা কমনবগীদমক অনর্থ কোকহনবদনবনী হায়না করিগনো। হায়না কনাগুম্বনা হংবা য়াই। মতুগী পাউখুম পীবা তানবদি অহানবদা—রসাস্বাদন তৌবগী অধিকারস্ত জীবগী স্বরূপ নভুং ইরা। নৈকম থোক্‌পরা—হায়না য়েংবা তাই। নৈরবদি জীব খ্বায়না মতু আস্বাদন তৌবা ঙমদবদি করিগনো ?

প্রাকৃত জগত্তা ঐখোয়না উই, অচাপোংকী মহাও থাংবদি লৈরোঙবা ঙম্মী, নাতোন্না ঙমদে; মগম্ নত্রদি নাকোন্না ঙম্মী, লৈয়েংনা নত্রগা নাকোঙনা ঙমদে; অয়িং-অশা খঙবস্তু উৎসাহনা য়াই, অতোপ্পা ইন্দ্রিয়না ঙাদে। অসিদগী খঙবা ঙম্বদি অসিনী মতুদি—অচাপোংকী রসগা লৈয়েংগা লোয়নবা ওইনবা সম্বন্ধ অমা লৈ, মতুনা লৈয়েংনা অচাপোংকী রস আস্বাদন তৌবা ঙম্মিবনী : নাতোনগা লোয়ননদি অচাপোংকী ওইনবা (অনুকূল) সম্বন্ধ লৈতে, মরমতুনা নাতোন্না অচাপোংকী রস চঙবা ঙমদে। মাতৌ অমুম্না নাতোনগা লোয়ননা মগমগী, উৎসাহগা লোয়ননা অয়িং-অশাগী অনুকূল সম্বন্ধ লৈবনা মখোয়না মরী লৈন-লৈনবা রসতু অনুভব তৌবা ঙম্মিবনী।

অসিগুম্না অনুকূল সম্বন্ধ অমা জীবগা লোয়ননা আনন্দগী নত্রগা ভক্তি-রসগী লৈরবদি মতু আস্বাদন তৌবগী অধিকার জীবগী লৈবা য়াই। (মকম-সিদা 'আনন্দ নত্রগা ভক্তিরস' হায়বগী মরমদি আনন্দমু হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তি অমনী : ভক্তিরসমু হ্লাদিনীগী বৃত্তি বিশেষনী, মরমতুনা আনন্দগা লোয়ননা অনুকূল সম্বন্ধ লৈরগদি হ্লাদিনীগা লোয়ননমু অনুকূল সম্বন্ধ লৈবা য়াই)।

ভগবান্‌দি আনন্দস্বরূপনী (মূর্ত ওইরবা মাগী স্বরূপ নী); মহাকী আনন্দাংশগী শক্তিনা হ্লাদিনী নী : মরমতুনা হ্লাদিনী মজাংদা রস ওইনা, আনন্দ ওইনা লেখংলক্‌পা ঙম্মী অমসুং ভগবান্‌না অদুগা ভগবানগী ভক্ত-শিংবু আনন্দগী মহাও তংহনবা ঙম্মী। অদুন্ আনন্দস্বরূপ ব্রহ্ম (হায়বদি ভগবান্) অসিদা মহাও পোত্রিরূপনী, আনন্দ-না পাইরে ওইরগা জীবনা

হিংলিবনী, পোলোইদম্ব আনন্দসিদা চঙলিবনী। "আনন্দো ব্রহ্মেতিব্যজনাৎ॥ আনন্দাদ্ধ্যেব খল্বিমানি ভূতানি জায়ন্তে॥ আনন্দেন জাতানি জীবন্তি॥ আনন্দং প্রযন্ত্যভিসংবিশন্তীতি॥ তৈত্তিরীয় /৩/৬॥" মসিদগী খুঙবা উন্মী—জীবসে ভগবানগী চিৎকণ অংশনী, ভগবানগী তটস্থা শক্তিগী জীবশক্তিগী অংশনী; তটস্থা শক্তিগী অংশ ওইরবম্ব জীব-দি মাগী স্বরূপকী হায়বগদি চিদ্বস্তুনী—জড়বস্তু নত্তে। চিদ্বস্তু হায়বসিদবু আনন্দাত্মক-নী; জীবম্ব চিদ্বস্তু ওইবনীনা আনন্দাত্মকনী। ভক্তিশাস্ত্রনা মসীবু য়াদবা তৌদে; পরমাত্মসন্দর্ভদা য়াওবা জামাতৃমুনিগী বচন অদুনা ব্রাকমহুগী সাক্ষী পীরি; জীবগী স্বরূপকী মরমদা জামাতৃমুনিনা হায়রম্মী—"চেতনাব্যাপ্তিশীলশ্চ চিদানন্দাত্মকস্তথা।· পরমাত্মসন্দর্ভ /৩০॥" মরমসিনা আনন্দ হায়বা পোৎসিগা জীবগা অনীগী সম্বন্ধসী য়োনা নক্নে হায়বসিদা চিংনমগাই করিমত্তা য়াওদে। হৌজিক হংবা য়ারে—আনন্দস্বরূপ ভগবানগী চিৎ-কণ অংশনী হায়রুনা জীবনা চিদানন্দাত্মক ওইরবম্ব জীবদি ভগবানগী তটস্থা শক্তিগী অংশনী—হ্লাদিনী শক্তিগী অংশ নত্তে; মরমদুনা জীবনা হ্লাদিনীগী বৃত্তি-বিশেষ ওইবা রস হায়বদি আনন্দ আস্বাদন তৌবা য়াবরা?

প্রাকৃত জগৎতা ঐখোয়না উরি- জীবনীবু হায়রবদি হুংদাইনীদনা খ্রো-খ্রো খোৎলী; জীবনা তোৎনরিবা পুম্নমক আনন্দগীদমক্কী (নুংঙাইনী হায়বগীদমক্কী); মসিদগী খুঙবা উন্মী, জীবনা হ্লাদিনী শক্তিগী অংশ নত্তবম্ব হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তি ওইবা আনন্দবু য়াম্না কমা পাম্মী; মরমসিনা তোংকা য়োৎচাবীগা অনীগী সম্বন্ধগুম্না জীবগা হ্লাদিনী শক্তিগী মরক্তম্ব অনুকূল সম্বন্ধ অমা লৈ।

অসিমম্ব ঐখোয়না উই, জীবনা দু নুংঙাইবা (দুখ) থিবদি লেম্না য়াদে; তৌবগীবুদি জীবনা সংসারদা তুংকোইবা (নিত্য) অমসুং মত্তবা (বিশুদ্ধ) নুংঙাইবদি (আনন্দদি) ফংদে; অদুবু আনন্দগী মতৌগুম্বা কৈনামদি মফংদ্রী; মদু নিত্য অমসুং বিশুদ্ধ নত্রগম্ব মদুবু জীবনা য়াম্না খোরাংনা লৌয়ি অমসুং থরাই য়াওনা আস্বাদন তৌয়ি, মসী নিত্য বিশুদ্ধ ওইবা

আনন্দতম্বকী আভাস-নী। মসিদগী থঙবা ওম্বদি জীবদি স্বরূপ-কী মতুং ইন্না আনন্দ আস্বাদন তৌবদা মতীক চাজবা অমনী।

মথক্তা নৈনবিদসিদগী খঙবা ওম্বদি—জীবগা লোয়ননা আনন্দগা য়াম্না নক্না সম্বন্ধ অমা লৈ—হায়বসিনী ; জীবগী স্বরূপ-তা আনন্দ—আস্বাদনগী-দমক মতম পুম্নগী ওইবা অপাম্বা অমা লৈ অদুগা আনন্দ-আস্বাদন তৌবগী মতীক চাবা ( যোগ্যতা ) হাপ্নদুম্ব জীবগী লৈ ; মরমদুনা জীবদি স্বরূপকী হায়রগদি আনন্দগী হায়বদি রসাস্বাদনগী অধিকারী ওইদনী। "রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি॥ তৈত্তিরীয় /২/৭" শ্রুতিবাকসিনা জীবনা রস আস্বাদন তৌবগী অধিকার লৈ হায়বগী সাক্ষ্য পীরি।

অদুগা হায়বদা, জীবনা স্বরূপকী হায়রগা আনন্দ আস্বাদন তৌবগী অধিকারী ওইরবোইদি জীব পুম্নমক শুনা আনন্দ আস্বাদন তৌবা ফংদবদি করিগীনো ? মায়াবদ্ধ জীবদি সংসারদিদা আনন্দগী আভাসতমক ( মশেক্তমক্ ) ফংঙী ; মতুম্ব মতম থক্তিকুগীনী অমসুং অরাবগা লোয়নবা জাংনী ; অদুবু করিগীনো নিত্য ওইবা অমসুং শুদ্ধ ওইবা আনন্দ ফংদবদি ?

ভোগ তৌননবা পোংতা অদিকারদমক লৈবনা পোংতুবু ভোগ তৌনা য়াদে, দখল লৈবা পাই। লৌ—ইংখান্দা নিংথৌগী অধিকার লৈ, দখলদি লৈতে : মরমদুনা নিংথৌনা লৌগী চাথোক অদু চাবা ফংদে ; দখল লৈবাদ প্রজাগীনী, মরমদুনা থোক্লিবা মহৈ মরোং পুম্বা প্রজানা চায়। লম গা নিংথৌগগী মরক্তা অথৎপদি প্রজা হায়বা ওত্তমতুবা পোৎসিনা ওইদি। অত্তমতুবা পোত্তাসি লৈহন্দ্রবদি নিংথৌনা মহৈ মরোং ভোগ তৌবা ঙমগনী।

জীবগা লোয়ননা আনন্দগী স্বরূপকী ওইনা সজাতীয় অমসুং অনুকূল সম্বন্ধ লৈনা লৈনা মদুদু জীবনা আস্বাদন তৌনা ঙমদবসিদগী থঙনা ওংনী—জীবগা আনন্দগা অনীগী মরক্তা ওতিবা অমা লৈ, মদুনা জীবগা আনন্দগা অনীগী মরেক নক্পা সম্বন্ধতবু থুগাম্না লৈরে। জীবগী চিন্তগী মশক ওইবা কুশেন্দা অমোংপা অমনা কুপ থরে, মরমদুনা আনন্দগী মতোল চিত্তনা চঙবা ঙম্দ্রে। অমোংপা অসিদি কারিনো ?

মায়াবদ্ধ সংসারী জীবগী তত্ত্ব থিজন্নগদি খণ্ডন ওই, অতুদি—সংসারী জীববু মায়ানা কুপ্পুনা লৈরে। স্বরূপকী হায়রগদি জীবদি চিদ্বস্তুনী ; অদুগা মায়াদি চিদ্-সত্তবা পোংনী হায়বদি জড়বস্তুনী—জীব অমসুং আনন্দদি ইতোপ তোপ্পা জাতগী পোংনী। জীবগা আনন্দগগী মরক্তা অতোপ্পা জাতিগী ওইবা মায়া হায়বা পোৎসী লৈবা মরম্মা জীবনা আনন্দ আস্বাদন তৌবা ওয়াত্রিবনী। মায়িক উপাধিসীনে অদুগা মায়িক ওইবা পোৎকা সম্বন্ধ লৈবদগী পোক্পা অনর্থ নচিংবা দোষতুনী চিত্তগী মশক-ওইবা হুংশেলগী অম্মোৎপদি। সাধনভক্তি তৌ-তৌরগা অনর্থ-নচিংবা দোষ কোক্লবা মতমত্তদস্ত চিত্তনা রস আস্বাদন তৌবগী মতৌক্চাবা ওইখিরোই ; মরমদি, অনর্থ লৈতবা ওইরবসু মতমতুকাওবদু চিত্তসে প্রাকৃতনী ; প্রাকৃত-চিত্তনা প্রাকৃতনত্তবা ভক্তিরস আস্বাদন তৌবা য়াদে। অদুনু প্রাকৃত ওইরবসু চিত্তনা অনর্থ-লৈত্রবা-মোৎতবা ( বিশুদ্ধ ) ওইরবা—অবিদ্যানা মাওথরবদা বিদ্যা-তমা ( রজস্তমো-য়াওদবা প্রাকৃত সত্ত্বগী বিদ্যানা ) ডোলহল্লবা মতমদা চিত্তদা প্রাকৃত-নত্তবা শুদ্ধসত্ত্বনা ডাল্লবা ওই ; অদুগা ডাল্লরবা শুদ্ধসত্ত্বগী প্রভাব-না বিদ্যাসু ডোল্থরবা মতমদা চিত্ত অদুদা শুদ্ধসত্ত্ব থোরকই অমসুং শুদ্ধসত্ত্বনা থোরকপদা শুদ্ধসত্ত্বগা তাদাত্ম্য ফংদুনা ( অমতা ওইশনখিদুনা ) চিত্তনা চিন্ময় শুদ্ধ-সত্ত্বোজ্জ্বল ওইবা ওই।

চিত্তগী অসিগুম্বা শুদ্ধসত্ত্বোজ্জ্বল ওইবা ফীভমতুতনা রস-আস্বাদনগী মতৌক্ চাবা ওইনবগী পম্মী ; মরমদি, চিত্তগী ফীভমসিগুম্বা ওইদ্রগদি—বিভাবনচিংবনা তিন্নগা রস ওইরকপা রতিদুনা চিত্তদা থোরক্পা ডাম্মোই—মরমদুনা রস আস্বাদন তৌবা বদায়দগী য়াগনী ? আস্বাদন তৌননবা কদায়দা ফংদৌরিবা ? শুদ্ধসত্ত্বগা লোয়ননা তাদাত্ম্য-ফংলবা চিত্তনা উজ্জ্বল ওইরক্লগা হেক্তা রস আস্বাদন তৌবগী মপুঙফানা মতৌবচাবা ওইরে হায়বা য়াদে ; রস আস্বাদন তৌবা ডাহনবদি পোৎলম অতৈ ভক্ত চঙ্ডৌ। অহানবদা শ্রীভাগবত-রক্ত (শ্রীভগবানগী ওইবা পোত্তাদা নত্রগা নিময়দা অনুরক্ত-পাম-শনবা) ওইগদবনী ; অনুরক্তি (পাম্শনবা) হায়বসী মনা-গী বৃত্তিনী (থবক্নী)।

ভগবানগা সম্বন্ধ-লৈনা পোংশিনদা—মহাকী নাম গুণ-লীলা মচিংবা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবদা, মহাকী সেবা-পরিচর্য্যাশিংদা-মহা মথক্তা মন-গী অনুরক্তি পোক্লিক্ষাওবা রস-আস্বাদনগী যোগ্যতা (মতীকচাবা হায়বদু) ফংবা য়ারোই। অনীশুবদা, রসিকাসঙ্গরঙ্গিত (রসিক ভক্তগী সঙ্গদা নুংঙাইবা) থম্মোইদা ভক্তিরস আস্বাদন তৌরবা মীনু রসিকভক্ত কৌই; অসিগুম্বা রস-খঙবা অমসুং রস-আস্বাদক ওইবা ভক্তগা তৌবা সঙ্গগী ময়াইনা অশুক-ফংবা আনন্দ অনুভব তৌব্রিক্ষাওবদি অমসুং আনন্দসী ফংননবগীদমক অদুগুম্বা ভক্তসঙ্গ ফংগে হায়না নীঙজিরক্লাওবদি রসাস্বাদনগী যোগ্যতা ফংবা য়ারোই। ভগবানগা সম্বন্ধ লৈনরিবা পোত্তাদা মথক্তা পনখিবা অদুগুম্বা অনুরক্তি অমসুং রসিকভক্তগা সঙ্গ তৌরদা আনন্দ পোক্তবদি ভক্তিরস-আস্বাদনগী যোগ্যতা পোক্রোই হায়বগী মরমদি অসিনী—রতিনা মরাঙ-কায়বা ওইদ্রগদি ভক্তিরস আস্বাদন তৌবা য়াদে অমসুং রতিনা মরাঙ কায়দ্রগদি ভগবানগা সম্বন্ধ লৈনরিবা পোত্তাদা মথক্তা পনখিবদুগুম্বা অনুরক্তি পোকপা য়াদে অদুগা রসিকভক্তগা সঙ্গ তৌবদসু নুংঙাইবা পোকপা ঙমদে। নোংরোন থাজ থোক্লবদা সমুদ্রগী ঈশীঙদা ঈথক হৌয়ি অদুগা কুহাগী ঈশীঙদা ঈথক হৌদে। মতৌ অদুগুম্বা, ভক্তগী থম্মোইদা রতি মরাঙ কায়রবদি ভগবানগা মরীলৈনবা পোৎ উবদা অমদি রসিক ভক্তবু উবদা আনন্দ অনুভব তৌহনবা ঙমগনী অমসুং ভগবানগী ওইবা পোৎশিংদুদা অনুরক্ত ওইহনগনী। অসিগুম্বা অনুভব অদুগা অনুরক্তি লৈতবনা তাকপদি রতি মরাঙকায়দে হায়না তাকপনী; অদুগা রতি মরাঙ কায়দবনা তাকপদি রস আস্বাদন তৌবগী মতৌক চাদে হায়বনী। প্রেমগী অন্তরঙ্গ-সাধন তৌরগদি রতি মরাঙ-কায়হনবা য়াই। অহমশুবদা, শ্রীগোবিন্দগী পাদপদ্মদা লৈবা ভক্তিগী নুংঙাইবদুবু পুন্সীগী অমতা ভাবনা লমী হায়না খল্লিক্লাওবা—সংসারগী অতৈ নুংঙাইবা চিংবা অমদি অতৈ বিষয়শিংবু কৈদৌ লৈতবনী হায়দুনা অমাঙম্বা থাদোক্লগুম্ থাদোকপা ঙমদ্রিক্লাওবা রস আস্বাদন তৌবগী মতৌকচাবা হায়বদু ওইবা ঙম্মোই; মরমদি, ভক্তিগী নুংঙাইববু পুন্সীগী লল্ হায়বদুনী হায়না খল্লিবক্লাংবা রসাস্বাদনগী চঙগদবা রতি মরাঙকায়বা

হায়কদো মৈত্রি হাক্লা খঙগজবনী। মরিশুবদা, অন্তরঙ্গ সাধন লোইনবা তৌবা—প্রেম পোক্পা য়াননবা সাধন পুন্নমক্তো তৌবা।

প্রেমগী অন্তরঙ্গ সাধন হায়বত্নুগী মরমদা শ্রীবৃহদ্ ভাগবতামৃতনা হায়—"তদ্ধি তত্তদ্‌ব্রজক্রীড়াধ্যানগানপ্রধানয়া। ভক্ত্যা সম্পদ্যতে প্রেষ্ঠনাম-সঙ্কীর্ত্তনোজ্জ্বলম্॥ ২।৫।২১৮॥" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীসনাতন গোস্বামীনা ইরম্মী—"তাসাং ব্রজক্রীড়ানাং ভগবদ্‌গোকুললীলানাং ধ্যানং চিন্তনং গানং সঙ্কীর্ত্তনং তে প্রধানে মুখ্যে যস্যাস্তয়া ভক্ত্যা নবপ্রকারয়া প্রেম সম্পদ্যতে সুসিদ্ধ্যতি। তত্রৈব বিশেষমেবাহ, প্রেষ্ঠস্য নিজেষ্টদেবস্য প্রেষ্ঠানাং বা নিজপ্রিয়তমানাং ভগবন্নাম্নাং সঙ্কীর্ত্তনেন উজ্জ্বলং প্রকাশমানং শুদ্ধং বা। গানেত্যুক্ত্যা নামসঙ্কীর্ত্তনে প্রাপ্তেঽপি নিজপ্রিয়তমনামসঙ্কীর্ত্তনস্য প্রেমান্ত-রঙ্গ-তরসাধনত্বেন পুনর্বিশেষেণ নির্দ্দেশঃ।"—টীকাসিগী মর্ম্ম-দি অসিনী মত্নুদি—শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাবু খনবা অমসুং সঙ্কীর্ত্তন তৌবসু মরু ওইনা য়াওবা ভজনাঙ্গসিংবু প্রেমগী অন্তরঙ্গ সাধন কৌয়ি; মত্নুগী মনুংদা খোই-দোক্পা (বিশেষত্ব) অমনা অসিনী মত্নুদি—মশামকী ইষ্টতমদেবগী (খ্বায়দগী হেন্না মীভজরিবা দেবগী) নাম অসু কীর্ত্তন তৌবা, নত্রগা, ভগবানগী নাম পুন্নমক্কী মনুংদা মশা মশানা খ্বায়দগী হেন্না নুংশিজবা নামশিংসু কীর্ত্তন তৌবনা প্রেমগী অন্তরঙ্গ-তর সাধন হায়বত্নুনী।

সাধন পুন্নমক্কি তৌরগা রতিগী প্রাচুর্য্য ( মরাং-কায়বা ) হায়বসু ওই-হনবা য়াই।

অক্ষুদগী, রসাস্বাদনগী সহায়—রস আস্বাদন তৌবগী মতেং। মূল ৯৩-শ্লোক অসুদা হায়রিবা 'সংস্কারযুগল' অসিনা রস আস্বাদন তৌবগী সহায়নী—"সংস্কারযুগলোজ্জ্বলা"—কৃষ্ণরতিদি সংস্কারযুগল-না উজ্জ্বল ওইহল্লী, মধুরতর ( মধুর হেন্না ) ওই, মরমসুনা মহাও ওংবগী অমুকপা ওই। মরমসুনা সংস্কারযুগলসিনা ভক্তিরস আস্বাদন তৌবগী সহায়নী। অসুবু সংস্কার অনীসী করি কয়িবো? প্রাক্তনী অমসুং আধুনিকী ভক্তি-বাসনা অসিনী।

আস্বাদনগী বিচিত্রতা (হায়বদি ওকতাই ওইবা) ওইহল্লিবা অহু আস্বাদনগী সহায়নী ; মরমদি চাক লাম্‌থ্রবদি য়াম্না হাওবা পোনন্থু লেখোক্‌খি। অহুমা মাম্বী চৈথেংনা কলশরুক্কদি অচাপোকতুম্থু হাওনংলকপোকতুম্ তৌখি। ভক্তিরসহু আস্বাদন তৌনীঙঙ্গেইদি মাবু চুম্লবদা থুংতাইবা ফংদে। "সবাসনানাং সভ্যানাম্ রসস্যাস্বাদনং ভবেৎ। নির্বাসনাস্তু রঙ্গান্তঃ কাষ্ঠকুড্যাশ্ম-সন্নিভাঃ ॥ ধর্মদত্ত।" মরমসিনা ভক্তিরস আস্বাদন তৌগে হায়রবদি ভক্তিবাসনা ( ভক্তিবু পাম্বা হায়বসী ) থাদোকপা য়াদে ; ভক্তিবাসনাসিনা অসুম হেনংলকপগা লোয়ননা আস্বাদনসু পুম্না অসুম হেনংলকনী। অধুনিকী ভক্তিবাসনাসু আস্বাদনবু মধুর ওইবা ওইহল্লিদি হায়রবু, করিগুম্বা প্রাক্তনী হায়রবদি নহাক্কী মপোক্কী তুঙশংকপা ভক্তিবাসনা লৈরগদি মাসনাহু গাড় অমসুং তীব্র ওইবা মরম্না আস্বাদনসু অকণ্পা ফংঙী ; মরমসিনা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা প্রাক্তনী অমসুং আধুনিকী হায়বা মখল অনীগী ভক্তিবাসনাবু ভক্তিরস-আস্বাদনগী সহায়-নী হায়রিবনী। "প্রাক্তন্যাধুনিকী চাস্তি যস্য সদ্ভক্তিবাসনা। এষ ভক্তিরসাস্বাদস্তস্যৈব হৃদি জায়তে ॥ ২/১/৩ ॥" প্রাক্তনী ভক্তিবাসনা লৈত্রগদি ভক্তিরস আস্বাদন তৌবগী যোগ্যতা পোক্রোই হায়বদি লোকসিগী য়া নত্তবা য়াদে ; করিগুম্বা আধুনিকী ভক্তিবাসনানসু য়াম্না কল্লবদি হায়রবদি থোইদোকপা লাইবক ফবা অমদগী কনাগুম্বা অমগী কৃষ্ণরতিনা ক য়াম্না হেম্না হেনংলকুনা আধুনিকী ভক্তিবাসনাবু উৎকণ্ঠাময়ী (ইখোলাংবী ) ওইহল্লবদি প্রাক্তনী ভক্তিবাসনা লৈত্রবসু রসাস্বাদন তৌবা য়াই। মরু ওইবা পান্দমদি রতি হেম্না লৈবা অহুনী ; রতিগী আধিক্যতনা (হেনংলকপদনা) রসাস্বাদনগী প্রধান সহায়নী। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী বাসীগী টীকা ইবদা শ্রীজীবনসু য়াসিমক ইরম্মী—"ইদমপি প্রায়িকম্ তাৎপর্য্যন্তু রত্যতিশয় এব জ্ঞেয়ঃ ॥"

ভক্তিবাসনা অসিনা মতৌ অমরোমদসু রসাস্বাদনগী আনুকূল্য তৌখি ; মসিনা কৃষ্ণরতিদা শকওং ( রূপ ) অমা পীনখিয়ে। ভক্তিবাসনা হায়রসিদি সেবা তৌনীঙবা হায়বনী। খ্বাম পূমনকী ভক্তিবাসনা হায়বদি সেবা তৌনীঙবা

ভক্তিরসাস্বাদনগী প্রকারগী মরা হায়রকপা মতাংদা, ভক্তিনা রস কয়রা ওইথংলকপি হায়বগী মরম ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা মথক্তা পন্থিবা শ্লোকশিংছুদা হায়রি। তশেংবমক মসী খঙবা ঙমদ্রগদি আস্বাদনগী প্রকারছুস্ খঙগদৌবা মান্দে। রতিরানন্দরূপৈব—হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তিনী হায়ছুনা কৃষ্ণরতিদি লেপ্নমক আনন্দস্বরূপা-নী ( মুংঙাইবগী মশক্নী )—মছানা হাওনঙাইনী। মছানা হাওনঙাই ওইরবসু রতি-মছাদদি হাওবগী অঙকপা (আস্বাদন-চমৎকারিতা) লৈতে ; মরমছুনা রতিবু রস কৌবা য়াদে ; মরমদি চমৎকারিতাসে অসিতনা রসগী সার-নী ( মচিনী ) ; চমৎকারিতা লৈত্রগদি করিগুম্বা মহাও-তংনঙাই পোৎ অমতবু রস-নী হায়না শীঙথানবা য়াদে।
"রসে সারশ্চমৎকারো যং বিনা ন রসো রসঃ। —অলঙ্কার কৌস্তুভ /৫/৭॥"
শঙ্গোম্-ফম্বা মহাও তংনঙাই পোৎ অমনি।—শঙ্গোম্ফম্বা মছাগী মহাও লৈ ; অদুবু মহাওছুনা আনন্দ পোক্হল্লবসু আনন্দচমৎকারিতাদি পোক্হন্দে ; মরমছুনা শঙ্গোম্ফম্বা অদুখক্তবু রস কৌবা য়াদে। শঙ্গোম্ফম্বগা লোয়ননা চিনি তিন্শল্লবদি মাগী মহাও হেঙ্গংলী, মচুদা অমুক এলাচি, কর্পূর, ঘী, খোইহী-মচিংবা হাপ্লগদি হায়নঙাই-লৈতবা মহাওগা মণম্‌গনা মছু আস্বাদন তৌবদা আনন্দ চমৎকারিতা মথল অনা থোরকপি, মতমছুদা মছু রস হায়নছু ওইরে হায়বা য়াই। মতৌঙয়া, কৃষ্ণরতিসু অনুকূল ওইবা পোংকা ভিন্নরগা হায়নঙাই লৈতবা মহাওগী অঙকপা ( আস্বাদন-চমৎকারিতা ) ফংছুনা রস ওইরকপা ঙম্মী।

আনন্দস্বরূপা ভক্তিগী মরম্নাই মহাও অমা লৈ—মছামক্তা আনন্দ পীবা ঙম্মী ; মথলনখাগী প্রাকৃত মস্তুদা জীবনা ফংবা আনন্দশিংছু পুল্লপ খোম্জিল্লগা ওইবা অছুদগীসু— আনন্দস্বরূপ ওইবা কৃষ্ণরতি থেংনবদগী পোক্পা আনন্দছুনা—জাতিদা খঙদে মহাও হেন্গৎপদা খঙদে— শরুক কোটি কোটি হেল্লী ; অছুম ওইনমক কৃষ্ণরতি অসিতবু রসশাস্ত্রনা রস কৌদে ; মরমদি, রতিসিদা মাগী জাতি অমসুং স্বাদ-ভোপ্তোপ্নছুগী তুংইন্বা আস্বাদনচমৎকারিতা হাংবছু লৈতে। অছুবু মাগা লোয়ননা বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক অমসুং ব্যভিচারী ভাব-কা পিন্নরবদি— মছুদগী থোরকপা আনন্দ চমৎকারিতানা

অতৈ অতৈ আনন্দ পুম্বদগী হেন্‌বা মঙ্গেন্‌সে করি হায়নী, মহুদা ভক্তগী মুং-পান্ অমীগী ইন্দ্রিয়শিংগী অনুভব শক্তিনা মপুঙফানা হায়রিবা আনন্দহুদা অমসুং অঙক্‌পা আস্বাদন-চমৎকারিতাহুদা অতুম চঙগ্রগনী ; মতমহুদা কৃষ্ণ-রতিদো রস ওইথরে হায়না হায়গনী ।

রতিগা লোয়নন, বিভাব অনুভাবশিংগা তিন্নবগী মাফমসী শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতগী মথক্তা পন্‌থবা ৯৭-শ্লোক অহুগী "কৃষ্ণাদিভির্বিভাবাদ্যৈঃ" বাক্যদা য়াওরি অমসুং অসুম্না তিন্নবদা আস্বাদন-চমৎকারিতা পোক্‌য়ি হায়বসিসু ৯৬ শ্লোক অহুগী "নীয়মানা তু রস্যতাম্" অমসুং ৯৭-শ্লোক-তুগী "প্রৌঢ়ানন্দ চমৎকারকাষ্ঠামাপদ্যতে পরাম্" বাক্যদা য়াওরে ।

হৌজিক য়েংলসী—মতৌ করম্না কৃষ্ণরতিনা বিভাব নচিংবগা তিন্নৈ হায়বদো । হ্লাদিনীগী বৃত্তিবিশেষনী হায়হুনা রতিসীগী স্বরূপ অহু মাথন্না লাম্বা ভমদে অহুগা মাগী মাথন্না লাম্বা ভমদবা মহাশক্তি অমসু লৈ ; মরমহুনা মসিনা মোক্ষগী আনন্দহু ফাওবা করিসু লৈতবনী হায় অহুগা পূর্ণ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ফাওবা মুংঙাইহন্‌বা ঙম্মী । "মহাশক্তিবিলাসাত্মা ভাবোঽচিন্ত্য-স্বরূপভাক্ । রত্যাখ্য ইত্যয়ং যুক্তো নহি তর্কেণ বাধিতুম্ ॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ২।৫।৫ ॥"

শ্রীকৃষ্ণনা রতিগী বিষয়নী—বিষয়ালম্বন বিভাব নী ; মহাক্কী ভক্ত-শিংনা—মহাক্কী পরিকরশিংনা—রতিগী আশ্রয়নী ( তুঙফম্মী ), আশ্রয়ালম্বন-বিভাবনী ; অহুগা, শ্রীকৃষ্ণনচিংবা আলম্বনগী ক্রিয়া, মুদ্রা, রূপ, ভূষণ্ণ চিংবা বংশীস্বর, মাহোংগী মমৈনচিংবনা উদ্দীপন-বিভাবনী । ( মূল ২ ১৯/১৮০-পয়ারগী টীকা য়েংবিয় ) । বিশুদ্ধ (মক্তবা) সত্ত্ব অমথক্তনা তোঙানবা ভক্তগী থাম্মাইদা থোক্লরগা মখোয়গী তোঙান্-তোঙানবা ভক্তিবাসনা (সেবা পাম্বা) অহুগী মতুং ইন্না তোঙান্ তোঙানবা কৃষ্ণরতি (কৃষ্ণবু নুংশিবা)— শান্তরতি, দাস্যরতি-নচিংবগী মওং-ওইথংলক্‌য়ি ; মতৌ অহুগুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমথক্তনা তোঙান্ তোঙানবা ভক্তগী মরমদা মখোয়গী রতি ॥ মথল মতুঙইন্না তোঙান্-তোঙানবা বিষয়ালম্বনবিভাব ওইনা ঙাল্লী । শ্রীকৃষ্ণ অমথক্তহুনা-রক্ত-পত্রক-নচিংবা দাস্যরতি-চেন্‌বা ভক্তগী মফম্দা অনুগ্রাহক (চান্‌বিহৈবা) প্রভু ওইবা,

সুবল মধুমঙ্গল নচিংবা সখাশিংগী মফমদা বিশ্রম্ভময় ( হঙ্গোয়নদবা ) সখা-ওইনা, নন্দযশোদানচিংবগী মফমদা লালা ( লুনা য়োক্লগাই ), চানবিকম্ থোকপা ( অনুগ্রাহ্য ) মচাসুপা ওইনা অমসুং শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজসুন্দরী-শিংগী মফমদা প্রাণবল্লভ ( থল্লাইগী সুংশিথোইবা মবুংঙা ) ওইনা ঙাল্লী ; রক্তক-পত্রক-খোয়গী মরীদনা শ্রীকৃষ্ণ দাস্যরতিগী বিষয়নী, সুবল-নচিংবা খোয়গী মরীদনা সখ্যরতিগী বিষয়নী, নন্দযশোদাখোয়গী মরীদনা বাৎসল্য-রতিগী বিষয়নী অদুগা ব্রজসুন্দরীশিংগী মরীদনা মহাক মধুর-রতিগী বিষয়নী ; তোঙান্-তোঙানবা রতিগী মরীদা মহাক তোঙান্-তোঙানা ঙাম্লোইরি, অদুবু মশাক্তি তোঙান্-তোঙানবা নত্রে - মহাক শ্রীকৃষ্ণ অমথক্তনী। অদুদি কনানা মহাকপু মতৌ অময়া তোঙান্-তোঙানবা ওইনা উহল্লিবনো ? তোঙান্-তোঙানবা ভক্তগী রতিননী। শ্রীকৃষ্ণরতিনা মাগী থনবদা থোক্লবা মহাশক্তি শীজন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মচাগী ( রতিগী ) বিষয় ওইনা—বিষয়ালম্বন বিভাব ওইনা ঙাল্হল্লী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা অনুকূল বিভাবতা পীয়ে। কৃষ্ণরতিসিনা শ্রীকৃষ্ণদদা অনুকূল বিভাবতা পীরগা তোক্তে ; রতিগী অনুকূল ওইবা কৃষ্ণপরিকরশিংদসু অদুগা কৃষ্ণনচিংবগী শিঙ্গা—বেণু-চৈ—নচিংবদসু অনুকূল বিভাবতাসী পী। মীরয়েন্গী থুদম অমনা য়াফমসী থঙনবা হোৎনসী। শিগ্রবা মচাগী ফি-নচিংবা উরগা মমানা মচাবু নীঙশঙলক্লি, মচাগী মমান্নবশিংবু নীঙশীঙভী, নীঙশীঙলগা মমাগী বাৎসল্য অদু লুপ্তুনা লৈরম্মদগী হৌরক্লি ; অদুগা অঙাঙদুগা মরীলৈনদবা মীনা মাগী ফিদু উরগা মীদুগী মপুক্লীঙদা ঈরাঙ অমতা পোক্তে মরমদি অঙাঙদুগী মরীদা মখোয়দা রতি করিমতা লৈতবনী ; অদুবু মমাগী চিত্তদদি মচাদুগা মরীলৈবা বাৎসল্যরতি ( মচাবু সুংশিবা ) লৈ ; বাৎসল্যরতিসিনা মচাগী ফিনচিংবদা উদ্দীপন-বিভাবতা পী হায়বদি ফিনচিংবদা কৈনোমা পীরি, মদুগী ফল ওইনা মমাগী পুক্লীঙদা মচা নীঙশীঙবদু হৌদোক্লি ( উদ্দীপিত ওইহল্লী )। নৈনরিবা অসিদগী থঙবদি অসিনী—সখ্য ভাবকী সাধক অমগী সখ্যরতিনা শ্রীকৃষ্ণবু সখ্যরতিগী বিষয় ওইনা ঙাল্হনবগুম্ শ্রীকৃষ্ণগী সখ্যভাবকী পরিকর সুবল-মধুমঙ্গল নচিংববুসু

সখ্যরতিগী আশ্রয় ওইনা অমসুং বেণু-শিঙা-গুঞ্জামালানচিংববুসু সখ্যরতিগী উদ্দীপক ( ঈরাঙ হৌহনবা ) ওইনা ঙাল্হল্লী ; রতি অতে অতেগীসু অসি মঙায়। হৌজিক উরে মতুদি – কৃষ্ণরতিনা শ্রীকৃষ্ণবু বিষয়ালম্বন ওইনা অদুগা কৃষ্ণভক্তবু আশ্রয়ালম্বন ওইনা অদুগা মখোয়গী ক্রিয়া-মুদ্রা-বেষ-ভূষানচিংবা উদ্দীপন বিভাব ওইনা ঙাল্হল্লী হায়বদি মখোয় লোইনমক্তা মাগী মাগী ওইকম থোকপা বিভাবতা পীবিয়ে ; মসৌ অসুম্না কৃষ্ণনচিংবদা অনুকূল বিভাবতা পীরগা মখোয়গা শম্নবগী মরাইনা কৃষ্ণরতি মছাসুময়েক লানা হেক্নৎনা থোরকৃয়ি। কৃষ্ণরতিনা মসী তৌবা ঙম্লিবসী করম্না? হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তিবিশেষ ওইবনা শ্রীকৃষ্ণরতিসী অঙকপা মাধুর্য্য লৈবী ওইয়ে ; অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্যানচিংবসু হ্লাদিনীগী বিলাস মথেল অমনী ; মরমদুনা, কৃষ্ণনা বিষয় ওইবা রতিনা অঙকপা মাধুর্য্য লৈবী ওইবনা, মাধুর্যগী আশ্রয় (তুঙকম) ওইবনীনা—মছাগী অচিন্ত্যশক্তিগী মরাইনা শ্রীকৃষ্ণখোয়দা মছাগী আস্বাদন তৌবগী অনুকূল ওইবা মাধুর্যানচিংবা পোক্হল্লী, পোক্হল্লগা শ্রীকৃষ্ণনচিংবদা বিভাবতা পীমবিয়ে ; মছাগী আস্বাদনগী অনুকূল ওইবা মাধুর্যানচিংবগা লোয়ননা মসৌ অসুম্না থোরকপা শ্রীকৃষ্ণনচিংববু অনুভব তৌহনসু রতিনা অমুক মছাগী নোয়থংনবা হোৎনৈ।

মসৌ করম তৌরগা রতিগা লোয়ননা বিভাবকা তিন্নবগে হায়বদো মথক্কী আলোচনা ( নৈনবা ) অসিদগী খঙবা ঙম্লে। রতিনা–কৃষ্ণন-চিংবদা বিভাবতা পীরগা থোরকহল্লী, থোরকহল্লগা অনুভব তৌয়ি ; বিভাবতা পীবনে, প্রকাশনে ( থোরকপনে ) অমসুং অনুভব তৌবনে –অসিন মখোয় তিন্নৈ হায়বহু তাকৃয়ি।

অনুভাব অমসুং সাত্ত্বিকভাব-নচিংবগা রতিগা করম্না তিন্নৈ হায়বদু অমুক য়েংসী।

শ্রীমদ্ভাগবতমগী "সত্ত্বং বিশুদ্ধং বসুদেবশব্দিতম্ যদীয়তে তত্র পুমান-পাবৃতঃ। ৪/৩/২৩॥"—অসিনচিংবা শ্লোকতগী খঙবা ঙম্মী মতুদি—বিশুদ্ধ-সত্ত্বদা ভগবান্ থোরকৃয়ি। মমাঙদা হায়খরে – কৃষ্ণরতিনা শ্রীকৃষ্ণনচিংববু

থোরক্লহল্লী। কদায়দা থোরকহল্লী ? ভক্তগী চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্লবা মতমদা অমসুং শুদ্ধ সত্ত্ব থোরক্লগা চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্বগা অমতা ওইশনগ্রবা মতমদা অমসুং শুদ্ধসত্ত্বনা উজ্জ্বল ওইরবা চিত্তদা কৃষ্ণরতি মছামক্লা লৈরবা মতমদা ইলায়-লায়না খঙবা ভম্মী—ভক্তগী শুদ্ধসত্ত্বোজ্জ্বল ওইরবা চিত্তদা কৃষ্ণরতিনা শ্রীকৃষ্ণবু প্রকাশ তৌয়ি। হৌজিক বিভাবতা-ফংলবা শ্রীকৃষ্ণনচিংবনা চিত্তদা প্রকাশিত ( থোরক্লবা ) ওইরবদি, প্রকাশিত ওইরগা রতিনা অনুভব তৌরগদি, শ্রীকৃষ্ণগা মরী-লৈবা ভাব না চিত্তবু মরায়না লাক্থুগনী অমসুং অদু ওইরবদি চিত্তগী সত্ত্বত্ব পোকনী ( হায়বদি চিত্তনা সত্ত্বগী কৌভম ফংগনী ) ; মতমঙদা সত্ত্বদা (হায়বদি শ্রীকৃষ্ণসম্বন্ধিভাবনা লাক্থুরবা চিত্তদা) রতিনা শ্রীকৃষ্ণনচিংববু অনুভব তৌবদগী পোক্পা ভাব মথল-মথা থোরক্পসু মছাগী ওইনা রাকম থোক্য়ি। শুদ্ধসত্ত্বগা লোয়ননা তাদাত্ম্য-ফংলবা চিত্তদমক্তদা ভাব মথামগী থোরক্য়ি হায়বগীদমক ভাব মথামসিবু শুদ্ধসত্ত্বগা লোয়ননা তাদাত্ম্য-ফংবা ওই হায়দুনা অদুগা শুদ্ধসত্ত্বসু ভক্তগী থম্মোইদা রতিগী মশক লৌখৎলক্য়ি হায়দুনা ভাবশিং অসিসু রতিগা লোয়ননা অমতা ওইশল্লী ( তাদাত্ম্যপ্রাপ্ত ওই )। কৃষ্ণরতিগী মথাইনা অমসুং কৃষ্ণরতিগী তুং ইন্বনা ( আনুগত্যনা ) মথোয় থোরক্পনী ; মরমসিনা মথোয়গী কৃষ্ণরতিগী কার্য্য (থবক) ওইরবসু কৃষ্ণরতিবুসু য়োক্খংলী। রতিগা লোয়ননা তাদাত্ম্য-ফংলবা ভাব পুম্নমক্নীনা থোরক্পদা চিত্তদা ঈরাং (বিক্ষোভ) অমা পোক্নি। বিক্ষোভ অসী অরাম্বা মতমদা ভক্তগী বাহ্য-দেহদসু শকউৎলক্য়ি। ভাবশিংনা চিত্তগী বিক্ষোভ ওইহল্লবদা মাপান্তোংদা থোরক্পা বিকার ( শকফম্ হেংবনচিংবা ) ভক্তনা নীঙলগা নল্লগা হোৎনরগা থিংবা ঙম্দবা, অদুগুম্বা ভাব থরম্ব লৈ ; মদুদি স্তম্ভ নচিংবা ; অসিগুম্বা ভাবশিংবু সাত্ত্বিক ভাব কৌয়ি। অমুকসু ভাব থরমসু লৈ, মথোয়দুবু ভক্তনা থিংবা ঙম্মী অদুগা মাপান্দা থোরক্হনগে হায়বসু ঙম্মী ; মদুদি জগোইশাবনচিংবা, অসিগুম্বা ভাবশিংবু অনুভাব কৌয়ি। অদুনা থঙবা ঙম্মে মদুদি—শুদ্ধসত্ত্বনা উজ্জ্বল ওইহল্লবা চিত্তদা, রতিনা শ্রীকৃষ্ণবু প্রকাশিত ওইহল্লী অমসুং প্রকাশিত ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা অদু রতিগী মতেংনা অনুভূত ওইরবদি চিত্তদুদা

অনুভাবকা সাত্ত্বিক ভাবকা মছানা অছুম থোরকৃয়ি। শ্রীকৃষ্ণনচিংববু অনুভব তৌবগী ফল ওইনা থোরক্পা অমসুং কৃষ্ণরতিগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংলবা অনুভাব অমসুং সাত্ত্বিকভাব পুন্নমক্লী অমুক রতিবু ঈথক হৌবগুম্ হৌহল্লগা কৃষ্ণনচিংবগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবগী মথেলগী মরাও কায়হল্লী।

অনুভাব অমসুং সাত্ত্বিক ভাব-কনা রতি অমসুং বিভাবকা কয়ন্না তিন্নৈ হায়বদো মথক্কী আলোচনাসিদগী খঙবা ঙম্লগনী হায়না খল্লী।

হৌজিক্মুক ব্যভিচারী ভাব-কী রা য়েংলসী। কৃষ্ণনচিংববু অনুভব তৌবদগী পোক্পা হর্ষ-নির্ব্বেদনচিংবা ভাবশিংহুনা রাহৈনা, মীৎনচিংবা অঙ্গ পুন্নমক্লা, নত্রগা সত্ত্বদগী (শ্রীকৃষ্ণসম্বন্ধিচিত্তদগী) পোক্পা ভাব পুন্নমক্লা থৌহুনা প্রকাশিত ওইরগা স্থায়ীভাবকী মায়কৈরোমদা থোইদোকপা অমা ওইনা পাংভী—স্থায়ীভাবকী উৎকর্ষ থোইদোক্পা মৎংদা ওইহল্লী, স্থায়ীভাবপু থোইদোকপা মৎংদা ঈথক-ঈরাঙ হৌহল্লগা, মতুংদা অমুক লুপ্ অমুক ফাওগৎ তৌহুনা স্থায়ীভাবকী স্বরূপতা (শকুম) ফংভী—স্থায়ীভাবকা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংভী—অসিগুম্বা ভাবশিংবু ব্যভিচারী ভাব নত্রগা সঞ্চারী ভাব কৌয়ি; ভাবশিংসী রসগী মশক ওইবা সমুদ্রগী ঈথক্কী—ঈথক্না সমুদ্রদগী হৌরগা সমুদ্রবু চরাংহন্দুনা অঙক্পা অমা ওইহল্লগা মমৈদা সমুদ্রদা তিনব-গুম্না, হর্ষনচিংবা সঞ্চারীভাবশিংসু কৃষ্ণরতিদগী পোক্লগা কৃষ্ণরতিবু ঈথক-ঈহৌহল্লগা মাগী হায়বদা-থোক্তবা আস্বাদন-চমৎকারিতা থোকহল্লী অদুগা কৃষ্ণরতিদা চংথী। অনুভাবকুম্না ব্যভিচারীভাবসু রতিদগী পোক্লগা রতিগা লোয়ননা—মরমতুনা হ্লাদিনী শক্তিগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংভী।

মতৌ অসুম্না, স্থায়ীভাবকা (কৃষ্ণরতিগা) লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংহুনা মাগা ব্যভিচারী ভাবকা তিন্নৈ হায়বতু তাক্য়ি।

স্থায়ীভাবকা (কৃষ্ণরতিগা) লোয়ননা বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিকভাব অমসুং ব্যভিচারী ভাবকা তিন্নৈ হায়বতু মমাঙদা নৈনখিবতুদগী খঙবা ঙম্ম। বিভাব পুন্না রতিবু মহাও থোইদোক্পা অমগীদমক মতীক য়ান্না চাহল্লী।

অনুভাব অমসুং সাত্ত্বিকভাব পুন্নমক্কা—হায়রিবা অসুম্না বিভাবিতা (হায়বদি হাওনভাই ওইবদা মতীকচাবা ফংলবা) ওইরবা রতিবু পুক্নুঙদা অনুভব তৌহল্লী—মহাওগী য়াম্না হেন্‌বা হায়বহ্ শব্দোরকুয়ি। অতুগা নির্বেদনচিংবা ব্যভিচারী হায়বদি সঞ্চারী ভাবশিংনা—হায়খ্রিবা অসুম্না বিভাবিতা অমসুং অনুভাবিতা ওইরবা রতিবু চঙহন্দুনা (সঞ্চারিত ওইহন্দুনা) অঙকপা মথেল্ খোক্‌হল্লী। বিভাব পুন্নমক্কী হ্লাদিনীগী অঙকপা মথেল্ অমনী হায়বা মরম্না, মতুগা হ্লাদিনীগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংলে হায়তুনা—মখোয় খুদিংমক শৌনা হাওনভাই ওই ; অতুবু মখোয় লোইনমক তিন্নরগা রস ওইখৎলক্‌পা মতমদা হায়বা-ঙমদবা আস্বাদনচমৎকারিতা লৌতুনা লৈ।

বিভাব-নচিংবগা লোয়ননা তিন্নবদা স্থায়ীভাব হায়বদি কৃষ্ণরতিনা করম হায়না রস ওইরকুয়ি হায়বহ্ মথক্তা নৈনখিবসিদগী খঙবা ঙম্লে। অতুবু ভক্তনা মতৌ করম্না রসসিগী আস্বাদন ফংঙী ? মূল ৯৭-শ্লোক্তা হায়রিবা কৃষ্ণাদিভি র্বিভাবাদ্যৈঃ অনুভবাধ্বনিগতৈঃ—বাক্যদগী খঙবা ঙম্মী মতুদি—স্থায়ীভাবকা লোয়ননা তিন্নরিবা বিভাবনচিংবনা ভক্তগী অনুভবকী লম্বীদা চৎলবা মতমদা, ভক্তনা অনুভব তৌবা মতমদা মহাক্না রসগী আস্বাদন-চমৎকারিতাবু খঙবা ঙম্‌গনী। অতুবু অনুভবসিগী স্বরূপতি (মশক্‌তি) কম্‌দোয়ি? ঐনা লম্বেন্দা উরবা, মুংশিহৈত্তবা পাঙ্গল্‌কন্‌বা মী অমনা কনা মতেং-পীবিনব,-লৈত্রবা অঙাঙ অমবু য়েরি, অদু ওইরবদি ঐনা য়াখল্লা অঙাংদুগী ফীভম ঐগীসু ওইরে খন্দুনা অঙাঙদুগী অয়াবহ্ খরদং অনুভব তৌবা ঙম্মী। ভক্তিরসগী অনুভবসু মতৌ অসুম্না ভাবনা-না (য়াখল্লা) লাম্বা ফংগদরা ? ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়রি—মহ্ য়ারোই। "ব্যতীত্য ভাবনাবর্ত্ম যশ্চমৎকারকারভূঃ। হৃদি সত্ত্বোজ্জ্বলে বাঢ়ং স্বদতে স রসো মতঃ /২/৫ '৭৯ ॥— ভাবনাগী লম্বীবু লাম্বোক্তুনা অমসুং চমৎকারাতিশয়গী আধার স্বরূপ (তুঙফম) ওইনা সত্ত্বোজ্জ্বল-চিত্তদা আস্বাদিত (মহাং-তংলবা) ওইরবা অদু রসনী।" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীজীবনা ইরম্মী—"সমাধিগা ধ্যানগগী মরক্তা খেন্নবহুনী রসগা ভাবনাগা অনীগী মরক্তা খেন্নরিবদি। ধ্যান-দা মত্রগা ভাবনাদা অন্তঃকরণগী (পুক্নীংগী)

বৃত্তিনা ধ্যেয়বস্তুদা ( ধ্যানতৌফম ওইবা পোৎতুদা ) থিল ওইনা লৈমু হায়বা য়াদে ; সমাধিদদি লৈমু হায়বা য়াই ; মরমচুনা অতৈ মরম পুরদা ইন্দ্রিয়গী থবক পুল্লেপ্ লেপ্পী। রসদী মরমদসু অদুমন্তাই। কৰিগুম্বা পোৎ চাবদা মুৎঙাইবা মথল অমা পোক্নি হায়না লৌয়ি, অদুগী মুৎঙাইবদা মুং-পান্ অনীগী ইন্দ্রিয় পুন্নমক্কী থবক (বৃত্তি) পুন্নমক লুপ্‌থবা অদুগা অতৈ অতোপ্পা মবক্তা ইন্দ্রিয় পুন্নমক্কুগী থবক লেপ্লবা, অদু ওইরবদি মহাগী থোরক্কম ওইবা খিভাবশিংগা খিক্করবা আনন্দ-চমৎকারিতাগী ওইবা শুখবু রস কৌয়ি।

অদু ওইরবদি, ৯৭-শ্লোক-তা হায়রিবা অনুভব-তু ভাবনা-দগী পোক্পা অনুভব নত্তে, মহুদি থম্মোইদা শুদ্ধসত্ত্ব লৈরে হায়না তাক্লিবা অনুভব-নী। ককচাঙদা বরযশনা শোকপদা ঈওবনী হায়বগী অনুভব তৌবতুদনী। ভক্তগী চিত্তদা স্থায়ীভাব হায়বচুনা রস ওইথৎলক্লবা মতমদা চিত্তনা মহু লৈরে হায়বহু তাক্নি। শুদ্ধসত্ত্বগী হায়বদি বৃত্তিগী নত্রগা রস ওইথৎলক্লবা বৃত্তিগী মরম্মাই মহাবু কোওদোক্পা ওয়া গুণা রসনা অসুম্মা লৈরে হায়বহু খঙহল্লী। লৈবৰু তাক্লিবা অসিবু মফমসিদা অনুভব হায়রিবনে। অনুভবদী পোক্লবদি ভক্তনা ভক্তিরস আস্বাদন ফংঙী।

## মূল ৯৮

এ রস-আস্বাদ নাহি অভক্তের গণে।
কৃষ্ণভক্তগণ করে রস আস্বাদনে॥ ৯৮॥

## শব্দার্থ

এ—অসী ; রস—ভক্তিরস ; আস্বাদ—মহাও তংবা ; নাহি—লৈতে ; অভক্তের গণে—ভক্ত নত্তবশিংদা ; কৃষ্ণভক্তগণ—শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংনা ; করে—তৌয়ি ; রস আস্বাদন—ভক্তিরসগী মহাও তংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণভক্তশিংতনা ভক্তিরসবু আস্বাদন তৌবা ঙম্মী। ভক্ত নত্তবশিংনদি রসসী আস্বাদন তৌবা ঙমদ্রে।

## লৈনরোল

যৌজিক য়েংলদী কৃষ্ণভক্ত কনাবু কৌগদগে হায়রবা। মখোয়গী অন্তঃকরণদু (মন-দু) শ্রীকৃষ্ণগী ভাব-তনা ভাবিত (শাগংলবা) ওইরবা, অদুগুম্বা মখোয়দুবু কৃষ্ণভক্ত কৌয়ি। "তদ্ভাবভাবিতস্বান্তাঃ কৃষ্ণভক্তা ইতীরিতাঃ॥ ভ, র, সি, ২/১/১৪২॥" কৃষ্ণভক্ত মথল অনীনে, মদুদি—সাধক অমসুং সিদ্ধ। কৃষ্ণগী বিষয়দা রতিদি পোক্লবা, অদুগা মখোয়গী বিঘ্ন কোক্পদি মপুং ফাদ্রিবা অদুগা কৃষ্ণগা উনবগীদমক্তি মতীক চারবা মখোয়দু সাধক-ভক্ত হায়না হায়রি। বিল্বমঙ্গল-গুম্বা সাধক পুন্নমক সাধক-ভক্তনী হায়না খঙনৈ। "উৎপন্নরতয়ঃ সম্যক্ নৈর্বিঘ্ন্যমনুপাগতাঃ। কৃষ্ণসাক্ষাৎকৃতৌ যোগ্যাঃ সাধকাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ॥ বিল্বমঙ্গলতুল্যা যে সাধকাস্তে প্রকীর্ত্তিতাঃ॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু ২/১/১৪৪॥" অবিদ্যা অমসুং অস্মিতা (ঐ-ঐ হায়বা -নচিংবা অরাবা অমসুং অনর্থ (পরমার্থ নত্তবা) কোক্লবা, অদুগা মতম পুম্বদা কৃষ্ণগা মরী লৈনবা থবক্তমক তৌরবা, অদুগা প্রেম-গী সুংঙাইবদমক ফংনীঙবা—অদুগুম্বা মখোয়দুনা সিদ্ধভক্তনী॥ "অবিজ্ঞাতাখিল-ক্লেশাঃ সদা কৃষ্ণাশ্রিত-ক্রিয়াঃ। সিদ্ধাঃ স্যুঃ সন্তত-প্রেমসৌখ্যাস্বাদনপরায়ণাঃ॥ ভ, র, সি, ১/১/-১৪৬॥" সিদ্ধভক্তসু অমুক সাধনসিদ্ধ, কৃপাসিদ্ধ অমসুং নিত্যসিদ্ধ হায়না মখল অহুম্নী।

মথক্তা হায়রিবা রাকমদগী খঙবা ঙম্মী—সিদ্ধভক্তশিংতনা মতম পুম্বদা কৃষ্ণভক্তিরস আস্বাদন তৌবা ওইথোকনী। অদুগা রতি পোক্লবা সাধক-ভক্তশিংগী মরক্তদসু কনাগুম্বগী অনর্থ য়ৌনা কোক্লবদি মশাক্ না ভক্তিরস আস্বাদন তৌবা য়াগনী।

ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হায়—ভক্তিগী মরমদা থৌশাদবা ওইদুনা (ফল্গু) বৈরাগ্যদমক চৎলবা নত্রগা শুষ্কজ্ঞান অভ্যাসদা লুপ্লবা, নত্রগা কনাগুম্বা তার্কিক (মরৈ য়েৎপা), কর্ম্ম কাণ্ডদা থল্লাই য়াওবা অমসুং নির্ব্বিশেষব্রহ্ম-থিবা ওইরিবা—অদুগুম্বা মীদি ভক্তিরস আস্বাদন তৌনীঙদে।

মূল ৯৪-৯৭ শ্লোকশিং নৈনবদা উথরে—কনা কনাগুম্বগী চিত্তদা শুদ্ধসত্ব

থোরক্লিবমখৈদি মখোয়হু ভক্তিরস আস্বাদন তৌবগী মতীক্চাবা হায়বহু ওইদে ; ভক্ত নত্তনা অতৈ কনামতগী চিত্তনা শুদ্ধসত্ত্ব-উজ্জল ওইবা ঙম্দে, অমসুং অতৈ কনামতগী চিত্তদা রত্তিগা লোয়ননা বিভাব-নচিংবপা থিজিনবা ঙম্দে ; মরমসিনা ভক্ত নত্তনা অতৈ কনামতনা ভক্তিরস আস্বাদন তৌননবা মতীক্ চাদে।

ভক্তিগী মতেঙ লৌদুনা সাধন তৌরিবা যোগমার্গ অমসুং জ্ঞানমার্গগী সাধকশিংগী চিত্তদা, অবিদ্যাগা বিদ্যাগা মাঙথবা মতুঙদা, শুদ্ধসত্ত্ব থোরকপা য়াই ; অদুবু মখোয়গী ভক্তিবাসনা লৈতবনীনা শুদ্ধসত্ত্ব অদো রতি ওইরকপা ঙম্দে ; মরম্দুনা বিভাব-নচিংবশু মখোয়গী চিত্তদুদা থোরকপদি ওইথোক্তে। মতৌ অমুম্না স্থায়ীভাবকা বিভাব-কনচিংবা য়াৎপনা শুদ্ধসত্ত্ব থোরক্লবসু— যোগীগী নত্রগা জ্ঞানীগী চিত্তদা ভক্তিরস আস্বাদন তৌবা হায়বদুদি ওইথোক্তে।

পয়ারসিদা হায়রিবা ৱাফমগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা পীরি।

### মূল ৯৯

সর্ব্বথৈব দুরূহোঽয়মভক্তৈর্ভগবদ্রসঃ।
তৎপাদাম্বুজসর্ব্বস্বৈর্ভক্তৈরেবানুরস্যতে ॥ ৯৯ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বথা এব—মওং পুম্নমক্তা ; দুরূহঃ—ফংঙম্দবনী ; অয়ম্—অসী ; অভক্তৈঃ—ভক্তনত্তবশিংনা ; ভগবদ্রসঃ—ভগবান্গী ভক্তিরস ; তৎ— মাগী (ভগবান্গী) ; পাদাম্বুজ—খোঙথম্বান্ ; সর্ব্বস্বৈঃ—মরল হায়বদু ওইরবা (মখোয়না) ; ভক্তৈঃ এব – ভক্তশিংতনা ; অনুরস্যতে – চুপ্লবা ওইয়ে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিরস অসী ভক্ত-নত্তবা মীনা ফংবা য়াদে ; অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী খুযাম্বাম্বুদনা মরল ওইরিবা মখোয়দুনদি মতমপুম্বদা আস্বাদন তৌদুনা লৈ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌখোক্পনী (২/৫/৭৮)। মমাঙথংবা পয়ারগী টীকা য়েংবিয়ু।

### মূল ১০০

সংক্ষেপে কহিল এই 'প্রয়োজন' বিবরণ।
পঞ্চম পুরুষার্থ এই—কৃষ্ণপ্রেমধন ॥ ১০০ ॥

### শব্দার্থ

সংক্ষেপে—শম্পৎনা; কহিল—হায়রবনী; এই—অসী; প্রয়োজন বিবরণ—প্রয়োজনগী ঋারোল; পঞ্চম পুরাষার্থ—মঙাশুবা পুরুষার্থনী মসী; কৃষ্ণপ্রেমধন—কৃষ্ণবু নুংশিবা কৌবা লন্।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মহাপ্রভুনা হায়রম্মী)—ঐনা প্রয়োজন-গী ঋা শম্পৎনা হায়রিবসিনী। কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন অসী মঙাশুবা পুরুষার্থনী।

## নৈনরোল

প্রয়োজন—ফংগে তান্গদৌবা পোৎ।

পঞ্চম পুরুষার্থ—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ হায়বা পুরুষার্থ মরিনী। মখোয়সিদগী হেন্দোক্পা পুরুষার্থদি কৃষ্ণপ্রেম-নী।

### মূল ১০১

পূর্ব্বে প্রয়াগে আমি রসের বিচারে।
তোমার ভাই রূপে কৈল শক্তি সঞ্চারে ॥ ১০১ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—হান্নমা; প্রয়াগে—প্রয়াগ লমদম্দা; আমি—ঐনা; রসের বিচারে—ভক্তিরস নৈনবদা; তোমার—নঙগী; ভাই—মনাওমুপা; রূপে—শ্রীরূপ গোস্বামীদা; কৈল—তৌখ্রে; শক্তিসঞ্চারে—শক্তি হাল্লজনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চায়না প্রয়াগ-তা ঐনা ভক্তিরসগী য়া নৈনবদা মনাওয়ুপা রূপ-দা শক্তি সঞ্চার তৌগ্রবনী।

## নৈনরোল

শক্তিসঞ্চার—রসতত্ত্বগী শাস্ত্রনচিংবা লেঙননবা শক্তি হাপ্পা।

## মূল ১০২

তুমিহ করিহ ভক্তিরসের বিচার।
মথুরার লুপ্ত তীর্থের করিহ উদ্ধার ॥ ১০২ ॥

### শব্দার্থ

তুমিহ—নঙস্যু ; করিহো—তৌরু ; ভক্তিরসের বিচার—ভক্তিরসগী য়া নৈনবা ; মথুরার—মথুরাগী ; লুপ্ত তীর্থের—মাঙখ্রবা ( হায়বদি ময়াম্না য়া খঙনগ্রবা ) লাইফম ; করিহ—তৌরুচো ; উদ্ধার—লৌখৎপা হায়বদি ফোঙদাকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীসনাতন গোস্বামীদা প্রভুনা হায়রম্মী )—নহাক্স্যু ভক্তিরসগী য়া নৈনরু। অদুগা মথুরাগী মীনা কাউনগ্রবা তীর্থশিংছু পুথোক্লু।

## মূল ১০৩

বৃন্দাবনে কৃষ্ণসেবা বৈষ্ণব-আচার।
ভক্তি-স্মৃতি শাস্ত্র করি করহ প্রচার ॥ ১০৩ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন লমদমদা ; কৃষ্ণসেবা—শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তিসেবা লিংবা ; বৈষ্ণব-আচার—বৈষ্ণব অমনা চৎকদবা শাজং ; ভক্তিস্মৃতি শাস্ত্র—ভক্তিগী মরমদা স্মৃতি শাস্ত্র ; করি—লেংলগা ; করহ—তৌরুচো ; প্রচার—শন্দোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা শ্রীসনাতন গোস্বামীদা মখা তান্না হায়রম্মী )—বৃন্দাবন লম্দমদা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিসেবা তৌরুচো, বৈষ্ণবশিংগী আচার করিনো হায়বহু শন্দোক্লু, অদুগা হরিভক্তিগী ওইবা স্মৃতিশাস্ত্র লেগুহনা প্রচার তৌরুচো।

## মূল ১০৪

যুক্তবৈরাগ্য স্থিতি সব শিখাইল।
শুষ্কবৈরাগ্য জ্ঞান সব নিষেধিল ॥ ১০৪ ॥

## শব্দার্থ

যুক্তবৈরাগ্য—ভক্তিগী যুংচাবা বৈরাগ্য ; স্থিতি—লেঙদবা মতৌ ; সব —পুম্নমক ; শিখাইল—তম্বীরে ; শুষ্কবৈরাগ্য—ফল্গুবৈরাগ্য ; জ্ঞান—ভক্তিগা যুং চানদবা জ্ঞান ; সব—লোইনমক ; নিষেধিল—থিংলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুক্তবৈরাগ্যগী স্থায়িত্ব ( লেঙদবা মতৌ )—অসিনচিংবা রা পুম্নমক প্রভুনা তম্বিখি। অদুগা শুষ্কবৈরাগ্যগী অমসুং ভক্তিগী ওইদবা জ্ঞানগী রা তাদনব খিংখি।

## নৈনরোল

ভক্তিগা যুংচানগদবা বৈরাগ্যবু যুক্তবৈরাগ্য কৌয়ি। বৈরাগ্যশব্দগী অর্থদি আসক্তিশূন্যতা (হক্কা পাম্মশব্দবা) হায়বনী ; অদুগা যুক্ত-শব্দগী অর্থনা ভক্তিগী মতীক্চাবা, ভক্তি নোয়্রথংনবগী মতেং ওইবা—হায়বনী। কনাগুম্বগী মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণদা নিষ্ঠা লৈবা অদুগা পাম্দবা বিষয়কর্ম্ম ( শেন্নু মৃ তানবগী থবক ) ভৌগা, অদুম্নদি ওইরগা বিষয়কর্ম্মগুদা আসক্তি লৈতবা, কৃষ্ণসেবাগী-দমক্তা বিষয়কর্ম্ম তৌজবা—অদুগুম্বা মীগী বৈরাগ্যবু যুক্তবৈরাগ্য কৌয়ি।

যুক্তবৈরাগ্যস্থিতি—যুক্তবৈরাগ্যগী স্থায়িত্ব ( লেঙদবা ) অদুগী মরমদা তাক্লীবা লোইরে। মসিনা তাক্পদি ফল্গু বৈরাগ্যগী স্থায়িত্বগী (স্থায়ী ওইবগী) মরমদা চিংননগাই লৈ হায়বনী। নত্রগা স্থিতিগী অর্থ অবস্থিতি

(লৈবা) হায়না লৌবা য়াই ; ভক্তিমার্গগী সাধক অমনা যুক্তবৈরাগ্যদা লৈগদ-ন্নী হায়বদো তাক্লীরন্নী।

শুষ্কবৈরাগ্য—ফল্গুবৈরাগ্য। ভক্তিরসামৃত সিন্ধুনা হায়—"প্রাপঞ্চি-কতয়া বুদ্ধ্যা হরিসম্বন্ধি-বস্তুনঃ। মুমুক্ষুভিঃ পরিত্যাগো বৈরাগ্যং ফল্গু কথ্যতে। ১/২/১২৬॥—মুক্তি পাম্বলিংনা, মায়িক ওইবা পোংনী হায়দুনা হরিসম্বন্ধি-ওইবা পোৎপু থাদোক্লিব, মতুম্বা থাদোক্পবু ফল্গুবৈরাগ্য কৌই।" হরিসম্বন্ধি বস্তু শব্দনা মহাপ্রসাদ-নচিংববু খঙহন্নী ; "হরিসম্বন্ধি বস্তত্র তৎ-প্রসাদাদিঃ।" মহাপ্রসাদ থাদোক্পা মথল অনীনী—মহাপ্রসাদনচিংববু পাম্দনা অমুগা মহাপ্রসাদ নচিংববু ফংলগা লৌদনা ; অকোনবগী মথাদোক্ অসিনা অপরাধ ওই ; অসিগুম্বা বৈরাগ্যগী ফল ওইনা থম্মোই শুষ্ক (কংবা) ওই হায়দুনা মসিবু শুষ্কবৈরাগ্য কৌই।

জ্ঞান—ভক্তিগী কান্নদবা জ্ঞান ; ব্রহ্মগা জীবাত্মাগা খেন্নদে হায়বা জ্ঞান।

মূল ১০৫

অনাসক্তস্য বিষয়ান্ যথার্হমুপযুঞ্জতঃ।

নির্ব্বন্ধঃ কৃষ্ণসম্বন্ধে যুক্তং বৈরাগ্যমুচ্যতে ॥ ১০৫ ॥

শব্দার্থ

অনাসক্তস্য—আসক্ত ওইদবা ; বিষয়ান্—ইন্দ্রিয়বিষয়দা ; যথার্হং—ওইফম্ থোক্পা ওইনা ; উপযুঞ্জতঃ—বিষয়-ভোগ তৌরিবা ; নির্ব্বন্ধঃ—থরাই য়াওবা ওই ; কৃষ্ণসম্বন্ধে—শ্রীকৃষ্ণগী মরম্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

(বিষয়দা) আসক্তি-লৈতবা ওইদুনা তৌফম্ থোক্পা অমুগী ওইনা (হায়বদি ভক্তিগীদমক তৌগদবা মতাদা) বিষয় ভোগ তৌবা মীদুগী বৈরাগ্যবু (থাদোক্পবু) যুক্তবৈরাগ্য কৌই। (যুক্তবৈরাগ্যসিদগী) শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা থরাই য়াওই।

## মৈনরোল

শ্লোকশী ভক্তিরসামৃত সিন্ধুগী লৌথোরকুপনী (১/২/১২৫)। যুক্ত-বৈরাগ্যগী লক্ষণ কহিল্লো হায়বহ্ন শ্লোকসিদা তাক্লি।

মথাদা লৌথথরিবা শ্রীমদ্ভগবৎগীতাগী শ্লোকশিংজিদা যুক্তবৈরাগ্যগী লক্ষণশিং তাক্লি॥

### মূল ১০৬–১১৩

অদ্বেষ্টা সর্ব্বভূতানাং মৈত্রঃ করুণ এব চ।
নির্ম্মমো নিরহঙ্কারঃ সমদুঃখসুখঃ ক্ষমী॥ ১০৬॥
সন্তুষ্টঃ সততং যোগী যতাত্মা দৃঢ়নিশ্চয়ঃ।
ময্যর্পিতমনোবুদ্ধির্যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ॥ ১০৭॥
যস্মান্নোদ্বিজতে লোকো লোকান্নোদ্বিজতে তু যঃ।
হর্ষামর্ষভয়োদ্বেগৈর্ম্মুক্তো যঃ স চ মে প্রিয়ঃ॥ ১০৮॥
অনপেক্ষঃ শুচির্দক্ষ উদাসীনো গতব্যথঃ।
সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ॥ ১০৯॥
যো ন হৃষ্যতি ন দ্বেষ্টি ন শোচতি ন কাঙ্ক্ষতি।
শুভাশুভপরিত্যাগী ভক্তিমান্ যঃ স মে প্রিয়ঃ॥ ১১০॥
সমঃ শত্রৌ চ মিত্রে চ তথা মানাপমানয়োঃ।
শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সমঃ সঙ্গবিবর্জ্জিতঃ॥ ১১১॥
তুল্যনিন্দাস্তুতির্ম্মৌনী সন্তুষ্টো যেন কেনচিৎ।
অনিকেতঃ স্থিরমতির্ভক্তিমান্ মে প্রিয়ো নরঃ॥ ১১২॥
যে তু ধর্ম্মামৃতমিদং যথোক্তং পর্য্যুপাসতে।
শ্রদ্দধানা মৎপরমা ভক্তাস্তেঽতীব মে প্রিয়ঃ॥ ১১৩॥

### শব্দার্থ

অদ্বেষ্টা—মহাগী খেংথিবা মীবু খেংথিদবা; সর্ব্বভূতানাম্—জীব পুম্নমক্কী; মৈত্রঃ—মরূপ; করুণঃ—তুংশিচাওবা; এব—থক; চ—অমসুং; নির্ম্মমঃ—ঐগী ঐগী হায়দবা (হায়বদি হূপী অভাং-থুরূকৈ লমচিংবদা 'ঐগী'

হায়বা লৈত্তবা ; নিরহঙ্কারঃ—মহাগী দেইহবু মহানী হায়না লোদবা ; সমদুঃ-খসুখঃ—অৱা-নুংঙাই অনীমক চপ্ মায়না খন্‌বা ; ক্ষমী—অথাঙ-কন্‌বা ; সন্তুষ্টঃ—পেন্‌বা হৈবা ; সততং—মতম পুম্বদা ; যোগী—ভক্তযোগী ওইবা ; যতাত্মা—মবুক্-কাওম্বা ; দৃঢ়নিশ্চয়ঃ—চেৎনা থাজবা ; ময়ি—ঐঙোন্দা ( শ্রীকৃষ্ণদা ) ; অর্পিতমনোবুদ্ধিঃ—মন-সু বুদ্ধিসু ঐঙোন্দা কৎথোক্লবা ; যঃ—মহাক ; মদ্ভক্তঃ—ঐগী ভক্ত মী ; সঃ—মহাক ; মে—ঐগী ; প্রিয়ঃ—নুংশিবনী ; যস্মাৎ—মঙোন্দগী ; ন উদ্বিজতে—পুক্নীঙ লাঙতক্লদে ; লোকঃ—মীনা ; লোকাৎ—মীঙোন্দগীসু ; ন উদ্বিজতে—পুক্নীঙ লাঙতক্লদে ; তু—তৌইগুম্বসুং ; যঃ—মহাক ; হর্ষ—হরাওবা ; অমর্ষ—কলক্‌খম্বন্‌বা ; ভয়—অকিবা ; উদ্বেগৈঃ—লাঙতক্লবদগী ; মুক্তঃ—নাম্থোক্লবা ; যঃ—মহাক ; সঃ—মহাক ; চ—অমসুং ; মে—ঐগী ; প্রিয়ঃ—নুংশিজবনী ; অনপেক্ষঃ—মীচঙ-মীথায়নাইদবা ; শুচি—( অশেঙ অমাঙগী ) শেংবা ; দক্ষঃ—থবক্তা হৈ-শিংবা ; উদাসীনঃ—থৌশা-রাশাদবা ; গতব্যথঃ—অৱাবা লৈত্রবা ; সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী—নৌনা করিগুম্বা থবক অমতা পায়থৎত্রবা ; যঃ—মহাক ; মে ভক্তঃ—ঐগী ভক্তঃ ; সঃ—মহাক ; মে—ঐগী ; প্রিয়ঃ—নুংশিবনী ; যঃ—মহাক ; ন হৃষ্যতি—হরাওদে ; ন দ্বেষ্টি—য়েংথিদে ; ন শোচতি—থৱাই ৱাদে ; ন—কাঙ্ক্ষতি—করিমতা পাম্‌দে ; শুভ-অশুভ-পরিত্যাগী—মঙ্গল নৎপা নৎতবা লোয়নমক্ থাদোক্লবা ; ভক্তিমান্—ভক্তি লৈবা ; যঃ—মহাক ; সঃ—মহাক ; মে—ঐগী ; প্রিয়ঃ—প্রিয়নী ; সমঃ—মান্নবা ; শত্রৌ চ—য়েক্লবদসু ; মিত্রৌ চ—মরূপ্ তসু ; চ—অমসুং ; তথা—মদুগুম্না ; মানাপমানয়োঃ—ইকাই-খুম্নবা অমসুং ইকাইবা নংবা ; শীতোষ্ণ—অয়িং অশাদা ; সুখদুঃখেষু—অৱা নুংঙাইবদসু ; সমঃ—মান্নবা ; সঙ্গ-বিবর্জ্জিতঃ—আসক্তি ( পামৃশন্‌বা ) হায়বদু পুঙকোক্-কোক্লবা ; তুল্যনিন্দা-স্তুতিঃ—মীনা থাগৎলকপা অমদি হুল্লকপা অনীমক মান্নবা লৌরিবা মহাক ; মৌনী—ঙাঙগদবা ৱাদমক ঙাঙবা ; সন্তুষ্টঃ—ইপেন্দ-পেন্‌বা ; যেন কেনচিৎ—কৈনো অমনা : অনিকেতঃ—য়ুম্-লিংদবা ; স্থিরমতিঃ—ৱাখল্-লেপ্পা ;

ভক্তিমান্—ভক্তিলৈবা ; মে—ঐগী ; প্রিয়ঃ—নুংশিবা ; নরাঃ—মীনী ; যে তু—মখোয়দুস্ ; ধর্মামৃতম্—অমৃতগী মখক ওইবা ধর্ম ; ইদম্—অসিবু ; যথোক্তং—হায়রিবসিগুম্না ; পর্য্যুপাসতে—উপাসনা তৌরবা ; শ্রদ্দধানাঃ—শ্রদ্ধাকরিবা মীওই ; মৎপরমা—কৃষ্ণ ঐদনা লোইরমনী হায়না লৌবা ; ভক্তাঃ—ভক্তশিংনা ; অতীব—য়াম্না য়েৌনা ; মে—ঐগী ; প্রিয়াঃ—নুংশিবশিংনি।

মৈতৈলোন্দা অমুক হন্দোক্তবস্ত শ্লোকশিংগী অর্থ মথক্তী শব্দার্থ পীরিবশিংদা থগুলগনী।

যুক্তবৈরাগ্যদা লৈবা ভক্তগী লক্ষণশিংচু মথক্তী শ্লোকশিংসিদা ফোঙদোক্লি।

## মূল ১১৪

চীরাণি কিং পথি ন সন্তি দিশন্তি ভিক্ষাং
নৈবাঙ্ঘ্রিপাঃ পরভৃতঃ সরিতোঽপ্যশুষ্যন্।
রুদ্ধাঃ গুহাঃ কিমজিতোঽবতি নোপসন্নান্
কস্মাদ্ভজন্তি কবয়ো ধনদুর্মদান্ধান্॥ ১১৪॥

## শব্দার্থ

চীরাণি ফি অমন্-অকায় ; কিং—করি ; পথি—লম্বীদা ; ন সন্তি—লৈতবরা ; দিশন্তি—পী ; ভিক্ষাং—ভিক্ষাং ; ন এব—তৌদবরা ; অঙ্ঘ্রিপাঃ—উপাম্বীশিংনা ; পরভৃতঃ—অতোপ্পবু য়োকপা ; সরিতঃ অপি—তুরেলশিংসু ; অশুষ্যন্—কংলবরা ; রুদ্ধাঃ—খিংলবরা ; গুহাঃ—গুহাশিংসু ; কিম্—করি ; অজিতঃ—ভগবান্ ; অপি—সু ; অবতি ন—ঙাকশেনদ্রবরা ; উপসন্নান্—চঙজরকপা মীশিংবু ; কস্মাৎ—করিগীদমক্তো ; ভজন্তি—ভজন তৌরিবা ; কবয়ঃ—সাধুশিংনা ; ধনদুর্মদান্—লনগীদমক্ত মমাইকারবশিংবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরীক্ষিত মহারাজগী মফমদা শ্রীশুকদেবনা হায়রমী—লম্বীময়াইদা ফিজেৎ ফিগাই তাত্রবরা ? অতোপ্পবু য়োকপা উপাম্বীশিংনা ভিক্ষা (উহৈ) পীদবরা ? তুরেলশিংসু কংগ্রবরা ? চীঙগী গুহাশিংসু খিংগ্রবরা ? ভগবানসু

মঙোন্দা চঙজরক্পশিংবু ঙাকপেন্‌খিত্রবরা ? করিগীনো সাধুশিংনা লন্‌গী-দমক ময়াই কাহ্নন। মিংতাওলবা মীবু খল্লিবা ?

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌখোক্‌পনী ( ২/২/৫ )। মসিদা হায়রিবদি অসিনী—ভক্তিমার্গগী সাধকশিংনা লল্লৈবগীদমক ময়াই-কাজরিবা মীবু খনগদবা নত্তে। ভক্তবৎসল শ্রীহরিনা মঙোন্দা চঙজরক্‌পা মীবু য়োক্‌য়ি থাক্‌য়ি হায়না থাজবগা লোয়ননা ভগবানবু ভজন তৌহনা লৈহ্নগদি করিগুম্বা মতমদন্তু সাধক অহুগী করিগুম্বা বিষয় অমতা য়াংলোই।

নিরুম্বা লৈতনা অফং অকংবা অহুনা পেন্দুনা লৈথোকদবনী, ফংলিবহু শ্রীভগবান্না চান্‌বিহুনা পীবিরক্‌পনী হায়না খন্দুনা মাগী খুরাদা তৌবিমল খওবা উৎকদবনী, অহুগা পূর্ব্বোক্ত মকা লায়া মতম পূম্বদা মহাকী নাম শোন্‌গদবনী ; মসিনী বৈষ্ণবকী মথৌদি।

## মূল ১১৫

তবে সনাতন সব সিদ্ধান্ত পুছিল।
ভাগবতসিদ্ধান্ত গূঢ় সকল কহিল ॥ ১১৫ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অহুদগী ; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামীনা ; সব সিদ্ধান্ত—সিদ্ধান্ত পূম্নমক ; পুছিল—হংখি ; ভাগবতসিদ্ধান্ত—শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী মরমদা লৌবা সিদ্ধান্ত ; গূঢ়—অথুপ্পা ; সকল—পূম্নমক ; কহিল—হায়রম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদগী শ্রীসনাতন গোস্বামীনা শাস্ত্রগা মত তিন্নবা সিদ্ধান্ত পূম্নমক হংলম্মী। প্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মরমদা লৌবা অথুপ্পা সিদ্ধান্ত পূম্নমক হায়রম্মী।

## মূল ১১৬

হরিবংশে কহিয়াছে গোলোকের স্থিতি।
ইন্দ্র আসি কৈল যবে শ্রীকৃষ্ণকে স্তুতি ॥ ১১৬ ॥

### শব্দার্থ

হরিবংশে—হরিবংশ কৌবা লাইরীক অদুদা ; কহিয়াছে—হায় ; গোলোকের স্থিতি—গোলোক লৈবা মফম ; ইন্দ্র—ইন্দ্রনা ; আসি—লাক্লগা ; কৈল—তৌরম্মী ; যবে—মতমদুদা ; শ্রীকৃষ্ণকে স্তুতি—শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোলোক লৈফম্গী য়াদো হরিবংশনা হায়রম্মে, ইন্দ্রনা লাক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা স্তুতি তৌবা মতমদা ।

## নৈনরোল

হরিবংশ-কৌবা লাইরীক্তা হায়রি—গোবর্দ্ধন থাংগৎপা লীলাগী তুংদা ইন্দ্র লাক্লুনা শ্রীকৃষ্ণদা স্তুতি তৌরম্মী ; স্তুতি-হূদা গোলোক লম্দম্গী লৈফমদু বর্ণন তৌরি । অদুবু অমুম চুম্না নাকোংডনা তাম্লগা খোক্পা অর্থ-দদি, গোলোক লৈবগী মরমদা খঙনরিবা অদু নাতৈ-চাদবা ওইনা তৌরি ; মদু কররিগীনো অমসুং মতৌ কররম্না নাতৈ-চাদবনো অমসুং ইন্দ্রনা তৌবা স্তুতিগী অওইবা অর্থনা করিনো হায়বদু শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীপাদসনাতন-দা তাক্পিরম্মী । শ্রীপাদসনাতন গোস্বামীনা লম্নাই লেংজবা শ্রীবৃহদ্ভাগবতা-মৃত হায়বা লাইরীক্তা ইন্দ্রনা তৌবা স্তুতিগী শ্লোকশিংদু লৌখৎলগা মচামক্লা মখোয়গী ব্যাখ্যাদু মহাপ্রভুগী অপাম্বা মতুং ইন্না তৌরম্মী । হরিবংশদগী লৌখৎলগা বৃহদ্ভাগবতামৃতদা শ্রীসনাতন গোস্বামীনা হাপ্লম্বা ইন্দ্রগী স্তব-অদু মফমসিদা লৌখৎলি :—

স্বর্গাদূর্দ্ধং ব্রহ্মলোক ব্রহ্মর্ষিগণসেবিতঃ ।
তত্র সোমগতিশ্চৈব জ্যোতিষাঞ্চ মহাত্মনাম্ ॥ (ক)
তস্যোপরি গবাংলোকঃ সাধ্যাস্তং পালয়ন্তিহি ।
স হি সর্ব্বগতঃ কৃষ্ণঃ মহাকাশগতো মহান্ ॥ (খ)
উপর্য্যুপরি তত্রাপি গতিস্তব তপোময়ী ।
যাং ন বিদ্মো বয়ং পৃচ্ছন্তোঽপি পিতামহান্ ॥ (গ)

গতিঃ শমদমাঢ্যানাং স্বর্গঃ সুকৃতকর্ম্মণাম্ ।
ব্রাহ্মে তপসি যুক্তানাং ব্রহ্মলোকঃ পরাগতিঃ ॥ (খ)
গবামেব তু গোলোকো দুরারোহা হি সা গতিঃ ।
স তু লোকস্ত্বয়া কৃষ্ণ সীদমানঃ কৃতাত্মনা ॥ (ঙ)
ধৃতো ধৃতিমতা বীর নিঘ্নতোপদ্রবান্ গবাম্ ॥ (চ)

শ্রীবৃহদ্ভাগবতামৃত /২/৭/৮০-৮৫ ॥

শ্লোকশিংসিগী যথাশ্রুত ( অমুম হেক তাবদা ওইবা ) অর্থদি চাউরাক্পা অসিনী—"স্বর্গগী মথক্তা ব্রহ্মর্ষিশিংগী লৈবা ব্রহ্মলোক ( সত্যলোক ) লৈ ; ব্রহ্মলোক অদুদা থাক ( মোন ) অমসুং অদুক্তা গ্রহ নক্ষত্রনচিংবা জ্যোতিষ্ক-মণ্ডলগী গতি লৈ । ( মহেন্দ্র জৌতিষ ) ; মদুগী ( ব্রহ্মলোক-তুগী ) মথক্তা গোলোক ( গবাংলোক—শাল্শিংগী লোক ) লৈ ; সাধারণশিংনা গোলোকসিবু ঙাক্-শেল্লী ; গোলোক অসিদি সর্ব্বগত (পূর্ননক্তা শিল্লথুংবনী), মহাকাশতনী অমসুং মহান্ ( অচৌবা ) ওই ; গোলোক তুদগী নহাকী (কৃষ্ণগী) তপোময়ী গতি লৈ—করম্বা গতিনো হায়বদু গতিদুগী তুথা (অওইবা রাদো) পিতামহ ব্রহ্মাদা হংলগা ঐখোয়না খঙবা ওমুখিদ্রি । শম দমন্‌না মরল ওইরিবা অকরা থবক তৌখিবশিংগী গতিনা স্বর্গনী ; তপ-তৌবা মীশিংগী গতি-না ব্রহ্মা-লোক-নী ; ব্রহ্মলোকদি পরাগতি-নী (খ্বায়দগী থোইবা গতিনী) । শন্‌শিংগী গতিনা গোলোক-নী—গতি অদু কাবদা য়াবা জাংনী । গোলোক-সীনা ঐনা তৌবা উপদ্রবনা রাহন্‌খিবা মতমদা, হে কৃষ্ণ, নঙনা মাবু কণ্‌বিখি ।"

মথক্কী শ্লোকশিংদগী খঙবা ওবদি অসিনী—স্বর্গগী মথক্তা ব্রহ্মলোক ( সত্যলোক ), অদুগা মদুগী মথক্তা গোলোক লৈ ।

শ্রীপাদ সনাতনগী টীকা মতুং ইন্নদি অসিনী – যথাশ্রুত অর্থসীনে মদুগী মতুং ইনবা গোলোকগী অবস্থান অদুনে বিচার য়াওবা নত্তে অদুগা যথাশ্রুত অর্থদা শ্লোক লোইনবকী অর্থসঙ্গতি লৈতে হায়বদি নাত্তে চাদে ) ।

চতুর্দ্দশ ভুবনগী ( মরোল-ভরামখিগী ) মথুংদা ভূঃ, ভুবঃ, স্বঃ, মহঃ,

জন, তপঃ অমসুং সত্য হায়বা লোক অরেংশী লৈ। ভূঃ-না পৃথিবীনী ; স্বঃ-না স্বর্গনী ; সত্যলোকগী মিং অমনা ব্রহ্মলোক-নী। লোক অরেংশিগী মাংনদা প্রকৃতিগী আবরণাত্মক লৈয়ে হায়রিবা আবরণশিংগী লোক অমুনী অমানী হায়না কৌরদে।

খ্বায়না ব্রহ্মলোক হায়রগা সত্যালোক্-পু খঙনৈ ; মথক্তা লৌখংলিবা শ্লোকশিংগী যথাশ্রুত অর্থ লৌরগদি (ক) শ্লোকসিদগী খঙবা ওম্মী—সত্য-লোক অদুদা চন্দ্র, গ্রহ, নক্ষত্রনচিংবা জ্যোতিষ্কমণ্ডলীগী গতি লৈ, মাসী শাস্ত্রনদি য়াদে ; মরমদি, বিষ্ণুপুরাণগী ১/১২/৯১-৯২ অমসুং ১/৭/১০ শ্লোক-তগী খঙবা ওম্মী—চন্দ্র, সূর্য্য, গ্রহ, নক্ষত্রনচিংবগী মথক্তা ধ্রুবলোক লৈ অমসুং ধ্রুবলোকগী মথক্তা মহলোক অমসুং মদুগী মথক্তা জনলোক লৈ ( বিষ্ণুপুরাণ ২।৭/১২-১৩ ) ; জনলোকগী মথক্তা তপঃ লোক লৈ ( বিষ্ণু, ২/৭/১৪ )। মদুগী মথক্তা সত্যলোক লৈ ( বিষ্ণু, ২/৭/১৫ )। "সূর্য্যাৎ সোমাৎ তথা ভৌমাৎ সোমপুত্রাদ্ বৃহস্পতেঃ। সিতার্কতনয়াদীনাং সর্ব্ব-ক্ষাণাং তথাধ্রুবম্॥ সপ্তর্ষীণামশেষাণাং যে তু বৈমানিকাঃ সুরাঃ। সর্ব্বেষামু-পরি স্থানং তব দত্তং ময়া ধ্রুব॥ বিষ্ণু, ১/১২ ৯১-৯২॥ ঋষিভ্যস্তু সহস্রাণাং শতাদূর্দ্ধং ব্যবস্থিতঃ। মেধীভূতঃ সমস্তস্য জ্যোতিশ্চক্রস্য বৈ ধ্রুবঃ॥ বিষ্ণু, ২/৭/১০॥ ধ্রুবাদূর্দ্ধং মহর্লোকো যত্র তে কল্পবাসিনঃ। একযোজনকোটিস্তু যত্র তে কল্পবাসিনঃ॥ দ্বে কোট্যৌ তু জনো লোকো যত্র তে ব্রহ্মণঃ সুতাঃ। সনন্দাদ্যাঃ কথিতা মৈত্রেয়ামলচেতসঃ। চতুর্গুণোত্তরে চোর্দ্ধং জনলোকাৎ তপঃ স্মৃতম্। বৈরাজা যত্র তে দেবাঃ স্থিতা দাহবিবর্জ্জিতাঃ॥ ষড়্গুণেন তপোলো-কাৎ সত্যলোকো বিরাজতে। অপুনর্ম্মারকা যত্র ব্রহ্মলোকো হি স স্মৃতঃ॥ বিষ্ণু ২/৭/১২-১৫॥" প্রমাণশিংসিনা খঙবা ওম্বাদি অসিনী মদুদি—জ্যোতিষ্ক-মণ্ডলীগী মফমদি সত্যলোক অদুগী অা মথাদনী—সত্যলোকদা জ্যোতিষ্ক-মণ্ডলীগী গতি-দি ওইথোক্তবনী। মরমসিনা (ক) শ্লোক অদুদা হায়রিবা ব্রহ্মলোক শব্দনা সত্যলোকপু খঙহন্‌ব ঙম্‌দে। অসিগুম্বা নাতে চাদবসী যথাশ্রুত অর্থদা অস্তৈদস্ লৈ।

শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা শ্লোকশিংতু ব্যাখ্যা তৌরম্বদা ফংবা মর্মদি অসিনী—(ক)—শ্লোক-তা স্বর্গ-শব্দনা স্বর্লোক-তগী সত্যলোক ফাওবা লোক মপুংবু (চায়বদি স্বঃ, মহঃ, জন, তপঃ, সত্য হায়বা লোক মপাঙ্গিবু) খঙহল্লী। মরমদি অসিনী—ভগবান্‌গী বিরাট রূপ শাগৎপদা শ্রীমদ্ভাগবতমগী ২/৫/- ৩৮—৩৯ শ্লোক-তা হায়রি—ভূর্লোক-না মহাক্কী খোঙনী, ভুবলোকনা মহাক্কী খোয়দোংনী, স্বর্লোক-না (স্বর্গনা) মহাক্কী হৃদয় নী, মহর্লোক-না মহাক্কী থবাক্কী, জনলোক-না মহাক্কী মঙক্কী, তপলোক-না মহাক্কী খোম অনীনী অদুগা সত্য-লোক-না মহাক্কী কোক্কী ; মসীনা ব্রহ্মাণ্ডগী সীমা য়োৌয়ি। অদুগা ব্রহ্মলোক হায়বদুদি সনাতন-নী ( হায়বদি থ্বায়দগী লিবা অমনী ), মাদি শৃংশেম (সৃষ্ট-বস্তু) নত্তে। শ্রীভাগবতকী ২/৫/৩৬ শ্লোক-তগী খঙবা ওম্মী—সৃষ্ট ভুবন-শিংনা বিরাট কী রূপ শাবনী ; সৃষ্টভুবনখোয়দি সনাতন নত্তে ; মরমসিনা সৃষ্ট ভুবন-খোয়দি সনাতন ( হায়বদি তুংকোইবা ) নত্তে অমদি শাবা য়াদবা নত্তে ; মরমসিনা ২/৫/৩৯ শ্লোক্তা "ব্রহ্মলোকঃ সনাতনঃ হায়দুনা লোক অমা পল্লিবসে অদুদি সৃষ্ট লোক নত্তে ( হায়বদি ব্রহ্মলোক হায়রগা প্রাকৃত সত্যলোকপু খঙহন্দে )—মরমদুনা ব্রহ্মলোকসী বিরাট রূপকী অবয়বসু নত্তে—মসী সপ্তলোক-কীদা য়াওদবা লোক অমনী অমসুং ব্রহ্মলোক অসী বিরাট রূপকী হকচাঙ-কায়াৎ ( অবয়ব ) সু নত্তে—মসী সপ্তলোকতগী হেন্দোকপা লোক অমনী অমসুং মসী সপ্তলোকুম্না প্রাকৃত লোক অমসু নত্তে। মসীনা সপ্তলোক-তগী হেন্দোকপা প্রাকৃত-নত্তবা লোক ওইরবদি প্রাকৃত সপ্তলোক-গী মথক্তা মা লৈগদবনী ; প্রাকৃত সপ্তলোক্কী মরক্তা সত্য-লোকসিনা থ্বায়দগী ইরাং-রাংবা লোক নী ; অদুনা সনাতন ব্রহ্মলোক ভি সত্যলোক্কীসু মথক্তা ওইগদবনী। অদুবু হরিবংশগী (ক) শ্লোক-তা পল্লিবা ব্রহ্মলোক শব্দগী আলোচনাদা হায়রি, ব্রহ্মলোক শব্দনা যথাশ্রুত অর্থগী মতুং ইন্না সত্যলোকপু খঙহল্লী হায়না লৌরগদি শ্লোক্কী অর্থসঙ্গতি ( নাতৈ-চাবা ) ওইরোই ; অদুগসু, সত্যলোক-নত্তবা সপ্তলোক্কী মনুঙ চনবা অতোপ্পা লোক অমতবুসু ব্রহ্মলোক কৌদে। মরমদুনা (ক) শ্লোক-তা হায়রিবা ব্রহ্ম-লোক-সু সপ্তলোক্কী মনুং-চন্দবা লোক অমা ওইগনী ; অদুগা সপ্তলোক্কী

বহিরাবরণচিংববু করিগুম্বা লোক অমনী হায়না হায়নদবনীনা বহিরাবরণবুসু ব্রহ্মলোক কৌবা য়াদে ; অদু ওইরবোইদি (ক শ্লোক-তা হায়রিবা ব্রহ্ম-লোক শব্দনসু প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মপান্দা লৈবা—মরমসিনা প্রাকৃত-নত্তবা-শাবা-য়াদবা-করিগুম্বা লোক অমবু খঙহন্বা ঙমে। মরমসিনা লায়না অনুমান তৌবা য়াই—শ্রীভাগবতমগী ২/৫/৩৯-শ্লোক-তা "সনাতন ব্রহ্ম-লোক" হায়বা অমা পল্লিবসি হরিবংশগী শ্লোক-তা পল্লিবা ব্রহ্মলোক-সুনী। ময়াওদা হায়খরে—শ্রীভা, ২/৫/৩৯-শ্লোক-তা হায়রিবা "সনাতন ব্রহ্মলোক" অদুদি সত্যলোক-গী মথক্তনী ; অদুবু হরিবংশগী শ্লোক-তা ব্রহ্মলোকবু স্বর্গগী (হায়বদি স্বর্লোকগী) মথক্তনী হায়খরে ; উফি অনীসিগী সঙতি লৈহন্বা তায়বদি খন্বা ঙমে—হরিবংশগী শ্লোক-তা স্বর্গ শব্দগী উপলক্ষণ-দা—স্বঃ, মহঃ, জন, তপঃ অমসুং সত্য—হায়বা লোক মঙাসিবু খঙহল্লিবনী।

হরিবংশগী শ্লোক-তা স্বর্গ শব্দনা স্বর্গনচিংবা সত্যলোক ফাওবা লোক মঙাবু খঙহল্লবোইদি ব্রহ্মলোক হায়বা শব্দনা করি খঙহল্লী হায়বদু য়েংলসী। হায়না হায়খরে—হরিবংশদা হায়রিবা "ব্রহ্মলোক" অমসুং শ্রীভাগবতমগী ২/৫/৪৯-দা হায়রিবনী। হৌজিক্কি, শ্রীমদ্‌ভাগবতমগী টীকাদা শ্রীধরস্বামি-চরণনা ইরম্মী—ব্রহ্মলোকো বৈকুণ্ঠাখ্যঃ সনাতনো নিত্যঃ, ন তু সৃজ্যপ্র-পঞ্চান্তবর্ত্তীত্যর্থঃ—ব্রহ্মলোক হায়রগা বৈকুণ্ঠবু খঙহল্লী ; মসী নিত্যনী—সৃজ্য-প্রপঞ্চগী হায়বদি ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙ চন্বা নত্তে।" অদু ওইরবদি, হরি-বংশদা হায়রিবা ব্রহ্মলোক শব্দসু বৈকুণ্ঠবু খঙহল্লী। অসিমসু উরি—"ব্রহ্ম শব্দে কহে ষড়ৈশ্বর্য্যপূর্ণ ভগবান্॥ ২/২৫/৩৩॥" মরমসিনা ব্রহ্মলোক হায়রগা ভগবল্লোক হায়বদি বৈকুণ্ঠবু খঙহল্লী।

অমুক য়েংবা ঙমে—ব্রহ্মলোক শব্দনা বৈকুণ্ঠবু খঙহল্লবদি (ক)-শ্লোক-তা হায়রিবা বাক্য অতৈ অতৈগা অর্থসঙ্গতি (নাতৈ-চারা) লৈবরা হায়বদু। ব্রহ্মলোক অসী "ব্রহ্মর্ষিগণসেবিত—ব্রহ্মর্ষিশিংনা সেবা তৌবা" লোক-নী হায়খ্রে ; ব্রহ্মর্ষি শব্দনা ব্রহ্মময়—ভগবদ্‌ভাবময়—ঋষি-পরমভাগবত নারদ-নচিংববু খঙহল্লী ; মখোয়সী বৈকুণ্ঠনগী পার্ষদ ভক্তনী ; মরমদুন, ব্রহ্মর্ষিশব্দগী

অর্থসঙ্গতি ওইরে। (ক) শ্লোক-গী অনীশুবা তংথায়দা হায়রি—ব্রহ্মলোক ( বৈকুণ্ঠ ) অহুদা সোমগী গতি লৈ, মহাত্মা জ্যোতিঃশিংগীসু গতি ( চংশা ) লৈ। হান্না হায়খ্রে, সোমগী সাধারণ অর্থ চন্দ্র ( থাজ ) অমসুং জ্যোতিংগী সাধারণ অর্থ গ্রহ নক্ষত্রনচিংবা জ্যোতিষ্ক মণ্ডল হায়বসী মকমসিদা মাতে চাদ্রে—সত্যলোক গী সম্বন্ধদকাওবা ওইদ্রেবদা বৈকুণ্ঠ-গী সম্বন্ধদদি ওইবা ঈয়া য়াদে; মরমদি, প্রাকৃত চন্দ্র অমসুং প্রাকৃত গ্রহ-নক্ষত্রনচিংবগী গতি বৈকুণ্ঠদদি ওইথোক্তে। শব্দশিংসিগী অর্থ মশুং অমরোমদা ত্তৌবা তাই—মহুনা অর্থ-সঙ্গতি মাওননবা। সোম—উমাগা লোয়ননা লৈবা মহাক সোম-নী (স + উমা); পার্বতীগা লোয়নরিবা শিব; বৈকুণ্ঠদা পার্ষদতীগীসু শিবগীসু গতি লৈ; অমনসিনা সোম-শব্দগী অর্থসী শিব-সঙ্গতনী। জ্যোতিঃ শব্দনা ব্রহ্মবু খঙহল্লী; জ্যোতিঃস্বরূপ ওইবা অখোয়—ব্রহ্মগুমা মায়াগী বাংথদা লৈবা—মুক্ত ওইরবা—মখোয়বু জ্যোতিঃ শব্দনা খঙহল্লী। মুক্তশিংগী মনুঙদা মহাত্মা—মহাভাগবত—ভক্তি-য়োনা-লৈরবা সনক-নচিংবা মখোয়গীসু বৈকুণ্ঠদা গতি ওই। মরমসিনা "মহাত্মানাং জ্যোতিষাং" পদগী হায়রিবা অর্থসি মাত্তে চাবনী।

অহুদগী (খ, গ)-শ্লোক। "গবাং লোকঃ" হায়রগা গোলোকপু খঙহল্লী। গবাং-পদগী গো-শব্দ। গো-গোপ-নচিংববু খঙহল্লী—উপলক্ষণ-দা। গো-গোপনচিংবগী মশক ওইবা ভগবৎ-পরিকরশিংনা কোয়শল্লিবা ভগবান্গী লোক অহুমক—গোলোক হায়রহনী। গোলোকসী—তস্যোপরি—বৈকুণ্ঠগী মথক্তা লৈবনী; সাধ্যশিংনা গোলোক অহুবু ভাক্-শেল্লী; সাধ্য-শব্দগী সাধারণ অর্থদা দেবতা-বিশেষবু খঙহল্লী; স্বর্গনা বিশেষ সাধ্যশিংগী লোক নী; প্রাকৃত-নত্তবা গোলোক অহুদা মখোয়গী গতি ওইবা য়াদে; মরমহুনা মতাংসিদা সাধ্য-শব্দগী সাধারণ দেবতা বিশেষ হায়বা অর্থসী লৌবা য়াদে। সাধ্য—সাধনাগী পোৎ হায়বনী; গো-গোপনচিংবনা কোয়-শল্লিবা ভগবান্‌বু উপাসনা তৌরিবা ভক্তশিংগী সাধনাগী পোৎ ওইরিবা মখোয়, শ্রীনন্দযশোদানচিংবা ভগবান্গী পরিকরশিংবু সাধ্য শব্দনা খঙহনবনী

মকম অসিদা ; মখোয়না মখোয়গী প্রেম ( মুংশিবা ) কৌবা মরক্ষুনা লীলা-রস-বু য়োক্থৎলগা গোকুল-গী মাহাত্ম্যবু ভাক্শেল্লী। গোলোক অদু সর্ব্ব-গত-নী ( পুম্নমক্তা শীনথুংবনী ), মহাকাশগত-নী হায়বদি "সর্ব্বগ, অনন্ত, বিভু" হায়বত্থনী। "প্রপঞ্চগী ( মায়াগী ) য়াংমদা লৈ হায়ত্থনা, সচ্চিদানন্দঘন ওই হায়ত্থনা অপরিচ্ছিন্ন-নী ( মচেৎ-মকায় তাহনবা য়াদবনী )। সচ্চিদা-নন্দঘন ওই হায়ত্থনা বৈকুণ্ঠলোকসু পরিচ্ছিন্ন-নত্তবনী হায়বদি বিভু-নী। শ্রীভগবান্গী অমদি মহাক্কী ধাম-নচিংবগী অচিন্ত্যশক্তিগীময়াইনা অমদগী হেন্বা অপরিচ্ছিন্ন-বিভু ওইবা ধাম মতম অমতদা লৈবদি ওইথোক্য়ি। (গ) শ্লোক-তা ইন্দ্রনা হায়রি—হে কৃষ্ণ "তত্রাপি গতিস্তব"—মফমদুদসু হায়বদি গোলোক অদুদসু নঙগী গতি লৈ। মফম্সিদা "অপি" শব্দসিনা বৈকুণ্ঠদা লৈবা গতিগী য়াত্থমক্ খঙহল্লি—হে কৃষ্ণ ! বৈকুণ্ঠদা নঙগী গতি লৈবগুম্না গোলোক-তসু লৈ। বৈকুণ্ঠদা ওইবা গতিদু গোলোক-কী অদু-গুম্বদি নত্তে ; গোলোক-তা ওইবা গতিদি বৈকুণ্ঠদা ওইবা গতিদগী খঙবদা য়েৌনা য়াবনী ; মসিদি তপোময়ী-নী, মসী সমাধি-তনা খঙবা জাৎনী ; ময়ম-সিনা গতিসিগী মরমদা পিতামহ ব্রহ্মাসু করিমত্তা হায়বা ঙম্দে।

(ঘ) শ্লোক-তা ইন্দ্রনা হায়রি—থবক অকবা তৌবা মী পুম্নমক্কী মনুঙদা শম-দম-লৈবা মীশিংগী দি স্বর্গলোক্তগী সত্যলোকফাওবা গতি ওইবা য়াই ( শম-দম-লৈতবশিংগী গতিদি ভৌমস্বর্গনচিংবদা ওইবা য়াই ) ; অদুগা "ব্রাহ্মে তপসি যুক্তানাং"—ভগবদ্বিষয়ক ওইবা তপস্যাদা, ভক্তিমার্গগী সাধন তৌবা ভক্তশিংগী গতিদি ব্রহ্মলোকদা ( হায়বদি বৈকুণ্ঠদা ) ওই ; মখোয়গী গতি অসী পরাগতিনী ( অথোইবা গতিনী ) ; মখোয় অমুক বৈকুণ্ঠদগী হল্লক্তে।

( ঙ, চ ) শ্লোক তা ইন্দ্রনা হায়রি—অদুবু, হে কৃষ্ণ ! নঙগী গো (শল) পুম্নমক্কী (হায়বদি গো-গোপ-গোপী লোইনমক্কী) লৈফম ওইরবা গোলোক অদুদা গতি ওইবদি য়ানঙাইনী—নঙগী গো-গোপ-গোপীশিং নত্তনা অতৈ অমনা গোলোক অদুদা চৎপদি অয়াবা অমনী। হে কৃষ্ণ! অসিগুম্বা মহিমা

পুন্নমক্না য়ৌনা তিন্নবা গোলোক অসু এনা তৌবা উপদ্রবনা য়ারম্বনী, অসুবু নঙনা কন্‌বিখিবনী। ( ইন্দ্রপূজা তৌবগী মহুত্তা ব্রজবাসীশিংনা গো-পূজাগা তৌরম্মী হায়রুনা শাউবদগী ইন্দ্রনা ব্রজমণ্ডলগী মথক্তা উতূপমুক চাওবা নোং নৈথরম্মী অসুগা লেন্‌জাও তাহন্‌খি অসুগা নোংমৈশীঙজঙনচিংবা উপদ্রব কয়া থোক্‌হন্‌খি। অদুদা শ্রীকৃষ্ণন গোবর্দ্ধন চীঙশাং থূনাওবীনা থাঙ্গৎলগা ইন্দ্রগী উপদ্রব-তগী ব্রজমণ্ডলবু কণ্‌খি। তংশংবদি করিগুম্বা উপদ্রব অমতনা সচ্চিদানন্দঘন ব্রজধামবু ওৎ-নেবা ঙম্বা নত্তে ; ব্রজধামগী য়াদি লায়রবুনা— ব্রজধামদা চৎনবগী অধিকার লৈরবা মখোয়সুগী ফাওবা বিঘ্নি তৌবা করিমতা ওইথোক্তে। ইন্দ্রনা খঙদবদগী থন্‌জবনী—মহাক্না তৌবা উপদ্রবনা ব্রজধাম য়াখি হায়না )।

মূল ১১৭

মৌষল-লীলা আর কৃষ্ণ-অন্তর্দ্ধান।
কেশাবতার আর যত বিরুদ্ধ ব্যাখ্যান ॥ ১১৭ ॥

শব্দার্থ

মৌষল-লীলা—মৌষল-লীলা ; আর—অসুগা ; কৃষ্ণ-অন্তর্দ্ধান কৃষ্ণনা থুপ্‌খিবা ; কেশাবতার—কোক্কী শম্‌না ওইবা অবতার ; আর—অসুপা ; যত—নৈবাখিবিক ; বিরুদ্ধ—এন্নৈনবা ; ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মৌষল-লীলা অসুপা শ্রীকৃষ্ণনা থুপ্‌খিবা, কেশ ( শমগী ) অবতার অসুগা অতৈ এন্নৈনবা তৌবা ব্যাখ্যাসু অওইবা সিদ্ধান্ত নত্তে হায়না প্রভুনা তাকপিখি।

নৈনরোল

মৌষল-লীলা—শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা যাদবশিংনা পিণ্ডারকতীর্থদা যজ্ঞ তৌখি। বিশ্বামিত্র, কণ্ব, অসিত-নচিংবা মুনিশিংসু যজ্ঞ তৌফমদা লেঙলম্মী। মখোয় যজ্ঞ-তৌফমদগী মাগী মাগী আশ্রমদা হন্‌খিবা মতমদা লম্বাওদা যদু

শাগৈগী লম্‌চেনবা স্বপামচাশিংনা জাম্ববতীগী মচা স্বপা সাম্ববু গর্ভবতী ওইবী স্বপীগী ফিজেৎ শেৎহল্লগা মুনিশিংগী মমাঙদা পুশল্লগা—মাগী গর্ভদা স্বপা পোকদরা নত্রগা স্বপী পোকদরা—হায়না হংখি। স্বপামচাশিংহুগী থওই-উংশিত্তবা মতৌহদা মুনিশিংনা শাউরহুনা হায়রম্মী—মহাক্নিনা যদুশাগৈ তুমথাই মুষল (শূক) অমা পোকনী। স্বপামচাশিংহুনা সাম্বগী মপুক্তা য়েংশল্লবা ফি-মপৈহ লৌথোক্লগা উখি—কি মনুঙদা মুষল অমা তংশংনা লৈরম্লে। মথোয়না কিরহুনা উগ্রসেনগী নাক্তা চংলগা পাউ লোইনা তম্‌খি। উগ্রসেন-না শ্রীকৃষ্ণদা কহিনত্তা থঙহন্দবথৈ মুষলহু কূপ্না শুগায়খি। লেম্‌হৌবা অহুগা লোয়ননা মকূপশিংহু সমুদ্রগী ঈশীঙদা লংথরম্মী। হেক লংথবগা ঙা অমা লাক্লুনা অরেম্বা য়োং মতূম অহু য়োংখি অহুগা মকূপশিংহুনা ঈথক্লা পুহুনা তোর্ব্বান্দা পুল্লপ পৈরম্মী—মহুদগী এরকা (নাপী জাৎ) পাম্বী পোক্‌খি। ঙা ফাবশিংগী ঈন্দা চাহু ফারগা মবূক মনুঙদগী য়োং মতূমহু থোরক্লুনা তাখি; তদা কৌবা ব্যাধ (শাদানবা) অমনা য়োংতূমহু পুরগা মহুনা তেনজীন্‌ শাখি।

মতম খরা লৈরগা দ্বারকাগী পরিকর লোয়নমক পুরগা শ্রীকৃষ্ণনা প্রভাসতীর্থদা লেংডী; মফমহুদা মৈরেয়মবু হায়বা মু থক্লগা ময়াই কাহুনা মাদশিংহু মহৈ মহৈ থৎনরক্‌খি। খুংলাই মথল মখা পায়হুনা লান্থেংনরবা মতূ চদা (মুষল মকূপগী হৌরকপ) এরকা পাম্বী পায়হুনা মহৈ মহৈ থাজল্লবদা শিখি। শ্রীভাগবতকী মতুং ইন্না মী মরি মঙাদি হি হৌয়ি হায়। শ্রীকৃষ্ণগী মশাবু ভো ব্রজস্থ লেম্‌হৌয়ি। যাদবশিংনা শিরবা মতূ চদা বলরাম-না সমুদ্র তোঙান্দা লেঙলগা যোগগী পাঙৈনা মত্যলোক থাদোক্‌খি। বলরামগী নির্যান উবগা শ্রীকৃষ্ণনা চতুর্ভুজরূপ লৌরগা লৈমায়দা চেপ্রম্মী। লাইগী লোংদমদগী মমাঙদা পন্‌খিবা জরা ব্যাধনা শাদানবা চংপদা মফমহুদা য়ৌরক্লবদা অরাপ্পদগী শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-যম্বানহু শাগী মুখ-নী হায়না খল্লহুনা মুষলগী অরেম্‌থাক য়োংনা শাবা তেঙ্গে কাপুনা পালংনখি। তুংদা শ্রীকৃষ্ণবু উবক্লহুনা ভৌগে হায়না তৌবা-নত্তবা অপরাধগীদমক ভাকূপীনু হায়জখি।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—হে শাদানবা ! নঙ কিগনু ; পুন্নমক্সী ঐগী মায়ানা তৌবা ভাক্তনী ; নঙগী নরাল নস্তে ; ঐগী য়াথংদগী নঙ বৈকুণ্ঠদা চৎলো।" শাদানবা জরা-না শ্রীকৃষ্ণবু অহুয়ক কোয়রগা লৈগী দোলায়দা তোংহনা বৈকুণ্ঠদা চৎখি। শ্রীকৃষ্ণনা আগ্নেয়ী যোগধারণা তৌহনা মছাগী হকচাঙহু চাকহন্দব-মখৈ মাগী হকচাঙগা লোয়ননা মরম্নাই থামদা লেঙখি। বিষ্ণুপুরাণ ৫/৩৮/১-শ্লোক-তা অমসুং মহাভারতকী মৌষল পর্ব্বদা ৭/৩১ শ্লোক তা ইরি—বলরামগা শ্রীকৃষ্ণগা অনীনা হন্দোক্লস্বা দেহহু মৈ থাখি। যাদব অতৈগী দেহ-সংকারগী য়াহ ইরি।

শ্রীমদ্‌ভাগবত, বিষ্ণুপুরাণ অমসুং মহাভারত অহুদা যাদবশিংগী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধানগী মরমদা ইরম্বহুগী যথাশ্রুত অর্থদো শম্পংনা মথক্তা ইরে। মহুদগী থঙবা য়াই—যাদবশিং শিখরে, মখোয়গী দেহসু মৈ থাখরে।

হৌজিক হংনঙাইদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্ ওইরবোইদি মহাক করম্না শিরিবনো অহুগা মাগী অশিবা দেহহু মৈদা থাবদি করম্না ওইথোক্তনী ? অহুগা অতৈ যাদবশিংনা মহাক্কী পার্ষদ ওইরগদি মখোয় করম্না শিগনী অমসুং মখোয়গী দেহহু করম্না মৈ থাফম্ থোক্পগে ?

য়াহংশিংসি মথঙ মথঙ নৈনরি। অহানবদা শ্রীকৃষ্ণগী মরম্দা নৈনসী।

শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধানগী মরমদা মহাভারত না হায়—জরা কৌবা ব্যাধনা "অরাপ্পদগী যোগাসন-দা চেপ্লিবা কেশব-পু উরহনা শা অমনী হায়না খল্লহনা মঙোন্দা তেন্ কাপ খি। তেন্দু হেক কাপ্পগা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-খাদা পাল্লী। মতমহুদা ব্যাধহুনা শাহু লৌশনগে হায়না লাক্পদা উখি—পাম্বোম য়াম্না-পানবা শনা-ফিগে-থোনবা যোগাসন-দা হিপ্তুনা লৈবা মুপা অমগী মখোঙদা ব্যাধগী তেন্না পাল্লে। ব্যাধনা মহাকপু হেক উবগা মছাবু অপরাধীনী খন্দুনা কিনা কিনা মহাক্কী মখোঙদা ভুরম্মী। মতমহুদা শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা থাজ-হন্দুনা থুনমক অতিয়া পুঙ—ভান ভাল্হল্লগা স্বর্গদা কাখি। মতম অহুদা ইন্দ্র, অশ্বিনীকুমার অনী, রুদ্র, আদিত্য, বসু, বিশ্বদেব, মুনি, সিদ্ধ, গন্ধর্ব্ব অমসুং

অপ্সরাশিংবা তরাম্ তরাম্ ওক্লবা থোরক্‌খি ; মতমচুদা মখোয়না সংকার তৌরবা মতুংদা ভগবান্ নারায়ণনা মখোয়গী লোয়ননা মহামকী অপ্রমেয় ধামদা ( বিষ্ণুধামদা ) চৎথি।

শ্রীকৃষ্ণনা মহাকী দেহচু মালেমদা হন্দোক্লম্মী হায়বচু, মহাভারতকী মথক্তা পল্লিবা য়ারোলসিদগীদি থণ্ডবা য়াদ্রে ; অদুগী মতুংদা—মহাক অতিয়া পুম্বা শরা শরা গাল্‌হল্লগা দেহগা লোয়ননা "মহামকী অপ্রমেয় ধামদা" লেংথি—হায়রবগী থণ্ডবা ডম্মী। ইন্দ্রনচিংবনা ওক্লনা সংকার তৌথি হায়না পন্‌বসিদগী তশেংনা থণ্ডবা ডম্মী মদুদি—দেহ-য়াওবা জ্যোতিঃ ( মঙান্ ) হায়বদি আত্মা ওইনা মহাক মাগী মফমদুদা লেংথিদে।

শ্রীমদ্‌ভাগবত-না হায়—"লোকাভিরামাং স্বতনুং ধারণাধ্যানমঙ্গলম্। যোগধারণয়াগ্নেয়্যাদগ্ধা ধামাবিশৎ স্বকম্॥ ১১/৩১/৬॥ —ধারণা-তৌরগা মী পুম্নমক্কা ধ্যানমঙ্গল ফংবগুম্না আগ্নেয়ী যোগধারণা-না লোকাভিরাম ( মীনা য়েংলগা নুংঙাইনবা ) ওইবা মহামকী হকচাঙচু মৈদা থাদোক্পা তৌদনা যোগধারণাদনা ( হকচাঙগা লোয়ননা ) মহামকী ধামদা ( প্রকট-নত্তবা প্রকাশদা ) চঙখি।

শ্রীমদ্‌ভাগবত-কী একাদশ স্কন্ধগী ৩১-শুবা অধ্যায়দগী টীকা ইবা হৌগৎলক্‌পদা শ্রীধর স্বামীনা ইরম্মী—"শ্রীকৃষ্ণঃ স্বেচ্ছয়া ধাম স্বতৈব সমাবিশৎ॥ —শ্রীকৃষ্ণনা মহানা নীঙজদুনা মহামকী হকচাঙগা লোয়ননমক মহামকী ধামদা চঙখি।" শিনীঙবা মতমদা শিবা ডম্বা যোগীশিংনা আগ্নেয়ী ( মৈ হৌবী ) যোগধারণা তৌদুনা মহাগী হকচাঙ মৈদা থাদোক্লগা অতোপ্পা লোক অমদা চৎলী ; ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি আগ্নেয়ী ( মৈ হৌবী ) যোগধারণা উৎলম্মী হায়বা অওইবনী ; অদুবু মহামকী দেহবু মৈনা চাক্‌হন্দবমখে—দেহচুগা লোয়ননা—মহাক মরম্নাই ধামদা চঙখি। অদু ওইরবদি মহাক্না আগ্নেয়ী যোগধারণা তৌরম্লিবা করিগীনো ? মদু তৌরম্বগী মরমদি শুপগী যোগীশিংদা হকচাঙ করম্না থাদোকদগে হায়বদু তাক্পীগে হায়বগীদমক্তনী। "যোগিনাং দেহত্যাগশিক্ষণার্থমেব ধারণামনু তদন্তর্ধাপনমিত্যেব জ্ঞেয়ম্॥— ক্রমসন্দর্ভ॥"

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী থগথ্রে—শ্রীকৃষ্ণনা মালেম্‌সিদা হকচাঙ অমত্তা থনম্‌দে—হায়বসী। মহাক মছাগী দেহগা লোয়ননা মরন্নাই ধাম ( অপ্রকট প্রকাশদা ) চঙখি॥ শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী তুংদা লাক্‌পা বর্ণনাসিংস্থ হ্রাফমসিংবু সমর্থন তৌয়ি। তুংদা লাক্‌পা বর্ণনাদি অসুম তৌবনী। মৌষললীলাগী হাহু নাকোঙনা তারগা দেবকী, রোহিণী অমসুং বসুদেবনা কৃষ্ণ-বলরামগীদমক হাবদগী থরাই থাখি। যদু শাগৈগী মৌশিংস্থ মাগী মাগী মপুরোইবগী হকচাঙ কোন্‌-কোন্দুনা চিতা-থক্তা কাখংখি। বলদেবগী তালোইশিংনা মহাক্কী দেহহু কোল্লগা মৈনূঙদা চঙখি। বসুদেবগী তালোইশিংস্থ বসুদেবগী দেহ কোল্লগা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মমৌবেম্মাশিংস্থ মখোয় মখোয়গী মপুরোইবগী দেহ কোন্দুনা মৈনূঙদা চঙখি। রুক্মিণীনচিংবী শ্রীকৃষ্ণগী লৈমশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা মখোয়গী চিত্তহু লুপ্পগা মৈনূঙদা চঙখি। "কৃষ্ণপদ্মোহবিশন্নগ্নিং রুক্মিণ্যাদ্যাস্তদাত্মিকাঃ॥ শ্রীভাগবত, ১১/৩১/২৫॥" শ্রীকৃষ্ণগী লৈমশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী দেহবু কোন্দুনা মৈনূঙদা চংখি হায়না হায়দে ; মসিদগী থঙবা উম্মী—শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বা দেহ অমত্তা থনম্লগা চংখিদে হায়বা। মহাক্তি মাগী দেহগা লোয়ননা মরন্নাই ধামদা—অপ্রকট প্রকাশদা—চংখি।

হান্নগা পনথ্রে— শ্রীকৃষ্ণনা মালেম্‌দা দেহ অমা থনম্লগা লেঙখি হায়বসী, মহাভারত-না কৃষ্ণগী অন্তর্ধান ওইবগী হারী লীরক্‌পদা হায়রম্‌দে। অদুবু মতুঙদা মৌষল পর্ব্বগী ৭-শুবা অধ্যায়দা হায়রি— অর্জুন-না "খিজুনা বলদেব অমসুং বাসুদেবগী হকচাঙ অনীহু পুরক্লগা চিতাদা মৈ থাদোক্লুনা উৎ ওল্‌-হনখি। কালীপ্রসন্ন সিংহগী অনুবাদনী॥" অর্জুন-না চিতাদা মৈ থাখিবা বাসুদেব-শ্রীকৃষ্ণগী দেহহু কদায়দগী লাক্‌পনো ?

শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধানগী মরমদা বিষ্ণুপুরাণদা হায়—শ্রীকৃষ্ণনা চান্‌বিবদগী জরা কৌবা ব্যাধনা বৈকুণ্ঠদা চংখ্রবা মতুঙদা "ভগবান্না অমল ( মত্তবা ), অব্যয় ( হোংবা-নাইদবা ), অচিন্ত্য ( হাথন্না-লাম্ব-ফংদবা ), ব্রহ্মভূত বাসু-দেবময় ওইবা মছামক্কী আত্মাদা আত্মানা তিন্নরগা ত্রিবিধাত্মক ওইবা

প্রকৃতিবু থাদোক্লগা মানুষদেহ থাদোক্‌খি। বাসুদেবাত্মক ওইবা ভগবৎ-স্বরূপতি জন্ম অমসুং জরা ( অহন্-ওইবা ) য়াওদবনী, অবিনাশী নী (মাঙবা-ভাক্‌পা-নাইদবনী), অপ্রমেয়-নী ( ঙমখৈ-নাইদবনী ) অমসুং অখিল-স্বরূপ-নী। পঞ্চানন তর্করত্ননা তৌবা অনুবাদ। গতে তস্মিন্ স ভগবান্ সংযোজ্যাত্মানমাত্মনি। ব্রহ্মভূতেঽব্যয়েঽচিন্ত্যে বাসুদেবময়েঽমলে। অজন্মন্য-জরেঽনাশিন্য প্রমেয়েঽখিলাত্মনি। তত্যাজ মানুষং দেহমতীত্য ত্রিবিধাং গতিম্॥ বিষ্ণু ৫/৩৭/৬৮-৬৯॥" অমুক্ত হায়রি—অর্জ্জুন-নসু কৃষ্ণগা বল-রামগী দেহ অনীহুনে অহুগা যাদব অতৈ অতৈগী দেহ পুম্নমক খিহুনা সংস্কার তৌহন্‌খি। "অর্জ্জুনাঽপি তদন্বিষ্য কৃষ্ণরাম-কলেবরে। সংস্কারং লম্ভয়ামাস তথান্যেষামনুক্রমাৎ॥ বিষ্ণু, ৫/৩৮/১॥"

বিষ্ণুপুরাণ-গী বাসিদগী খঙবা ঙম্বদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণনা দেহ থাদোক্‌খি অহুগা মাগী দেহ-সংকারসু তৌখি। মথক্কী অনুবাদসিদা শ্লোক-কী "সংযো-জ্যাত্মানমাত্মনি" হায়বা অংশগী অনুবাদ অহুদা হায়রি—"বাসুদেবময় ওইবা মহামক্কী আত্মাদা আত্মাগা ভিন্নরগা।" মফমসিদা 'আত্মা' শব্দ অনীগী অর্থ চপ্‌ মান্নবা য়াদে; অর্থ মান্নে হায়রগদি "মহাগী আত্মাদা মহাগী আত্মা ভিন্দুনা হায়বসিদগী কয়িগুম্বা অর্থ অমত্তা খঙবা য়াদে। 'আত্মাদা আত্মা ভিন্‌বা'—অসিগী তাৎপর্য্য করিনো? শ্রীমদ্‌ভাগবতমদসু চপ্‌ মান্নবা উক্তি উবা ফংঙী। "সংযোজ্যাত্মনি চাত্মানং পদ্মনেত্রং ন্যমীলয়ৎ॥ শ্রীভাগবত, ১১/৩১/৫॥" মসী ক্রমসন্দর্ভটীকাদা ইরি—"আত্মনি স্ব-স্বরূপে এব আত্মানম্ মনঃ সংযোজ্য।" মফমসিদা 'আত্মনি—আত্মাদা—শব্দগী অর্থদি স্ব-স্বরূপতা; মহাগী নিত্যসিদ্ধ স্বরূপতা। অহুগা 'আত্মানং'-শব্দগী অর্থ মন-নী। 'আত্মা' শব্দ অনীগী মনুঙ সপ্তমী বিভক্তি-তপ্পা আত্মা শব্দগী অর্থনা মহামক্কী স্বরূপ; অহুগা দ্বিতীয়া বিভক্তি-তপ্পা আত্মাশব্দগী অর্থনা-মন ( পুস্রীভ )। অদু ওইরবদি বিষ্ণুপুরাণগী অনুবাদদা "বাসুদেবময় ওইবা আত্মাদা আত্মাগা ভিন্নরগা" হায়বা বাক্যগী তাৎপর্য্যদি অসিগুম্ ওইবা তারে মহুদি—শ্রীকৃষ্ণনা বাসুদেবময় ওইবা মহামক্কী স্বরূপ-তা মনগা ভিন্নরগা।

"বাসুদেবময় ওইবা স্বরূপ"-কী অর্থদি—বাসুদেবনা মাগী স্বরূপ-কলী; স্বরূপ অসিগা 'মী'ওইবগী দেহ থাদোক্লে' হায়বা মহাক অসিগা কল্লিমজ্জ খেন্নদে। মহাক্তি আত্মরাম-নী—মছামক্তদা মছানা অত্তুম রমণ তৌয়ি (নুংঙাইজে)। "বাসুদেবময় ওইবা মছাগী স্বরূপ-তা মন যোগ তৌরে।" হায়বা বাক্যসিনা মহাক আত্মারামনী হায়বতু তাক্লি। স্বরূপ অসিদি অমল (মোত্তব-নী), অব্যয় (হোংবা-নাইদবনী), অচিন্ত্য (রাখল্লা লাম্ব-ফংদবনী), ব্রহ্মভূত (ব্রহ্ম-ওইরবনী), জন্মজরারহিত (পোক্পা অমদি হনুরক্পা-নাইদবনী), অবিনাশী (মাঙবা-তাক্পা-নাইদবনী, অপ্রমেয় (ভমখৈনাইদবনী) অমসুং অখিলস্বরূপ-নী (লোইনমক মহাক্লী) হায়বসিসু বিষ্ণুপুরাণ্ণা হায়রি অমসুং অসিগুম্বা স্বরূপ অত্তুদা মনঃ সংযোগ তৌরিবা মহাক্তো 'ভগবান্নী' হায়বসিসু বিষ্ণুপুরাণ্ণা হায়রি। মরমতুনা মভোন্দা (ভগবান্দা) দেহ-দেহী খেন্নবা লৈবা য়াদে। "দেহদেহিভিদা চাত্র নেশ্বরে বিদ্যতে ক্বচিৎ। ব্রহ্মসংহিতা॥" মহাক্তি আনন্দঘন, চিদ্ঘন, রসঘন নী, সচ্চিদানন্দনী। মহাক্লীদি পোক্পসু লৈতে শিবসু লৈতে। মায়া—লাংদা থুরবা জীবতগীনী পোক্পা শিবদি। জড় (চেতন লৈতবা) দেহদগীনী পোক্পা হায়বদুদি; জড় দেহসি দেহী জীবাত্মাগী ভূভক্ষী (আশ্রয়নী); জীবাত্মনা দেহ থাদোক্লনা চৎপবু শিবা (মৃত্যু) কৌবনী। হক্চাঙ-পান্‌বা জীবনা দেহ-না জড়-নী, দেহী জীবাত্মানা চিদ্বস্তুনী; মরমসিনা জীবদা দেহ হায়বা অমা দেহী হায়বা অমা পোং অনী লৈ। মরমতুনা জীবনা মাগী দেহ লৌবা য়াবগুম্না দেহ থাদোক্পসু অত্তুম য়াই। অত্তুবু ভগবানগী দেহগা ভগবান মহাক্কা অনতনী—আনন্দ-ভাক্তগী ওইবা চপ মান্নবা পোংনী। দেহনী হায়তুনা তোঙানবা করিসু লৈতে; অতু মহাক্লীদি জীবগীগুম্বা মপোক লৈতবগুম্ শিবসু হায়বদি হক্চাঙ-থাদোক্পা হায়বসু লৈতে। মহাক্লীদি আবির্ভাব (থোরক্পা) অত্তুগা তিরোভাব (থুপ্পা) হায়বতুতনী। মহাক্কা নরলীলা প্রকট ওইহনবা মতমদা নরলীলা পাঙথোক্পা য়াননবগীদমক জন্মলীলাগী অভিনয় তৌবতনী; মীওইবদোনা ফর্মীগা ইগা তিল্লগা পোক্পা নত্তে মহাক্লীদি। নিত্যবস্তু (মতমপুম্বগী ওইবা

পোৎ) ওইবা অতুনা—অতুগা মীৱদি উৱম্মবা—মহাকৃপু ক্ৰমলীলাগী মতেঙনা মীওইবগী মীত্তা উহল্লবদা থাভনী। মৱমসিনা মহাকীদি অম্ৰ (পোক্‌পা) হায়বতু লৈতে। 'অজমনি' হায়বা শব্দসিনা বিষ্ণুপুৱাণা থাকমৃদু শেংনা উৎলে। "বাসুদেবময়"-শব্দগী অৰ্থসু নৈনমতাইনী। "বসুদেব" শব্দগী অৰ্থ "শুদ্ধসত্ত্ব" হায়বনী! শ্ৰীমদ্ভাগবততুদা মতু "সত্ত্বং বিশুদ্ধং বসুদেবশব্দিতম্"—হায়বা বাক্য-সিনা হায়ৱম্মী। বাসুদেব-গী অৰ্থদি—বসুদেব ( শুদ্ধসত্ত্ব )-না শাবা অমসুং "বাসুদেবময়"-শব্দগী অৰ্থনা শুদ্ধসত্ত্বময়, সচ্চিদানন্দ—হায়বনী। বাসুদেব-ময় হায়বদি সচ্চিদানন্দময় স্বৰূপ-না মাগী ওইৱিবা অতুগুম্বা মহাকী পোকপ-শিব লৈবা হৌৱদে। মাগী দেহগা লোয়ননা আবিৰ্ভূত ওইবগুম্বা মাগী দেহগা লোয়ননা মাগী তিৰোভাবসু ওইবতনী। হংবা য়াই—মহাক্‌কী দেহগা লোয়ননা তিৰোভাব ফংখিবা থোক্‌লগদি বিষ্ণু পুৱাণা হায়ৱিবা কৱিগীনো—তত্যাজ মানুষং দেহম্—মীওইবগী দেহ থাদোক্লম্লে? পাউখুমদা হায়বা য়াই—মকমৃসিদা "মানুষদেহ" শব্দগী তাৎপৰ্য্য কৱিনো? যথাশ্ৰুত অৰ্থ লৌবা তাৱগদি "মানুষদেহ"—শব্দগী অৰ্থদি—মীওইবা খিবিকীগুম্বা খুৎ-অনী-পান্‌বা ( দ্বিভুজ ) দেহ অমনী—হায়বা তাই। অতু ওইৱবদি শ্ৰীকৃষ্ণনা খুৎ-অনী-পান্‌বা দেহতুমকা থাদোক্লে হায়বা তাই। অতুবু মতমতুদা মহাকী দ্বিভুজ দেহ লৈৱম্মী হায়বা বিষ্ণুপুৱাণা হায়—জৱা ব্যাধনা চঙশল্লগা উৱম্মী—"চতুৰ্ভুজ" ( খুৎ-মৱি-পান্‌বা ) নৱ ( মীওইবা ) অনা। "গতশ্চ দদৃশে তত্ৰ চতুৰ্ব্বাহুধৱং নৱম্। বিষ্ণু, ৫/৩৭/৬৪॥" মসিদি "মানুষদেহ" নত্তে; মৱম-সিনা "মানুষদেহ থাদোক্লে" হায়বা যথাশ্ৰুত অৰ্থদি বিচাৱ-য়াওবা নত্তে। অতু ওইৱবদি অওইবা ( প্ৰকৃত ) অৰ্থদি কৱি ওইবা তাৱে? "মানুষদেহ"-গী অৰ্থদি—মনুষ্যলোক-দা ( মীওইবগী লমদমদা ) প্ৰকটিত ( ফোঙদোক্‌পা ) দেহ হায়ৱবদি শ্ৰীবিগ্ৰহ হায়বা তাৱে। "দেহ অতু থাদোক্লম্লে"-গী অৰ্থদি—প্ৰকটিত দেহ থাদোক্লম্লে, হায়বদি দেহনা প্ৰকট ওইবতু থাদোক্লে, প্ৰকটিত দেহবু (মৱমতুনা লীলাবুসু) প্ৰকট ওইহল্লে—হায়না লৌবা তাই; মীশিংগী মমিত্তা উহল্লবতু অমুক মমিত্তগী থুপ্‌চন্‌খৱে। অসিগুম্বা অৰ্থ লৌৱগদি বিষ্ণুপুৱাণগী বাক্যশিংতু অমগা অমগা নাতৈ চানৱোই।

অসিগুম্বা অর্থবু শৌগংপা যুক্তি অমস্থং ন্যায়গী বিধানস্থ লৈ। লম্বী-চংপা মী অমনা ঈশ্বীগু, থন্‌বা সনাগী পুল অমা পুরগা অস্থুম চংলক্‌পদা য়ায়-ছুনা পোংলুমহ্থ পুবা গুমক্রুছুনা "ঈশ্বীগুগা লোয়নবা সনাবুল অহ্থ থাদোক্লে"— হায়বা য়াসী হায়রগদি ঈশ্বীগু হৈদোকুনা লুবা হস্থহল্লগা সনাবুলছুবু থম্বনী হায়বা খগুহল্লী। "সজলকনককলসং পান্থস্ত্যজতীত্যুক্তে ভারবহনশ্রমাৎ নির্জ্জলীকৃতস্য কলসস্য গ্রহণং প্রতীয়তে।" মফমসিদা "সজল-কনক-কলস"-শব্দসিদা 'কনক-কলস' (সনাবুল)—শব্দসিনা বিশেষ্য ওইরি; "সজল (ঈশ্বীগুথন্‌বা) শব্দনা মাগী বিশেষণনী। ভার পুবা গুমক্রবা পান্থ-ছুনা বিশেষ্য কনক-কলসহ্থ থাদোক্লগা চংখিনী হায়বসী ওইথোক্তে; ঈশ্বীগু হৈদোক্লগা মাগী ভার হস্থহন্দুনা কনক-কলসহ্থ পুছুনা চংকনী হায়বসিদি ওইথোকৃয়ি; মরমছুনা "ত্যজতি—থাদোকৃয়ি" হায়বা ক্রিয়াপদসিগা বিশেষ্য 'কনক-কলসগা' সম্বন্ধ থম্বদি নাতৈ-চাদে; বিশেষণ 'সজল'-গা লোয়ননা মাগা সম্বন্ধ লৈগদবনী, হায়বদি পান্থছুনা (লম্বীচংপা মীছুনা) কলসহ্থগী "সজলত্ব—ঈশ্বীগুহ্থ" হৈদোকৃয়ি। মতৌ অস্থুম্না, বিষ্ণুপুরাণ দা য়াওরিবা শ্লোকসিগী "তত্যাজ মানুষং দেহম্"-হায়বা বাক্যসিদা "দেহম্"-না বিশেষ্যনী, অহ্থগা "মানুষম্"-না দেহহ্থগী বিশেষণনী। শ্রীকৃষ্ণগী দেহ-দি সচ্চিদানন্দ ওইবনীনা মহ্থ থাদোকৃপদি ওইথোক্তে; মরমসিনা দেহগা লোয়ননা "তত্যাজ" ক্রিয়াগা সম্বন্ধ লৈবদি নাতৈ চাদে; মরমছুনা ক্রিয়াপদসিগী সম্বন্ধ লৈগদবদি বিশেষণ "মানুষম্—মনুষ্যলোকদা প্রকটিত ওইবা" শব্দসিগনী। মসিগুম্বা অর্থবু য়োক্-খংপা ন্যায়দি অসিনী—"সবিশেষণে হি বিধিনিষেধৌ বিশেষণমুপসংক্রামতঃ সতি বিশেষ্যবাধে—বিশেষণ-য়া ওবা বিশেষ্যগা লোয়মনা বিধি নত্রগা নিষে-ধগা শম্নরবদা বিশেষ্যগা লোয়ননা বিধি নত্রগা নিষেধহ্থগা সম্বন্ধ পুশন্‌বা য়াত্রবদি বিশেষণগী মথক্তা বিধি নত্রগা নিষেধহ্থগী প্রভুত্ব (মগুম) মহ্থ চংশন্‌হন্‌বা তাবনী।" মফমসিদা বিশেষ্যপদ "দেহ" গা "তত্যাজ" হায়বা ক্রিয়াপদসিগা সম্বন্ধ লৈবা য়াত্রবনীনা বিশেষণ 'মানুষ' হায়বসিগা মাগা সম্বন্ধ লৈবা তারে।

মতৌ অসুম্না উরে—বিষ্ণুপুরাণগী উক্তিগী তাৎপর্য্যদগীসু খঙবা ঙম্মদি শ্রীকৃষ্ণনা দেহগা লোয়নননা অন্তর্দ্ধান তৌখি।

মা অমা হংবা য়াই, মতুদি—শ্রীকৃষ্ণনা দেহগা লোয়নননা অন্তর্দ্ধান তৌগ্র-বোইদি—অর্জ্জুন না শ্রীকৃষ্ণগী দেহ থিরগা সংকার তৌখি—হায়না বিষ্ণু-পুরাণ্না হায়রিবসী করিগীনো? মহাভারতনসু মতু মহায়। শ্রীকৃষ্ণনা দেহগা লোয়নননা মরম্নাই ধামদা লেঙখবোইদি সংকার তৌননবা দেহদি কদায়দগী লাক্পনো?

সমস্যাসিগী সমাধান-দি অনী খোক্না তৌনবা হোৎনবা তারে।

অহান্বদা, তশেংনা উরিবদি অসিনী—বিষ্ণুপুরাণ অমসু মহাভারত অনীসিগী খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধান ওইবগী মতাঙদা হায়বা মাকম অনীগী মনুঙদা অমনা অমগী বিরোধী ওই। বিষ্ণুপুরাণগীগুম্না মহাভারত-তগীসু খঙবা ঙম্মী মতুদি—শ্রীকৃষ্ণনা দেহগা লোয়নননা অন্তর্দ্ধান তৌখি; অতুগা মহাক্না হুন্দোক্রম্বা দেহ-খৈদা সংকার তৌখি হায়বসু হায়রি। দেহগা লোয়নননা অন্তর্দ্ধান ওইগ্রবা মহাক্না দেহ হুন্দোক্রম্মী হায়বসিবু ওইবা য়াবরা? য়েৎনরিবা বাকা অনীসিগী মরক্তা অমদি চুম্বা য়াই অনীমক চুম্বদি মাদরে। করম্বনা অচুম্বনো হায়বতু য়েংবা তারে। বাক্য অমগী মরমদা করিগুম্বা লাই-রীক অমতদা মতখেন্নবা উদ্রগদি বাক্যতু পুন্নমক্না য়াননবা অচুম্বনী হায়না লৌবা তারে। শ্রীকৃষ্ণনা দেহগা লোয়নননা অন্তর্দ্ধান তৌখি হায়বসী লাইরীক পুন্নমক্তা হায়, মরমসিদা মত খেন্নবা লৈতে; মরমসিনা মসিমক সত্য-নী হায়না লৌবা তারে। অতুগা, শ্রীকৃষ্ণনা হুন্দোক্রম্নবা দেহতু লৈপাক্তা ভাতুনা লৈরম্মী—অতুগা দেহতু মৈদা সংকার তৌখি হায়বা মাসিদি পুরাণ-শিরো-মণি অমসুং প্রমাণ-শিরোমণি শ্রীমদ্ভাগবতম্দি হায়দে; মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী হুন্দোক্রম্বা দেহ লৈরম্বগী মানে অতুগা দেহতু সংকার তৌখিবগী মানে—অসিগী মরমদা মত খেন্নবা লৈরে; মসী মী পুন্নমক্না য়াননবা মত নত্রে হায়তুনা—থোইদোক্না হুন্দোক্রম্বা দেহ লৈরম্বগী মা অমদি সংকার তৌবগী

য়া য়াওবা লাইরীক অনীতুগী লাইরীক খুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা দেহগা লোয়ননা অন্তর্দ্ধান তৌবগী য়া হান্ননা হায়তুনা লৈবা মরম্মা—য়াকমসিবু ( হুন্দোক্রম্বা দেহ লৈরম্বগী য়া খঙহনবা বাক্যবু ) মত্যানী হায়না লৌবা য়াদে। পুক্কীও চঙদবদগী লাইরীক অনীতুদা হুন্দোক্রম্বা দেহগী য়াহু পলম্বা তায়ে। কনা কনাগুম্বা খবিনা পুক্কীং খিংজন্দবগী য়াসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী উবা ফংগী। শ্রীশুকদেবগোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মফমদা হায়—"এবং বদন্তি রাজর্ষে ঋষয়ঃ কে চ নান্বিতাঃ। যৎ স্ববাচো বিরধ্যেত নূনং তে ন স্মরন্ত্যত। শ্রীভাগবত, ১০/৭৭/৩০ ॥ —হে রাজর্ষেঃ। ( শাল্ব মায়ানা ওইহনবা বসুদেববু হাৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী থয়াই চুংঙাইরম্দে ) কনা কনাগুম্বা খবিনা য়া অসী হায়। মসিদগী ঐনা খনবদি, মখোয়হুনা তুং-মাঙ খিজললগা য়া ঙাওদে, মছা মছাগী য়াফমুদা য়েৎনঙাই লৈবদে। মখোয় নীঙশীঙদে"। মায়ানা মক্ষরা পুক্‌চেল-চেল্লিবা মীচমশিংনা থাজগদবা য়াত ঙাক্তা বিষ্ণুপুরাণ অমসুং মহাভারত হায়বা লাইরীক্তা ইশল্লবনী।

অ- শুবদা, কনা কনামনা হায়বা য়াই—বলদেবগীনে অতুগা মহৈ মহৈ হাৎলখিবা যাদবশিংগীনে হুন্দোক্রম্বা দেহশিংতু লৈমাই থক্তা তাহুনা লৈহৌরনী অতুগা মখোয়না হুন্দোক্রম্বা দেহশিংগীসু সংকার তৌগে। বলরামদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসরূপনি; মরমতুনা মহাকী দেহসু প্রাকৃত নত্তে, মাগীসু পোকপা-শিবা লৈফম থোক্তে ; মহাক্ সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহনী। অতুগা, যাদবশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য পার্ষদনী ; মরমতুনা মখোয়সু জীবতত্ত্ব নত্তে, মখোয়গীসু পোকপা-শিবা লৈবা হৌনদে। শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব তিরোভাবকী মতৌগুম্বা মখোয়গীসু আবির্ভাব তিরোভাব নী। মখোয়সু সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহনী। অতুম ওইনমক, মখোয়সু দেহ হুন্দোক্রম্মী, মখোয়গী হুন্দোক্রম্বা দেহগী সংকার তৌখি হায়বসে শ্রীমদ্ভাগবতসু হায়। মরমসিনা মত-খেন্নবা লৈতে ; মরমতুনা মসীসু অওইবনী হায়না লৌবা য়াই। মতুমক ওইরগদি শ্রীকৃষ্ণগী হুন্দোক্রম্বা দেহ লৈরম্মী অমসু মতুগী সংকার তৌখি হায়রতু করম্না য়েৎকদৌরি ?

পাউথুম—বলদেবগা যাদবশিংগা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য পার্ষদনী, সচ্চিদানন্দ-তত্ত্বনী, মখোয়গী পোক্‌পা-শিবা-লৈত্তে, আবির্ভাব-তিরোভাবতমক লৈ হায়বা য়াসে সত্যনী। অমুক্ত, মসি চুম্বগুম্না, মখোয়গী দেহ লৈহৌয়ি অমসুং সংকার তৌথি হায়রুসিনু সত নী ( অওইবনী )। অতুবু সংকার তৌথিবা দেহশিংদো মখোয়গী দেহ নংলম্‌দে। দেহশিংসী মায়া কল্পিত ( মায়ানা ওইহনবা ) ডাক্নী। অসিগুম্বা মায়াকল্পিত দেহগী য়া অতৈনু শাস্ত্রদা উবা ফংডী। অগ্নিপুরাণ-দগী থঙবা ডম্মী মহুদি—রাবণনিংথৌনা হুরান্‌খিবা সীতাদো অওইবা সীতা নংতে, মহাক্তি অগ্নিদেবগী কল্পিত ছায়াসীতানী নত্রগা মায়াসীতানী ( মধ্যলীলাগী নবম পরিচ্ছেদ য়েংবিয়ু )। মহাভারতকী স্বর্গারোহণ-পর্ব্বদগীসু থঙবা ডম্মী—যুধিষ্ঠিরনা স্বর্গদা চংখিবা মতমদা অর্জ্জুনখোয়গা লোয়ননা লৈমিন্নগে হায়বদা মহাকপু মখোয়গী নাক্তা পুশনখি; মতমতুদা মহাক্না উখি—মখোয়দো নরক-তা বাস তৌরম্মী। মসিদা মহাক্না ওক্রুবদা মহাকী অঙকপদো কোক্‌হন্নবা হায়তুনা ধর্ম্মরাজ-না মভোন্দা হায়রম্মী—হে যুধিষ্ঠির, অর্জ্জুননচিংবা ননাওশিংসে তশেংবদি নরক-তা লৈত্তে। নঙনা উরিবা নরক-সে দেবরাজ ইন্দ্রগী কল্পিত মায়ানী। "ন চ তে ভ্রাতরঃ পার্থ নরকস্থা বিশাম্পতে। মায়ৈষা দেবরাজেন মহেন্দ্রেণ প্রয়োজিতা।"

যাদবশিংগী লংশেরুম্বা-মানবা দেহশিংতুনক মায়াকল্পিত ওইবদা নত্তনা মৌষল লীলা পুন্ননক শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানী; মতু শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না সারথি দারুক-কী মফমদা হায়খি। "ত্বন্ত মদ্ধর্ম্মমাস্থায় জ্ঞাননিষ্ঠ উপেক্ষকঃ। মন্মায়ারচিতামেতাং বিজ্ঞায়োপশমং ব্রজ॥ শ্রীভাগবত, ১১/৩০/৪৯॥—মৌষল-লীলা লোইরবদা শ্রীকৃষ্ণনা দারুক-তা হায়রম্মী—নঙস্ন ঐগী ধর্ম্ম থাজতুনা জ্ঞান-নিষ্ঠ অমসুং উপেক্ষক ( থৌশাদবা ) ওইতুনা মসি পুম্বা ঐগী মায়ানা থোক্‌-হনবনী হায়বা খঙতুনা শান্তি ফংবা ওইরো॥" শ্লোকসিগী ক্রমসন্দর্ভ টীকাদা হায়—অথ দারুকসান্ত্বনায় মৌষলাদ্যার্জ্জুনপরাভবপর্য্যন্তায়া লীলায়া ইন্দ্র-জালবদরচিতত্বপদিশতি ত্বস্থিতি। ............অধুনা প্রকাশিতাং সর্ব্বামেব মৌষলাদিলীলাং মম মায়য়া এব ইন্দ্রজালবদ্ রচিতাং বিজ্ঞায়-ইত্যাদি—হৌজিক

.. ফোঙলিবা মৌষল-নচিংবা লীলা পুম্নমক্সে ইন্দ্রজালগী (মিত্রংগী) মতৌগুম্না ঐগী মায়াকল্পিতনী হায়না খঙঙ্ ।

প্রভাসতীর্থদা শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা শুমৎখিবদগী যাদবশিং মখোয় মশেল হাৎন-শুনখিবহুগী য়াহুস্ শ্রীশুকদেবগোস্বামীনা হায়খি। "কৃষ্ণমায়াবিমূঢ়ানাং সংঘর্ষঃ সুমহানভূৎ ॥ শ্রীভাগবত, ১১/৩০/১৩ ॥" অদুগা শ্রীকৃষ্ণ মছামক অন্তর্দ্ধান তৌরগে হায়না লেপ্লদগী মছামক্কী দ্বারকাপরিকর যাদবশিংবুস্ অন্তর্দ্ধান তৌহল্লগে হায়না সঙ্কল্প তৌখিবা অদুগা যাদবশিং মশেল খৎনহল্লগা মহুক্কীদমক মখোয়বু অন্তর্দ্ধান তৌহন্নবা হায়হুনা ব্রহ্মশাপ তৌহন্খিবা—অদুগী য়াস্ শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী।

পুম্নমক্সী শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা ওইহন্বা ইন্দ্রজাল-নী হায়বহু শুকদেবনস্ পরীক্ষিত মহারাজগী মফমদা হায়খি। "রাজন্ পরস্য তনুভৃজ্জননাপ্যয়েহা মায়া বিড়ম্বনমবেহি যথা নটস্য ॥ —হে ইনিংথৌ, যাদবশিংগী অমসুং মহাক মছামক্কীস্ আবির্ভাব-তিরোভাব-তৌবদি নটনা তৌবগুম্না তৌবা মায়াগী অভিনয় ওাক্নী। —শ্রীভাগবত, ১১/৩১/১১ ॥" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ-চক্রবর্ত্তীনা ঐন্দ্রজালিক অমগী য়ারী অমা লীরম্মী। ঐন্দ্রাজালিক নট অমনা নিংথৌ অমগী সভাদা লাক্লগা মাগী হৈশিংবা উৎকে হায়হুনা মহাকী হক্চাঙ অমখক্কুদগী চিংঙৈখে নিংথৌ লীশীঙ লীশীঙ নিংথৌমচা লীশীঙ লীশীঙ, শগোল, শামু, লান্মীনচিংবা থোক্হল্লগা মখোয় মশেল খৎনহল্লগা থুংলাইনা শোক্তুনা মখোয় লোইনমক্পু থরাই থাহনখি। মতুঙদা মছামক্না যোগাসনদা ফম্লগা সমাধিদা লৈবগী মতৌ মাল্হন্খি। মতমতুদা মাগী হক্চাঙদগী মৈ হৌরক্তুনা মাগী দেহহু উং থুল্হন্খি। মহু উবদা মাগী মতুমচাস্ মথরাই শুংঙাইতবদগী মৈনুঙদা চঙহুনা থরাই থাখি। নুমিৎ খরনিগী মতুঙদা নিংথৌনা চিঠি অমা ফংখি, মহুদা ঐন্দ্রজালিক নটহুনা মঙোন্দা খঙহল্লক্য়ি—নিংথৌনা উখিবা পুম্নমক্তো নটকী ইন্দ্রজালবিদ্যাগী কলাকৌশল ওাক্নী; লোইনমক মিথ্যানী (অওইবা অমতা নত্তে)। শ্রীকৃষ্ণগী মৌষল-লীলাস্ ঐন্দ্রজালিক নটনা তৌবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মায়াগী কলাকৌশল-ওাক্পনী—অওইবা অমতা নত্তে।

তশেংবমক, শ্রীকৃষ্ণনা লীলা অন্তর্দ্ধান তৌননবা সঙ্কল্প তৌবা মতমদা নিত্য পরিকর প্রদ্যুম্ন-নচিংববু অন্তর্দ্ধান তৌহল্লগা, লীলা প্রকট তৌবা মতমদা মখোয়গী মমুংদা চঙহন্খিবা কন্দর্পকার্ত্তিকেয়নচিংববু লৌথোক্লগা (মী খ্বায়নদি উদবা মওংদা), মায়ানা কোক্হন্বা দেহ পীরগা মখোয়বু প্রদ্যুম্ন-নচিংবা ওইনা খ্বায়গী মমাঙদা উহন্খি। মতুংদা অতৈ অতৈ দ্বারকা-বাসীশিংগা লোয়ননা মখোয়বু পুরগা শ্রীকৃষ্ণনা প্রভাসতীর্থদা লেঙলগা মখোয়বু দান-ধ্যান-নচিংবা তৌহন্খি। মায়ানা শাগৎপা দেহগী মপু ওইবা দ্বারকাবাসীশিংনা মৈরেয়-মধু (য়ু মখল অমা) থক্লুনা বুদ্ধি মাঙথরক্খি অদুগা মখোয় মশেল থৎনজুনা হাৎতোক্লখি। প্রদ্যুম্ননচিংবগী মায়া-কল্পিত দেহদগী মহাক্না কন্দর্প-কার্ত্তিকেয়নচিংবা আধিকারিক ভক্তশিংবু মখোয়গী মফম-মফমদা-স্বর্গনচিংবদা থাখি। অদুনা লৈহৌবা মৈ-থাদোক্খিবা দেহশিং পুম্নমক্তা মায়াকল্পিতনী।

অদুবু শ্রীকৃষ্ণগীদি মায়াকল্পিত দেহ লৈরম্দে; অন্তর্দ্ধানগী মতুংদা মহাক্কী হুন্দোক্লম্বা দেহসু লৈরম্দে। মছাগী গুরু সন্দীপনি মুনিগী অশিবা মচাবু যমপুরীদগী মহাক্কী মর্ত্ত্যদেহমক্তদা হন্না পুরক্খিবা, মনাগী গর্ভদা ব্রহ্মাস্ত্রনা চাক্লবা পরীক্ষিতবু কন্বিখিবা, যমগী যম ওইরিবা শঙ্করবু ফাওবা তেল-গী লান্দা মায়খিবা পীখিবা, জরা কৌবা ব্যাধবু দেহগা লোয়ননা স্বর্গদা থাখিবা, অদুগুম্বা মহাক্না মছাবু কন্জবা ঙম্মোইদরা? মহাক্না দেহগা লোয়ননা মরম্মাই ধামদা চঙবদি ঙম্ফম্ থোক্কবরা? "মর্ত্ত্যেন যো গুরুসুতং যমলোকনীতং ত্বাঞ্চানয়চ্ছরণদঃ পরমাস্ত্রদগ্ধম্। জিগ্যেঽন্তকান্তকমপীশমসাবনীশঃ কিং স্বাবনে স্বরনয়ন্মৃগয়ুং সদেহম্॥ শ্রীভাগবত, ১১/৩১/১২॥"

মতৌশুম্না উরে—মৌষললীলানে অমত্তং মদুগা মরী লৈনবা থোদোক পুম্নমক মায়াগী ভাক্তনী, অওইবা নত্তে হায়বদু।

শ্রীকৃষ্ণগী মৌষললীলানচিংবদু মায়াকল্পিতনী হায়বা মায়ানা মোংহল্লবা চিত্তগী প্রাকৃত ওইবা মীশিংনা খঙবা ঙম্দে। মীৎ-নাপু কাবা মীওনা ঙৌরাক ঙৌবা লংঙ্গ্রিক লংবা মোইবুঙবু নাপুমচুগী ওইনা উবগুম্না মায়াবদ্ধ

জীবনা শ্রীকৃষ্ণগী সচ্চিদানন্দ-গী ওইবা লীলাবু প্রাকৃত-নী হায়না খল্লী, অদুগা দ্বারকাবাসীশিংগা লোয়ননা প্রাকৃত ওইবা মীগুম্না দেহ ছন্দোক্রম্মী অমসুং মহাকী লৈমশিংসু মৈনুঙদা চঙদুনা শিথি হায়নসু খল্লী। মসুম্না খন্বসী প্রাকৃত লোকশিংতনা খন্বা নত্তে; শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা শুম্থিবনা অর্জ্জুন-নচিংবসু অদুগা পরাশরনচিংবা মুনিশিংনা (বিষ্ণুপুরাণদা) অদুগা বৈশাম্পায়-নসু (মহাভারতদা) মীচমশিংনা থাজনরিবা অদুগী মতৌগুম্বা রাদমক ইরম্মী। অর্জ্জুন-না সৎকার তৌখিবা দেহশিং পুম্নমক মায়াকল্পিত ভাক্রী হায়বদু শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা অর্জ্জুনসু খঙবা উম্থিদে। খঙদদুনা মীচমশিংনা খল্লম্মী—লোইনমক দেহ থাদোক্লম্লে; ময়াম্না থাজনরিবসীগী মতুঙ ইন্দুনা বৈশম্পায়ন-না মহাভারতকী অদুগা পরাশরনা বিষ্ণুপুরাণগী রাতু ইরম্বনী।

কেশাবতার—কেশ+অবতার=কেশাবতার, শম্গী অবতার।

বিষ্ণুপুরাণ-দগী খঙবা উম্মী, হিংচাবগী শাজৎ-চৎপা নিংথৌশিংনা ওৎলবদা পৃথিবীনা মাগী অরাবা কোকৃহনবগীদমক ব্রহ্মাগী নাক্তা য়ৌরুবা মতমদা লাইয়াম অতৈগা লোয়ননা ব্রহ্মানা ক্ষীরোদ সমুদ্রগী তোর্বান্দা থুংলগা ক্ষীরোদশায়ী বিষ্ণুগী স্তবস্তুতি তৌদুনা পৃথিবীগী অরাবগী রা হঙৎ-লুবদা—"এবং সংস্তূয়মানস্তু ভগবান্ পরমেশ্বরঃ। উজ্জহারাত্মনঃ কেশৌ সিতকৃষ্ণৌ মহামুনে॥ উবাচ চ সুরানেতৌ মৎকেশৌ বসুধাতলে। অবতীর্য্য ভূবোভারক্লেশহানিং করিষ্যতঃ॥ বিষ্ণু, ৫/১/৫৯-৬০॥" শ্লোক-অনীসিগী যথাশ্রুত অর্থদি অসিনীঃ—পরাশর ঋষিনা মৈত্রেয়দা হায়রম্মী—"হে মহা-মুনি! ভগবান্ পরমেশ্বরবু অসুম্না স্তুতি তৌরবা মতুঙদা মচাগী শম্ অঙৌবা অমগা অমুবা অমগা ফৃকৃতৎলগা লাইয়ামদা হায়রম্মী—ঐগী শম্না অনীসি পৃথিবীদা কুম্লগা পৃথিবীগী অরাবা কোকৃহনগনী।' মসিগী তুংদা বিষ্ণুপুরাণ্না হায়রম্মী— অমুবা শম্নানা দেবকীগী নীপানশুবা গর্ভদা অদুগা অঙৌবা শম্নানা দেবকীগী তরেৎশুবা গর্ভদা পোক্লগা কংসনচিংববু মাঙহনগনী।

মথক্তা পল্লিবা যথাশ্রুত অর্থদগী কনা কনাগুম্বনা খল্লী—ক্ষীরোদশায়ীগী অমুবা শম্নাগী অবতার-না শ্রীকৃষ্ণনী অদুগা অঙৌবা শম্গী অবতার না

বলরাম-নী। কেশ-শব্দগী চৎনরিবা অর্থদি—শম্ হায়বনী, সংস্কৃত লোন্দা বাল, কচ, কুন্তল, চিকুর-নচিংবগী অর্থ শম্ হায়বনী ; কৃষ্ণ-বলরামবু ক্ষীরোদশায়ীগী কেশকী অবতারনী হায়বা মীশিংনা থল্লী—কৃষ্ণ-বলরামদি ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণগী কোক্তা লৈবা শম্গী অবতারনী।

মহাভারত তসু মদুগুম্বা উক্তি উবা ফংঙী। "স চাপি কেশৌ হরিরুদ্ববর্হে শুক্লমেকমপরঞ্চাপি কৃষ্ণম্। তৌ চাপি কেশাবাবিশতাং যদূনাং কুলে স্ত্রিয়ৌ রোহিণীং দেবকীঞ্চ। তয়োরেকো বলভদ্রো বভূব যোহসৌ শ্বেতস্তস্য দেবস্য কেশঃ। কৃষ্ণো দ্বিতীয়ঃ কেশবঃ সংবভূব যোহসৌ বর্ণতঃ কৃষ্ণ উক্তঃ॥ শ্রীকৃষ্ণসন্দর্ভ।২৯/ধৃতবচন।" শ্লোকশিংসিগী যথাশ্রুত অর্থদি বিষ্ণুপুরাণগী শ্লোক অদুগী যথাশ্রুত অর্থগুবনী।

প্রসঙ্গ অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী উক্তিদি অসিনী—"ভূমেঃ সুরেতরবরূথবিমর্দ্দিতায়াঃ ক্লেশব্যয়ায় কলয়া সিতকৃষ্ণকেশঃ। জাতঃ করিষ্যতি জনানুপলক্ষ্যমার্গঃ কর্ম্মাণি চাত্মমহিমোপনিবন্ধনানি॥ শ্রীভাগবত, ২/৭/২৬—অসুর লান্মীনা নৈহৎলবা পৃথিবীগী ভার কোক্হন্নবগীদমক অঙৌবা-অমুবা শম্-হৌবা ভগবান্না মচামক্সী অংশ বলরামগা লোয়ননা অবতার তৌরগা মচাগী খ্বায়গা মান্নদবা মাধুর্য্যগা মহিমাগা উৎতুনা লীলা তৌগনী। মহাক্কী লীলাগী রহস্যদি ( অথুপ্পা রাদি ) পুম্নমক্কা খঙবা য়ায়।" শ্রীমদ্ভাগবতম্গী শ্লোকসিদা পৃথিবীগী ভার কোক্হন্নবগীদমক অবতার তৌরক্নি হায়না হায়রিবা মহাকপু "সিতকৃষ্ণকেশঃ—অঙৌবা-অমুবা-শম্-হৌবা" হায়না হায়রি। বিষ্ণুপুরাণগা মহাভারতকা অনীগী উক্তিগী যথাশ্রুত অর্থগা সঙ্গতি থম্দুনা অর্থ হল্লগদি খন্বা য়াই—ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণমক্তা পৃথিবীগী ভার কোক্হন্নবগীদমক অবতার তৌরক্পনী হায়না, মরমদি, বিষ্ণুপুরাণগী মহাভারতকী শ্লোকশিংগী যথাশ্রুত অর্থদা ক্ষীরোদশায়ীমক অঙৌবা-অমুবা-শম্-হৌবনী হায়না থল্লী।

অদুবু যথাশ্রুত অর্থসী বিচার-য়াওবা নত্তে। মদুগী মরমদি অসিনী ;

"কেশ"—শব্দগী সাধারণ অর্থদি শম্ হায়বনী। মসাগুদা পন্থিবা শ্লোক-শিংদা 'শম্-গী' অর্থদা "কেশ"-শব্দবু শীজন্নরে হায়না খল্লগদি মসিমসু খন্বা তাই মতুদি—ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণগী কোক্তা অঙৌবা অমসুঃ অমুবা মচুগী শম্ হৌরম্মী নত্রগা হৌয়ি। অদু ওইরবদি অসিমসু খন্বা তাই মতুদি—ক্ষীরোদশায়ীগী কোক্তী শম্দো অহান্বদা লোইনমক মুমুম্বনী, মতমগী মতুং ইন্না শম্ খরদি ঙৌরক্পনী। অতুবু ক্ষীরোদশায়ীগী শম্ মঙৌশানা ঙৌয়ি মুই হায়বগী প্রমাণ অমত্তা কদায়দসু ফংদে। "ন চাস্য নৈসর্গিক-সিতকৃষ্ণতেতি প্রমাণমস্তি॥ শ্রীভাগবত, ২/৭/২৬-শ্লোক অতুগী টীকাদা ক্রমসন্দর্ভ॥" মরমসিনা মহাক্কী শম্দি মঙৌশানা ঙৌয়ি-মুই হায়না ঙৌবা অনুমানদি বিচার-য়াওবা ঙম্লা নত্তে। অতুগা, মহাক্কী শম্দি অহান্বদা লোইনমক মুরম্মী কোম্মুংদা মতম্না লাক্শল্লকুনা শম্ খরদি ঙৌখিবনী হায়না অনুমান তৌবসু লৌবা য়াবা নত্তে ; অনুমানসিবু চুম্মী হায়না লৌবা তারবদি—মীচম্দোনা ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণসু মতমগী মখা পোল্লী হায়না লৌবা তারক্য়ি। দেবতাদবু ওইরবদি মহাক হন্নদে হায়বদি য়াম্না খঙনরবা য়ানী। ভগবান্দি মতমগী প্রভাবক্তা য়াংমদনী ঃ অতন্-ওইবা মতমদা মীওইবগীদি শম্ ঙৌরক্নি ; ভগবান্গী জরাদি (হন্নুবা কীভম) ওইথোক্তবনী ; মহাক্কী শক্‌ফম্দি (রূপ-তি) নিত্যনি (মতমপুম্বদা হোংবা নাইদবনী)। মরমসিনা মতমগী প্রভাবনা ক্ষীরোদশায়ীগী শম্ খরা মুল্লহুনা ঙৌখিবনী হায়বা অনুমানসে বিচার-য়াওবা য়া নত্তে। মতৌ অসুম্না শ্লোক-তা য়াওবা 'কেশ'-শব্দগী অর্থ শম্ হায়বদি বিচার-য়াওবা নত্তে হায়বা উরে। অদু ওইরবদি করি অর্থদা 'কেশ'-শব্দসী শীজন্নরিবনো হায়বত্ত য়েংবা তারে।

বিষ্ণুপুরাণ, মহাভারত অমদি শ্রীমদ্ভাগবত-কী মফম পুম্নমক্তা 'কেশ'-শব্দদমক শীজন্নরম্মী ; বাল, কচ, কুন্তল, চিকুর-নচিংবা শম্গী অর্থ ঙম্বা শব্দ অমত্তা কদায়দসু শীজন্নরম্দে। মসিদগী খন্বা য়াবদি, খোইদোকপা অর্থ অমদা কেশ শব্দসী মফমশিংসিদা শীজন্নবা ওইরম্গনী হায়বসিনী। ভগবান্গী মঙাল্বু (তেজ, কিরণ, শক্তিনচিংববু) খোইদোকপা অর্থ অমদা 'কেশ' হায়না

শীজন্নবগী প্রমাণস্থ লৈ। সহস্রনাম-ভাষ্যদা য়াওবা মহাভারতকী বচন-দা উবা ফংডি, ভগবান্না হায়—ঐঙোন্দা লৈবা মঙান্ ( অংশু ) পুন্নমকী মিং "কেশ" কৌয়ি ; মরমদুনা পুঙখঙ-খঙবা মুনি অথোইবশিংনা ঐবু 'কেশব' কৌয়ি। "অংশবো প্রকাশন্তে মম তে-কেশ-সংজ্ঞিতাঃ। সর্ব্বজ্ঞাঃ কেশবং তস্মান্মামাহুর্মুনিসত্তমাঃ ॥" কেশ-ব—কেশব ; কেশ শব্দগী তুংদা অস্ত্যর্থে ব-প্রত্যয় ; অর্থ—কেশ ( মঙান্ ) লৈবা মহাক্কী মিংদি কেশব-নী। মোক্ষধর্ম্মদা হায়রি—নারদনা ভগবান্গী মনূঙদা মচু মথল মথলগী মঙান্ অপুন্বা উখি। শ্রীকৃষ্ণগী অবতারগী য়া হায়বা মতাঙদা মফম পুন্নমক্তা "কেশ"-শব্দ শীজন্নবা মতমদা কদায়দস্থ শম্-গী অর্থ ফোঙদোকপা বাল, কচ,-নচিংবা য়াহে অনতা শীজন্নখিদে অদুগা ভগবান্না লন্নাই চীন্নক্তদা, মাগী মঙান্বু (কিরণবু) "কেশ" কৌয়ি হায়বনীনা, নারদ মছামক্তস্থ মমীৎমক্তা ভগবান্দা মচু মথল মথাগী মঙান্ উখি হায়রবনীনা—মথক্তা লৌখৎলিবা শ্লোক পুন্নমক্তা জ্যোতিঃগী ( মঙান্গী ) অর্থদা 'কেশ'-শব্দ শীজন্নবনী হায়বসিদা চিংনমঙাই করিমতা লৈতে। "তত্র চ সর্ব্বত্র কেশেশ্বর-শব্দপ্রয়োগাৎ নানাবর্ণাংশূনাং শ্রীনারদ-দৃষ্টত্বয়া মোক্ষধর্ম্মপ্রসিদ্ধেশ্চ ॥ শ্রীকৃষ্ণসন্দর্ভ /২৯ ॥" নৃসিংহ পুরাণ-দস্থ সিদ্ধান্তসিবু য়োকৃখৎপা প্রমাণ ফংবা ঙম্মী। "শ্রীনৃসিংহ পুরাণে সিতাসিতে চ মচ্ছক্তী ইতি তচ্ছক্তিদ্বারৈব শ্রীকৃষ্ণেন তদংশেনাপেক্ষয়া ॥ শ্রীকৃষ্ণ-সন্দর্ভঃ ॥ ২৯ ॥ নৃসিংহ পুরাণদা শ্রীনৃসিংহদেবনা হায় —"ঐগী অঙৌবা (সিত) অমুবা (অসিত) অসিনী, শক্তিনা কংসনচিংববু হাৎকনী। উক্তিসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মদুদি শ্রীনৃসিংহদেবগী অমুর হাৎনবা শক্তিনা শ্রীরামকৃষ্ণগী মনূঙদা লৈদুনা কংস-নচিংববু হাৎকনী। শ্রীনৃসিংহদেবগী মনূঙদা অমুর হাৎনবা শক্তি লৈরিবদুনা শ্রীকৃষ্ণগা মনূঙদা লৈবা বিষ্ণুদগী থোরক্তুনা অমুর-বু হাৎলী। ( অংশু, কিরণ, তেজঃ, শক্তিনচিংবসী অর্থ অমতগী শব্দঙাক্নী )।

মতৌপুন্না উরে—বিষ্ণুপুরাণ-নচিংবগী শ্লোক-তা "তেজঃ নত্রগা শক্তিগী অর্থদা "কেশ"-শব্দ শীজন্নরি।

হৌড়িক হংবা য়াই—"কেশ"-শব্দগী "তেজঃ হায়বদি জ্যোতিঃ" অথ লৌরগদি বিষ্ণুপুরাণ নচিংবগী উক্তিগী তাৎপর্য্য করি ওইগনী ?

বিষ্ণুপুরাণ—নচিংবগী শ্লোক-কী তাৎপর্য্য নৈনগদৌরি। অসুবু মসুগী মমাঙদা য়া অমদি নীঙশীঙবা তাই। বিষ্ণুপুরাণ-দা অক্রুরনা তৌবা স্তব-তা শ্রীকৃষ্ণবু "পরমব্রহ্ম" হায়না পল্লী (ন যত্র নাথ বিদ্যন্তে নামজাত্যাদিকল্পনাঃ। তদ্ব্রহ্ম পরমং নিত্যমবিকারি-ভবানজ ॥ ৫/১৮/৫৩ ॥) অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু— পরব্রহ্মস্বরূপ ওইব, অমসুং পরব্রহ্মগী বাচক ওইবা অক্ষর ওঙ্কারসুমুনী হায়না হায় ( বিশ্বং ভবান্ সৃজতি সূর্য্যগভস্তিরূপে বিশ্বঞ্চ তে গুণময়োঽয়মজ প্রপঞ্চঃ। রূপং সদিতি বাচকমক্ষরং যৎ জ্ঞানাত্মনে সদসতে প্রণতোঽস্মি তস্মৈ ॥ ৫/১৮/৫৭ )। প্রণব ওইবা মহাক অসুগা প্রণব—না মহাকী বাচক ( খঙহন্নবগী পোৎ ) ওইবা, পরমব্রহ্ম ওইব। মহাক,—অসুগুম্বা মহাক্না কনা-মতগী অংশ ওইবা য়াদে, অতৈ পুম্নমক মগী অংশনী হায়বদি বিভূতিনী। মহাক স্বয়ংভগবান্নী। বিষ্ণুপুরাণসু য়াফমদো তশেংনা হায়রি। "যত্রাবতীর্ণং কৃষ্ণাখ্যং পরব্রহ্ম নরাকৃতিম্ ॥ ৪/১১/১২ ॥"—জগত্তা অবতীর্ণ ওইরবা মীওইবগী শক্-লৌবা শ্রীকৃষ্ণদি পরব্রহ্মনা—মরমসুন, স্বয়ং ভগবান্নী হায়বদো শ্লোকসিদা হায়রি। মমাঙদা পন্থিবা বিষ্ণুপুরাণ শ্লোক-কী মসুঙচন্‌বা "বিশ্বং-ভবান্ সৃজতি" হায়বা বাক্যসিদা শ্রীকৃষ্ণবু জগৎশেম্বা মপুনী হায়রি। ক্ষীরোদশায়ীদি জগৎপু ঙাকশেন্‌বীবা মপুনী (পালনকর্ত্তানী); মহাক সৃষ্টি-কর্ত্তা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু ( ক্ষীরোদশায়ী ) অমসুং শিব ওইনা জগৎপু শেম্বা, ঙাক্পা অমসুং লোইশন্‌বা ( সংহার ) তৌরি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু ( ক্ষীরোদশায়ী ) অমসুং শিবসে শ্রীকৃষ্ণমকী প্রকাশবিশেষনী ( থোইদোকপা শক্‌ফোঙনী হায়বসু অক্রুরগী স্তব-তা বিষ্ণু পুরাণা হায়রি। "প্রসীদ সর্ব্বসর্ব্বাত্মন্ ক্ষরাক্ষরময়েশ্বর। ব্রহ্মাবিষ্ণুশিবাদ্যাভিঃ কল্পনাভিরূদীরতঃ ॥ বিষ্ণু, ৫/১৮/৫১ ॥" প্রমাণশিংসিনা পাঙ্গল ওইদুনা বিষ্ণুপুরাণ দগী খঙবা ঙম্মী মসুদি—শ্রীকৃষ্ণমক স্বয়ং ভগবান্নী, পরম ব্রহ্মনী অমসুং ক্ষীরোদশায়ীনা মহাকী প্রকাশবিশেষ-নী হায়বদি অংশনী।

মহাভারতকী মনুঙচন্‌বা শ্রীমদ্‌ভগবদ্‌গীতাদগী খঙবা ঙম্মী—শ্রীকৃষ্ণদি প্রণব নী, অমসুং শ্রীকৃষ্ণদি পরম ব্রহ্ম-নী, লোইনমকী পরম ধাম হায়বদি

তুঙফম্নী, লোইনমক্কী অহানুবনী, পোকৃপা-নাইদবনী, শাশ্বতনী ( নিত্যনী ), বিভু-নী। "পিতাহমস্য জগতো মাতা ধাতা পিতামহঃ। বেদ্যং পবিত্র-মোঙ্কারঃ ঋক্ সাম যজুরেব চ ॥ ৯/১৭ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী উক্তিনী। পরংব্রহ্ম পরং-ধাম পবিত্রং পরমং ভগবান্। পুরুষং শাশ্বতং দিব্যমাদিদেবমজংবিভুম্ ॥ ১০/১২ ॥ অর্জ্জুনগী উক্তিনী ॥" শ্রীকৃষ্ণদগী থোইবা অতৈ কনামতা লৈতে হায়বসী গীতানস্থু হায়রম্মী। "মত্তঃ পরতরং কিঞ্চিদস্তি ধনঞ্জয় ॥ ৭/৬ ॥" শ্রীকৃষ্ণগী উক্তিনী। মতৌ অসুম্না মহাভারত অদুদগীসু খঙবা ঙম্মী— শ্রীকৃষ্ণতনা পরম ব্রহ্ম-নী ; স্বয়ং ভগবান্নী, লোইনমক্কী ( মরমদুনা ক্ষীরোদ-শায়ীগীসু ) আদিনী অমসুং পরম আশ্রয়নী।

বেদ-ইতিহাস পুম্নমক্কী সার ( মচি ) প্রমাণ-শিরোমণি শ্রীমদ্‌ভাগ-বতমসু হায়—"এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্ ॥ শ্রীভাগবত, ১/৩/২৮ ॥ —শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নী, অতৈ ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক (মরমদুনা ক্ষীরোদশায়ীসু) মহাক্কী অংশ-কলা ওাকনী।" শ্রীকৃষ্ণদা ব্রহ্মানা তৌবা স্তব অদুদা, কারণার্ণবশায়ী, গর্ভোদশায়ী অমসুং ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণদি শ্রীকৃষ্ণগী অংশনা হায়বদু শ্রীমদ্‌ভাগবতম্না শোনা হায়রম্লে। "নারায়ণস্ত্বং নহি সর্ব্বদেহিনামাত্মাস্যধীশাখিললোকসাক্ষী। নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলানয়াৎ তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া ॥ শ্রীভাগবত, ১০/১৪/১৪ ॥"

শ্রুতিদসু অদুগুম্না উক্তি ফংঙী। "ওঁ যোঽসৌ পরং ব্রহ্ম গোপালঃ ওঁ ॥ উত্তরগোপালতাপনী। ৯৪ ॥—গোপাল ( শ্রীকৃষ্ণ ) অদু পরব্রহ্মনী।" পরব্রহ্ম (শ্রীকৃষ্ণ) গী মরমদা শ্বেতাশ্বতরশ্রুতিসু হায়—"তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরং তং দেবতানাং পরমঞ্চ দৈবতম্। পতিং পতীনাং পরমং পরস্তাৎবিদাম দেবং ভুবনেশমীড্যম্ ॥ ৬/৭ ॥"— বাক্যসিনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বর পুম্নমক্কীসু পরম-মহেশ্বরনী, পতি ( জগৎকী ঙাকপা-শেন্‌বীবা মপু ) লোইনমক্কীসু পতি-নী ( মপুনী ) হায়রি। মরমদুনা জগৎকী পালনকর্ত্তা (পতি) ক্ষীরোদ-শায়ীগীসু মহাক্না পালন-কর্ত্তানী হায়না শ্রুতিবাক্যসিদগীসু খঙলে।

ব্রহ্মসংহিতাদা ব্রহ্মানসু হায়—"ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।

অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥ ৫/১ ॥— শ্রীকৃষ্ণদি পরম ঈশ্বরনী (ঈশ্বর মকোক্লী) (শ্বেতাশ্বতরগী ঈশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরম্), অনাদি (মহোম্দগী হান্‌বা হায়বদি নাগী থোরক্‌ফম লৈতবা), আদি ( মহাক্লা লোইনমক্কী অহান্‌-বনী ), কারণ ( থোরক্‌ফম ) পুম্নমক্কী কারণ ( থোরক্‌ফম )-নী অমসুং মাগী দেহদি সচ্চিদানন্দবিগ্রহনী ।

মতৌ অসুম্না উরে—বিষ্ণুপুরাণ, মহাভারত, শ্রীমদ্‌ভাগবত, শ্রুতি, সংহিতা-নচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্লা বাক্য অমতদা শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নী হায়-বসী হায়রি। মরমসিদা মত খেন্নবা লৈতে। মরমতুনা বিষ্ণুপুরাণ অমসুং মহাভারতকী শ্লোক অতুগী যথাশ্রুত অর্থদা শ্রীকৃষ্ণবু ক্ষীরোদশায়ীগী কেশ গী ( শম্নাংগী ) অবতারনী হায়রবোইদি শাস্ত্রপ্রমাণ পুম্নমকসু য়েংনরে অতুগা বিষ্ণুপুরাণগা মহাভারতকগী উক্তিশিংগসু য়েংনরে ।

বিষ্ণুপুরাণচিংবগী শ্লোক-কী বিচার-য়াংবা তাৎপর্য্য বরিনো হায়বতু নৈনখিসী ।

অহান্‌বা বিষ্ণুপুরাণগী শ্লোক অতু নৈনরি। "ভগবান্ আত্মনঃ সিত-কৃষ্ণৌ কেশৌ উজ্জহার ; সুরান্ উবাচ চ—এতৌ মৎকেশৌ বসুধাতলে অবতীর্য্য ভুবঃ ভারক্লেশহানিং করিষ্যতঃ।" —মসিনী শ্লোককী অন্বয়-দি। মফমসিদা "আত্মনঃ"—শব্দসী পঞ্চমীবিভক্তিগীনী, অর্থ—আত্মা-দগী ( মছা-মক্কেদগী), মছামক্কী মনাক্তগী, আত্মনঃ সকাশাৎ, মছাগী কোক্তগী। "কেশৌ" শব্দনা "জ্যোতির্দ্বয়" ( মঙান্ অনী ) থঙহল্লী। "উজ্জহার"—ক্রিয়াপদগী অর্থনা—উদ্ধৃত ( লৌথৎপা ) তৌরম্মী হায়বদি উৎলম্মী। ভগবান্ ক্ষীরোদ-শায়ীনা মছাগী নাক্তগী অঙৌবা অমুবা জ্যোতিঃ অনী উৎলম্মী। হান্না নৈন-বদা য়াওরে—শ্রীকৃষ্ণগী জ্যোতিগী মমিং কেশ-নী ; মতুগী মনুংদা নারদনা মচু মখল মখলগী জ্যোতি উখি। মরম অতুনা হংনঙাইদি অসিনী—ক্ষীরোদ-শায়ীনা জ্যোতিতু কদায়দগী ফংলুরিবনো ? পাউখুম—হান্না নৈনখিবদা হায়খ্রে—শ্রীকৃষ্ণগী জ্যোতিগী মমিং কেশ-নী ; মতুগী মনুংদা নারদনা মচু

মথল মথলগী জ্যোতি উখি। মরম অদুনা হৃংনভাইদি অসিনী—ক্ষীরোদ-শায়ীনা জ্যোতিদু কদায়দগী ফংলুরিবনো ? পাউথুম—হায়না নৈনখিবদা হায়খ্রে—ক্ষীরোদশায়ীদি স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী ; অংশগী মনুঙদা অংশীগী তেজঃ-শক্তি-লৈ ; তৌবগীবুদি মপুঙ-ফানা নত্তে। সংকর্ষণ-বলরামস্থ শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস রূপনী, অনীশুবা স্বরূপনী। তেজগী মচুগা মান্নবদগী কৃষ্ণ-বর্ণ তেজনা শ্যামবর্ণ শ্রীকৃষ্ণবু অদুগা শ্বেতবর্ণ তেজনা শ্বেতবর্ণ ( অঙৌবা ) বলরাম-বু খঙহন্বনী। সুমেরু পর্ব্বত মশাং পুল্লপ্ উৎলিবনী হায়দুনা খুদোন্বীনা চীঙদুগী অংশ অমতং উংলগা 'সুমেরু অসিনী' হায়বগুম্না, শ্রীরামকৃষ্ণগী তেজঃ ( মঙাল ) খজিক্কুং উংলগা মপুঙ-ফাবা স্বরূপকী ওইনা শ্রীরামকৃষ্ণনা আবির্ভাব তৌরকনী হায়বগী ইঙ্গিত তৌবদনী। ইঙ্গিতসী তৌদুনা ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণনা হায়রম্মী—মখোয়গী তেজঃ খজিক্কং ঐনা উংলিবসী—মখোয় অনীনা পৃথিবীদা নোংগুম্লক্কুনা পৃথিবীগী ভার কোক্হন্-গনী। "মৎকেশৌ—ঐঙোন্দা (মরী) লৈবা-শ্রীরামকৃষ্ণগী মঙাল (জ্যোতিঃ)"। শ্লোক মপূমদুগী তাপর্য্যাদি অসী ওইগনী মদুদি—"ভগবান্ ক্ষীরোদশায়ীনা মছাদগী মহাক্কী অংশী ( থোরক্কম্ ) শ্রীরামকৃষ্ণগী অঙৌবা-অমুবা তেজঃ পুথোক্লুনা উংখি অদুগা লাইয়ামদা হায়রম্মী—ঐঙোন্দা শ্রীরামকৃষ্ণগী অঙৌবা অমুবা তেজঃ খুজিন্মুক্ লৈবদু পুথোক্লুনা ঐনা নখোয়দা উৎগ্রেদনা—মখোয় অনীদুনা পৃথিবীদা নোংগুম্লক্লগা পৃথিবীগী ভার ওইবদগী থোরক্পা অরাবদু কোক্হন্বিরনী।

হৌজিক মহাভারতকী শ্লোক-অদু নৈনরসী। "স চ অপি হরিঃ কেশৌ উদ্বর্হে, একং শুক্লম্, অপরঞ্চ অপি কৃষ্ণম্।" মফমসিদা "উদ্বর্হে"—ক্রিয়াপদগী অর্থ—যোগগী পাঙ্গলনা মছাদগী থাইদোক্লুনা উৎখি॥ "উদ্বর্হে যোগবলেন সকাশাৎ বিচ্ছিদ্য দর্শয়ামাস। শ্রীকৃষ্ণ সন্দর্ভঃ /২৯" অদুগা শ্লোকসিদা য়াওরিবা "স চ অপি" হায়বা শব্দকী "চ"-শব্দসী সমুচ্চয় (লোইনমক) খঙহন্নবনী। মহাভারতকী শ্লোকসিদা হায়রিবা রাসিগী মমাঙদা দেবশিংনা পৃথিবীগী ভার কোক্হন্নবগীদমক হায়রজখি। সমুচ্চয়ার্থক চ-শব্দনা

মতুগী ইঙ্গিত পীরি ; তাৎপর্য্যদি অসিনী :—দেৱশিংনা পৃথিবী ভার কোক্-হন্নবা প্রার্থনা তৌরবদা ক্ষীরোদশায়ী হরিনা থৌশা-ব্রাশদবমখৈ লৈথোক্পদি তৌরম্দে ; প্রার্থনাগী পাউখুম ওইনা মহাক্না অঙৌবা-অমুবা কেশ উংলম্মী। অদুগা "স চ অপি"—অংশগী "অপি"-শব্দ শীজন্নবগীসু কান্নবা অমা লৈ। অপি-শব্দগী অর্থদি "সূ" হায়বনী ; "স অপি"—মহাবসু, ক্ষীরোদশায়ী হরিসু ( অঙৌবা-অমুবা তেজঃ ) উংলম্মী। মসিদগী খঙবা উম্মী—কনানো অতোপ্পা অমনসু শ্বেত-কৃষ্ণ-তেজঃ উংলম্মী, ক্ষীরোদশায়ীসু উংলম্মী। কনানো অতোপ্পা অমা হায়বসে ? অতোপ্পা অমা হায়বসে শ্রীরামকৃষ্ণনী, মখোয়নীসিনা তেজঃ উংপগী হেতু-কর্ত্তা-নী ; মখোয়না পীবা প্রেরণাদগী ক্ষীরোদশায়ীনা তেজঃ উংখিবনী। প্রেরণা চঙবগী মরমদি অসিনী—ক্ষীরোদশায়ীদি শ্রীরামকৃষ্ণগী অংশনী ; অংশ ওইনা মহাক্না মখোয়গী তেজঃ-গী অংশ পায়। মখোয়গী প্রেরণা হায়বদি ইচ্ছা নত্তনা ক্ষীরোদশায়ীনা মঙোন্দা তেজঃ য়াওরবসু উংপদি ওম্দে।" "অপি শব্দস্তত্তদর্হণে শ্রীভগবৎ সঙ্কর্ষণয়োরপি হেতুকর্ত্তৃত্বং সূচয়তি ॥ শ্রীকৃষ্ণসন্দর্ভঃ /২৯ ॥" অদু ওইরবদি, মথক্তা মহাভারতকী বাক্যাংশগী অন্বয় পীরিবতুগী তাৎপর্য্যাদি অসিনী :—পৃথিবীগী ভার কোক্নবা দেবশিংনা হায়জরবদা ক্ষীরোদশায়ী হরিনা মাগী অংশী শ্রীরাম-কৃষ্ণগী প্রেরণা ফংলতুনা মছাদগী তেজঃ অনী থাইদোক্লগা উংখি, অনীতুগী অমনা অঙৌবনী অমনা অমুবনী।

মহাভারত-শ্লোক-কী অতোপ্পা শরক্তা অসিনী—তৌচাপি কেশৌ আবিশতাং যদূনাং কুলে স্ত্রিয়ৌ রোহিণীং দেবকীঞ্চ। শব্দকসিগী তাৎপর্য্য ফোঙবগীদমক শ্রীকৃষ্ণসন্দর্ভনা হায়—তৌ চাপীতি চ-শব্দোহনুক্তসমুচ্চয়ার্থত্বেন ভগবৎ-সঙ্কর্ষণৌ স্বয়মাবিবিশতুঃ পশ্চাত্তৌ চ তত্তাদাত্ম্যেন আবিবিশতুরিতি বোধয়তি। অপিশব্দো হত্র অনুস্যূতৌ অনু সোহপি তদংশাবপীতি গময়তি। মসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী—"তৌ চাপি" বাক্যাংশগী চ-শব্দসী ফোঙদোক্লবা সমুচ্চয়-অর্থদা শীজন্নবনী মতুনা অর্থ অসিগুম্বা অমা ফোঙদোক্লি মতুং শ্রীরোহিণী-দেবকীদা শ্রীরামকৃষ্ণ মছামক চঙলম্মী। তুংদা

ক্ষীরোদশায়ীদা ফোঙখিবা অঙৌবা-অমুবা জ্যোতিনা রাম-কৃষ্ণহুদা তাদাত্ম্য ফংহুনা চঙখি। 'অপি'-শব্দনা মসিনক খঙহল্লি মহুদি—অঙৌবা-অমুবা তেজঃ মাগী মছাঙ্গ। উৎখিবা অহুগুম্বা ক্ষীরোদশায়ী হরিনে অহুগা মাগী অংশ পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা চঙখি। "তয়োরেকো বলভদ্রো বভূব"-নচিংবা শ্লোকাংশগী ব্যাখ্যাদা শ্রীকৃষ্ণসন্দর্ভনা হায়রম্মী—তয়োরেকো বলভদ্রে বভূব ইত্যাদিকং তু নরো নারায়ণো ভবেৎ হরিরেব ভবেন্নরঃ ইত্যাদিবৎ তদৈক্যাবাপ্ত্যপেক্ষয়া নরনা নারায়ণ ওই, নারায়ণনা নর ওই ; মফমসিদা নর-নারায়ণগী তাদাত্ম্যসী য়াই হায়রবোইদি অর্থ-সঙ্গতি ( নাত্তেচাবা ) ওই, মতৌ অহুগুম্না অঙৌবা জ্যোতিনা শ্রীবলরামদা অমসুং অমুবা জ্যোতিনা শ্রীকৃষ্ণদা তাদাত্ম্য ওইহ্রে হায়না খঙগদবনী।

হিচাংবা হাৎপনা পৃথিবীগী ভার কোক্হল্লী ; অহুবু হিচাংবা হাৎপদি স্বয়ংভগবান্‌গী থবক নত্তে, মসিদি জগৎ-তাক্পা বিষ্ণুগী ( ক্ষীরোদশায়ীগী ) থবক্নী। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা য়াওরি—স্বয়ং ভগবান্না অবতার তৌবা মতমদা অতৈ ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক্ (মরমহুনা ক্ষীরোদশায়ীসু) মহাক্কী হকংদা লাকুনা কূপ্নক্নি। মহাভারতম্‌দা হায়বা শ্লোকী মথক্তা পন্‌খিবা অর্থদি সিদ্ধান্ত অসিগুম্বনী। হরিবংশগী উক্তিনসু মসিবু সমর্থন তৌয়ি। হরিবংশদা হায়রি—"পুরুষ নারায়ণনা ( ক্ষীরোদশায়ীনা ) করিগুম্বা চাউগী কুহা অমদা মছামক্কী মূর্ত্তি লংশেক্লগা গরুড়বু মফম্‌হুদা থনগা মছামক্না দেবকীগী গর্ভদা চঙখি।" তেজঃ চিংশন্‌খি ; রাসী ফোঙদোক্লবগীদমক হরিবংশনা মওং অহুদা হায়রম্বনী।

নৈনরোন্‌সিগী অহান্‌বা শরুক্তা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী "ভূমেঃ সুরেতরবরূথবিমর্দ্দিতায়াঃ"নচিংবা (২/৭/২৬) শ্লোক লৌখৎখিবহুগী মরমদা নৈনসী। শ্লোকসিদা য়াওরি—পৃথিবীগী অরাবা কোক্হন্নবগীদমক "বলয়া সিতকৃষ্ণকেশঃ" অবতার তৌয়ি। মসিগী তাৎপর্য্য করিনো ? টীকাদা শ্রীধরস্বামিপাদনা হায়রম্মী—"কলয়া রামেণ সহ জাতঃ সন্ কোঽসৌ জাতঃ সিতকৃষ্ণৌ কেশৌ যস্য ভগবতঃ স এব সাক্ষাৎ। সিতকৃষ্ণকেশত্বং শোভৈব ন বয়ঃপরিণামকৃতং অবিকারিত্বাৎ—মছামকী অংশ শ্রীবলরামগা লোয়ননা অবতীর্ণ ওইখি। কনানো অবতীর্ণ ওইরিববো ? অঙৌবা-অমুবা কেশহুগী মপু ওইরিবা

ভগবান্ অহুমক অবতীর্ণ ওইখি। মফমসিদা সিত-কৃষ্ণ-কেশ ওইবসিনা মহাক্কী শোভা লৈ হায়বা তাক্পনী, চহী মতাঙ্গী অহল ওইরক্পবু তাক্পা নত্তে ; মরমদি মহাক শক্হোংবা নাইদবনী। মতাঙ অসিদা বিষ্ণুপুরাণ অমদি মহাভারতকী শ্লোকশিংসু লৌখৎলগা স্বামিপাদনা ইরম্মী—"তচ্চ ন কেশমাত্রাবতারাভিপ্রায়ং কিন্তু ভারাবতরণরূপম্ কার্য্যং কিয়দেতৎ মৎকে শাৱেব তৎকর্তুং শক্যানিতি দ্যোতনার্থং রামকৃষ্ণয়োর্বর্ণসূচনার্থঞ্চ কেশোদ্ধরণমিতি গম্যতে। অন্যথা তত্রৈব পূর্ব্বাপরবিরোধাপত্তেঃ। কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়মিতিবিরোধাচ্চ—বিষ্ণুপুরাণ অমসুং মহাভারত অনীদা 'কেশ' উৎপগী মা য়াওরিবহুদি, ক্ষীরোদশায়ীগী কেশ-না অবতার তৌগনী হায়বহু উৎকে হায়বগী নত্তে ; পৃথিবীগী ভার কোক্হন্বা হায়বা থবক্তুবু কয়ামুক লুরহুনা, ঐগী কেশ অনীসিনা তৌবা ঙম্বা থবক্কী অহুদি—হায়বা তাৎপর্য্যসী উৎকে হায়বগীদমক অমসুং শ্রীরামকৃষ্ণগী বর্ণ তাক্নবা হায়হুনা সিত-কৃষ্ণ-কেশ উৎপতনী। অতোপ্পা অর্থ অমা তৌবা তারবদি বিষ্ণুপুরাণ মহাভারতকী অহান্-অকোন্ ওইবা উক্তি-গা লোয়নন৷ য়েংনবা তারক্কনী অদুগ৷ শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী হায়বা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী উক্তিগসু য়েংনবা তারক্য়ি। মমাঙদা বিষ্ণুপুরাণ অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্গী উক্তিগা মরী লৈনবা অলোচনাদা হায়খিবা মাহু শ্রীধরস্বামীগী উক্তিসিনা শোৗগৎলি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্গী শ্লোক-তা "কলয়া সিতকৃষ্ণ-কেশঃ" হায়বা অংশসিগী ক্রমসন্দর্ভটীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা অসুম্না ইরম্মী—"কোঽসৌ কলয়া অংশেন সিতকৃষ্ণকেশো যঃ। সিতকৃষ্ণকেশৌ দেবৈর্দৃষ্টৌ ইতি শাস্ত্রান্তর প্রসিদ্ধেঃ। সোঽপি যস্য অংশেন স এব ভগবান্ স্বয়মিত্যর্থঃ। তদবিনা ভাবিত্বাৎ।—অবতীর্ণ ওইরম্বা মহাক্তো কনানো ? অংশদা ( অংশ-ওইবা ক্ষীরোদশায়ী ওইনা ) সিতকৃষ্ণকেশ ওইবা মহাক্না। অতোপ্পা শাস্ত্র অমদনা (বিষ্ণুপুরাণচিংবদা) হায় মহুদি দেবতাশিংনা ( ক্ষীরোদশায়ীদা ) সিতকৃষ্ণকেশ (জ্যোতি৷ অনী উখি। সিতকৃষ্ণকেশ উংলম্বা অহুদা অংশ ওইবা অংশী মহাক্না (স্বয়ংভগবান্দুনা) অবতীর্ণ ওইবনী।" শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়রিসিসু মমাঙগী আলোচনাবু য়োক্থৎপনী।

বিষ্ণুপুরাণ অমসুং মহাভারতকী শ্লোকশিংগী যথাশ্রুত অর্থতু বিচার য়াওবা নত্তে, মতু অওইবা সিদ্ধান্তগী বিরোধীনী হায়বদো মথক্কী আলোচনা-সিদগী তশেংনা খঙবা ঙম্মী।

## মূল ১১৮

মহিষীহরণ-আদি সব মায়াময়।
ব্যাখ্যা শিখাইল যৈছে সুসিদ্ধান্ত হয়॥ ১১৮॥

### শব্দার্থ

মহিষীহরণ-আদি—শ্রীকৃষ্ণগী লৈমশিংবু হূরান্‌ব-নচিংবা ; সব—লোইনমক ; মায়াময়—মায়াঙাক্তনী ; ব্যাখ্যা—শুগাইবা য়া ; শিখাইল—তম্বিখি ; যৈছে—অদুম তৌরগা ; সুসিদ্ধান্ত—অচুম্বা য়ারেপ ; হয়—ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহিষীহরণচিং বস্তু লোইনমক মায়াঙাক্তনী ( অশেংবা অমতা নত্তে )। অচুম্বা সিদ্ধান্ত ( য়ারেপ ) ফংননবা ব্যাখ্যাতু তাক্‌পিখি ( প্রভুনা সনাতন গোস্বামীদা )।

## নৈনরোল

মহিষীহরণ—লৈম-হূবগী ( মহিষীহরণগী ) মরমদা মহাভারতকী মৌষলপর্ব্বগী তরেৎশুবা অধ্যায়দগী খঙবা ঙম্মদি অসিনী—বৃষ্ণি-শাগৈগী সংকার লোইরবা মতুংদা অর্জ্জুন-না তরেৎনী চন্‌বা মুমীত্তা রথ তোংদুনা ইন্দ্রপ্রস্থরোমদা পাণ্ডলক্‌পা মতমদা বৃষ্ণিবংশগী মুপীশিংনা মথৱাই য়াবদগী কপ্পা কপ্পা শগোল, শদ, লোলা অমসুং উটনা থৌবা রথশিংদা তোংলগা মাগী মতুং ইল্লম্মী। অর্জ্জুনগী য়াথং মতুঙ ইন্না মনাইশিং, শগোল তোংবা অমসুং রথ-তোংবা অদুগা পুরবাসী জনপদবাসী মী পুম্নমক্না অহল-লমন্‌শিংবু অমসুং মুপী অঙাঙশিংবু কোয়শল্লগা খোঙশান্‌বা হৌখি। শামুতোংবশিংনা চীং-মান্‌বা শামুশিংদা তোংলগা চেন্না চেন্না চৎলম্মী। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং বৃষ্ণিবংশগা অন্ধক বংশগা বংশ অনীসিগী মুপামচাশিং, বাসুদেবগী

লৈমা শীশীঙ ভ্রাতরূকপু অমস্তুং বজ্রবু মাঙ থাহল্লগা চংলম্মী। মতমসিদা ভোজ, বৃষ্ণি অমসুং অন্ধক বংশগী মপুরোইবা-লৈত্রবী মুজা কয়ানা অর্জুনগা লোয়নখিবা অদুগী মশীঙ থীবা ঙম্বা নত্তে। মত্তৌ অসুম তৌনা মহারথ অর্জ্জুন অদুনা যদুবংশগী শীঙলাক্-ঙম্দবা মীয়াম্শিংগা লোয়নননা দ্বারকাদগী থোরক্খি। মুমীৎ খরনী লৈরগা পঞ্চনদদেশদা থুংলবদা শাগা ফোগনা মরাঙ-কায়রবা লম্দম্দা লৈরম্মী। মফম্দুদা ধনঞ্জয় মথন্তনা অনাথা ওইরবী যদু শাগৈগী মুজাশিং পুদুনা চংলম্বা উবদা শেল পাম্বদগী মখোয়দা লান্দাশন্নগে নীঙদুনা য়া তানরম্মী—"ধনঞ্জয় মথন্তনা অহল, অঙাঙ অমদি মুপীশিংগা লোয়ন্ননা চংলিনেসে। মখোয়গী তুংইন্বা লাম্মীশিংগীসু মপাঙ্গল ইলৈ লৈত্রে। অদুনা, চংসী ঐখোয় মখোয়বু লাক্থুরগা মপোৎ-মরণ্ মুন্নুসী।" অসুম্না তানরগা ডাকুশিংদুনা চৈতুপ পায়দুনা লাল্লাউ লাউদুনা দ্বারকাদগী লাক্লম্বা মীশিংদু কিহল্লগা মফম্দুদা থুংলখি; মতম্দুদা ধনঞ্জয়দো ডাকুশিং-দুবু খিংবা ঙম্লম্দ্রে। অদুদগীদি ডাকুশিংদুনা লান্মীশিংগী মমাঙমক্তদা অবলা-শিংদুবু লাক্পা হৌরক্রে অদুগা মুপী কমা কনাগুম্বীদি ডাকুশিংদুগা লোয়নননা চংনীঙনা চংপা য়াওখি। ·······মমৈদদি ডাকুশিংদুনা অর্জুনগী মমাঙদগী বৃষ্ণি অমসুং অন্ধকশিংগী মুজা অথোই-অথোইবীশিংদু খল্লগা পুদুনা চেন্খ্রে। ·······অদুদগী মহাক্না খুংলাই-শোক্লবী মুপী লেম্হৌবা খরদুনে মণিরত্নশিং-দুনে পুদুনা কুরুক্ষেত্র থুংলবদা হার্দ্দিকাতনয় অমসুং ভোজ শাগৈগী মুজা-শিংবু মার্ত্তিকাবত নগরদা, লেম্হৌবা মুপামচাশিং অহল লমন্শিং অমসুং মুপীশিংবু ইন্দ্রপ্রস্থদা চঙহন্খি অদুগা সাত্যকীগী মচানুপাবু সরস্বতী নগরীদা থম্খি। মতমদুদা অক্রুরগী ভালোইশিংনা প্রব্রজ্যা ( সন্ন্যাস ধর্ম্ম ) লৌরনী হায়রবদা ব্রজনা ওন্না হন্না মখোয়বু থাম্খি; অদুবু মখোয় করিনতা হন্বা ভৌরম্দে। রুক্মিণী, গান্ধারী, শৈব্যা, হৈমবতী অমসুং জাম্ববতী মখোয়শিনা মৈনৃঙদা চোঙশন্দুনা থবাই থাগ্রে। সত্যভামানচিংবী কৃষ্ণগী অতৈ লৈমশিংনা তপস্যা তৌরনী হায়দুনা উমংদা চঙদুনা উহৈ-উরু চাদুনা হিমালয় লাম্থোক্লগা কলাপগ্রামদা থুংখি। —কালীপ্রসন্নসিংহগী অনুবাদকী অনুবাদ।"

অমুক স্বর্গারোহণ-পর্ব্বগী মত্তাশুবা অধ্যায়দা ইরি—বাসুদেবগী "লৈমা লৈশীঙ তরাতরুকশু মতমগী মতুং ইন্না সরস্বতীগী ইরোম্ন্ংদা লৃপ্রগা হক্চাঙ থাদোক্লম্লগা অপ্সরোবেশদা কৃষ্ণগা লোয়ননা হিন্থ্রে। —কালীপ্রসন্ন সিংহগী অনুবাদগী অনুবাদ।"

মথক্তা ইরিবা মহাপ্রভুগী উক্তিদগী খঙবা ঙম্মী মহুদি—সত্যভামান-চিংবী শ্রীকৃষ্ণগী লৈমশিংনা তপস্যা তৌরগে হায়না ইন্দ্রপ্রস্থদগী উমংদা লেঙখি অতুগা রুক্মিণী, জাম্ববতীনচিংবীনা ইন্দ্রপ্রস্থমক্দা যঙ্গী মৈদা চঙহুনা থল্লাই থাখি। হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা অথোইবী নীপালহু অর্জ্জুনগা লোয়ননা লেঙলক্খি, অতুনা পঞ্চনদদা ডাকুশিংনা হুরান্থিদে হায়বদো মহা-ভারতম্দগী খঙবা ঙম্মী। অতৈ লৈমা লীশীঙ তরাতরুক ইন্দ্রপ্রস্থদা য়োয়রুবা মতুঙদা মতমগী খোঙলৈ মতুঙ ইন্না সরস্বতীগী ইরোম্ন্ংদা চঙহুনা থল্লাই থাখি—মরমসিনা মখোয়বু ডাকুশিংনা হুরান্থিদে হায়বসিসু মহাভারতম্দগী খঙবা ঙম্মী। মত্তৌ অসুম্না মহাভারতম্দগী খঙবা ঙম্মী, শ্রীকৃষ্ণগী মহিষী অমতা ডাকুশিংনা পুখিদে ; অতৈ অতৈ নুপীশিংবু ডাকুশিংনা হুরান্থিবনী।

বিষ্ণুপুরাণগী পঞ্চমাংশগী ৩৮-শুবা অধ্যায়দগী খঙবদি অসিনী—"অষ্টৌ মহিষ্যঃ কথিতা রুক্মিণীপ্রমুখাস্তু যাঃ। উপগুহ্য হরের্দেহং বিবিশুস্তা হুতাশনম্॥ বিষ্ণু, ৫৩৮-২॥ —রুক্মিণীনচিংবী প্রধানা মহিষী নিপালদি হরিগী দেহ কোল্লগা মৈনুঙদা চঙখি।" মরমসিনা অষ্টপ্রধানা মহিষীশিংহু অর্জ্জুনগা লোয়ননা ইন্দ্রপ্রস্থ তম্না লেঙখি হায়বগী অতুগা ডাকুশিংনা হুরান্খি হায়বগী য়া লৈফম থোক্কে। বিষ্ণুপুরাণ অতুদগী য়া অতৈমসু খঙবা ঙম্মী মহুদি—দ্বারকাবাসীশিংবু পুহুনা লাক্লগা পঞ্চনদদা লৈরম্বা মতম্দা অর্জ্জুনগী মমাঙদগী আভীরদস্যুশিংনা ইকায়থুম্নরিবা যদুকুলগী মকোক-ওইবী নুপীশিংবু পুহুনা চংখি। অতুগী তুংদা অর্জ্জুন না ব্যাসদেবগী মনাক্তা চংলগা হায়খি—দস্যুশিংনা ( ডাকুশিংনা ) উতূপ পায়হুনা মহাকপু মায়থীবা পীরম্লগা মহাক্তা পুরক্পা কৃষ্ণগী পরিবারশিংবু অমসুং অতৈ নুপী লীশীঙ লীশীঙবু পুখ্রে। "স্ত্রীসহস্রাণ্যনেকানি মন্নাথানি মহামুনে। যততো মম নীতানি দস্যুভির্লগুড়ায়ুধৈঃ।

আনীয়মানমাভীরৈঃ কৃষ্ণাবরোধনম্। হৃতং যষ্টিপ্রহরণৈঃ পরিভূয় বলং মম। বিষ্ণুপুরাণ ৫/৩৮/৫১-৫২॥" মতৌ অসুন্না বিষ্ণুপুরাণদগী খণ্ডী—অষ্টপ্রধানা মহিষী নত্তনা অতৈ মহিষীশিংবু ডাকুশিংনা পুখিবনী।

শ্রীমদ্ভাগবতম্গী তরামাথোইশুবা অধ্যায়দগী খণ্ডবা ওস্মী—রুক্মিণীন-চিংবী কৃষ্ণগী লৈমশিংনা মৌষল-লীলা হেক লোইবগা শ্রীকৃষ্ণদা মংখোয়গী চিত্ত হাপ্লগা মৈনুঙদা চঙখি। "কৃষ্ণপত্ন্যোঽবিশন্নাগ্নিং রুক্মিণ্যাদ্যাস্তদাত্মিকাঃ॥ শ্রীভা, ১১/৩১/২০॥" অমুক অহানবা স্কন্ধদগী খণ্ডবা ওস্মী—মৌষল-লীলাগী মতুঙদা দ্বারকাদগী হল্লকপা অর্জ্জুন-না যুধিষ্ঠিরগী মফমদা পাউদম্লস্মী—অসং-গোপ (আভীর) শিংনা লম্থাঙদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা লীশীঙ তরাতরক মস্তোন্দগী মুন্দুনা পুখ্রে। মতৌ অসুন্না, শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী খণ্ডবা ওস্মী—রুক্মিণীনচিংবী অষ্টপ্রধানা মহিষীদি মৌষললীলা হেক লোইবগা মৈনুঙদা চঙত্নুনা থরাই থাখি, অতুগা লেমহৌবা লৈমা লীশীঙ তরাতরক অতুবু ডাকুশিংনা পুখি। মরমসিদদি বিষ্ণুপুরাণগা শ্রীমদ্ভাগবতম্গা অনীগী মত খেন্নবা লৈতে।

মথক্তা পনখিবা উক্তিশিংগী মরমদা হৌজিক খজিক্তং নৈনসী। ডাকু-শিংনা লৈমশিংবু পুখিবগী বাহু মহাভারতম্দা য়াওদ্রবসু অর্জ্জুনগা লোয়ননা ইন্দ্রপ্রস্থদা লাক্লবা মতুঙদা খরমনা প্রব্রজ্যা তৌথিবগী বা, খরমনা মৈনুঙদা চঙখিবগী বা অমসুং খরমনা সরস্বতী তুরেন্দা চোংথত্নুনা থরাই থাখিবগী বাদি য়াওবা উই। মসিবু অচুম্বনী হায়না লৌরবদি (হায়বদি তশেংবী লৈমা-শিংনা ইন্দ্রপ্রস্থদা লাক্লবা মতুঙদা মওং মথক মখাদা থরাই থাখিবগী বাসিবু অচুম্বনী হায়না) লৌবা তারগদি—শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধানতুংদসু মতম শাংনা লৈমশিংসে প্রকট ওইরম্মী অতুগা মমৈদা মংখোয় মানা মানা পাম্বা মওংদা থরাই থাখি হায়বসিসু চুম্মী হায়না লৌবহ য়াবা য়াই। শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং বিষ্ণুপুরাণদগী খণ্ডবা ওস্মী—পট্টমহিষী নীপান্না মৈনুঙদা চঙলগা থরাই থাখি অতুগা লৈহৌবা মহিষীশিংবুনা ডাকুশিংনা পুখিবনী। মসিবুসু সত্যনী হায়না (হায়বদি মহিষীশিংনা অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈরম্মী হায়বসিবু সত্যনী হায়না) লৌরবসু শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধানগী তুংদসু মংখোয় লৈরম্মী অমসুং

মখোয়সু প্রাকৃত জীবগুম্বা দেহ থাদোকয়ি অদুগা ডাকুগী মথুভ্রা অরাবা তাথি হায়বা অসিসু চুম্মী হায়না লৌবা তাই। অদুবু মহিষীশিংগী তত্ত্ব বিচার তৌরগদি রাকমসী লৌবা য়াদে।

প্রদ্যুম্নখোয়গুম্বা মহিষীশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য পরিকর-নী, মখোয় জীবতত্ত্ব নত্তে ; মখোয় শুদ্ধসত্ত্ব বিগ্রহনী, সচ্চিদানন্দময়নী ; মরমদুনা মখোয়গী পোক্পা-শিবা লৈবা হৌনদে, আবির্ভাব-তিরোভাবত্মক ওইবা য়াই। মরম ময়ামসিনা, মালেমদা দেহ থনফ্রগা পরলোক-তা চৎপসু মখোয়গী-দমক্তি ওইথোক্পা য়াদে ; ডাকুশিংনা মখোয়বু পুথিবা হায়বদুসু ওইথোক্পা য়াদে ; হায়না মৌষল-লীলাগী মরমদা নৈনথিবা মতাঙদা পন্থি—শ্রীরাম-চন্দ্রগী কান্তা শ্রীসীতাদেবীবু রাক্ষস রাবণ হায়বদুনা মথুৎনা শোক্পা ঙম-থিদে ; রাবণনা মায়ানা পুথোক্পা সীতাগী মূর্তিদুবু হুদুনা পুথিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী মহিষীশিংবু শোক্পদি প্রাকৃত দস্যুনা ঙম্বা হৌনদে। অদু ওইরবদি শ্রীভাগবতম্ মচিংবা শাস্ত্রগী উক্তি ময়ামসিগী সমাধান-দি করি ওইগনী ?

সমাধান-দি অসিনী মদুদি—থৌদোক পুম্নমক মৌষল-লীলাগুম্বা মায়া-ময়-নী ( মায়াগী ভাকুনী )। শ্রীকৃষ্ণনা প্রদ্যুম্নচিংববু অন্তর্দ্ধান তৌহন্থিবা মতমদা মাগী মহিষীশিংবুসু অদুগা প্রদ্যুম্ন-খোয়গী তালোইশিংবুসু অন্তর্দ্ধান তৌহনখ্রবনী। লোয়ন লোয়ননা প্রদ্যুম্নখোয়দোনা মহিষীশিংগীসু অদুগা প্রদ্যুম্নখোয়গী তালোইশিংগীসু মায়াকল্পিত দেহ থোকহন্থিবনী। মখোয়গী মায়া-কল্পিত দেহশিংগী কনা কনানা মৈনুংদা চোংশন্থি অদুগা কনা কনাবুনা দস্যুশিংনা পুথিবনী। কৃষ্ণমহিষীশিং থরনা দস্যুগী মথুত্তা তাথিবগী রা। শ্রীমদ্-ভাগবত অমসুং বিষ্ণুপুরাণ দা পল্লিবদো— অদুগী মরমদা বিষ্ণুপুরাণ-দগী তথ্য অমা থংনবাই লৈ। মদুদগী মখোয়বু দস্যুশিংনা ফাখিবগী অথুপ্পা মরম থঙবা য়াই। তথ্যদুদি অসিনী।

বিষ্ণুপুরাণদা হায়—পঞ্চনদদা আভীর দস্যুশিংনা মহিষীশিংবু ফাদুনা পুথ্রবদা অর্জ্জুনা ব্যাসদেবগী মফমদা চৎলগা হারম পুম্নমক মথরাই রানা পাউদমখি। মতমদুদা ব্যাসদেবনা অর্জ্জুনবু থেম্জন্মী অদুগা হায়রম্মী—

"দস্যুশিংনা সুপীশিংবু পুত্রে হায়না নওনা বারিবদো মহুক্কী মরমদা ঐ নওোন্দা য়ারী অমা লীগে। মমাংওংদা অষ্টাবক্র কৌবা ঋষিনা সনাতন-ব্রহ্মবু চিন্তা তৌদুনা চহী য়াম্না কুইনা ইরোম্নুংদা লৈরম্মী। মতমদুদা দেবশিংনা অসুর ময়াম্বু মাঙ্থীবা পীখি, মদুগী উপলক্ষদা সুমেরু পর্ব্বত অদুদা দেবশিংনা মহোৎসব অমা তৌয়ি। দেবনারী ময়ামসু মহোৎসবতুদা য়াওরম্মী। মহোৎসব-তুদা চৎপা মতমদা রম্ভা-তিলোত্তমা-নচিংবী নুপী লীশীঙ লীশীঙনা লমথাঙদা মখোরি ফাওবা ঈশীঙদা লুপ্না ঋষিবু উবদা মহাকপু পেলহন্নবগী দমক মাবু স্তব-স্তুতি তৌবা হৌখি। মখোয়গী স্তব অদুদা পেল্লদুনা ঋষিনা হায়রম্মী—নখোয়গী স্তব না ঐ পেল্লে; নখোয় বর (অপাম্বা) নিজো। মতমদুদা রম্ভা-তিলোত্তমানচিংবী বেদদা ফাওরিবা অপসরাশিংনা হায়রম্মী—"ঋষিনা পেল্লগাদি ঐখোয়গী ফংডোইদবা করি লৈগনী? অতে বর অমা পামলে। অদুবু দেবনারী অতেশিংনা হায়রম্মী—হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাক্কা পেনখিরবদি ঐখোয় বর অসী নিজগে—পুরুষোত্তমবু ঐখোয়না ইপুরোইবা ওইনা ফংজবা। মুনিবরসু তথাস্তু হায়দুনা মখোয়না নিজরম্বদো য়াখিরে। মতম অদু ফাওবা ঈশীঙ মনুংদা লৈরম্বা মরম্না দেবনারীশিংনা মহাক্কী মায়থোঙ নত্তনা হকচাঙ-কায়াৎ অতেদি উরম্দে। বর পীরবা মতুংদা মুনিনা ঈশীঙদগী কাখৎলক্লবদা মহাক্কী দেহগী মথেক নীপাল থেক্পদু (অষ্টবক্র অদু) উবদা দেবাঙ্গনাশিংনা নোক্নীঙবদু থাম্বা ঙমখিদে। মদুদা শাউখিবনা মুনিনা লাই-নুপীশিংদুদা শাপ তৌখি। "মৎপ্রসাদেন ভর্ত্তারং লব্ধ্বা তং পুরুষোত্তমম্। মচ্ছাপোপহতাঃ সর্ব্বাঃ দস্যুহস্তং গমিষ্যথ। বিষ্ণু, ৫/৩৮/৮২॥— ঐগী বরনা নখোয় পুরুষোত্তমবু নপুরোইবা ওইনা ফংগনীদি হায়রবু নাখোয় লোয়নমক দস্যুগী মখুত্তা তাবা ওইসনু।" শাপ-ফংলবা সুন্দরীশিংদুনা অমুক ঙাক্পীনবা স্তুতি তৌরবদা মুনিনা হায়রম্মী—"নখোয় অমুক সুরেন্দ্রলোকদা চৎকনী। পুনঃ সুরেন্দ্রলোকং বৈ প্রাহ ভূয়ো গমিষ্যথ॥ বিষ্ণু, ৫/৩৮/৮৩॥" অষ্টাবক্র মুনিগী বর-না দেবাঙ্গনাশিংদুনা পুরুষোত্তমবু মপুরোইবা ওইনা ফংজখি; অমুক মহাক্কী শাপ অদুনা মখোয় দস্যুগী মখুত্তা তাখিবনী। অদুনা

হে পাণ্ডব ! নঙ হাক্নমু । জগৎকী মবুংঙো বাসুদেবনা মখোয় লোইনমক লৌশন্‌বিবনী । "তত্ত্বয়া নাত্র কর্ত্তব্যঃ শোকোঽল্পো হি পাণ্ডব । তেনৈবাখিল-নাথেন সর্ব্বং তদুপসংহৃতম্ ॥ বিষ্ণু, ৫/৩৮/৩৫ ॥"

মথক্তা হায়রিবা হারোন্-সিদগী খঙবা ঙস্মী—অষ্টাবক্র মুনিগী বর-না দেবাঙ্গনাশিংনা পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইনা ফংখি অদুগা মখোয় মমৈদা দস্যুশিংগী মখুত্তা তাখি । মসিবু সমর্থন তৌবা ৰাক্য অমা শ্রীমদ্‌ভাগব-তম্‌দসু উবা ফংঙী । পৃথিবীবু নৈরম্বগী হা ভগবান্দা খঙহন্‌গে হায়দুনা দেব-শিংগা লোয়ননা ক্ষীরোদ সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা চৎলগা ব্রহ্মানা ধ্যান তৌরম্বা মতমদা আকাশবাণী ( নোংদোল-পাউজেল ) অমদা মহাক্না নাকোঙনা তাখি—পৃথিবীগী অৱাবগী হা স্বয়ং ভগবান্না হান্ননা খঙলে ; মহাক থুনমক বসুদেবগী য়ুমদা অবতীর্ণ ওইগনী ; মহাক্কী প্রিয়া ওইননবা লাইগী মুপীশিং পোক্লু্রসনু । "বসুদেবগৃহে সাক্ষাদ্ ভগবান্ পুরুষঃ পরঃ । জানিষ্যতে তৎ-প্রিয়ার্থং সম্ভবন্তু সুরস্ত্রিয়ঃ ॥ শ্রীভাগবত ১০/১/২৩ ॥" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা ইরম্মী—সুরলোক-দা লৈবা উপেন্দ্রনচিংবা মন্বন্তরাবতার পুম্নমক্কী তালোইশিংবুনী মফমসিদা সুরস্ত্রী হায়রিবসী । "সুরস্ত্রিয়ঃ—তৎপ্রিয়াংশভূতায়া উপেন্দ্রাদি মন্বন্তরাবতারস্ত্রিয়ঃ ।" মখোয়সী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সীশিংগী অংশনী । শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট লীলাগী মতমদা নন্দ-যশোদাগী অংশ দ্রোণ-ধরা-না মখোয়গী অংশী নন্দযশোদা-দা তিন্‌খিবগুম্ কৃষ্ণকান্তাশিংগী অংশ-ওইবী সুরস্ত্রী পুম্নমক্‌সিসু শ্রীকৃষ্ণগী মহিষী লীশীঙ তরাতরক্কা (সুরস্ত্রীশিংগী অংশিনী ওইবীশিংসিগা) তিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণগী তালোই ওইবা ফংখি । ব্রহ্মাগী বরবু উপলক্ষ্য ওইহল্লগা নন্দ যশোদাগা লোয়ননা দ্রোণধরানা তিন্‌বগুম্ অষ্টাবক্রমুনিগী বরবু উপলক্ষ্য ওইহল্লগা সুরস্ত্রীশিংসিগা মহিষীশিংগা তিন্নখি ।

অমুক, শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান তৌগে নীঙলক্পা মতমদা নিত্যপরিকর অনিরুদ্ধনচিংববু অন্তর্দ্ধান তৌহল্লগা মখোয়গী মায়ানা শাবা ( মায়া-কল্পিত ) দেহদা কন্দর্প কার্ত্তিকেয়নচিংববু থম্লগা মায়াকল্পিত দেহশিংসিনা মৌষললীলা

তৌহন্বগুম্, মহাক্কী নিত্যপরিকর মহিষীশিংবুস্মু অন্তর্দ্ধান তৌহন্খ্রগা মখোয়গী মায়া-কল্পিত দেহদা দেবাঙ্গনাশিংসিবু থম্খি অদুগা মমৈদা অষ্টাবক্র মুনিগী শাপবাক্যবু মহৈ য়াল্হন্নবগীদমক দস্যুশিংনা মখোয়বু হুরান্হন্খিবনী। শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না আভীর-দস্যুগী শক্ লৌদুনা মখোয়সিবু পুখিবনী। ব্রাসী বিষ্ণুপুরাণদগী খঙবা ঙম্বনী। "তেনৈবাখিলনাথেন সর্ব্বং তদুপসংহৃতম্। বিষ্ণু, ৩৮/৮৫ ॥ —অখিলঃ পূর্ণএব নাথঃ কৃষ্ণস্তেন তৎসর্ব্বং তৎপ্রিয়াবৃন্দম্। উপ নিকট এব সম্যক্‌প্রকারেণ হৃতং অর্জ্জুনাৎ সকাশাৎ গৃহীতমিত্যেব ব্যাখ্যেয়ম্। শ্রীভাগবত, ১/১৫/২০-শ্লোক-কী টীকাদা চক্রবর্ত্তিপাদ।" মখোয়গী অংশিনী ওইবী মহিষীশিংগী দেহদা চঙলগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা উপভোগ তৌখ্রবী মখোয়বু দস্যুগুম্বা অতোপ্পা কনামতনা শোক্‌পা ফাওবা ওইথোক্তে। স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনক্না আভীর (দস্যু) গী বেশ থোনবা দস্যু ওইনা লেংলক্‌খিবনী হায়দুনা মহাক্কী মায়াগী ময়াইনা অর্জ্জুনগুম্বা বীর ফাওবা মায়থীখিবনী। হুরান্‌বনী হায়শন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু অপ্রকট লীলাদা চঙহন্খি। মতৌ অসুম্না মৌষললীলাগুম্না মহিষী হুরান্‌বসু মায়াঙাক্তনী।

কনা কনাগুম্বনা হায়্র—শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধানগী মতুঙদা মহাক্কী মখোই শ্রীকৃষ্ণ মহিষীশিংবু দ্বারকাদগী ব্রজদা পুরক্নবা হায়দুনা শ্রীমন্‌নন্দমহারাজনা ব্রজবাসী গোপশিংবু দ্বারকাদা থাখি। লমথাঙদা অর্জ্জুনগা উনরবদা মঙোন্দগী মখোয়না মহিষীশিংবু পুরক্‌খি। সমাধান অসি নাতে চাদে। মরমদি, দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী অন্তর্দ্ধানগী অ মমাঙদা শ্রীমন্ নন্দমহারাজনচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজপরিকরশিংদি অপ্রকট লীলাদা চঙখ্রবনী। দন্তবক্র হাৎলবা মতুঙদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক্তং ব্রজদা লেঙলক্‌খিরম্মী ; মতমদুদা লোইদাম থাবুম অনী বিহার তৌরগা ব্রজপরিকর পুম্নমক্না লোয়ননা মছামক অপ্রকট প্রকাশদা চঙখিরনী—অদুগা প্রকাশ অমদা দ্বারকাদা চৎলগা লীলা তৌবা হৌখি। প্রকাশসিমক্কী জরাব্যাধগী তেন্না পান্‌বনী হায়শল্লগা দ্বারকাদগী অন্তর্দ্ধান ওইখি। মরমদুনা অর্জ্জুন-না মহিষীশিংবু পুদুনা হস্তিনাপুরদা লাক্লম্বা মতমদা

নন্দমহারাজস্থু মহাকী লোয়নরম্বা গোপশিংগী কনামতম্থু প্রকট ওইরম্‌ত্রে—মরমসিনা মথোয়না মহিষীশিংবু পুরক্লম্মী হায়বহু ওইথোক্তবনী।

ব্যাখ্যা শিখাইল-নচিংবা—ইন্দ্রস্তবকী, মৌষল-লীলাগী, কৃষ্ণ-অন্তর্দ্ধানগী অমস্থুং মহিষীহরণচিংবগী মরমদা শাস্ত্রনা কংবা প্রমাণ পুন্নমক শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীগী মফমদা শাস্ত্রবচন পুন্নমকা অমস্থুং তত্ত্ব পুন্নমকা সঙ্গতি লৈবা য়াগদবা মতৌদা ব্যাখ্যা তৌখি; শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা প্রভুগী চান্নক্তদগী নীংথিবা সিদ্ধান্ত থোরক্‌ফম্‌ অর্থসি তম্‌হুনা ফাজল্লম্মী।

## মূল ১১৯

তবে সনাতন প্রভুর চরণে ধরিয়া।
নিবেদন কৈল দন্তে তৃণগুচ্ছ লঞা॥ ১১৯॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামীনা; প্রভুর—প্রভুগী; চরণে ধরিয়া—খোঙ পায়দুনা; নিবেদন—রা হঙ্গৎপা; কৈল—তৌখি; দন্তে—য়াদা; তৃণগুচ্ছ—নাপী চবুল; লঞা—লৌদুনা (চীক্তুনা)।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা প্রভুগী চরণ পায়দুনা য়ানা নাপী চবুল অমা চীক্লগা রা হঙ্গৎচখি।

### নৈনরোল

নাপী য়ানা চীক্লবদি দৈন্য উৎপগীদমক্নী।

## মূল ১২০

নীচজাতি নীচসেবী মুঞি সুপামর।
সিদ্ধান্ত শিখাইলে এই ব্রহ্মার অগোচর॥ ১২০॥

### শব্দার্থ

নীচজাতি অতোন্‌বা জাতিনী; নীচসেবী অতোন্‌বগী মীনাইনী;

মুক্রি—ঐহাক ; সুপামর—য়াম্না তোন্‌বনী ; সিদ্ধান্ত শিখাইলে—সিদ্ধান্ত তাক্‌পীরে ; এই—মসী ; ব্রহ্মার অগোচর—ব্রহ্মানা খঙদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসনাতন গোস্বামীনা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী—"ঐদি জাৎ তোনবনী, অতোন্‌বা মীশী মীনাইনী অছুগা য়াম্না তোন্‌বা অমনী। ব্রহ্মানফাওবা খঙদবা সিদ্ধান্ত ঐভোন্দা তাক্‌পীরে।"

মূল ১২১

মোর মন তুচ্ছ, এই সিদ্ধান্তামৃতসিন্ধু।

মোর মন ছুঁইতে নারে ইহার এক বিন্দু। ১২১ ॥

শব্দার্থ

মোর মন—ঐগী পুক্নীঙ ; তুচ্ছ—কৈছু-লৈতবনী ; এই—মসী ; সিদ্ধান্তামৃতসিন্ধু—সিদ্ধান্তগী মশক ওইবা অমৃত ঈপাক ; মোর মন—ঐগী পুক্নীঙনা ; ছুঁইতে—শোক্‌পা ; নারে—ঙম্‌দে ; ইহার—মসিগী ; একবিন্দু—মরীক অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মন য়াম্না পীক্‌নি ; ঐভোন্দা তাক্‌পীরিবা সিদ্ধান্তশিংসী অমৃতমক থুম্মী, অদুবু পাক্‌-চাউবদি সমুদ্রগুম্মী, মরমদুনা ঐগী মন অসিনা সিদ্ধান্ত-সমুদ্রদুগী ঈরীক অমত্তাংবা লৌশনবা ঙমদে।

মূল ১২২

পঙ্গু নাচাইতে যদি হয় তোমার মন।

বর দেহ মোর মাথে ধরিয়া চরণ ॥ ১২২ ॥

শব্দার্থ

পঙ্গু—খোঙতেক্‌পবু ; নাচাইতে—জগোই শাহন্‌গে হায়না ; যদি হয়—লৈরবদি ; তোমার মন—নবুক্নীঙ ; বর দেহ—বর পীবিয়ু ; মোর—ঐগী ; মাথে—কোক্তা ; ধরিয়া—থমদুনা ; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা খোঙতেক্পা মীবু জগোই শাহন্নীঙলবদি ইকোক্তা নখোঙছু থম্বীরগা বর পীবিয়ু।

## নৈনরোল

"খোঙতেক্পা মীনা জগোই শাবা ঙম্‌দবগুম্ ঐগুম্বা মী মচানা নহাক্কী সমুদ্রগুম্বা সিদ্ধান্তসী পুবা ঙম্‌দে। অতুমকপু নঙনা চান্‌বিরগদি ঐহাক পু-থাংবা ঙম্‌গনী।" —সনাতন গোস্বামীনা হায়রম্বনী মসী।

## মূল ১২৩

মুঞি যে শিখালুঁ তোরে স্ফুরুক্ সকল।

এই তোমার বর হৈতে হবে মোর বল ॥ ১২৩ ॥

## শব্দার্থ

মুঞি—ঐনা ; যে—মহু ; শিখালুঁ—তাক্‌খিবা ; তোরে—নঙোন্দা ; স্ফুরুক—থোরক্সনু ; সকল—পুম্নমক ; এই—অসী ; তোমার বর হৈতে—নঙগী বরদগী ; হবে—ওইগনী ; মোর—ঐগী ; বল—পাঙ্গল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'ঐনা তাক্‌খিবা পুম্নমক্তা নঙোন্দা থোরক্সনু'-হায়বা নঙগী বরসিদগী ঐগী পাঙ্গল লাক্কনী। ( অসী হায়না সনাতন গোস্বামীনা হঙ্‌ংলম্মী )।

## মূল ১২৪

তবে মহাপ্রভু তার শিরে ধরি করে।

বর দিল—'এই সব স্ফুরুক্ তোমারে' ॥ ১২৪ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তার—মাগী ; শিরে—কোক্তা ; ধরি—পায়দুনা ; করে—খুৎনা ; বর দিল—বর পীখি ; এই—অসী ; সব—পুম্বা ; স্ফুরুক—থোরক্পা ওইসনু ; তোমারে—নঙোন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুমগী মহাপ্রভুনা সনাতনগী কোক্তু খুৎনা পায়রগা বর পিখি—অসী পূর্ণমক ( ঐনা তাকৃখিবা সিদ্ধান্তশিংসে ) নঙোন্দা ক্ষুরণ ( থোরকপা ) ওইসনু ।

মূল ১২৫

সংক্ষেপে কহিল প্রেম-প্রয়োজন-সংবাদ ।
বিস্তারি কহা না যায় প্রভুর প্রসাদ ॥ ১২৫ ॥

শব্দার্থ

সংক্ষেপে—শম্পৎনা ; কহিল—হায়রে ; প্রেম-প্রয়োজন-সংবাদ—প্রেম হায়বসিনা প্রয়োজন নী হায়বগী ৱারোল ; বিস্তারি—শন্দোক্না : কহা—হায়বা ; না যায়—ওইথোক্তে ; প্রভুর—প্রভুগী ; প্রসাদ—চান্‌বীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেম-না প্রয়োজন-নী হায়বগী ৱাফমসী শম্পৎনা হায়জরে । প্রভুনা চান্‌বিবগী ৱাফমদি শন্দোক্না হায়বা ঙম্বা পোৎ নত্তে ।

মূল ১২৬

প্রভুর উপদেশামৃত শুনে যেই জন ।
অচিরাতে মিলে তারে কৃষ্ণপ্রেমধন ॥ ১২৬ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; উপদেশ-অমৃত—অমৃতগী মশাক ওইবা পাউতাক ; শুনে—নাকোঙবা তায় ; যেই জন—মী অমু ; অচিরাতে—থুনমক : মিলে—ফংঙী ; তারে—মাগী ; কৃষ্ণপ্রেমধন—কৃষ্ণবু হুৎশিবা কৌবা লন্ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী অমৃতগী মশাক ওইবা পাউতাক মনাকোঙবা তাবা মীমুদি থুনমক কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন ফংগনী ।

## মুল ১২৭

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১২৭ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ গোস্বামী অমস্রং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামী ( অনীগী ) খুয়াখাদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা (লৈজবা) ; চৈতন্য-চরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু ; কহে—লীরিয়ে ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাস কবিরাজনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমস্রং শ্রীরঘুনাথ-গী চরণ খাদা আশা থম্জরিবা কৃষ্ণদাসনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লীজরিয়ে ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতমধ্যখণ্ডে প্রয়োজন-প্রেমবিচারো নাম ত্রয়োবিংশ পরিচ্ছেদঃ ।

—:0:—

# শীতলজিৎকী লাইব্রীকাশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, মুংশিরাখৈবা।

ৱারী-মচা—লৈকোন্নুংদা, লৈমুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা, শৈরাংবা ( ১বা শরুক )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোন্গী অনুবাদকা লোন্নবা ) মমল লুপা ২০৲

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন্-শৈখন্—লুপা ৭০৲

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary. (English to Manipuri)

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০৲

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ১৮৲

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ১৫৲

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ৩২৲

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ২০৲

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুককশুবা—লুপা ২৮৲

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২০৲

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০৲

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫৲

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮৲

১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ৪০৲

১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০৲

২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০৲

২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুককশুবা—লুপা ৪৫৲

২২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

২৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ৩০৲

২৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ২৫৲

২৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরাশুবা—লুপা ৯০৲

২৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামাথোইশুবা—লুপা ১০০৲

২৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরানীথোইশুবা—লুপা ৩৫৲

২৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরাহুমদোইশুবা—লুপা ৩০৲

২৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামরিশুবা—লুপা ৫০৲

৩০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামঙাশুবা—লুপা ৬৫৲

৩১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরাতরুককশুবা—লুপা ৫০৲

৩২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরাতরেৎশুবা—লুপা ৫০

৩৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরানীপালশুবা—লুপা ৫০৲